# বৈরাগ্য ভক্ত




এম নন্দকিশোর শর্মা



শারদা প্রকাশন,
শারদা পুস্তকালয় যাইবিপোক

**Vairagya Bhakta**
*Life sketches and stoicism of five devotees*
*by M Nandakishore Sharma*

বৈৰাগ্য ভক্ত, প্ৰভুদত্ত ব্ৰহ্মচাৰীনা লেংবা শ্ৰীশ্ৰীচৈতন্য চৰিতাৱলীগী ১২শুবা সংস্কৰণদগী লৌথোক্লগা হিন্দীদগী মণিপুৰীদা ৰূপান্তৰ তৌবা বৈৰাগ্য ভক্ত অমসুং ভূক্তিগী ৱাৰী।



| | |
|---|---|
| লাইৰিক | ঃ বৈৰাগ্য ভক্ত |
| অইবা | ঃ এম. নন্দকিশোৰ শৰ্মা |
| অফোঙবা | ঃ শাৰদা প্ৰকাশনগীদমক অইবা মশা |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ সেপ্তেম্বৰ, ২০০৮ ই |
| কোপী মশীং | ঃ ১০০০ |
| মমল | ঃ ৯৫/ (মৰিকুতবা মম্বা) |
| মখুম | ঃ কলেক্সন |
| © | ঃ অইবা |
| ফংফম | ঃ লাইৰিক যোনফম দুকানশিং অমসুং অইবগী যুম। |

টাইপ সেটিং ঃ এম বি কম্পুটেক, তেন্থা
নম্ফম ঃ চেংলৈ প্ৰিণ্টৰ্স, যাইপোক খোইবোম।

# অফোঙবগী মায়গৈদগী

ইবৈবাক অমসুং ইবমদমগী সাহিত্য সেবাগীদমক শারদা পুস্তকালয়, যাইবিপোকনা হৌখিবা খৃ: কুম ১৯৬৫ দগী হৌনা লিংখৎলকপদগা লাইরিক খোমজিনবা অমসুং পুথোকপগী থৌবাং চংথবকই। মসিনা মণিপুরী, সংস্কৃত, ইংরাজী, বেঙ্গলী অমসুং হিন্দীনচিংবা লোলগী লাইরিকশিং, চেফোংশিং অমদি অতৈ হীরম কয়াগী মচাকশিং খোমজিল্লকি। লোয়ননা লাইব্রেরী অসিনা লাইরিক খরদং ওইরবসু লাক্লা পুথোকচরে। ১। থম্বালনু শৈরেং (১৯৬৬), ২। একাদশী মাহাত্ম্য (১৯৮৪), ৩। শ্রীগীতা মহিমা (২০০৩) ৪। কল্কি পুরাণ ৫। থম্বালনু (২০০৮) অমসুং ৬। নৈবাগা ভক্ত (২০০৮)। মসিনা লোল অমসুং সাহিত্য চাওখাৎনবগী থৌবান্দা শরুক য়ানবগী পাখল তুংকোক্তনা আশাদনা। লাইরিকতা পাঠকরা অমসুং [illegible] পাখল থমদুনা [illegible] [illegible] [illegible], পুণনবগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] অমসু [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] পান্দাম্ম। অমরা লাইরিকতা [illegible] [illegible] মদন অথোইবা লান্না হাবা বায়ম মসি থমজদুনা। [illegible], [illegible] অদোম থাইগাদবনি, [illegible] [illegible]।

অদোমগী

প্রকাশক

# জয় গুরুদেব !

# মাঙওইনবা ৱাহৈ খরদং

কলি জীববু লানবিবা জগৎগুরু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী মপান নাইদবা কৃপানা অমসুং শ্রীরাধা গোবিন্দগী থৌজানগী মীৎযেং ফংহনবিদুনা 'বৈরাগ্য ভক্তি' কৌবা লাইরিক মচা অসি বৈষ্ণব সেবাগীদমক খঙ্জবগা ইজরনি। মসিগী থৌরাং অসি লাঙজবকপদা ভগবানগী থৌইনর্শিন্না চৈতন্য মহাপ্রভুগী গুণ পরিকর লীলাগী মনুংদা পুশিনর্বিদুনা পরম গুরুদেব প্রভুদত্ত ব্রহ্মচারীনা লেংবা 'শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতাবলী' দা খুৎ থিনবিরগুম পূক্নিং চিংশিনর্বিখি। লাইরিক অসি পাজবদা পূক্নিং লূপচৈ, মসিনা ঐবু বৈরাগ্য মন্ত্র তম্বিরগুম বৈরাগ্য ভক্তিদা লূপহন্দুনা মক্লবা থম্মোয চান্নিখি। থম্মোযদা মঙাল পীবিদুনা সংসারগী অমম্বা মরক্তা অনৌবা মঙাল অদুনা লৰ্মাজিং ওইরগা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী শেংলবা মরক্তা পূক্নিং চিংশিনর্বিখি। মদুগী গুসিদি বৈষ্ণব সঙ্গ নত্তনা অতৈ পুন্নমক কান্নদরনি হায়রসি খঙহন্নাবিরে হায়না খঙ্জবগা ভগবদ্ভক্তিগী মপাউদা মায লৈশিঙ্জনীংবগী ৱাখল্লি।

অযাম্বা ভক্তশিংগী মরক্তগী কৃপাগী মশক ওইনা লৌখৎচবগা ভক্ত হরিদাস, শ্রীরায রামানন্দ, শ্রীরঘুনাথ দাস, শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামী ভক্ত মণ্ডা অসদং বৈষ্ণবশিংগী মাঙদা পুশিঙ্জনীংবনি। মসিদা হরিদাসগী অকনবা অমসুং অচেৎপা বৈরাগ্য, নিংথৌ রামানন্দ রাযগী থাদোকপা ওম্বা অমসুং ভক্তি জ্ঞান, শ্রীরঘুনাথ দাসগী চীডা উৎসব অমসুং ভেট অর্মাদ অচেৎপা বৈরাগ্য, লোযননা শ্রীরূপ সনাতন অনীদা প্রভুগী কৃপা অসিনর্চিংবনি। পূক্নিং লৌশিংগী ওইনা থিজিনবা অমসুং নৈনবদা থোইদোকপা কান্নবা ফংগদ্রা খঙ্জরনি। মসিনা মরকট সন্ন্যাসগী বাংমা লান্থোকচনবা উপাযনি হায়না লৌজরনি। অশেংবা আত্মানা পরমাত্মাদা চঙজরগী সিদ্ধি তানরদা অখোইবা উপায ওইগদ্রা হাযরগী অচেৎপা থাজবগা লোযননা ভক্ত মণ্ডা অসিগী অন্তরঙ্গ ভাবনাদা পূক্নিং

থাঞ্জঞ্জবগা স্বামী প্রভুদত্ত ব্রহ্মচারীদা মানসিক ভক্তি আশ্রয় লৌজবান। অদুগা 'বৈরাগ ভক্তি' গী কলম পাযখৎচবগা থাবকপনি।

'গুরুকৃপা নত্তনদি অতৈ গতি অমা লৈতে' হায়বসিগী অচুম্বনা লমজিং ওইবগা তোপ্লোপ্পা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী কৃপা অমা ফংলে হায়বা তাহ। ঐগী নুংযৌনা তিন্নজবা মরূপ মিং পঞ্জনবদা শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ, তেন্থাদা লৈবা বৈষ্ণবনা লাইরিক অসি নম্নগা ফোংডনবগী থৌরাংদা থোইদোকপা সহযোগ পীবিদুনা অচৌবা থৌদাং লৌনিখি। মচা ইবুংঙো (বেদানন্দ) গী মেছিন্না লাইরিক্কী শক্রম শাগৎপিখি। গুরকৃপা অমাদ ভগবৎ কৃপানি লৌই। মপা মচাগী লমল চাউনা তোনশিঞ্জনবানি। থৌরাং অসিদা অশোয়বা পাপনা ইশাগীনি, অদুগা মসিগী পুণ্য মপা মচাগীনি। প্রেমনল্লুগা মশক ওইবা 'বৈরাগ্য ভক্তি' কৃপাময় ভগবৎ চরন্দা কৎশিল্লে। প্রেম ভিক্ষা নিজে। প্রেম প্রসাদনি থনবিদুনা বৈষ্ণব লৈয়নাশিংনা নংশনা মৎযেং তানবগী হাঙ্গা ওইজে। মিৎযেং তাবদ্, লৈনানিকা অমসুং অশোয় অনা...। ওবসু ভাব পিযু অমদি চুমথোকপিদুনা তাকাপনকউ হায়বা মাপোল অসি ...মিথাক... লোয়ননা ভক্তি কচ্চবি।

অইবা

# থম্মোয় লকানুংদগী

অতৈ লাইবিক কযাগা লোযননা আধ্যাত্মিক্কা মবী লৈনবা লাইবিকশিং- ১। একাদশী মাহাত্ম্য (১৯৮৪ ইং) ২। শ্রীগীতা মহিমা (২০০৩ইং), অমসুং ৩। কল্কি পুবাণ (২০০৬ইং) পুথোকপিখ্রবা মতুংদা ঐত্তা শ্রীএম নন্দকিশোব শর্মগী "বৈবাগ্য ভক্ত" হাযনা মিংথোনবা আধ্যাত্মিক্কী লাইবিক অসি হৌজিক ঐখোযগী খূৎতা লৈবে।

মালেম অসিদা লৈবিবা তাইবঙ মী ওইবশিংগী মনুংদা বিষয ভোগ (enjoyment of worldly objects) তা লূপ্তুনা লৈবা মশীং অসি ওন্থোক্লা যামখ্রে। মসিনা মবম ওইদুনা বিষযী (worldly minded man) ওইববা মখোযনা মীগী অফ- ফত্ত যেংদনা মশা নুংঙাইবগা লোইবে হাযবগী ৱাখলদা তৌহৈদ্রবা হিংচা- যাইতম্বগী ওইবা জাৎ- জাৎকী থবক কযা তৌবি, মীওই কযাদা মখল কযাগী অৱা- চৈথেং পীবি। মসিদা মখোযনা নাচুংবা তৌদে। মখোযগী পান্দমদি মী ৱাগে ৱাসনু, শিগে শিসনু, মাঙগে মাঙসনু "ঐখোয নুংঙাইবগা লোইবে, মাল চাং লেপশীল্লগা লোইবে" হাযবসিনি। মসিমক্তা মীযামগী নুংঙাইবা পুবক্কদবদি নত্তে। অসিগুম্বা মী অসিদি লেনগা পাংখক্লি। লেননা কনাবুসু নুংঙাইহন্দে, মীবু অৱাবা পীবদনি, অদুগা মশাসু কোন্না তুম্মী। মখোযনা বিশ্ব শান্তিগী লম্বীদা অপনবা পী।

মথক্কী মীওই কাঙলূপ অসি নত্তবা বিষযভোগ থাদোক্লবা বিষয বিবাগী (apathy to worldly possessions, indifference to worldly interest, stoicism, detachment) ওইববা মীওই কযা লৈতবা নত্তে। মশীং পঙযাম যামদ্রবসু মবক মবক্তা অসিগুম্বা মীওই মালেম অসিদা পোকখি লৈখি, পোকলি লৈবি, পোকলকখিনি লৈবকখিনি। মখোযনা বিশ্ব শান্তিগীদমক মশাগী ওইজবা কযা থাদোকখি। মখোযবু তত্তনা শক্ল- শোন্নবি, শক্ল- শোন্নখিগনি।

লৈবাক কযা জয তৌখিবা আলেকজেন্দবগুম্না কযা, চিংঘীজ

খানগুম্বা কযা অমসুং নেপোলিযনগুম্বা কযাগী মিং ঐখোযনা তানবি। অদুবু মখোযবু ঙসি মীনা পূজা তৌনদে। ইনাকখুনবা, মবল লৈবা কযাগী মিং তানবি। অদুবু মখোযবুদি মীনা পূজা তৌনদে। নিংথৌবেল অশোকপু শক্র শোন্নবিবসি মহাক নিংথৌবেন ওইবে নৎত্রগা শেল পাযবে হাযবগী থোইনা নত্তে, অহিংসাগী লমদা মানা তৌবম্বা অমসুং অতৈ অফবা থবক কযাদগীনি। জননেতা হিজম ইবাবতপু ঙসি শক্র- শোন্নবিবসি পঞ্চাযত মেম্বর ওইবম্বগী নৎত্রগা এম এল এ ওইবম্বগীদমক নত্তে, মীযামগীদমক মানা তৌখিবা অবদান অদুগীদমকনি। শেঞ্জা ও পাযবা কযানা লুপা লাক্ষ লাক্ষ, কোটি কোটি তানশিল্লি, অদুবু মখোযবু পূজা তৌনদে।

মশাগী ওইজবা কযা থাদোক্কুনা মহাপুরুষ কযানা আধ্যাত্মিক্কী লমদা চঙশিল্লি, কযা অমনা দেশ ভক্ত ওই, সমাজগী ফনবা থবক কযা তৌই। আধ্যাত্মিক্কী লমদা চঙখ্রবা কযা অমা মখোযগী মফমদা ফম, লৌ- ইংখোল, লনথুমগী ব্রা লৈত্রে। মখোয অদুবু মীযাম্না কাউনদে, শক শোন্নৈ, পজা তৌনৈ। বিষয (worldly affairs worldly desire) ভোগ (enjoyment of pleasure) তৌববু থাদোক্লগা ত্যাগী ওইখিবশিংগী মনুংদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্ত হবিদাস, নিংথৌ বামানন্দ, বঘুনাথ দাস, শ্রীরূপ অমসুং সনাতন শীংথানবা যাই। বৈবাগ্য ভক্তশিং অসিগী মফমদা বিষয ভোগ আস বক্বিসু লৈত্রবনি। তাইবঙগী নংঙাইবনি হাযনবিবা ফম, লনথুম অমদি অতৈ কযা থাদোকখ্রবনি।

অসিগুম্বা বৈবাগ্য ভক্তশিং অসিগী জীবন চবিত, শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগা লৈনবা মবী ঐজ্ঞা শ্রীএম নন্দাকিশোর শর্মানা "বৈবাগ্য ভক্ত" মিংথোন্দুনা ফোঙ্গলকপা লাইবিক অসি মণিপুবী বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী থোইদোক হেন্দোক্লা কান্নবগনি হাযজনীংই। লাইবিক অসি কযাবক হন্না পাজবে, খৃৎই ওইনা লৈবিঙৈদগী থেংনজবকপনি। লাইবিক অসি পাকবদা (বৈবাগ্য ভক্ত মশা অসিগী জীবন চবিত থেংনকবদা) শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী ভবাতককশুবা অধ্যায (দৈবাসুব সম্পৎ বিভাগ যোগ) দা লাই ওইবা মীগী গুণ অমসুং লন, হিংচা যাইতম্বা মীগী গুণ অমসুং লন,

তরাতরেৎশুবা অধ্যায (শ্রদ্ধাত্রয বিভাগ যোগ) দা সত্ত্বগুণ চেনবা, রজ:গুণ চেনবা, তম:গুণ চেনবা মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা খেন্নবা থম্মোয, খেন্নবা চাঞ্জাক, খেন্নবা দান, তরানিপানশুবা অধ্যায (মোক্ষ সন্ন্যাস যোগ) দা কাব কবিবুনা থাদোক্লনি, কাব কবিবুনা থাদোকলোই, সত্ত্বগী মনুংঙাই, রজ:গী মনুংঙই অমসুং তম:গী মনুংঙাই অসিনচিংবা কযা নীংশিংবগী লোযননা হায়াববা বৈরাগ্য ভক্ত মঙা অসিগী বৈরাগ্যগী থাক অসি অসুক্কী মতাক বাংই হাযজনীংই, মখোযদা চেল্লিবা সত্ত্ব গুণদি অসি ওইরেকো হাযবদু খঙবা ঙম্মী।

অসিগুম্বা সত্ত্বগুণনা থম্মোয থল্লা লৈরবা, বৈরাগ্যগী লমদা পাদীনাংঙাই লৈত্রবা বৈরাগ্য ভক্ত মঙাগী জীবন চরিত ইরাদুনা ঐঙা নন্দকিশোর শর্মানা লাইরিক ওইনা পুথোরকপাসদা হাযনীংঙাই লৈতন নুংঙাইজে। বৈরাগ্য ভক্ত মঙাগী জীবন চরিত ইরারকপা অসিনক ঐঙাগী থম্মোযদা বৈরাগ্যগী মমি তাররনি, শ্রীগৌরাঙ্গগী ভক্ত ওইরবা হাযবা বাক্ষমসিসু থমজরি। লাইরিক অসিনা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী থম্মোযদা লংলবা মঙাল অমা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা পীনরবা ওইসনু।

০৩/০৮/২০০৮ ইং

ইম্ফাল, মণিপুর। মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

# চৈতন্য মতমগী ভারত

বি. সংবদ ১৬শুবা শতাব্দীগী মযাযচনবা শক্তক্তা মহাপ্রভু চৈতন্যদেব উদয ওইবকাখি। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমামৃত বস চপ্পুনা ভক্তশিংবুসু চপহল্লম্মী। মতমদুগা হৌজিকগী ভাবতকী ফিভম অসুপকী মাতক খেন্নবে। বাজনীতিগী, সমাজগী, শেন থূমগী অমসুং ধর্মগী ওইবা মখল কযাগা ফিভমদা হাযনীংঙাই লৈতনা তোংলে। মুসলমান শাসনগী মখা পোন্না ইস্লাম ধর্মগী মমিগী ইতিহাসদা লামায কযা কন্দুনা লৈরি। হিন্দুশিংগী চৎনং লোনচৎ, মশাগী ধর্ম- কমদৌনা লূপখিবনো খঙহৌদে। লুপা অমনা চেঙ মণ কযামুক ৱানবা ফংই হাযনবদু হৌজিক থাজবগী বাংমদা লৈববা ৱাফমনি। কুনশুবা শতাব্দীগী মতমদা ধর্মগী কাঙবু- কাঙবু নাইবকপা, মদুদা হিন্দু লাইনীংগী ভক্তশিংগী ঈশৌ, মখোযগী সনাতনী ওইবা অচেৎপা, সেবা পূজাদা থাজজবা পুন্নমক অদু মতমগী মতৃং ইন্না লপাখিবগী মতম মতমগা থৌদোক ববীনা পাবং ওইহৌরি। মহাপ্রভু চৈতন্যগী মতমদা ভাবতবর্ষগী মাযাংগ খুদিংদা বাজনীতিগী, সমাজগী অমদি ধর্মগী অকনবা ঈশৈ কযা শাগৎনবকাখ। মতমদদা দিল্লীগী সিংহাসন্দা লোদী শাহুন পাল্লম্মী। মাদন শাহেন্দুগী থৌনা হন্থবকপনা, অফগান লৈচিংবা লোদী শ ... মতম লোইশন্নক্কুনা কাবুলগী বাদশাহ বাববন দিল্লীগী সিংহাসনদা ... ... থৌখ। লৈবাক পাম্না বাববনি। ইং ১৫২৬তা বাববনা ভাবতু ... ... পানীপতকী লানথমদা ইব্রাহিম লোদীব মাযপাব পাবগী বাবলনা দিল্লীগী বাদশাহ ওইখ। মতংদা মচানপা হুমাযুনা ওইখ। নাকল অমবোমদা বাজপুতনাদ। বানা সাংগানা হিন্দু ধর্ম ... ... বাববগী মখোঙ হৌখি। বানা সাংগা মাইথাখ। পঞ্জাব ... মচেং মচেং ... 

নাকল অমবোমদনা খাদোমদা বিজযনগর লোইশন ... শাহেন লোইশিনখিবগী অহমদনগব, বীজাপুব, গোলকণ্ডা, বাদব ... ববাব লৈবাক মঙা অসি তোঙানখিবম্মী। বঙ্গাল, বিহাব, ... অমদি উড়ীসাদস মুসলমান অমসুং হিন্দুশিংগা অনৌ অনৌব লৈবাক মচ মচ

বাণা শিবাজী পনবা য়াই। মহারাষ্ট্রগী সন্ত তুকারাম থোইদোক্লা শাংথানীংঙাইনি। কাশীগী শ্রীবল্লভাচার্য গোকুলদা লৈদুনা কৃষ্ণ ভক্তিদা লূপচদুনা ভক্তি প্রচার তৌবম্মী। মতমসিদা বঙ্গালদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুস্ অখন্নবা ভক্ত ওইনা চোংথোরকখি। মহাপ্রভুগী মাংদা বঙ্গালনা ওইবম্বা দশা অমদি মদুদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কবি কবম্না অওনবা পুনর্কাখিবা হায়বা অদু নৈননীংঙাই ওই। মদুনা নোংপোক ভরত অমদি অরাং ভারত, লোয়নবা খাগী লমশিংদা কবি মমি তাহৌবগে, ভক্তশিংগী ভক্তিদা কারি থোইদোকপা যাওবগে হায়বা অদু খঙনীংঙাই ওই।

# চৈতন্য মতমগী বঙ্গাল

**যত্র তত্র চ মদ্ভক্তা: প্রশান্তা: সমদর্শিন:।**
**মাধব: সমুদাচারাস্তে পুযন্ত্যপি কীকটা: ॥**

(ভগবাননা হায়- 'পক্লিং তপ্পা অমসুং চপ মান্নবা য়েংবা ঐগী ভক্তশিংনা লৈবা লৈবাক অদু শোদবনমক ওইসনা কীকট কৌগে কৌসনু, তৌইন্তুম্বসুং মখোয়না মফমদদা পোক্লবা অমসুং লৈবা লৈবাকশিং অদু থোইদোক্লা শেংই)

শ্রীমদ্ভাগবততা কীকট দেশকী বাবোল পল্লি। অমবা শাজিনা মনাং তৌবা শান্নদবা মফম, ব্রহ্মণশিংবা ভক্তি তৌদবা মফম, দুশোংবা, অদবা সাধু অমসুং পণ্ডিত লৈতবা মফম, অদগুম্বা লৈবাকশিংদু মাংই। মফম অমদা কীকট হায়নসু শাংথাই।

**অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গেষু সৌরাষ্ট্র মগধেষু চ।**
**তীর্থযাত্রাং বিনাগত্বা পুন: সংস্কারমর্হতি ॥**

(অঙ্গ দেশ, বঙ্গ দেশ, কলিঙ্গ দেশ, সৌরাষ্ট্র অমসুং মগধ দেশ

লৈবাকশিং অসিদা তীর্থ যাত্রা নত্তনা চৎলুববাদ মহাক অমুক হন্না সংস্কার তৌগদবনি।)

থাযনা মমাঙউদা অসুম্না লৌনবা লৈবম্মা মদুদি বঙ্গ দেশদা চঙলুববা ব্রাহ্মণদি মাংনবম্মী। মহাভাবত্তা মসিগী মবম মচি মচিদা ইবম্না থেংনৈ। বঙ্গদেশদা চঙনবা তৌনবমদে। মাসগী মবমদি অখণ্ডবা ঋষিশিংতনা থঙ্গদৌবমগই। হৌজক্কী মীওইদা হংলুববাদ অঙাওবা তাবনি। চঙনদে হাযাববা মফমদুদা ভগবদ্ভক্তগী লীলা শান্নফম ওইবনা তীর্থ কোটী কযাদগীসু হেন্না লান্নফম ওইবি হাযবগী প্রমাণ ফংনবে। লমদম অদুদা মহাপ্রভু গৌবাঙ্গদেব, বাম কৃষ্ণ পবমহংস, বিজযকৃষ্ণ গোস্বামী অমদি জগৎবন্ধু গুম্বা ভগবদ্ভক্তশিংনা মখোযগী পদধূলিনা লান্নফম ওইবিবা, বাজা বামমোহন বায, মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুব অমদি ব্রহ্মানন্দ, কেশবচন্দ্র গুম্বা ভগবদ্ভক্ত, সমাজ শেংদোকপাশিং পোকখিবা, লমদমদুদা দেশবন্ধু চিত্তবঞ্জনদাস গুম্বা দেশভক্তনা পোকখিবা, ঙসিসু মফমদুদা অববিন্দ গুম্বা যোগী, ববীন্দ্র গুম্বা বিশ্ব কবি, জগদীশচন্দ্রবসু গুম্বা মশিং চৎপা বজ্ঞানী। [illegible] সুভাষচন্দ্র গুম্বা তোপ্লোপ্পা দেশভক্তনা ভাবত অপুন্বগী মাযখোয লংঙাল্লবা লৈবাক অদুবু এখোযনা হৌজিক কাকট দেশ (চাওখংপদগী [illegible] লমদম) হাযনা কমদৌনা কৌনগদৌবিবনে [illegible] ওইবম্নি। [illegible] লমদম অদ লান্নফম ওইবে। চৈতন্যদেবগী লীলা শান্নফম ওইবনা [illegible] ভক্তশিংগী থম্মোযদা ব্রজভূমদগী তাদনা খংবি। নবদ্বীপাত ভক্তশিং [illegible] বৃন্দাবন ওইবা নাগা থেইদোকপা বৃন্দাবন গুম্না ওইবগদবনি।

বঙ্গাল [illegible]োইদোকপা বাখল চেনবা লমদমনি। বঙ্গাল [illegible] থেইদোকপা থম্মোয চোল্ল, মখোযদ ললিত কলাগা থোইদোকপ [illegible] ভাইডনা লে মখোয প্রকৃতি নুংশি হৌজে। মখোযগা থম্মোয প্রকৃতিদ [illegible]নাশঙ্গে। প্রকৃতিদা ওইবা অহোংবা কযা মখোযগী থম্মোয লাযৃমদা [illegible] মমি তাই। মখোয বাখল চাবা মানি। মদুগী প্রমাণ মখোযগী যুম্লি কৈবেদা, চাকচ [illegible] অমদি হবাও কুমহৈদ [illegible] থেংনৈ। বাংলা [illegible] অযাম্বা সাহিত্য বাখল লৈচই লৈ। মখোযদুদা উপন্যাস, নাটক,

ললিতকাব্যনচিংবা থোইদোকপা মখল মথোন্ন। থোইদোকপা অখন্নবা কাওলপকী মী ওই খবখক নত্তনা অযাম্বা মী ওইনা নিষ্কামকর্ম হাযবসি ইখণ্ড খণ্ডনদে। মখোয অপাম্বা যাওদনা কর্ম তৌবা ঙম্মদে। পূজা পাঠ অমসুং ধর্মগী থৌবমশিং সকাম ভাবনাদা তৌনৈ। সন্ন্যাস ধর্ম বঙ্গালদেশতা কযা শন্দোক্লদে। হৌজিক মতমগী বঙ্গালী সন্ন্যাসী অযাম্বা শকক মথৈ অবাং ভাবতলোমদা মায ওন্নখ্রে।

বঙ্গদেশ শক্তি পূজা তৌনৈ। শক্তি উপাসনা বজোগুণদা তৌনবনা অযাম্বনি। খবমথৈ হৈ লৈনা শিল্পগা তৌনবসু মযাওই। অযাম্ব মথৈদি কালী পূজাদা শা-ঙা বলি তৌদুনা পাওথোক্লে। মখোয অযাম্বনা শাম্মক চাদ্রবসু ঙাদি থাদোকপা ঙম্মদে। লুখ্রাবীগুম্বীনা অমদি মগুণ লৈবা বৈষ্ণব খবখক্লা একাদশীদা ঙা থাদোক্লে। মখোয অযাম্বনা ঈকুজবমদাইদা থাউ অদুগা চাক চাবদা ঙা যাম্না তঙাইফদে। অদুগৈ চৈতন্য প্রভুগী মতমদা লৈবাক অপূম্বা মুসলমানশিংনা মবাঙ তৌবম্মী। পাপকী থবক যাম্না চঞ্চবম্মা। হামেং ইবোই বলি তৌবদা হালেংনবমদে। তান্ত্রিকী হৌনবীদা, থকপা নাবা-ওক্তবদা খম থেংলম্মী। মী ফাওবা বলি তৌবা যাওবম্মী হাযনৈ। বৈষ্ণব ধর্মবু কবেম্মবর্ম্মী। যেৎন নৈনবনা মব ওইবা বিদ্যা ওইবম্মী। ভক্তিবু অপঙবা লাইবিক হৈতবগীনি খন্নবর্ম্মা। পম্মক আস ওইদুনসু অশেং অমাং অমসুং অনেম-অবাংগী ভাবতি লাইচুবগা চপ মান্নবম্মী। মুসলমান্না মীশীং হেনবা লম ওইবম্মী।

বঙ্গালদা ব্রাহ্মণ, বৈদ্য অমসুং কাযস্থ জাতি অহুম অসি লাইবিক হৈবা অমসং শাউগা তাং ফবানি থম্নবম্মী। মখোযগী মনুংদা ব্রাহ্মণশিংনা কাযস্থশিংবু শদ্রানা হাযনবম্মী। কাযস্থ লাইবিক হৈবাশিং যাম্না লৈবর্ম্মী। নিংথৌগী থবক-ইংখাংদা হৈ শিংলম্মী। মখোয আচাব বিচাবদা হিন্দুগী রাখল কবিসু চেল্লমদে। মুসলমানশিংগসু লোযনৈ-তিন্নৈ হাযবা তাই। চামিন থকমিন্নৈ। নিংথৌগী থবক অযাম্বা মখোযনা পুবম্মী।

মহাপ্রভু গৌবাঙ্গনা লাংওল্লকপা মতমদা গৌড়দেশগী লৈঙাকপা সুবুদ্ধি খাঁ নৎত্রগা সুবুদ্ধি বাযনা ওইবম্মী। মাগী নাক্তা হুসেন খা কৌবা

যাম্না নাপন। চাউবা অমসুং লৌশিং শিংবা মানাই অমা লৈবম্মী। লোংমা কবিগুম্না থবক অমা শোয়াখলদা নিংথৌনা মাব মওংমদা লৈনা কল্লম্মী। মদুদা নাপন চাউবা মানাই মানা বারৌখিবম্মা অমসুং মবৃক্কিংদা নিংথৌব মফম লৌথোক্কে হায়না চেৎনা বাশক্লম্মী। মহাক মতৌশিং লৌবান। অচৌ অচৌবা কম্নাইবাশিংনা নিংথৌবু মবৃক্কিং মবৃক্কিংদা তাথা তাওইনা খল্লম্মী। মহাক্না পম্নমক্কগা তুনবগী কাবগুম্না মতং অমা তৌদুনা নিংথৌবু জেলদা থম্লগা মশামক্না গৌড়দেশগী নিংথৌ ওইবম্মী। সুবুদ্ধি রায় হুসেন খাগা কন্দা ওইখ্রবা মতমদা মাগী নুপানা মাবু হাংভোক্লাস হায়বম্মী। অদুবু হুসেন খা অদুক হাক্না তান্থবা মীশক ওইবমদে। মানা হায়- 'মানা ঐগী ফত্তনবা তৌববসু মহাক ঐগী মপু ওইবম্নিনি, মাগী মচেং চাবম্বনি। মনা মাগা মথবায লৌবোই' হায়বগা মানা নিংথৌবু থাদোকাখি। অদুবু লৈ নক্রী পাএদা যাওবা মানা থকপা ঈশিং মখাক নমদুনা মখযাগে।

পোক্পদগী হৌনা নিংথৌগী নুংঙাই যাইফবদা চাউবা সুব-বাযগা বৃদ্ধনা মদ যাবা ভপ্লমদে। অচম্না মতংদা পাংথোকপা যানবগীদমক মহাক বংগশীদা লাক্লম্মী। কাশাগী পাণ্ডতসু থোইনা হন্থবা নত্তে, শাস্ত্র নাংথনা ভক্ত চাক্কোননা মখোয়নসু অদম্না তৌননবা তাকাপবম্মা। থনায থাবা চৈমতন্দবা সুবুদ্ধি খাঁ কোযচং চত্তনা খাওলম্মী। মতম খবা লৈবগী বাবাণসাদা মহাপ্রভু লেইউরনা মতমদা হবৎচাগী নাম তাবদগী মহাক ইবুংঙোগী চরণদা চতজবকাখি অমসুং বাবম পুম্নমক হঙ্গৎচাখি। পম্নমক্তা তাবগী মহাপ্রভুনা তাকাপখি 'থাদংদনা শবায থাবা কাল্লদে। বৃন্দাবনদা লৈউগী মাহং নুংথল চুপ্না শ্রীকৃষ্ণ লীলাশিংজৌ অদগী ভক্ত বৈষ্ণবাশিংগী সেবা অর্চনা তৌজৌ। ঈশ্বরগী নাম শোঙ্গুবদি মপোক কযাগী পাপ কোকচনানি।' মহাক প্রভুগী যাথং ইঙ্গদুনা বৃন্দাবনদা লৈবকখি।

হৌবদৈ মহাক উমং বামংদা চৎলগা অকংবা শাং চল্লুই। মদু পেশা অহুনা মাব অশাংপদা যোল্লগা, পেশা অমগা চনাখক চাবগা লেল্লম্মা। অবেস্না পেশা অদ দকান্দার অমগী মফমদা তংশল্লম্মা। মদুনা খাউ লৈবগী বংগালা লাযববা যাত্রীশিং অমদ ভত্তাশিংদা টৈবজবমদাইদা তৈনবগীদমক

ওই। সার্বভৌমগী ছাত্রশিংগী মনুংদা রঘুনাথদাস, ভবানন্দ, রঘুনন্দন, কৃষ্ণানন্দ অমদি মুরারী গুপ্তনচিংবা লৈবাক্না খঙনবা অমসুং মপুং ফাববা পাণ্ডিত্যশিং লৈবম্মী। অসুম্না মতমদুদা নবদ্বীপ বঙ্গাল অপুম্বদা বিদ্যাগী অথোইবা মফম অমা ওইনা খঙনবম্মী। ছাত্র চা কযামুক পূল্লপ্না গঙ্গাগী হিদেনশিংদা ঈকজবম্মী অমসুং অমগা অমগা শাস্ত্র নৈনবতদা মীথোই মাহেনবা তান্নবম্মী। মাযগৈ মরিমক্তা পণ্ডিত ঙাক্তনা পূমলাও লাওলম্মী। ন্যায়গী ফংগ তৌনদুনা অমদি ব্যাকরণগী মতাং হংন-থিনদুনা লৈবাক মচা তারা অমসুং ইনাক কৈবাক খুনবা মী ওইশিংসু সংস্কৃত বিদ্যাবু ঙসিগুম্না কান্নদবনি হায়না লৌনবমদে। মরম অদুনা ওজা অমদি ছাত্রশিংদা চানবা শেংন ইন্নবগী অরাংপা লৈবমদে। ইনাক খুনবা মী ওইনা মখোযগী চানবা শেংন ইন্নবগী থৌরাং মশাগী শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোযননা থৌরাং তৌবম্মী। অসিগুম্বা কল্লবা ঈহৌগী মতমদা মহৈ পাক শন্দোকফমগী লমদমসিদা মহাপ্রভু চৈতন্যদেব পোকাখ। ইবুংঙো মহাক্না মশাগী ভক্তি গঙ্গাগী ঈহৌবকপদা পণ্ডিত মযাম পূম্নমক্কী নাস্তিকবাদ (লাই থাজদবা) গী বাখল শৈথিবক পন্না তাউথহনখি। ইবুংঙোগী ভক্তিগী রাখন্না নবদ্বীপ রাখল চেনবা (ভাবুক) ভক্তশিংগী পূনফম অমসুং ভক্তিগী কেন্দ্র ওইবম্মী।

# য়াওফম তাকপা

## ভক্ত হরিদাস



## নিংথৌ বামানন্দ রায়



## শ্রীরঘুনাথদাস



## শ্রীরূপ অমসুং সনাতন

# শ্রীহরি

খুরুমজৈ ননাইনা নখুয়া থম্বান্দা
ননাইগী মনাইদং ওইজবা ফংনবা,
গুরুগী চরণদা চঙজেবা উম্নবা
নঙগী নামগী মহাও তংজকম খঙনবা।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত
ভক্ত হরিদাস রামানন্দ বৈষ্ণব,
রঘুনাথদাস শ্রীরূপ সনাতন
খুরুমজৈ নিজৌরি কৃষ্ণ নাম কাউন্দবা।

# ভক্ত হরিদাস

অহো বত শ্বপচোঽতো গরীয়ান্
যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ততে নাম তুভ্যম্।
তেপুস্তপস্তে জুহুবু: সস্নুরার্যা
ব্রহ্মানূচুর্নাম গৃণন্তি যে তে ।।

(শ্রীমদ্ভা. ৩/৩৩/৭)

(হায়- হায় ওস্থোকপনি ! হে প্রভো ! মাগী মরৈ লৈয়েংদা ইবুংঙো নঙগী নাম শোঞ্জগে থৌরাংজবা মহাক্তু মাগী জাতিনা কবিগুম্বা হুযজাবা চণ্ডালমক ওইরগসু, নঙগী নামবু থৌওইদনা তত্তনা যজ্ঞ- যাগনচিংবা কর্মদা মবুক্লিং চঙবা শারিবা ব্রাহ্মণশিংদুদগী হেন্না শেংজৈ। হে ভগবন্ ! মরোন অহুম লানবিহৈবা নামতবু শকচ- শোঞ্জবা মহাকখক্লা - শোয়দনমক তপ কয়া, মরোন থোকপা বেদ কয়া, নিয়ম চুম্ন কচ্চবা হোম কযা অমসুং তীর্থ কযাগী মহৈ ফংজৈ । মবমদি নঙগী পুণ্য- নামদুদা পুণ্য- কর্ম পূম্বা তিল্লি।)

মাগী থৌজানগী মকম থূপ্না খজিক ফংজবনা নামগী মশক ওইবা সংসার অসি লেঙদনা থম্বিবিবা, মানা পীশুম শূকপদতা গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিনা মথৌ খৈবিক পূম্লেপ লেপ্লা, মপান নাইদবা ব্রহ্মা গু কোটিগী মপু ওইবা ভগবানগী নামগী থোইদোকপবু ঐগুম্বা কবিসু লৈতবগী লৈযেংনা শীংথাবা কদায় যৌনা ঙমগান " হরিনাম কাউদবদা ওইরোইদবা কবি লৈ ? ভগবানগী নাম তত্তনা শোনবদা পাঙ্ঙোইদবা কবি লৈ ? মীদুগী লৈয়েংদা থুম্লবা শ্রীহরিগী নামরস তংখ্রবদা সংসাবগী লৈজ- লৈথুম্না মঙোন্দা কৈদৌনরুনি ? যজ্ঞ, যাগ, জপ, তপ, ধ্যান, পূজা নিষ্ঠা, যোগ, সমাধি পূম্নমকী মহৈ: ভগবানগী নামদা পেনবনা ওইবা ভাক্তি। কর্ম কযাসি তৌজবদা ভগবানগী নামদা পেনবা ওইদ্রবদি কর্ম কয়াদু অবেম্বনি খনগদবনি। কর্ম পূম্নমকসিগী অরোইবা অমসুং খ্বাইদগী অথোইবা মহৈ: ভগবানগী নামদা

ও পুং চেংবান। সাধনা তৌজনদবাদ ভগবাননগী নাম খক্তনি মদুগা কর্ম পুন্নমক অদুদ নামগা সাধন খক্তনি। নাম তত্তনা শোনবদা দেশ, কাল, পাত্র, জাত, বর্ণ, মতম চাব-চাদবা, শেংবা-শেংদবা পুন্নমক্কী বিচাব লৈতে। নহাক কবন্মা ফিভমদা ওইসনু, কদাযদা ওইসনু, কবন্মা ওইসনু, কবন্মা বর্ণগী ওইসনু, কবন্মা ফিবেপ্তা ওইসনু, মতম খুদিংমক অমসুং তাঞ্জা খুদিংমক্তা নুংশিববা শ্রীহরিগী নাম-সংকীর্ত্তন তৌজবা যাই। নাম তত্তনা শোনবদগী পাপ চেন্দগী চেল্লবা মীশকসু থোইন-হেন্না লাম্থোকচবা ঙমজে, মবম অদুনা তোন্দগী তোল্লবা মীশকফাওসু পুন্নমক্তা পূজা তৌনীংঙাই ওইজে, হন্থবদগী হন্থবমক্লসু হেনগৎ থোইগৎপা ওইজে অমসুং ফত্তবদগী ফৎত্রবা মীমক্লসু অথোইবা ভগবদ্ভক্ত ওইজে। কবীবদাসনা হাযবন্মী।

**নাম জপত কুষ্ঠী ভলো, চুড় চুড় গিরৈ জো চাম :**
**কঞ্চন দেহ কিস কামকী জিহি মুখ নাহীং রাম।।**

নাম তত্তনা শোনবদা কষ্ট লাইথু, কোকচেন্দো।
সনাগা হকচাং কৈদৌনানি মচান্দা বাম শোন্দ্রবদা।।।

ভক্তশিংগী মকোক থোংবা মহাত্মা হবিদাস যবন শাগৈদা পোক্লবসু ভগবাননগী শ্রীনামগী মযাইনা ভগবদ্ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী অযুক্তা নীংশিংবা যাবা ওইজাখ। মথোই মাহেনবা মহাক ভগবাননগী নামবু অঙকপা ওইনা পামজবন্মা।

মহাত্মা হবিদাস বঙ্গালগী যশোহব জিলাগী মনুংচনবা 'বুডন' কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। মহাক মুসলমান জাতিগী মী ওইনি। খ্বাইনা খঙনৈ, অঙাং ওইবিঙৈদা মমা মপানা মবু লমডা ওইত্তল্লগা হবিগী নামনা অবোইবা যাহিপ তানখিবনা, পিশক পীক্ল মযম মকৈ খাদোক্তুনা হবিগী নাম তত্তনা শকচ শোঞ্জদুনা কোযনা চৎলকখি। নহাক মপোক্কী অফবা সংস্কাব লৈজবকখি, ভগবাননগী তোপ্লোপ্পা কৃপা লৈবকখি, মবম অদুনা মুসলমান

শাগৈন্দা পোক্লগসু মহাক ভগবানগী নামদা তশেংনা মন্নাক্লং লপচখি। ভগবাননা কযাবক হন্না হার্যাখবা লৈ **'যস্যাহমনুগৃহ্নামি হরিষ্যে তদ্ধনং শনৈঃ।'** হাযবদি, মাবু ঐনা কৃপা তৌবিদুনা ঐঙোন্দা চঙজহল্লবদা অহানবদা অসুম মশাগীনি হাযবা কবিগুম্বা মবল অমফাও লৈহল্লমদে। মসিনা ইহান হানবা ওইনা ভগবান্না মাগী মথক্তা অচৌবা কৃপা অমা হাপ্লিবা ওইখি। মশাগীনি হাযজনীংঙাই মাগী মফমদা উগী খুজাই অমফাও লৈজবমদে। অবাম- খৌবাং মতমদা মানা খুঙ্গংশিংদা ভিক্ষা নিকই। ফংঙকপা খবদং অদু নোংমগী অমুক্তং চাবগা তত্তনা নাম শোঞ্জদুনা লৈবম্মী। মযুম থাদোক্লগা মহাক বনগ্রামগী মনাক্তা লৈবা বেনাপোল কৌবা শুক্লবা বন্দা ইগী খাংপোক শাবগা মথন্তা লৈবম্মী। মাগী মঙাল অমসুং মযাইনা মফমদুগী জীব পুম্বা থোইদোকপা মখলগী অঙকপা শান্তিগী বাখল চেন্নবম্মী। কনাগুম্বা জীবনা মাগী মাঙদা চঙলকপদা মাগী মযাইনা অদুম তেথবম্মী। মহাক নোংমদা নাম লখ অহুম শোল্লম্মী, মদুসু তপ্প নত্তে, হৌর্ননি। মানা ভগবানগী নাম হৌনা শোনবদ অচৎ-চত্ত জীবশিংনা প্রভুগী নামদু তাক্নবগা নাধনবগীদমক্নি। মানা জীবখক্কী লাঞ্জনবা অমত্তা ঙাযবা সাধন ভগবানগী নামথক্লি খল্লম্মী। মদুদগী ইকুই কৃইদনা মাগী মিংচৎ মনমদু লাপ্ল লাপ্লা শন্দোকখি। অচৌ অচৌবা কযানা, অবাপ্পগী মীওইশিংনা মাবু দর্শন তৌনা লাক্লবম্মী। ফত্ত লৌশিং চেনবা কল্লকমিহৌ চাডবা মীওইশিংনা মাগী মিংচৎ মদুদা খাঙবা ঙম্লবমদে। মখোয পম্বনা মচোন্দা মবম চাদনা যেংথোকনা খন্নবম্মী। কল্লক চাউবশিংদগী মনুংদা মফমদুদা লৈবা বামচন্দ্রখাঁ কৌবা লৌযাম চাবা অমসু যাওবম্মী। মানা মাবু যাম্না তোম্বনা যেংবা পাম্লম্মী। মাগী হেনগৎলক্লিবা মিংচৎ অদু উহন্ন শানা মাঙহন্নবা খল্লম্মী। সাধকশিংবু লৈখা তাহন্নবগীদমক নুপীগা সনাগা অনী অসি যাম্না মিহৌনীংঙাইনি, অনীসিগী মনুংদা নুপীগী মিহৌনবনা ইহেন হেল্লি লৌনৈ। বামচন্দ্রখানা হরিদাসবু মিহৌহল্লগা তোম্বনা ডহন্নবগীদমক খনখিবম্মী। অদুবু মাবুদি মাগী স্বামীনা মতম পুম্নমক্তা কনাবম্মী। সংসাব অপুম্বনা মাবু যেক্লবমকসু ওইবসনু, মাবু কনানা কৈদৌঙৈদা মত্তু নাম তৎহনবা ঙমগনি ? অদুবু অতোনবা

মীনা মাগী তোন্থজবা মতৌদা থোইনা শীঙনকবা তৌদে। বামচন্দ্রখাঁনা মশক- মতৌ চঙখোনবী চহী তবাতকক্লোমদা ঙাযবিবী ওক্তবী অমা মাগী ভজন থুগাইকনবা থাখিবন্মী। মশক- মতৌদা চাউথোকচবী ওক্তবীদুনসু মাবু লৈখা তাহনগে হাযনা বাশক্তুনা যাম্না কে মৌনা হবিদাসকী আশ্রমদা থুংলন্মী। মহাক শক্কী নাপন তৌজবীনি, অদুনা মানা খঞ্জবন্মী, কনাগুম্বা নুপানা ঐগী ইশক- ইতৌ নীংথিজবা উবগা পামদনীংঙাই কবি লৈ। অদুবু হবিনামদা লূপখ্রবা মঙোন্দদি অসিগুম্বা মপান্থোংগী ওইবা সংসাবগী শক- চু চঙখোনবদু কবিসু কান্নবা ওইদে, অদুগুম্বা হবিগী মনাইনা মাগী মশক ফজবদুগী মাযগৈবোমদা মমায় ফাওবা হাইগৎলকখিদে।

আ: ! কযাদ মপৃংফানা থাদোক্লবা, কযাদ ঙকখ্রবা বৈবাগ্যনো, কযামকম ঙক্লা ইন্দ্রিবু লাকশিল্লবা। অদোম খ্বাইনা ইশা- ইশাগী থম্মোযদা খৃৎনা পোপ পোপ যৈব যৈবগা খন্নগদৌবা মঙাযবে। চীকখ্রবা বন, হবিদাস পাখংগী মতম, মতোমদা চীক্লা লৈবা মফম, থোইনা মশক- মতৌ চঙখোনবী নীংথিবী, অদুগা মশামকসু হবিদা প্রেমগী ভিক্ষা নিববা, অদুগা মদুদা বৈবাগ্য মহাপুকষ ওইবা মাগী থম্মোযদা খাজিক্তফাওবা মবুক্লিং চোইবা পোক্তবা, মানা লেঙদনা অদুম শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন্দা মর্বৃক্লিং লূপ্লা লৈজখি। মীনা খনবা ঙম্মবোইদবনি। ফজবীদুনা চঙশিল্লগা র্তমিন্না ফম্লন্মী। হবিদাসনা বাখল ঈচেল লেপ্পুনা মাগী মহামন্ত্রদু ক্তভনা শোন্দুনা লৌখি -

**হবে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।**
**হরে রাম হরে বাম বাম রাম হরে হরে ।।**

নুামৎ থেঙথখ্রে, নুমিদাংবাই ওইবকখি। অহিং হৌখি নোংঙাল্লকখি। অসুম্না নুমিৎ মর্বিান হৌখিবন্মী। ফজবীদু নুমিৎ খৃদিংগী লাকই, নুমিৎ খৃদিংগী অদুম্মাক হনখি। কবি কবিগুম্বদা মবক মবক্তা নম- হাদুনা হবিদাসতা বাবী শাসি হৌদোক্লন্মী। মদুদা হবিদাসনা যাম্না নোল্লুক্লা খুম্নকখি ইবেন্মা, লেঙ্ভশিনসি। ঐগী নাম শোনবসি মশীং শুখিগে,

অদুগা কোন্না ইবেম্মগী ৱাদু তাগে। অদুবু নাম শোনবগী মশীংদুদি তবা কুনমুক্কী ॥ নত্তে, লীশীং অমা অনীগাসু নত্তে, নাম লাখ অহুম মপূং ফানা শোনবনি, মদুসু হৌনা লাউনা ঈশৈ ওইনা। মদুদা নুমিৎ মবিনিদু অবেম্বা তাখি। নোংঙানবগা লাকই, নুমিৎযুংফাও ফমই, হবিদাসনা নুংশিনা শকই-

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥**

উপায় লৈত্রবী মাসু ফম্ন- ফম্না মন্ত্রদু শোনবা যাওখ্রে। নুমদাংৱাইদা লাক্লগা নোংযাইফাওবা ফম্লম্মী। হবিদাস তেক্ত- কায়দ শোন্দুনা অদুম লৈবম্মী -

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥**

নুমিৎ হুম্নি চপ্পা অতৎ অখম নাইদনা হবিনাম নীংশিংজবদগী মাগী পাপ অপূম্বা কোকখবে। মপাপ কোকচবদগী মবুদ্ধি পূমহোং হোংখবে। হৌজিক মহাক মশানা মশাব হন্ন তন্না নীংঙমজবকখিদে। অসি শুপ্না মহাপকুযাসগী নাওা কযাদা ফত্তনা খল্লগা লাকাখবা, মদ পন্নমক খল্লগা তন্ন তন্না মবুাক্লংদা থোইন হেন্না বাজখি। মমৈদা মহাক লৈবা ধাবকাখিদে। থোইনা মবক্লি কথনা মহাক হাবদাসগী চবণদ মক লকথজবম্মী। মমিত্তা মপি শিন্থদুনা হীক্ল- হীক্লা হংগৎখি ‘হে লাহবককবা’ অশেংবমক অদোম অতোনববু লানাবিবনি। অদোম জীবশিংবু ভমখে লৈতনা থৌজানাবিবনি। অদোম থৌজাল হৈ, অদোমগী কৃপাদা মতিক চায- চাগে খনাবদনা জীবগী মফমদা চপ মান্ননা থৌজান পীবি। ঐগুন্সী তোল্লবা লোকনা নিন্দা তৌববী অমসুং মাঙজববী তোল্লবী, নুপী অমগী মফমদস অদোম্মা ভমখৈ লৈতনা থৌজান উৎপিখ্রবনি। ভগবান খম্ভজদবী ননাইনা

চবণ নাক্তা চঙজবকপা, সৎসঙ্গগী মযাইনা ননাইগী বাখল পূমহোং হোংখ্রে। শ্রীহবিগী থুল্লবা মিংলেন তাজবদগী ননাইগী ইপাপ পূমকোক কোকখ্রে। হৌজিক ননাই ওইবী ঐহাক অদোমগী চবণদা চঙজবে। তোল্লবী পাঙ্গল শোল্লবী ননাইবু অমুক্তা কনবিযু। ননাইগী তমথীববা ইপাপ অসি কোকচনবা উপায় তাকপিযু। কোকচবা ঙমজগদ্রা ' হন্না হন্না হাযজদুনা হবিদাসগী চবণদা হন্না হন্না খুকমজখি।

হবিদাসনা নুংশিবিবদুনা তাকপিবকখি - 'ইবেম্মা ' হৌগৎলু, কবিসু বাকৎনু। থোইনা থীজাল হৈববা শ্রীহবি লৈবিদনা। ইবুংঙো মাদি তোল্লবা, পাপ চেনবা, লৈখা তাববা জীব মখল খূদিংমক কনবিবনি। ইবুংঙো মাগী কাদা অচান মীবায লৈত্রবনি। ভগবানগী নামগী মাঙদা তমগীদগী তমথীববা পাপ লৈবা ঙমদ্দ, ভগবানগী নামদা পাপ খৈবিক কোকচনবগী অসুপ কনবা শক্তি লৈ মদ্দদি কনাগুম্বন কযামুক তমথাবা পাপ চেন্দগী চেনবা ওইবসনু, পাপ অদুক কোকচনবগী হবিনামদা শক্তি লৈ, মহাক পাপ তৌববোইদবনি। নঙনা পাপকী কর্ম তৌদুনা চানখিবা শন নযামদো অবাকপশিংদা যেংল্লাকখো। অদুগা তঙনা হবিনাম কীর্তন তৌজৌ। মদুতনা নহাক্কী পাপ পুম্না কোকচগনি অদুগা শ্রীভগবানগী চবণদা নহাক অচেৎপা পেঙ্গবদু ওইবক্নি। সিনা লেইবে

**হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।।**

মহামন্ত্র অসিখক্তা তৌবা ঙম্না খৈবিক তিল্লবনি। মসিবু তত্তনা শোঙ্জৌ। খাংপোকশঙ অসিদা হৌজিক ঐহাক লৈববোই। নহাক মসিদা লৈজবো।' ওক্তবী মঙোন্দা অসুম্না পাউতাক পীবল্লগা মহাভাগবত হবিদাস চুমদ্রিং শান্তিপুব তান্না চংখিবম্মী অদুগা মফম অদু যৌবগা অদ্বৈতাচার্যগী নাক্তা তম্না যাবা তমজদুনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ কীর্তন তৌজদুনা মতম চুপ্পা পক্লিং লপ্পা লৈবকখি।

ওক্তবী মহাক অদুসু হরিদাসগী য়াথং মতুং ইন্না মশাগী লৈজবা পূম্বা কাংলাকচদুনা কবিসু লৈজদ্রবীগী মতৌগুম শেং- ইঞ্জখি। মহাক শেগাযবা মল্লবা ফিজেৎ- ফিগায়থক মশাদা থোংলগা অমসুং ভিক্ষা তৌদুনা লেঞ্জরগা মাগী গুরুদেবগী খোঙ্গুল লীজখি। মতম ইকুই কুইদনা মাগী ভক্তিগী মিংচৎ লাপ্ন- লাপ্না শন্দোকখি। অয়াম্বা মীওইশিং মাবু দর্শন তৌবা লাক্ল খি। মহাক হরিদাসী হায়না মিংগৌনদুনা মফম খুদিং মামং চৎখি। মীয়াম্না মাবু থোইনা হেন্না লুন- চান্না তৌনবকখি। মহাপুরুষশিংনা শেংনা হায়র্নাখি, সাধু- বৈষ্ণব পূকচেন চাউবশিংনা মাঙজববা কয়াগা তিন্নবিদুনা অবেম্বদা মাঙহন্দে। সৎসঙ্গগী মহিমাসি অসি ওইবে ।

নাকল অমবোমদা রামচন্দ্রখাঁ মশানা ফত্তবা তৌজবগী মহৈ: মফমদুদা অদুম্মক ফংর্জাখি। বাদসাহদা মতম চানা খাজনা থীদবগী মবানদা মহাক দণ্ডি চাউনা ফংখি। বাদসাহগী মীওইশিংনা মাগী য়ুমদা লাক্লগা চাহৈদবা কয়া চাখি অমসুং নুপী অঙাংশিং লোয়নবা পূল্লগা নিংথৌগী নাক্ত পুখৎখি। অদুদা নত্তনা অতৈ মখল মখা অযাম্বা অবাবা কয়া খাঙবা তাখি। অচুম্বনি, মানা মানা তৌজবদু মানা মানা ফংজর্বনি। ❖

# হরিদাসনা নাম পামজবা

রামনাম জপতাং কুতো ভয়ং
সর্বতাপশমনৈক ভেষজম্।
পশ্য তাত মম গাত্রসন্নিধৌ
পাবকোঽপি সলিলায়তেঽধুনা।।

(অনর্ঘরাঘব না.)

(মৈনুংদা হুঞ্জিল্লবদসু প্রহলাদ মৈনা চাক্তুবদা মানা মপাবুং হিরণ্যকশিপুদা অকিবা লৈতনা হায়বকখি- 'শ্রীরামগী নাম শোঞ্জবা মীনা কদায়দা অকিবা লৈগদগে। মরমদি আধিভৌতিক (হকচাংদগী পোকপা), আধিদৈবিক (লাইনা তম্বদগী ওইবা), অমসুং আধ্যাত্মিক (থরায় নুংঙাইতবদগী পোকপা) অরা- মৈচাক মখলশিংবু কোকহনবিবা রামনামগী মশক ওইবা থোইদোকপা হীদাক মচন অদু থকচবিবা মীদুগী মফমদা কবি মরমগী অরা মৈচাক ফংগদৌরিবনো হে ইপা ইবুংঙো! অশেংবা প্রমাণ কবি ওইগনি পাবুংনা উবিবিবসিনি। নচা ঐগী হকচাং কযার্থশিংদা রায়বকপা অশাবা মৈর্নি আসমকসু ঈশিংগা মান্ননা ঈংলিবর্সিনি। হায়বদি মসিনা ঐবু চাকহনব' ঙমদে। মসিনি রামনামগী থোইদোকপা।)

জপ, তপ, ভজন অমদি হন্দক- মপোক্কী, নহান- মপোক্কী হায়বা কর্ম মখল কয়াদা থাজবতনা মক ওই। থাজনা তৌজবা কর্মনা মরম ওইদুনা মহাক মদুগা মহে ফংজগনি। মহৈ:গী অথোইবা মরম থাজবর্থক্লি। থাজবগী মাংদা কবিশুন্বা অমফাও ওইথোক্তবা লৈতে। ওইথোক্তবা হায়বসিদি থাজদবগী অতোপ্পা বার্হৈনি। থাজবগী মাঙদা পূম্নমক ওইথোকই। থাজবগী পাম্বৈনা চরণামৃতান খল্লগা মীবানা হু থকখি, নামদেবনা নুংগী মূর্ত্তিদা লৃক হাহনখি। ধন্না ভগতকী মক্ষ থাদনা লৌবুক্তা লৌবোক পোথোক ফংভাখ অমসুং বৈদাসদা ভগবানগী মূর্ত্তিবু হিংগৎপা ওইনা উহনখি। পূম্নমক আস ভক্তশিংগী থাজবগা অঙকপা মওং ঙাক্তনি। মহাক অদুনা

ভগবানগী নামবু চেৎনা পামজববদা, খুদোং থীবদগী থীববা ফাওবসু অচম্বা থৌদোক্কুম থল্লি। মখোযদুনা কিদগী কিববা খুদোংথীবদসু মশাগী থাজবদুনা পূক্লিং লাওতক্লদে। ধ্রুব অমদি প্রহলাদগী জগৎ শীনবা থুংনা খঙনবা চবিত্র মসিগী প্রমাণনি। চবিত্রশিং অদুদি য়াম্না লিববা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা খবনদি অর্থ লৈতবনিসু মহাযনৈ, অদুবু মহাত্মা হবিদাসগী নাম পামজবগী মৈচাক্কী প্রমাণদি ঙবাং-নহানগীনি। মাঙওইননা মাগা তিন্নহৌবা অমসুং লৈমিন্নহৌবা অমদি মমিৎমক্লা মাগী অকিবগী মশক ওইবা অৱাবশিংদুগী মতৌ উহৌবশিং অদুনা মাগী চবিত্র ইবম্মী। অদুক অকিবগী মশক ওইবা অবাবশিং অদু অচম্বা মীওই কনানা খাঙবা ঙমগদগে ? কৈদৌঙৈদসু ঙম্মোই। থম্মোযদা অচেৎপা থাজনীংঙাই ওইবা থোইদোকপা লৈত্রিবমখৈ, অসিগুম্বা অচেৎপা মতৌ অসি ওইথোকপা খক যাবোই।

বেনাপোলগী অচীকপা খাংপোক্তা ওক্তবীবু কর্নবিবগা অমসুং মাবু খাংপোক্লদা থম্বিবগা মহাত্মা হবিদাস শান্তিপুবদা লাক্লুনা অদ্বৈতাচার্যগী সৎসঙ্গদা লৈজবখি। শান্তিপুব মনাক্তা লৈবা ফুলিযা কৌবা খুঙ্গংদা অচীকপান খঞ্জদুনা মশাগী খাংপোকশঙ মচা অমা শাজখি। মদুদা অহিং নুংথিল চপ্প ভগবানগী নাম শোঞ্জদুনা লৈজবকখি। মতমদুদা দেশ অপূম্বা মুসলমানশিংনা লিংনা লৈবম্মী। থোইদোক্লদ্ম বঙ্গালদদি মুসমানগী তৌবা ঙম্বগী অমসু মুসলমান ধর্মগা অকনবা শাফ লৈবম্মী। ইস্লাম ধর্মগা মাযোক্তা কনামত ফেৎ হাইবা ঙম্লবমদে। মফম - মফম খ্যাদংদা ইস্লাম ধর্ম শন্দোক্লবগাদমক কাজ (মুসলমানগা লৈঙাক হনবা চৈবাকপা) হাপ্লম্মা। মখোযদুনা কনাগুম্বা ইস্লাম ধর্ম শন্দোকপদা পলহাল্ল খনবা মী ওতব্ বাদশাহদা অকনবা চৈবাক পীহল্লম্মা। মদুনা অমক হন্ন কনাগুম্বা অতোপ্পদা মুসলমান ধর্ম শন্দোকপদা ওৎ থাবা ঙমদনবা। মতৌ অসুম্না মতম অদুগী মপু শাবা অমাদ নোংদম্বা ধর্মগী ঠীকাদাব কাজীনা ওইবম্মী। লৈঙাক থৌশিন মপুংফানা তৌঙম্বা মতৌ ওইবনা কাজী হাযবসি মতমদুগী বাদসহনি খন্নবম্মী। ফুলিযাগী মনাক নকপদসু গোবাই কৌবা কাজা অমসু থবক অসিগীদমক হাপ্লম্মী। অদুদৈঙদা মহাত্মা হবিদাসগী মাতক মযাই অদ উবকপদা মিহৌবগী ঙমখৈ লৌখদে। মানা খল্লম্মা

'হরিদাসগী হেনগৎলক্লিবা মতিক ময়াইসি করিগুম্বা থিংহৌদ্রগদি ইস্লাম ধর্মদা য়াম্না চাউবা চৈথেং অমা নংলগনি। হরিদাস মুসলমান জাতিনি। মুসলমান ওইবগা মহাক হিন্দু ধর্ম প্রচাব তৌই। মহাক কৌজেং- হরৌগুম চীক- চাক চীক- চাক ধর্ম মাঙনবা তৌই। মহাক কাফির (ধর্ম থৌওইদবা)নি। মবম অদুনা কাফিববু থাঙনা যান্দুনা হাৎপদা সৱাব (পুণ্য)নি। অতোপ্পনসু মাগী মতৌ উরগা মাদৌনা তৌনরক্কনি। মরম অদুনা মাবু দরবারনা মবম ওইদুনা দণ্ডি পীহনগদৌবনি। অসুম্না খল্লদুনা গোরাই কাজীনা মাগী মায়োক্তা নিংথৌ দববাবদা ৱাকৎ চত্থখি। নিংথৌ- য়াথংনা হরিদাসবু ফজিনখি অমসুং মুলুকপতিগী মফমদা মাগী মুকদ্দমা লানখৎখিরম্মী। মুলুকদারনা মঙাল অমসুং মতিক- ময়াইদু য়েংলগা অঙকপা ওইখি। মাগী ফমফম ফিদা পীবম্মী। হরিদাস ফমহল্লগা মুলুকদারনা থৌজানবিবা মতৌ উত্তুনা মহাক মশাগী ওইনা ধর্মদা থাজবদুগী মতুং ইন্না হায়খি - 'কবিনো হবিদাস ! নহাক মুসলমানগী নাকন্দা পোকপনি। ওইবিবা মতৌদু ঈশ্ববনা নহাকপু থোইদোক্লা থৌজানবিবনি। মুসলমান ওইনা পোক্লবসু নহাক কাফিবগুম মচৎ চৎপা কবিগীনো ? মদুনা নহাক মুক্তি ফংবা ঙস্মোই। লান্থোকচনবা পাম্বে অদুদি ইস্লাম ধর্মগী লাইরিক কুবানদা হাযখ্রবনি। ঐ নঙবু যাম্না নুংশিবা পোকই। ঐনা নঙবু চৈবাক পীবা পামদে। নঙ হৌজিকমক তোবা (নশানা প্রার্যশ্চিত্ত) তৌজৌ কলমা (ইস্লাম ধর্মগী লাইশোন) শোল্লগা মুহম্মদ সাহবকী চঙজফমদা চঙজৌ। ঈশ্ববনা নঙগী নবান পূম্বা ঙাকপিগনি অদুগা নহাক অবান খুভম ফংজবা ঙম্বগী মপ্ন ওইজগনি।'

মুলুকদাবগী অচম্বা অমসুং ফজবা ৱাঙাংদু তাবগা হবিদাসনা হার্যাখ - 'মহাশয ! অদোম্না তাকপিখিবা অদু ইশাগী থাজবগী মতুং ইন্না চুম্না তাকপিখিবনি। মীপূম খুদিংগী থাজবা মখল তোঙান- তোঙাল্লি। মীদুনা করিগুম্বা অমা থাজবদা মদুগা থাজবা মহৈ: পীনবিবনি। মীবু কিহন্দুনা নৎত্রগা মিহৌহনদুনা মশাগী হৌনশা ওইবা থাজববু থাদোকচবা মহাক্তুদি কিগনবা মীনি। অদুগুম্বা মীশক্তুদি পবমাত্মা ফংবা কৈদৌঙৈদসু ওইবোই। অদোম্না

থাজবর্গা মত্‌ং ইন্না চুম্লমক তাকপিবনি, অদুবু ঐনা দণ্ডিবু কিবদগী ঈশ্বরগী নাম শোঞ্জবসি থাদোক্লবদি মদুনা ঐঙোন্দা পুণ্যগী মহুত্তা পাপ ফংগনি। অদুম্না তৌবদা ঐ নবক তাগনি। ঐহাক ঈশ্বরগী নাম শোঞ্জবসিদা হৌনশা ওইনা পামজবনি, মসি ঐহাক থাদোকপা ঙমজরোই। মসিগীদমক থৱায় থারবসু অদুমঙায়বে।'

মাগী অদুগুম্বা চুম্লবা ৱাঙাংদু তারগা মুলুকদারগী থম্মোয় মহী চেনখি। মাগী চম্লবা অমসুং থুম্লবা মৱাইদু থোইনা পুক্লিং হূবম্মী। মবুক্লিং লৈশিল্লক্কুনা মুলুকদারনা হাযখি - 'নঙগী ৱাদু খর-খরা খঙবগুম তৌই, অদুবু মদুগী ৱাদুদি হিন্দুশিংগী ওইনা চুম্বা য়াই। নঙদি মুসলমাননি। নহাক মুসলমানগী মতৌ ওইনা থাজগদৌবনি।'

হরিদাসনা হায়খি - 'মহাশয় ! অদোম্না হায়বিরিবদু চুমই, অদুমদি ওইবগা থাজবদি ইশাগী ইখা পোনবা নত্তে। হান্না শেংজবকপা অদুখক্তবু থাজবনি। ঐহাক ঈশ্বরগী নাম শোঞ্জবখক্তং থাজৈ। কনাগুম্বা হিন্দুনা মশাগী থাজবা হুন্দোক্কুনা মুসনমান ওনবা মতমদা অদোম্না মাবু কবিগী দণ্ডি পীবিদবনো ? মহাক হিন্দু ওইনা লৈজবা কবিগী ঙম্মোইদৌবিবনো ? হিন্দুশিংনা মশাগী ধর্ম থাদোক্লগা মুসলমান ওইবদা অদোম্না মনীং মখা তম্বনি খনর্বিবি, মদুগী মনীংমখা তম্বদু মুসলমানসিংদসু ফংফম থোকই। মসিদা অদোম্না ঐবু কলমা শোল্লু হাযনা কবম্না লাঙতক্লহনাববনো ?' মাগী ৱাদু তাবগা বিচাবপাত তুমিন লৈখি। বিচাব মথক মখা ওন্থোকপদু কাজীনা উবক্লবদা অকনবা খোল্লাউগা লোযননা হাযবকাখ 'মদগী ৱাঙাংদু ঐহাক তানাংদে। ইস্লাম ধর্মগা মতুংতন্না চংপা মীখক্লা অবান খুভম ফংই। মদুগী মাযোক্তা আথংবা থম্লা কাফিবাশংদ ফংদে হাযবাস ইস্লাম ধমদা ইবর্ম্মী। নহাক কুফ্র। ধর্ম চত্রবা) তৌবা শাস্তি। ধর্ম চত্রবা মাবু দণ্ড পীবা ঐখোযগী ইথৌনি। অদুনা নহাক কলমা শোনগেবা নৎএগা দাণ্ড চাগেবা ? অপাম্বা শঞ্জবো।'

উপায লৈত্রবা মুলুকপাতসু তোফম খত্রলমদে। ইস্লাম ধর্মগী মাযোক্তা মাসু কাবিমত্তা হাংবা ঙম্রমদে। কাজীশংগী মাযোক্তা বিচাব তৌবগী

থৌনা মঙোন্দা লৈরমদে। মাসু কাজীগী ব্রাদু শৌগৎলদুনা হায়বকখি - 'ফবে, অচুম্বনি। হায়যু নহাক কলমা শোনবা যাবরবা ?' হবিদাসনা অকিবা লৈতনা হায়বকখি 'ঐগীদি অমুক হায়খিবদুনা লোইববনি। কন্দগী কল্লবা দণ্ডি ফংলবসু ঐনা ঐগী থাজবদগী খক হোংবা ঙল্লোই। অদোম্মা ঐগী হকচাং অসি মতূপ মতূপ কক্কুনা লংশেকপিববসু ঐগী হকচাংদা থব্রায়না লৈবিমখে ঐহাক হবি নাম থাদোকপা ঙমজবোই। অদোম্মা ঐঙোন্দা পীবিনীংবা দণ্ডি পীবিযু।'

হবিদাসকী অকিবা লৈত্রবা পাউখুম অদু তাবগা মুলুকদাব তৌফম খঙখিদ্রে। হবিদাসবু কবি দণ্ডি পীসিগে, মহাক খনফম খঙলমদে। মহাক কমদৌসিগে হায়না গোবাই কাজীগী মমায়বোমদা ওনশিল্লকখি।

মুলুকদাবগী অনীংবদু খঙলদুনা গোবাই কাজীনা হায়বকখি - 'হুজুব! লেপ্পমক দণ্ডি পীগদবনি। কবিগুম্বা মাবু দণ্ডি পীহৌদ্রবদি মানা থোকপা অমা তৌবক্কনি। মদুনা ইস্লাম ধর্মগী ফিভম চেৎলক্লোই।'

মুলুকদাবনা হায়খি 'ঐহাক কাবমতা লাম্ন ফংদ্রে। হায়বকউ, কবি দণ্ডি পীসিগে ?

গোবাই কাজীনা অকনবা বাহৈনা হায়বকখি - 'হুজুব ! মসি অহানবা বায়ের্নানি, খ্বাই পম্নমক্কী নাকোং যৌখ্রসনু। মতুংদা কনাগুম্বনা অসি গুম্বাস তৌবা ঙমদনবা। ইস্লাম ধর্মগী মতুং ইন্নদি শিবগী দণ্ডি পীগদবনি। অদুবু ইচম চম্মা শিবগী দণ্ডি পাবা চুল্লোই। মনঙ্গন্দা লীচৈনা ফূদুনা কৈথেন কুনগানথোই কোযনা খোঙ্গোইনগদবনি। অদুনা লীচৈনা ফ ফূদনা মথ্নায লৌগদবনি। মদতদা মীপূম খূদংমক্তা অদুম্না তৌবা ঙম্নবোই।

মলুকদাবনা তৌফম খঙদ্রদুনা ব্রাবেপ তাখ্রে। লীচৈ পাযবা মনাইশিংনা মহাত্মা হবিদাসবু পুল্লগা মনঙ্গন্দা লীচৈনা ফূদুনা কৈথেন খূদিং কোযনা পুখি। তত্তনা অসুম ফূবকপদা হবিদাসগী নৌববা দেহ কুবোল থোক হুখি। মনঙ্গন্দগী ঈ ব্রা- ব্রা চেস্থবর্কাখি। নুংশ হৈত্রবা মীহাৎপশিংদুনা মাগী অশোকপা মফর্মাশিংদুদা হেন্ন- হেন্না ফদৎলম্মী। অদুবু হাবিদাসগী মচীন্দা হান্নগী মতৌ ইকায কাযদনা হবিধবনি হৌন হৌনা শোঙ্গখি। মঙোন্দা

লীচৈগী চৈনা ফাওখিদে। কৈথেন্দা য়েংনরিবশিংদুনা মাগী মতৌ অদুদা খাঙঙমদনা মমিৎ উইশিন উইশিন লৈনখি, কনা কনাগুম্বদি কপ্পবসু ময়াওখি, অদুবু হরিদাসগী মচীন্দদি 'অয়ো' ফাওবা হায়খিদে। মহাক হরাও হরাওনা কৃষ্ণ- নাম শোল্ল- শোল্ল মীনাইশিংদুগা লোয়ননা অদুম চৎলম্মী।

কৈথেন থুংনা পুরুরে। মশাদু ঈহিং নাহিং শারে। অদুবু হবিদাস প্রাণ মাঙলমদে। মীনাই ময়াম অদুনা অঙকপগা লোয়ননা হায়রকখি - মহাশয় ! অসুক তমথীবা মীদি ঐখোয় ঙসি ফাওবা থেংনরক্ত্রি। চাউরাক্লা লীচৈনা তরারক- কুল্লক ফৃবদা মী অদু হেক্তা শিবনি। কনা কনাগুম্বদি মঙা- তরারকতা অদুম হেক্তা ৱাম্থবনি। অদোমগী নঙ্গনসিদা লীচৈ মশীং খঙদনা য়ৈরবফাওদসু 'ইস' ফাওবা হায়দবা ! করিগুম্বা অদোম্মা থৱায় থাদ্রবদি ঐখোয় দণ্ডি ফংলগনি। খঙবা ঙম্লে ঐখোয় অদোম্মা শোল্লিবা নাম অদুগী ময়াইনা খাঙঙমদবা অৱাবদা খজিক্তফাও ৱাদবা ! ঐখোয় হৌজিক কমদৌনি।

থৌজানগী পূকচেন চেনবা মহাত্মা হরিদাসনা মতমদুদা মাবু দণ্ডি পীরিবা, পীহল্লিবশিংদুগী য়াইফনবা প্রভুগী চরণদা প্রার্থনা তৌরম্মী। মহাক্না খঙজদ্রবশিংদুগী মরাল অদু ঙাকপিনবা ভগবান্দা হায়জরম্মী। খুদক অদুমক্তদা পূম্নমক্না খঙনবকখি, মহাত্মা হরিদাস জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়থক্তা তুথখ্রে। মীনাইশিংনা মহাকপু তশেংনা শিরবনি খন্নখি। অদুম্না খন্নদুনা মাবু মুলুকদারগী নাক্তা পুখৎলকখি। গোরাই কাজীগী অয়াবা লৌরগা মুলুকদারনা মহাকপু গঙ্গাদা থাদখিনবা য়াথং পীখি। গোবাই কাজীনা হায়রকখি - 'কব্রদা ফুমজিলহনবদা মহাক বহিশ্‌ত (স্বর্গ) ফংগনি। মাদি মুসলমান ধর্ম থাদোকখ্রবনি। অদুনা গঙ্গাদা অদুম থাদখিবনা ফৈ।' মীনাইশিংনা মুলুকদারগী য়াথং ইন্না হবিদাসগী হকচাং অদু তোল্লববু লানবীবা গঙ্গাগী ঈচেন্দা তাউথহনখি। গঙ্গামাতাগী নুংঙাইবা পোকপা, ঈংলবা জল অদুনা শোকপদগী হরিদাস জ্ঞান লাকখি অমসুং গঙ্গাগী ঈচেন্না চেম্থ- চেম্থদুনা ফুলিয়াগী মনাক নকপা হিদেন অমদা য়ৌশিল্লকখি। মাগী মশক উবদা ফুলিয়াগী মীপূম খৃদিংমক হায়নীংঙাই লৈতনা হরাওনখি। মায়গৈ মরিমক্তা মপাউ অদু

শন্দোকখি। মীযাম্না হবিদাস দর্শনগীদমক থব্লায যাওনা লাক্লখি। অতাবা খূদিংমক চেন্নবকখি। অবাপ অবাপ্পা কযাদগীফাও লাক্লখি। মুলুকদাব অমদি গোবাই কাজীসু পাউ অসি ফংখি। মখোযগী থম্মোযসু পেন্থবকখি অমসুং অদুগুম্বা ব্রাশক চেৎপা মহাপুরুষ মাগী মফমদা থম্মোযদা থাজবগী ব্রাখল পোকখি। মখোযসু হবিদাস দর্শনগীদমক ফুলিযাদা লাকখি। মুলুকদাবনা মঙোন্দা নোল্লুক্লা প্রার্থনা তৌজখি - 'মহাশয ! ঐনা অদোমদা দণ্ডি পীখিবদু লানখ্রে। লান্না দণ্ডি পীকৃবে। ঐহাক অদোমগী নতিক নগুণ খঙজহৌদ্রে, ঐগী ইবান ঙাকপিযু। হৌজিক অদোম পূক্লিং পেন্না হবিনাম সংকীর্ত্তন তৌবিবো। অদোম্না তৌবা থবক্তা অথিংবা থন্নবোই।

হবিদাসনা নোল্লুক্লা হাযবকখি - 'মহাশয ! মসিদা অদোমগী কবি মবান লৈগদগে ? মীওইবনা মশাগী কর্মগী মতুং ইন্না অব্রা- নুংঙাই ফংজবনি। অমবোমদা মীওইবদি অসিগুম্বসিগীদমক শেম্মকপনি। ঐগী কর্মখক্লা অসুম ওইগদবনি। অদোম নুংঙাইতবা সুকখন খনবীগনু। ঐগী ইবুক্লিংদসু অদোমগী মফমদা কবিমতা নুংঙাইতবা লৈজদে।' হবিদাসগী চন্নবা অমসুং লৌথুপ লৌকোয যাওদবা ব্রাঙাং অদু তাবগা মুলুকদাব থোইনা হেন্না হবাউখি, মহাক মাগী চবণদা খূকুমজবগা হনখি। ফুলিযা গ্রামগী অযাম্বা বৈষ্ণব- ব্রাহ্মণশিং লাক লাক্কুনা হবিদাসগী মতৌ অদু যেংলগা অব্রাবা ফোংদোক্লখি। কনা- কনাগুম্বদি মাগী অশোকপশিংদু যেংলগা হীক্লা হীক্লা কপ্লখি। মদুদা হবিদাসনা ব্রাহ্মণশিং অদুবু থেমজিন্দুনা হাযবম্মী - 'ব্রাহ্মণ খৈবিক পূম্নমক ! অদোম খ্বাইদি ধর্মচেনবা ঙাক্তনি। শাস্ত্রশিংগী অথপ্পা নীংথিনা খঙলিবনি। নহানমুক্কী মপোক্তা লঙজবকপা কর্ম নত্তনা অবা- নুংঙাই ফংবা নত্তে। ঐগী ইনাকোং অসিনা ভগবানগী নামবু নিন্দা তৌনা তাখিবোই, ভগবাননা মদুগী মহৈ পীনাবিবোইদো। অদোম কানসু ব্রাবিগনু। অসিগুম্বা অব্রাবসি হকচাংখক্তদা নংজবনি, ঐ মসিগী অব্রাবা কবিসু ফাওদে। নাম কাউদবখক্তনা নুংঙাইবদগী নংঙাইবনি। নাম কাউবা মিকুপ্তু খ্বাইদগী হেন্না ব্রাবনি। ভগবানগী নাম কাউদনা লৈজাবমখোদি হকচাংদা অব্রাবা কযা নংগে নংসনু, হেন্না নুংঙাই খঙ্গদনা ওই।' মাগী পাউখুমদুতনা ব্রাহ্মণ পূম্বা

পেন্নখি। মাগী য়াথং লৌরগা যূম যূমদা হন্নখি।

মতৌ অসুম্না হরিদাস ভগবতী ভগীবথীগী তোর্বান্দা ফুলিয়া খুঙ্গং মনাক্তা লৈরকখি। মফম অদু মঙোন্দা খুদোং য়াম্না চারম্মী। শান্তিপুরদা অদ্বৈতাচার্যগী নাক্তা মহাক নিতিগী চৎলম্মী। আচার্যনা মাবু মচাগুম লুনা তৌরম্মী অমসুং মানসু আচার্যবু মপাদগী হেন্না লুনা খঞ্জে। ফুলিয়াগী অয়াম্বা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব অমদি ইনাক- কৈরাক খুনবশিংনা মাবু লুনা তৌরম্মী। মতম চুপ্পা মচীন্দা শ্রীহরিগী নামতবু শোঞ্জদুনা লেল্লকখি। তত্তনা শোঞ্জবগী ময়াইনা মাগী তুবুম খৃদিংমক হরিধ্বনি তাহল্লকখি। ইবুংঙো মাগী লীলা কয়া তাজবখক্তদা মহাক ব্রান্থজৈ। পূন্না মশা অপূম্বদা সাত্ত্বিক বিকার ফাওরকখি।

নোংমা হরিদাসনা মাগী খাংপোক থাদোক্তুনা মফম অমদা চখোক্লুবদা নংখিবা ব্রারীনি। মানা লম্বীদা লাকপদা পূং- করতালগী খোঞ্জেন তাবা ফংলম্মী। সংকীর্ত্তন্নি খন্দুনা মায়গৈ অদোমদা চঙশিল্লম্মী। মতমদুদা 'ডঙ্ক' কৌবা জাৎকী মীওইশিংনা পূং- শেন য়ৈদুনা জগোয়- ঈশৈ তৌবম্মী। অমখক্লা জগোয় শারম্মী। মানা য়ৌশিনখিবা মতমদুমক্তা মখোয়না কালিয়দমনগী লীলা শক্লম্মী। ডঙ্কগী মখোন নুংশি, জগোয় হৈ। শকপা- শোনবদা মখোয় য়াম্না হৈনজৈ। মানা নন্দ- যসোদানা তেংথাদুনা কপ্পা মতাংদু নুংশিনা শক্লম্মী - 'কৃষ্ণনা কাঙদুম খুনগে হায়শিন্নদুনা কালিয়হ্রদদা ফন্ চোংথখি।' তাযবা মতাংসিদা, মদুবু তাবদা নন্দ- যসোদা অমদি ব্রজবাসী পূম্নমক মফমদুদা লাকখি। অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণনা ইবুংঙোগী নৌববা চরণ থম্বালনা কালীয়গী মতোক্তা নেৎলগা ইবুংঙোগী নীংথিরবা ত্রিভঙ্গীদা লেপ্লগা মবলী খোংলকপা, লিন্না খূ- খূ লাউনা কাম্বা, কাম্লকপা খৃদিংমক্তা মুরলী জগোই শাবকপা, যসোদানা মদুবু উরগা পাখত্তুনা লাউবা। পাখত্তুনা মায়ংগে খৃদিং থবায ব্রানা য়েংলকপা, ইচা অপিশক অসিবু কালিনা চীক্কদৌবদগী কলবিয়্। নন্দ বাবানা নাকন অমবোমদা পিরাং তত্তনা শিন্থবা।' মতাং অদু তাবদা : ন- তানা মহাক ব্রান্থবক্তুনা লৈমাযদা তুখিবম্মী। ডঙ্কনা মাগী সাত্ত্বিক বিকারদু উবদা খঙবা ঙমখি মদূদি মহাকসি মহাপুরুষ অমনি। জগোয অদু ঙাইহাক লেপ্পাখি। অদুগী তুংদা মাগী পাদ ধূলি কোকথক্তা

হাপ্তুনা মাগী স্তুতি তৌনখি। তিল্লম্লিবা ভক্তশিংসু হরিদাসগী পাদ - ধূলি লৌর লৌব মকোকথক্তা হাপ্লখি। য়োম - য়োমদুনা পুনখি।

ময়ামদুগী মরক্তা নাপন চাউবা ব্রাহ্মণ অমসু য়াওরম্মী। মানা অসুম য়েংবদা - ব্রাম্থদুনা তুবদা মীয়াম্না লুনা তৌনবদুদা, তাঞ্জা লৌহৌরগে খন্দুনা ডঙ্কনা জগোয় অমুক হৌরকপদা মাসু তাং তৌশিন্নদুনা লৈমায়দা ব্রাম্থদুনা তুরম্মী। মদু ডঙ্কনা লোইনা খঙলম্মী। মানা হেক তুখিবগা ডঙ্কনা মাবু শেং- শেং ফৃদংখি। চৈগী মাঙদদি ভূং ফাওবা চেল্লি হায়নৈ। নাপন কাবা মহাক্লা, কুইনা খাঙবা ঙমদদুনা হৌগত্তুনা চেনখিরম্মী। ইনাক খুনবা নুপাদুনা অমদি তিল্লরিবা ময়ামদুনা করিগীনো হংনরম্মী - 'হরিদাসবুদি স্তুতি তৌরগা মাদৌনা তৌবা ব্রাহ্মণবু নঙনা করিগী ফৃবিবনো ?

ময়ামদুনা হংলকপদুদা ডঙ্কনা হায়খি- 'হরিদাসদি অথোইবা ভগবদ্ভক্তনি। মাগী মশাদা অশেংবা সাত্ত্বিক বিকার ফাওরকখিবনি। মহাক (ব্রাহ্মণ) অসিদি চাউজনীংদুনা মতাং তৌশিন্নবনি, মাবু থাগৎপিনবা। অদুদা ঐনা ফৃদংপা। ওইদববু চংনবা য়াব্রা। অপঙবদা শান্নগদবদুবু, মকোক কায়দুনা তোক্কনি। হরিদাস অওইবমক মণিনি। মহাক লৈবনা লৈবাক অসি শেংলিবনি। পূম্নমক্কী লাইবক ফরিবনি, মাবু দর্শন তৌনবসি।' ডঙ্কগী ব্রাদু তারগা পূম্নমক্লা থোইনা পেন্নখি। মাগী ভক্তি চেনববু হন্না হন্না থাগৎনখি। ব্রাহ্মণ অদুদি মমায পূজবা ঙমদনা ইকাইবা নংখি। অচুম্বনি, শাশিন্নবদি নংবা তাই। কনাগুম্বনা হায়রম্বা লৈ -

"মতৌ তম্না লাইনীংবা মশা লায়থুং পানগনি।"

হরিদাসকী লাইনীং তমদুনা থোক্তে। মাগী ব্রাখল অদু মীওইবগী বুদ্ধিনা লাম্ব ফংলোই। ❖

# হরিদাসদা নামগী থোইদোকপা মতৌ

**হরিকীর্তনশীলো বা তদ্ভক্তানাং প্রিয়োঽপি বা।**
**শুশ্রূষুর্বাপি মহতাং স বন্দ্যোঽস্মাভিরুত্তমঃ।।**

(লাইশিংনা হায়- 'ভগবানগী থুম্লবা নামবু শক- শোঞ্জবা অমদি হরিভক্তশিংবু লুন- চান্ন তৌজবা অমসুং দেবতা ব্রাহ্মণ, গুরু অমসুং মতম পূম্নমক্ত অথোইবা পণ্ডিতশিংগী সেবা তৌজবা অদুগুম্বা অথোইবা ভক্ত অদু ঐখোয়- লাইশিংগীসু খুরুমজনীংঙাইহিনি। হায়বদি লাই ঐখোয়সি মবোল অহুম্মক্কী খুরুম্নফম্নি, অদুবু অদুগুম্বা ভক্ত অদু ঐখোয়গীসু থাজনফম ওই।')

অৱাবা অমসুং পূক্লিং শুম্বগী মরমসি জীবশিংদা তোঙান তোঙানবা ৱাখনশিংনা ননশিনবননি। মীওইবনা করিগুম্বা অমখক্তংবু মশাগী নুংঙাইজবা ফংহনবা অমসুং অতৈ অতোপ্পবু ৱাজনবনি খন্দুনা য়েক্লবা ওইনা খল্লক্লবা মতমদা মীদুগী থম্মোযদা অৱাবা অমসুং সুমহৎপা ৱাখল পোক্লক্লরোই। মহাক্না জীব পূম্নমকপু থোইন হেন্না নুংশিবক্লবা মতমদুদা সাধক অদুগী থম্মোয়দা শুমহৎপা অমসুং অৱাবা সূপলৈ লৈববোই। মহাক মতম পূম্নমক্তা মবুক্লীং পেন্না ভগবানগী নাম কাউদনা খঞ্জদুনা লৈজগনি। সংসাবদা মাগী য়েক্লবা লৈববোই, মরূপসু লৈববোই। মানা পূম্নমকপু নুংশিজববা মবুংঙোগী অচানবা মচাশিংনি খন্দুনা ইচিন-ইনাও ওইবগী মবীদা নোল্লুক্লানা লৈনগনি অমসুং কনানসু মাবু অৱাবা নংহল্লোই। মহূ পুবা লিন্নফাও মাবু হন্না চীক্লবোই। ভগবানগী নামগী থোইদোকপা মতৌ অসিনি।

মহাত্মা হবিদাস ফুলিযাগী মনাক্তা পূর্ণ্য চেনবী জাহ্নবী গঙ্গা মপান্দা লৈকূ অমা শেম্লগা মদুদা লৈবম্মী। মাগী থোইদোকপা মিংচৎ অবাপ অবাপ্পা ফাওবা শন্দোক্লম্মী। মফমদুদা নুমিৎ খূদিংগী অতৎ অখম নাইদনা মীওই চা কযা মাবু দর্শন তৌনবা অমসুং গঙ্গা স্নানগীদমক মাগী আশ্রম মনাক্তা লাক্লরম্মী। মাগী লৈকূ মনাক্তুদা চঙঙবা মীওই খূদিংমক্কী মশাদা কবিগুম্বা মওং অমা ওইনা হাক্কচবগুম তৌবম্মী। মীযাম্না মদুগী মবম কবিমতা

খঙনরমদে। মফমদুদা থুংলুবদা পৃক্লিং শান্তিদি মওইনরম্মী, অদুবু হাক্চবনা মরম ওইদুনা খাঙবা ঙম্নরমদে। মীয়াম্না হীরম অদুদা পঙখন খন্নরম্মী। খন্না খন্না রাফম অদু মফম খূদিং শন্দোক্লম্মী।। লায়েংবা মাইবা খরনা মফমদুগী ঈশিং নুংশিৎ য়েংশিনখি। মমৈদা পূম্নমকনা হায়রকখি - 'মফমসিদা মহূ- ময়াই কল্লবা লিল অমা শোয়দনা লৈরে। খঙবা ঙমদে হরিদাসনা হৌজিক ফাওবা মতৌ করম খাঙলিবা। মাগী নিংশা শোরতনসু মী শিবা য়ারিবনি। করিগুম্বদা মহাক্না মনুং হঞ্জিন্না লৈরগা শোর হোন্দোরকপদা মদুগী ময়াইনা মীগী মশাদা ফোং- ফোং শাগৎলক্কনি, করিগুম্বা মপান থোরক্লগা কন্না খূঁ খূঁ কান্নকপদা মী হিংবা ঙমদে। হরিদাসসি মফম অসি থুনমক থাদোক্নুনা অতোপ্পা মফম অমদা লৈরুসনু, নৎত্রগদি থব্রায় মাঙবা য়াই।

মাইবশিংগী মত অদু তারগা খ্বাই খিবিক্না হরিদাসদা তকশিন্দুনা হায়জখি, 'মফম অসি তঙায়ফদনা থাদোকপিয়ু। অদোমদি নতিক- নঙন লৈবনি, করিসু অব্রাবা নংদবা য়াই, অদুবু অতৈ মীওই কয়াদি মফমসিদা লাকপদা য়াম্না হেন্না ব্রানরনি। দর্শন পাম্বশিং লাক্লররোই। অদুম্না লাকপদা মশাদা অব্রাবা নংনরনি। অদোম্না ঐখোয় খ্বাইগীদমক খনবিদুনা মফমসি থাদোকপিয়ু।'

পূম্নমক্না তকশিল্লক্লবা অদুদা হরিদাসনা মফমদু থাদোকপদা য়াখি অদুগা ময়ামদুদা শোয়রোইদবা অমা হায়খি- 'অদোম খ্বাইনা ঐগী ইবমগীদমক ব্রায় হায়বসি নুংঙাইজদে। করিগুম্বা লিল অসিনা হয়েং ফাওবা মফম অসিদগী চৎখিদ্রবদি ঐ হয়েংমক নুমিদাংব্রাইদা মফমসি থাদোক্কে। হয়েংদি লিলনা লৈহৌব্রা নৎত্রগা ঐনা লৈহৌব্রা অমা শোয়ররোই, অনীমক্তি পূন্না লৈমিন্নবা য়াদ্রে।'

মাগী অরেপ্পদু তারগা ময়াম পূম্নমক হরাউদুনা য়ূম য়ূমদা হন্নখ্রে। নোংঙাল্লগা অয়াম্বা ভক্তশিং পূল্লদুনা হরিদাসকী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌরিঙৈদা অমম্বদুদা ময়ামদুনা ইরং লংবা মঙাল অমা উরম্মী। ভক্তশিংনা পূমঙক ঙক্না মঙাল অদোমদা য়েংনবকখি। মরাং মরাং লাংবা চাউরবা লিল অমা মনুংদগী থোরক্লগা গঙ্গারোমদা চৎপদু পূম্নমক্না উরম্মী। মাগী মকোকথক্তা

চাউরবা মণি অমা পল্লম্মী। মদুনা পূংঙান ঙাল্লম্মী। অকিবগী মশক ওইবা লিল অদু উবদা ময়াম অদু ইথক থগৎনরম্মী। লিল অদু তপ্না তপ্না গঙ্গা মপান পরিংদা য়াম্না লাপ্না চৎখিরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা আশ্রমদুদা লাকপা দর্শন তৌরবশিংগী মশাদা হাক্কচবা ফাওখিদ্রে। ভক্তগী ময়াইদি মসিনি। মাগী মাঙদা লাইরেন্দি হায়রুনু কালকূটবু তুমহৎপা ঙম্বা লাইগী মকোক থোংবা মহাদেব ফাওবনসু কিরিবনি। পূম্নমক অসি ভগবৎ ভক্তিগী থোইদোকপা মতৌনি।

মতৌ অসুম্না মহাত্মা হরিদাস ফুলিয়াদা লৈরগা ভগীরথীগী সেবা তৌদুনা অদ্বৈতাচার্যগী সৎসঙ্গদা তত্তনা নুংঙাইনা লৈরকখি।

অদ্বৈতাচার্যখল্লা মাগী গুরুনি, মপানি, চঙজফম পীবিবনি অমসুং পূম্নমক্কি। আচার্যগী মফমদা মাগী থোইদোকপা ভক্তি থমজরম্মী। অদুঙে মহাপ্রভুনা নবদ্বীপ্তা জন্ম ওইবা নুমিত্তা আচার্যগা লোয়ননা মহাক হরাউনা জগোয় শারম্মী। আচার্যনা হায়খিবা লৈ, মহাক জগন্নাথগী মচানি কোন্নথংদা গৌরাঙ্গরূপ লৌদুনা মীয়াম্বু লানবিরকখিনি অমদি লৈবাক শীনবা থুংনা শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন শন্দোক্লকখিগনি। আচার্যনা তাকপিবদু হরিদাসনা মপূং ফানা থাজরম্মী। অদুনা মহাকসু গৌরাঙ্গগী মতিক মঙান ঙাইজদুনা তত্তনা শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌজরগা মতম লেঞ্জরকখি।

মতমদুদা সপ্তগ্রামদা হিরণ্য অমসুংগোবর্ধন মজূমদার কৌবা ইনাক খুনবা জমীন্দার মচীন মনাও অনী লৈরম্মী। অথোইবা বৈষ্ণব শাস্ত্র খঙবা পণ্ডিত বলরাম আচার্যনা মখোয়গী শাগৈগী পুরোহিত ওইরম্মী। আচার্য মহাশয়না বৈষ্ণবশিংবু য়াম্না লুনা- চান্না তৌরম্মী। অদ্বৈতাচার্যগা পুরোহিতকা য়াম্না নকশিন্নরম্মী। অনীমক পণ্ডিত ঙাক্লি,শাগৈ জাৎ ফৈ, ভগবদ্ভক্তনি অমসুং দেশ কাল কূপ্না খঙবা ঙাক্লি। মরম অসি লৈবনা হরিদাসসু করি করিগুম্বদা সপ্তগ্রামদা চৎলগা বলরাম আচার্যগী য়ূমদা লৈরম্মী। আচার্যনা মগী নাম পামজবা অমদি ভগবদ্ভক্তিদু উরগা থোইনা পেনবি অমসুং মতম চূপ্পদা মাবু মচাগুম লুনা তৌবিরম্মী। গোবর্ধন মজুমদারগী মচানুপা রঘুনাথদাসনা আচার্যগী নাক্তা লাইরিক তম্বা হেক হেক লাকপা

মতমদা হরিদাসনা তত্তনা নাম শোনবদু থেংনরম্মী। মবুক্লিংদা মানা মাবু য়াম্না থাজবা থল্লম্মী।

নোংমা আচার্যনা মাবু মজূমদারগী সভাদা পুরগা চৎলম্মী। মজুমদাবনা মাগী কুলাচার্যগী চরণদা থোইদোকপা থাজবা থল্লম্মী, ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু থোইদোক্লা লুনা তৌরম্মী। মাগী কুলগুরুগা লোয়ননা হরিদাস য়াওরকপদু উরগা হিরণ্য অমসুং গোবর্ধন মচীন মনাও অনীনা আচার্যগা লোয়ননা হবিদাসবু হৌগৎলগা ওকখি অমসুং হরাউ- হরাউ লেঙশিহল্লম্মি। অরৎপা লৈতনা হরিদাসনা মহামন্ত্রসি হৌন- লাউনা শোল্লম্মী -

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।**

মযাম পূম্নমক অদুনা শুমহৎনা মাগী মায়গৈদা শংত্রিক য়েংনখি। মানা তত্তনা নাম শোনবদু উবদা জমীন্দার মচীন মনাও অনীনা মাবু পূকচেন তিংনা থাজবা থমখি। মাগী দরবার অদুদা পণ্ডিত অতৈ কয়ামসু লেঙশিল্লম্মী। ভগবন্নাম জপকী মতাং অদুদা পণ্ডিতশিংনা নোল্লুক্লা হংখি- ' নাম শোনবগী অরোইবা মহৈ: করিনো ? মসিদগী করম্বা নুংঙাইবা ফংবগে ? হরিনাম কাউদবনা অব্রাবখৈবিক থোইনা ময়েং তাবা ঙম্ব্রা ? নামখক্তং শোল্লগা মোক্ষ ফংবা ঙমগদ্রা ?'

হবিদাসনা নোল্লুক্লা মখূৎ লোন্নবগা পণ্ডিতশিংদা খুরুমজখি - 'অখঙ অহৈ খৈবিক ! অদোম খ্বাই শাস্ত্র খঙবা ঙাক্তনি, ধর্মগী অকৃপ্পা নীংথিনা খঙবনি। লাইরিক কয়া অমদি বৈষ্ণব শাস্ত্র কয়া নৈনবিরবনি। ঐনা অদোম খ্বাইগী মাঙদা করিনো হঙ্গৎপা ঙমজগদবা। অদুবু ভগবন্নামগী মাহাত্ম্যদগী আত্মাদা নুংঙাইবা ফংজৈ, মদুনা খবদং হঙ্গৎচবা ঙমজগে। ভগবন্নামগী খ্বাইদগী অথোইবা মহৈদি নাম অসি শোঞ্জবদগী থম্মোয়দা অঙকপা মখল অমা ওইনা অপেনবা পোকই। অপেনবদুদগী পোক্লকপা নুংঙাইবদুগী মহাও তংজবদুনা ভগবন্নামগী থোইদোক্লবা অমসুং খ্বাইদগী হেনবা মহৈ:নি।

ভগবানগী নাম তত্তনা শোনবা সাধকনা মোক্ষ ফংগে নৎত্রগা অৱাবা কোকচগে থাযবগী খল্লুবা লৈতে। মহাক্তি সগুণ (সাকাব ব্রহ্ম) নির্গুণ (নিবাকাব ব্রহ্ম) অনীগী খোঙলৈদগী লাপ্ন লৈজে। মাগী অবোইবা ৱাখল্দি ভগবানগী নাম তত্তনা শোঞ্জবখক্তনি। কদাইদনো লৈসনু, কবন্না ফিভমদনো লৈসনু, কবম্না মপোক্তনো পোকসনু তত্তনা নাম শোঞ্জবখক্লি। মিকূপ অমফাও কাউদবনি। মসিনা নাম- জপ তৌবা সাধককী অবোইবা পান্দম্লি। ভগবন্নাম সাধক্কী সাধ্য অমসুং সাধন ভগবন্নামখক্লি। ভগবন্নামদগী হেন্না মহাক অতোপ্পা মহৈ: অমা খল্লুবা লৈতে। ননাই ঐদি আসখত্তং খঙজে।অদোম খ্বাইনা মসিদগী হেনবা অতৈ অমা লৈবগদি ননাই ঐঙোন্দা তাকপিযু।'

মাগী অদুগুম্বা খন্ন- নৈনববা অমসুং মচি ওইববা থুল্লবা ৱাঙাংদু তাবগা পূম্নমক থোইনা পেন্নখি। সভা অদুদা গোপালচন্দ্র চক্রবর্তী কৌবা জমীন্দাবদুগী কর্মচাবী অমা ফল্লম্মী। মহাক যাম্না মবৈ যেৎকনবা মীনি। মহাক্না হবিদাসকী ৱাদু কল্লদুনা হাযবকখি 'হাযবিবদুদি ভাব চাবা (ভাবুক)কী ৱানি, লাইবিক হৈববশিংসিনসু নাম হৌনা লাউনা কোযনা শোল্লি। অবেপ্পা জ্ঞানদি শাস্ত্র নৈনবদগী ওইবনি। ভগবানগী নামদগী অবাবা কদাযদগী কোকপা ঙমগদগে ? শাস্ত্রশিংদা কাব কবিগুম্নদা নাম্ন অদুক থাগৎলিবদ অর্থবাদ (থাগৎনবা অদুক হাযবা)নি, অবেপ্পা নাদ অতোপ্পা অমনি।

হবিদাসনা খবা কল্লপ্না হাযখি- 'ভগবানগী নামদা অর্থবাদনা হাযবিবাশিংদু কংযেৎ যেৎপানি। মখোয অদু ভগবন্নামগী মাহাত্ম্য খঙদ্রবনি। ভগবানগী নামদা অর্থবাদ সুকওই ওইবা যাবোই।

মদুদা গোপালচন্দ্র চক্রবর্তীনসু মশাগী বাদদা কন্না যেৎতনা হাযবকখি- 'অদুদি অপণ্ডবশিংদা হাযগদৌবা বানি। অজামিলগুম্না পাপীনা মচা নাবাযণগী মমিং কৌবদদা লাঞ্জখিবনি। দেহ খদিংমক্তা শীন থংনা লৈবিবা ভগবাননা মচাবু কৌজবনি হাযবা কবিগী খঙলোইদৌবিবনো ? মসি অর্থবাদ নৎত্রবদি কবি ওইগনি ?

হৰিদাসনা হায়খি- 'মসিবু অর্থবাদনি হায়রিবা মশামক অনর্থবাদী (অর্থ য়াওদবা মী) নি। মখোয়দুদা ঐহাক করিসু হায়বা ঙমদে।

ফিংগৎলদুনা গোপাল চক্রবর্তীনা মশাগী ৱাদু কন্না য়েত্তুনা হায়রকখি- 'করিগুম্বা ভগবানগী নাম কাউদবনা মীওইবগী তোন্থবা মতৌ কোকচরবদি ইনাতোনসি লেম্নৎচৌ।'

হৰিদাসসু থৌনা লৈনা হায়রকখি- 'করিগুম্বা ভগবানগী নাম তত্তনা শোনবদগী তোন্থবা মতৌবু মক ফৃক্কা মাঙদ্রবদি ইনাতোন্দদা নত্তনা ইনা ফাওবা লেনথৎচৌ।' ৱাদু কনখৎনরকপা উবদা মীয়াম্না অনীমকপু তপথহনখি। জমীন্দারনা মাবু য়াম্না পেনখিদে। মহাকপু বৈষ্ণবতা লঙজবনি অমসুং ভগবন্নাম থৌওইদবনি খন্দুনা জমীন্দারনা মাবু থব ক্তগী লৌথোকখি। তাখিবা লৈ, মহাক কোন্নথংদা য়াম্না অৱাবা নংখি।

অসিগুম্বা অতোপ্পা থৌদোক অমা হরিনদী কৌবা খুঙ্গংদা থোকখি। হৰিনদী খুঙ্গংদা পণ্ডিতনি খঞ্জবা, নাপন চাউবা ব্রাহ্মণ অমা মশাদা শাস্ত্র জ্ঞান লৈজৈ হায়দুনা য়াম্না চাউথোকচরম্মী। হৰিদাসনা চৎলে চৎনা, ফম্মে ফম্না হৌন- লাউনা -

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।**

হায়বা মহামন্ত্র অসি তত্তনা শোন্দুনা লৈজবনি। মাবু মুসলমান্নি অমসুং মহামন্ত্রসি শোনফম থোক্তবনি খন্দুনা মানা মঙোন্দা হংলম্মী- 'মুসলমানগীদমক উপনিষদকী ওইবা মন্ত্র অসি শোন্নবা কদায়দা ইবগে ? মদু নঙগী নথৌ নত্তবা থৌরাংনি, অদুগসু নহাকপু ভগবদ্ভক্তনিগা হায়দুনা পূজা তৌনবা শারি। মখোয়দুসু পাপ তৌরবনি। শাস্ত্রদা ইরি, পূজা তৌবা য়াদবা মীবু পূজা তৌবা অমসুং পূজা তৌনীংঙাই ওইবা মীবু থৌওইদবা মফম অদু চাক তাঙই, মীশি- মীনা নংই, অকি অখং নংই অমসুং লৈত লায়রবা নংই হায। মবম অদুনা নহাক শাস্ত্রগী ৱা ওইদবা থবক অদু থাদোকউ,

নঙ্না অদুম তৌবদগী লৈবাক অসি চাক তাঙবা নঙ্গনি।

.,বদাসনা যাম্না নোল্লুক্না হায়বকখি- 'ব্রাহ্মণ অথোইবা ! ঐগুম্বা তোল্লবনা শাস্ত্রগী অথূপ্পা কবিবু খঙ্গদগে ? অদুবু অদোমগুম্বা পণ্ডিতশিংগী মচীন্দগী তাজবা লৈ মদুদি ব্রাহ্মণ খক নত্তনা বেদ- শাস্ত্র নৈনবগী অধিকাব কনামতা লৈতে। অদুবু ভগবানগী নামদি কিবাত, হূণ, আন্ধ্র, পুলিন্দ, পুষ্কস, আভীব, কঙ্ক, যবন অমদি খস অসিনচিংবা অযাম্বা পাপ চেন্না পোকপা অমসুং উবক্তা লৈবা জাতিশিং মখোযবুসু লানবিবনি। ভগবানগী নাম শোনবগী অধিকাবদি পূম্নমক্তা চপ মান্ননা লৈনা।

শাস্ত্রগী মতকা চূনবা হবিদাসগী পাউখুমদু তাববদা ব্রাহ্মণনা হাযখি 'ফরে, ভগবানগী নামগী অধিকাব পূম্নমক্তা ফনমক লৈববসু মন্ত্রগী জপতি অদুক হৌন- হৌন তৌবগী কবি কান্নবা ? শাস্ত্রদা মানসিক, উপাংশু অমসুং বাচিক হাযনা জপ মখল অহুমসি হায়বম্মী। মখোযদুগী মনুংদা বাচিক জপ (খোঞ্জেল থোক্না শোনবা)দগী উপাংশুজপ (তূমিন্না শোনবা)না গুণ লীশং অমা হেল্লি হাযবি। নহাক নবুক্লিংদা শোঞ্জৌ, নঙগী জপ মতৌর্দুদি কবিগুম্বা মখলগী জপ কৌবা যাদে। মর্দুদি 'বৈখবী জপ' (হৌনা- লূম্না শোনবা) নি, মদু যাম্না হন্থবনি হাযনা হাযবম্মী।

হবিদাসনা নোল্লুক্না অদুম হাযখি- 'মহাবাজ ! ঐ ইশামক্লদি কবিস্ খঙজদে, অদুবু ঐনা ঐগী গুরুদেব শ্রীঅদ্বৈতাচার্যগী মুখদগী শাস্ত্রগী অথূপ্পা খবা অদুক তাজে। অদোম্না জপ মখল অহুম তাকাপখিবাশং অদুগা মনুংদগী মানসিক জপনা খ্বাইদগী হেল্লি হার্যাববদুদি মন্ত্রজপকাদমক্তনি। মখোযদুদি বিধি চুম্না গুরু- দীক্ষা লৌবগা শাস্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না সুপ্নগী শেংনা সাঙ্গোপাঙ্গ জপ তৌনবনি। অসিগুম্বা মন্ত্রদি গোপ্য (লোন্ন - থূপ্না শোনগদবা) মন্ত্র কৌই। অতোপ্পগী মাঙদা ফোংনা শোন্নবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং ভগবানগী নাম শোন্নবগীদি শাস্ত্রশিংদা বিধি হায়বমদে। মর্দুদি মতম পূম্নমক্তা, মফম পূম্ন মক্তা, খ্বাইগী মাঙদা অমসুং ফিভম পূম্নমক্তা শোনবা যাই হাযনা শোন্নে। অতৈ অতোপ্পা মন্ত্রগী জপ তপ্ন- তপ্না তৌবনা হেল্লি হাযজববসু ভগবানগী নামগী থোইদোকপদি হৌনা শোনবদনি হায়নবি। ভগবানগী নামদি অদুক্কী

মতিক হৌনা শোল্লগা, মদুক্কী মতিক হেন্না ফৈ হাযবা যাই মবমদি তপ্না তুমিন্না শোনবদি মথন্তগী লাঞ্জনবনি, অদুগা হৌনা লাউনা শকশোনবদি তাজবা অচৎ চত্ত পূম্নমক লাঞ্জনীংঙাইনি।

মাগী ৱাসি তাবগা ব্রাহ্মণনা শাউবংননা হাযবকখি - 'শাস্ত্রগী বাক্য পূম্নমক অদু অর্থবাদ কৌনবনি। পামজনা অমসুং সংকীর্ত্তন্দা মীযাম্না থাজনবা অদুম অদুম্বা বাবোন কবি কবিগুম্বদা হাযবম্বখক্রি। অবেপ্পা ৱাদি মসিনি, লাইনা পীনবা নত্তনবু নাম হেক্ত শোল্লগা কবিসু ওইগদবা নত্তে। মীওইবনা নাম হেক্ত শোল্লগা লাঞ্জবা তাববদি শাস্ত্র লেংঙম্বগী কবি অমুক কান্নগনি ?'

হবিদাসনা নোল্লুক্লা অদুম হাযবকই- 'পণ্ডিত ! থাজবা লুবনি। থাঙ্গৈ হেক শেংনা ভগবানগী নামদা পূমথা থাজখ্রবদি শাস্ত্রগী তঙাইফদবা লৈবোই। শাস্ত্রদসু অদুমঙায, পূম্নমক্তা ঈশ্ববু থাজৌ' হাযবা ৱাতৈ অসিখক ফংই। থাজববু থাজনবগীদমক্কি শাস্ত্র হাযবসি।

ফবং শাউবক্তুনা ব্রাহ্মণনা হাযবকই 'সৃপ্নগী নামখক শোনবনা পূম্নমক ইযা যাববদি, নাতোন্দ নত্তে নাফাও লেঞ্জৌ।

'অদোম্না থাজদ্রবদি থাজদ্রেদনা। ঐদি ইশাগী থাজবা অদুখক অদোমদা হাযজবনি।' হাযবম্লগ হবিদাস চৎখ্রে। হাযনবা তাখি, ব্রাহ্মণদুগী মনাতোন নাতোনচাবী লাযথুং থু্দনা পুমদন। মচেৎ মচেৎ কেনখি। ভগবানগী নাম শোনবদা অথিংবা থম্বগী দশা মদুনা লোইবা নৎত্রি, মপূংফানা বাজবগী অমত্তা ঙাযবা মকওইবা মবমদি ভগবানগী নামবু গৌ ওইদবা অদুনি।

মতৌ অসুম্না মহাত্মা হবিদাস ভগবানগী নাম মহাত্ম্য লিংখৎচদুনা গঙ্গা মপান্দা লৈজবকখি। অদুঙৈ নবদ্বীপতা উদয ওইবা শ্রীগৌবচন্দ্র মহাপ্রভুনা ইবুংঙো মাগী ঈংনা নীংথিবা থৌজানগী মঙান্না ভক্তশিংগী থম্মোযদা ভক্তি- বস অমৃত খীকপিবি হাযবা তাবদগী মহাকসু অদুগুম্বা মাযহিং কাদনা নীংথিবা তাংথক নাইদবা থাদুগী ছত্রগী মকমদা লাক্লগা নবদ্বীপ্তা লৈজবকখি। মহাক হান্নদগী অদ্বৈতাচার্যগী কৃপা পাত্র ওইজবকপা মবম্না প্রভুগী অন্তবঙ্গ ভক্ত ওইজবদা মঙোন্দা মতম কুইনা চঙখিদে। নুমিৎ খবনিগী মনুংদা মহাক প্রভুগী অথোইবা কৃপা পাত্র ভক্তশিংগী মশীংদা চল্লকখি। মাগী নাম পামজবদু

ভক্ত পূম্নমক্না যাম্না হৰাওরম্মী। প্রভুনা মাবু য়াম্না লুনা তৌবিরম্মী। মানসু পূম্নমক্কি খঙবা প্রভুগী পাদ পদ্মদা পূম্নমক ঙম্না কৎশিঞ্জখি। মাগী হোৎনজবা খৈবিক প্রভুগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ওইরম্মী। ভক্তশিংগা লোয়ননা সংকীর্ত্তনদা অহিং অহিং চূপ্না জগোয় শাবম্মী অমসুং জগোয় শাবদা ৱান্থদুনা তুরম্মী। মতৌ অসুম্না শ্রীবাস পণ্ডিতকী মাংগোন্দা শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তনগী অথোইবা মফম ওইখি। নুমদাংৱাই ওইবগা ভক্ত কয়া পূল্লম্মী। ভক্ত ময়াম তিল্লরবদা থোঙ লোনশিন্দুনা সংকীর্ত্তন হৌই। অতৈ কনা লাক্লবসু থোঙ হন্না হাংলমদে। অদুনা অয়াম্বনা নীংবা কায়না হন্নরম্মী, মদুদা সংকীর্ত্তনগী মরমদা পঙহায় হায়নবা য়াওরম্মী। মতৌ অসুম্না অমরোমদা সাধু ভক্তনা সংকীর্ত্তনগী নুংঙাইবদা পরমানন্দরস চূপ্নরম্মী অদুগা অতোপ্পা অমরোমদনা নিন্দা তৌবা মীওইশিংনা সংকীর্ত্তনবু চৈনদুনা মশাগী মপাপ লঙশিঞ্জরম্মী। ❖

# মহাত্মা হরিদাসগী অরোইবা য়াহিপ

**বিনিশ্চিতং বদামি তে ন চান্যথা বচাংসি মে।**
**হরিং নরা ভজন্তি যেঽতিদুস্তরং তরন্তি তে।।**

(ঐনা য়াম্না মুন্না বিচার তৌরগা অরেপ্পা মওংদা হায়জরি, ঐনা হায়জরিবসি মীনম্বনি খনবিগনু। ঐনা হায়জবসি হংগচ্চবগা লোয়ননা হায়জবনি, শ্রীহরিবু শকচ- শোঞ্জবা মী অদু খুদোংথীবা মতৌদগী লানবিবনা কান্নদ্রবা সংসার সমুদ্রবু খুদক্তা লাম্থোকপি।)

মহাক অদুগী লৈয়েংদা শ্রীহরিগী থুম্লবা নাম মতম চৃপ্পা পক্লিবা, নাম সংকীর্ত্তন্না মরম ওইদুনা মাগী তুবুম খৃদিংদা রাম লেঙশিনবিরিবা, মানা কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌজবনা পাপ চেল্লবা দেহবু চিৎকী মশক ওইহনবা, অদুগুম্বা নামগী মশক ওইবা সাধুদু মতম- মতম খুদিংদা সংসারদা শিক্ষা পীবিনবগীদমক পৃথিবী অসিদা লেংথবক্তুনা মীওইবশিংগী মমাঙদা নামগী থোইদোকপা ফোংদোকপিরে। মহাক অদু মশানা পাঙবা ঙম্বা অমসুং থৌজান শেমগৎপা জীবনি। মখোয়গী পোকপা- শিবা নাইদে। জাতি লৈতে, শাগে নাতে লৈতে। বর্ণাশ্রমগী ৱাংমদা লৈ, মত খেন্নব খেন্নদবা নাইদে অমসুং অদুক্কী মতিক মায়াগী মরীগা তিন্নবা পোৎলমশিংদগী তোঙান্না লৈ। সংসাবদগী তোঙানবা মশাগী লীচৎনা মরম ওইদুনা সংসাববু সাধনগী লম্বেনলোমদা চঙশিন্নবগীদমক কৃমথরকপনি। মহাক মথক্তগী থৌরম অসিগীদমক কৃম্লকপনি অমসুং থৌরম লোইববা মতমদা থক্তা অমুক নোংগাখিবনি। সংসারগী মীওইশিংগী মিৎয়েংদা মখোয়বু পোকপা শিবনর্চিংবা কর্ম খৈবিক পাঙবগুম্না উবতনি। মহাক পোকই, চাউবা নাই, লৈরম্মী, চায়- থকই অমসুং তৃম্বা- হীপ্পা অমদি কোয়না চৎপা উই, অহল ওইবা নাই অমসুং পঞ্চভুতকী দেহ থাদোক্লগা শিবসু নাই। ঐখোয়না করি তৌরুনি, ঐখোয়গী বুদ্ধিনা অসুম খঞ্জবনি। মহাক অসিগুম্বশিং অসি য়াওবা নত্তে হায়বগী প্রমাণফাও তৌবা ঙম্বা নত্তে। কোইরপ কোয়বদা হাপ্পা পোৎ

অদু কোয়রপ কোইগনি, মদুবু করিগুম্বা চপ মান্নবা চিথেক মরি নাইবা অমদা হাপচিনবদা চিনগনি। অহোবগী মওং য়েংলগা মদুদা পোৎ হাপকদবনি। মরম অসিনা শিবা লৈতবা অমর মহাত্মাশিংগীসু হকচাং থাদোকপগী ৱা পল্লি। তশেংবমক্তি শ্রীহরিদাসগুম্বনা লৈরম্বদুদি হৌজিকসুনি, নামামৃতনা মাবু মতম পূম্নমক্তা শিব- নাবা লৈতবা ওইদুনা অমর ওইরবনি। অমরনবু শিব নাইব্রা ? মাগীদমক করিগী ৱারুনি ? মানা শিবসু লীলা মখল অমনি। অদুগা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা লীলা অদুগী হৈ- শিংবা লংলা পায়বনি। মহাক অৱাবা লৈত্রবসু অৱাবা শানা উহল্লি, নুংশি- নুংওন্দগী তোঙাল্লবসু মানা মদুদা নুংশিবা শানা খল্লি। অৱাবা, ফিংগৎপা অমসুং মৈশা লাংবদগী তোঙাল্লবসু মানা ৱাবগুম ফিংগৎপগুম অমসুং মৈশা লাংবগুম ময়েংই। মাগী মায়া মামক্লা খঙই। ঐখোয়দি অয়েংবনি, অউবা অদুখক তম্বা তাবনি, অতাবা অদুখক হায়বা তাবনি। লীলারা, শেম- শাবরা, অরোনবরা, কৃষ্ণেরা নৎত্রগা অওইবরা হায়বদুদি মাতনা খঙগনি।

নুমিৎয়ুংবা মতম ওইখ্রে, প্রভুগী মনাই গোবিন্দনা নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম মহাপ্রসাদ পুরগা হরিদাসগী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মানা হরিদাসনা আসনদা ফম্লগা নাম- জপ তৌরম্বা য়েংনরম্মী। নুমিত্তুদি মাঙদা থারিবা ফম্বাক অদুগী মথক্তা মিৎ উইশিল্লগা হীপ্লম্মী। মাগী শ্রীমুখদা অদুম শোল্লম্মী -

**হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরেরাম হরেরাম রাম রাম হরে হরে।।**

গোবিন্দনা তপ্না হায়রম্মী- 'হরিদাস ! হৌগৎলো, ঙসিদি কয়াদা নুংঙাইনা হিপ্লম্মবা।'

চিংনরপ তৌনা খঙপ্রেক খংনা মিৎ খংপাঙ পাঙথোক্লগা খোঞ্জেন লূম্লপ্না হরিদাসনা হায়রকই- 'কনানো ?'

গোবিন্দনা- 'কনাসু নত্তে, ঐনিনে গোবিন্দ ! করিনো কৈদৌরে'?

হকচাং ঙমদব্রা ?'

হরিদাসনা অমুকসু নীংবা কায়বগুম হায়রম্মী- 'হুঁ, হকচাং করিসু তৌদে। অদুবু ঙসিগী নাম- জপ মশীং শুদ্রি। মশীং শুদনা প্রসাদ কমদৌনা ফংগনি ? নঙনা পুরক্লবনিনা প্রসাদবু থৌওইদবসু য়াদে। হায়দুনা মানা প্রসাদদা ভক্তি কৎলম্মী অদুগা মরূ অমত্তং লৌখৎলগা চীন্দ হুকচিলম্মী। গোবিন্দ চৎখ্রে, মহাপভুদা মওং পূন্নমক তল্লম্মী।

মথৎংগী নুমিত্তা হান্নগী মতৌগুম সমুদ্রস্নান তৌরগা প্রভু মনাই হরিদাসগী নাক্তা লেঙঙম্মী। মতমদুদসু হরিদাস লৈমায়দা তাদুনা ইতূক তূকথবগুম লৈরম্মী। মনাক্তা লৈপাক্কী পাত্রদা ঈশিং পিক থন্না লৈরম্মী। ঙসিদি আশ্রমদু মহৌশাগুম্না শীৎ- শেংবা তৌরমদে। ইচাই চাই, হয়িং ব্রা ব্রা ইল্লম্মী। পভুনা কৌরগা হংবিরম্মী- 'হরিদাস ! হকচাং কমদৌরিবগে ? খরা ফরব্রা ?'

হরিদাসনা ফূক হৌগৎতুনা চরণদা ভক্তি কৎলগা শোর পিক্লা হংগৎলম্মী 'প্রভু ! হকচাংদি করিসু তৌদে। পূক্লিং- ব্রাখন খজিক নুংঙাইতে।'

প্রভুনা হংই- 'করিগীনোনে ? পূক্লিং কবি নুংঙাইতবা লৈ ? করি মবমগীনো ?'

তোম্ববা মওংদা অদুম হবিদাসনা খুল্লকখি- 'নুংঙাইতবা হায়ববু প্রভু ! নাম মশীং শুবা ঙমদ্রে।'

প্রভুনা নুংশিবিবদুনা ব্রাদু মুন্না খল্লগা তাকপিরকখি- 'সে- সে, হৌজিক নহাক য়াম্না অহল ওইরবনি। য়াম্না অনম কনবা ফৎত্রে। নাম মশীং হস্থহল্লো। নঙগীদমকপু নাম মশীং করিনো, জপ করিনো ? নঙদি পোকপদগী অদুম চেন্নবক্লবনি। নঙগী নথৌ পূন্নমক্তু মী খ্বাইনা তমজনবগীনি।

হবিদাসনা হঙ্গচৈ- প্রভু ! হৌজিক্তি ননাই ঐহাক অদুক হাক্লা শোঞ্জবা ঙমজদ্রে, অদুম মব্রাৎলে। আ- শ্রীচরণদা হঙ্গচ্চনীংবা অমত্তং ...!

প্রভুনা আসন অমা চিংশিল্লগা লেঙশিল্লম্মী অদুগা নুংশিনা হংবিরম্মী- 'হায়যুনে, কবি হায়নীংবা ব্রা লৈবগে ?

য়াম্না মবুক্লিং নোন্না হরিদাসনা হঙ্গচ্চখি- ইবুংঙোগী মওং মতৌ

কযা অসিদগী ননাইনা খঞ্জবে, ইবুংঙোগী লীলা পঙকুই কুইদা লোইশিনখিগদৌবমাল্লে। প্রভু! ননাইনা শ্রীচবণদা অবোইবা ওইনা হঙ্গচ্চবি, অদুগুম্বা অৱাবা মতৌ অদু ননাই ইমিৎসিনা উজদবা। মদুনা ননাইগী থম্মোয কায়গনি। ননাই ঐহাক থম্মোয কাযনা অবোইবা পন্দোম লোম্লীংদে। ননাইনা পামজবদি ইবুংঙোগী পূর্ক্লিংশুম্বা শ্রীমূর্ত্তি ইমিৎ থন্না উজবা, থম্মোযদা ফূদোংলবা সনাগুম নীংথিজবা মূর্ত্তিদু লাচ্চবা, থুম্বদগী থুন্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য হায়বা মরোল অহুম লানবিবা নাম অদু ননাইগী লৈয়েংদা পকচবা অদুগা ইবুংঙোগী নীংথিজবা গুণ লীলা খৈবিক কাউজদনা নীংজ নীংজ অবেম্বা তারবা দেহ অসি থাদোকচরগে। মসিখক্লি ননাইগী থৌবাং, মসিখক্লি ননাইনা পামজবা। ইবুংঙোদি ননীং তম্বা ঈশ্বরনি, পূম্নমক পাঙবিবা ঙম্বিবনি। ননাইনা নিজরিবা ভিক্ষা অসিদং ননাইদা শোযদনা হাপ্লিয়ু প্রভু।'

প্রভুনা নয়ন অনী ঈবা চেন্না তাকপিরকখি- 'ঠাকুর হরিদাস! নহাক লীলা লোইশিন্নীংলব্রনে ? খলহৈদেদা। পুবীসিদা ঐগী কনা লৈ ? নঙগা সঙ্গ ওইবগা লৈজবনি ঐহাক্তি। নঙ ঐ লোযনবগা সংকীর্ত্তন তৌমিন্নবনি। হৌজিক নঙনা ঐবু ইথন্তা হুন্দোক্লম্লগা চৎলগে হাযবা অদু হৌনদে।

তপ্না তপ্না, হীক্লা হীক্লা প্রভুগী চবণদা মকোক অদু যৈশিন যৈশিন হবিদাসনা হঙ্গচ্চবকই- 'প্রভো ! ৱাফম অদু কৈদৌঙৈদসু শ্রীমুখদগী তাকপিগনু। ননাইদি পোকচবনা ম্লেচ্ছ শাগৈদা। পোকপগা লমজা, ইচৈ তমজদ্রবা, চঙজফম লৈজদবা, সংসাবনা ইম্থোকপিরবা অতোনবা কর্মনা থোইনা লৈখা তাববা, মদূদা অমুকসু ইবুংঙোনা ননাইবু লোযনবিবা, নরক্তগী লৌখৎলগা স্বর্গদা থাঙ্গৎপিবনে। অচৌবা পুরুষোত্তমক্ষেত্র লাইমক্লা ফংঙমদবা মফমসিদা লৈহনবিবা, ননাইনা কবি হাযনা হঙ্গৎলসিংগে ! প্রভো ! অসিগুম্বা তোল্ল- তারববু চাক্লিবদগী চক্রবর্ত্তী ওইহনবিবা অসি ইবুংঙোগী তৌবঙম্বা গুণননি। ইবুংঙোনা তৌবা- তৌদবা খাযদনা পূম্নমক পাঙবিবনি। অদোমগী থোইদোকপা গুণ কনানা যৌনা খঙগনি ? ননাইনা হঙ্গচ্চরিবসি চবণনা কৃপা তৌবিয়ু, ননাইনা নীংজবিবসি থুংহনবিয়ু।'

প্রভুনা তাংথক নাইবা খৌবীদগী হায়দোবকখি- 'হবিদাস !

বৈষ্ণবনা নীংবা আশাদা মাই হাযবা ঙম্বা কনা লৈগদগে নহায ' ফবে, নঙনা ফৈ খঞ্জবদো, ননীং থুংজবো।'

অসুম্না তাকপিবম্লগা প্রভু লেঙখ্রে। মহাপ্রভুনা গোবিন্দদা হাযবম্মী 'হবিদাসবু নীংথনা শেন্নৌ। মহাক হৌজিক পঞ্চভূতকী হকচাং থাদোক্লীংবগুম তৌবে।' গোবিন্দনা প্রসাদ পুবগা নুমিৎ খূদিংগী চৎলম্মী। অদুবু হবিদাসগী অবাম- খৌবাংগী মতম লোইশিল্লকখি। অপোম্বনা পোকখাযবক্লবদা ফিজেৎ পুনবগী কান্নবা লৈতে। অহোবা চফদা ঈসিং হাপ্পা যাবা হৌনদে। মদুদা ঈশিং তুঙবা হৌনদে।

মহাপ্রভু নুমিৎ খূদিংগী মনাই হবিদাসবু যেংবিনবা লেঙবিবম্মী। নোংমা প্রভুনা থেংনরুই, মনাই হবিদাসগী হকচাংগী ফিভম যাম্না শোকচিল্লম্মী। প্রভুনা মাগী আশ্রমদা লেঙবা মতমদুদা গোবিন্দনা মাগী অন্তবঙ্গ ভক্ত মযাম কৌশিল্লম্মী। মযামদুগা লোযনদুনা প্রভুনা মনাইগী আশ্রমদা যৌশিনখি। হবিদাস লৈমাযথক্তা খবো খবো ওন্দুনা কাঙ খোঞ্জেনগুম্না

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হবে।**
**হরে রাম হরে রাম বাম রাম হরে হরে।।**

মহামন্ত্র অসি জপ তৌদুনা লৈবম্মী। প্রভুনা হংবিখি 'হবিদাস! হাযযু, কমদৌবি ?'

'নুংঙাইবি প্রভু' হাযনা হঙ্গৎলগা হবিদাস বানা যাওল্লকখি। মহাপ্রভুনা মনাইগী মকোক্তা তপ্পা তপ্পা নানবিখি। বায বামানন্দ, সার্বভৌম ভট্টাচার্য, স্বৰূপ দামোদব, বক্রেশ্বব পণ্ডিত, গদাধব গোস্বামী, কাশীশ্বব, জগদানন্দ পণ্ডিত অসিনাচিংবা অন্তবঙ্গ ভক্ত মযাম্না মাযগৈ মবি ইকোয কোযনা লেঙশিল্লম্মী। ভক্তশিংনা তপ্পা তপ্পা সংকীর্ত্তন হৌবকখি। ভট্টাচার্যনা ফূক হৌগৎলগা জগোই কন্না শাবম্মী। মদুদগীদি ভক্ত মযামসু হৌগৎলগা হবিদাসবু কোযশিন্দুনা হৌনা লাউনা শক- শোন্দুনা, পূং- শেন

যৈদুনা জগোয শাবা হৌবকখি। নাকোংদা তাজনীংবা সংকীর্ত্তন ধ্বনি তাবদা মীওই চা যানা মফমদুদা তিল্লখি। মিকুপ খবগী তুংদা প্রভুনা সংকীর্ত্তন লেপহনখ্রে। ভক্ত মযাম লোযননা হবিদাসবু মাযগৈ র্মব কোর্যশিল্লগা ফম্লম্মী। থম্বাল লৈকানা তমজনবগী মশক ওইববা প্রভুগী নযন অনীদা প্রেমগী ধাবা তত্তনা শিন্থবম্মী, ৱাবনা চবম ফুল্লম্মী। প্রভুনা অবাবা কোঙ্গায লোযননা বামানন্দ অমদি সার্বভৌমনচিংবা ভক্তশিংদা তপ্পা তপ্পা হাযবা হৌবকখি- 'ভক্ত হবিদাসগী ভক্তি ভাবনাগী ৱাবীদি মচান লীশীং অমা লোঙবা শেষনাগ অনন্তনা চহী মশীং নাইদনা লীবদসু লোইবোই। মহাক্কী খাঙবা কনবা মতৌ, মিকপ থোকপা মতৌ, অঙ্গীং অশা নাইদবা অমসুং ভগবানগী নামদা লোইবা নাইদা পামজবা অসিনচিংবা কযাসি তমজনীংঙাই অমসুং তুংইন্নীংঙাইনি। মানা চচ্চবা বৈবাগ্য অসিগুম্না মী পূম্নমক্কা চৎনবা ঙম্মোই। মীওই কোটি কোটিগী মনুংদা কবিগুম্বা থিবদা কনাগুম্বা ফংলবদি ফংদ্রে, ফংদ্রগদি মানা মশাগী লীচৎ অসি ওইথোক্তবগুম ওইহল্লম্লে। অসুম্না হৌদোক্লদুনা প্রভুনা লীচৈগী থৌদোক, ওক্তবীগী থৌদোক, লিনগী থৌদোক অমদি মাগা মবী লৈনবা, অতোপ্পা তাবা যাবা লাইনা তম্না থৌদোক, কযামুক লীবম্মী। ভক্ত পূম্নমক্কা মাগী চাংদম্নীংঙাই লৈতব গুণসিন্দু তাবগা মাগী পদধলি কোকথক্তা হাপ্লখি। মতম অদুদা যম্ভু বান। হবিদাসনা প্রভুবু মনাক্তা লেঙশিল্লক্লবা ইঙ্গিৎ তৌবক্লম্মী। মনাইনা মুদুম চনবা চৈতন্য মনাই মহাপূরুষ অদুগী মাঙদা লেঙশিনবম্মী। উর্তশিল্লম্না মিৎ শান্দু পাঙথোববখি অমসুং মিৎ কূপ্পা লৈতনা শংশং প্রভুগী চবণগী মাযৈন্দা মিৎকম তোংদ মিৎযেং থমজবম্মী। র্মমিৎ অনীদু ওক তকনা মবুংগোগী পাক্লং হূবব। থম্বল মানবা চীম্বান অদুগী অমৃত- বস মর্বাক্লিং চেৎনা একচবিবগুম মামিৎ মিৎযেং অদু মবুংঙো মহাপ্রভুগী মাযথোংদগী হেন্না অতৈদ। হাইদোক্লমদে, শংশং ! পূম্নমক তুমিন তুমিন...। মাযগৈ র্মব পূমচীক, শান্ত ওইবম্মী। হবিদাস থোইনা ঈখৌ লাংবগুম প্রভুগী অমৃতমাধুবী থকচবম্মী। অদুদগী মানা মনাক্তা লেঙশিল্লিবা ভক্তশিং অদুগী পদধূলি তপ্পা তপ্পা নীক্লনা খুৎ অদুনা লৌখচ্চবগা মশাদা তৈজবম্মী। মিৎলু অনীদগী শিন্থবকপা পিবাং মতম মতম্না লৈমাযদা

তিনখিরম্মী। মখোয়দুনা লৈখা থাবা লৈবাক্তা হরিদাস বিজয় উৎসবকী পাউ পীবগুম ওইরম্মী।

মমিৎ কুপ্তুনা লৈয়েংদা তপ্না তপ্না 'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য' 'শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য' তত্তনা শোঞ্জরম্মী। উন- উনা মাগী থৱায় চেক্লানা মপোপ কায়রবা হকচাং অদু থাদোক্লম্লগা খঙহৌদে করম্বা তাইবংগী মায়গৈরোমদনো- পাইথোকখ্রে। মিৎ অনী অদু তরু- তরু পাঙ, মিৎ অমুক কৃপ্তুনা অদুম লৈহৌরে। ঙাগী মতৌ মাল্লবা মমিৎ হন্না কৃপত্রবা, অতৎ- অখম নাইদনা মরোল অহুম ঈংহনবিবা চৈতন্যগী মশক ওইবা গঙ্গাজলদা চঙজদুনা ইবুংঙো মাগী মায়গৈদা শংত্রিক হোংবা লৈতনা য়েংজদুনা লৈজখি। ভক্ত ময়াম অদুনা হরিধ্বনি লাউনখি। মহাপ্রভুনা মনাইগী থৱায় য়াওদ্রবা দেহ অদু তম্পাকথক্তা কোনখৎলগা লৈনা জগোয় শারম্মী। ভক্ত পূম্নমক্না কপ্না কপ্না 'হরিবোল- হরিবোল- হরি- বোল' হায়বা থম্মোয় কায়বা খোঞ্জেলনা আকাশকী থম্মোয় ফাওসু মচেৎ- মচেৎ কায়বগুমখি। মতাংদুগী দৃশ্য অদু অৱাবগী মতৌনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মনাই হরিদাসগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু তম্পাক্তা পল্লগা কপ্না জগোয় শাবিঙৈদুদা ভক্ত ময়াম অদুদি করি মতৌ ওইরমগনি। খন্থবিয়ু অদোমসু, পাউদম্বদা ৱারগদবা ৱারীনি।

মতৌ অসুম্না ফনা কুইনা ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রভু কীর্ত্তন তৌদুনা লৈখি। অদুগী মতুংদা শ্রীজগন্নাথ প্রভুগী প্রসাদী ফিমন লৌহল্লুবে। মদুনা মাগী হকচাংদু য়োর্মশিল্লগা ফজরবা দোলাই অমা শাহল্লে। ফজরবা কব্রং থৌবীনা লাকশিল্লগা হকচাং অদু দোলাইথক্তা থাংগৎখ্রে। ভক্ত চা কয়ানা খোল, করতাল, ঝাল, পূং অমসুং শঙ্খ, ঘড়িয়াল অমদি কাংশী খীং- য়ৈদুনা দোলাইগী মাঙওইননা লাক্লম্মী। ভক্ত পূম্নমক্না লেং নাইনা- নাইনদুনা হবিদাসগী দোলাই লেংবান্দা থম্নখি। মহাপ্রভুনা খ্বাইগী মাঙদা থংনা দোলাইগী মাঙদা জগোয় লৈন লৈন শাদুনা লেঙঙকখি। প্রভুনা মনাই হরিদাসগী গুণসিংবু তত্তনা শৈথাদুনা শক্লম্মী। মতৌ অসুম্না য়াম্না তরু- তহেন্না ময়ামদুনা হরিদাসগী অশিবা দেহ অদু পুরদুনা সমুদ্র মপান য়ৌখি।

সমুদ্র মপান য়ৌরগা ভক্তশিংনা হরিদাসগী হকচাং অদু সমুদ্রদা

স্নান তৌহল্লে। মহাপভুনা পিবাং তৈথোক্লগা তাংথক নাইবা খৌবীদগী হাযবকখি 'ঙসিদগী সমুদ্রসি অশেংবা ওইবে। হবিদাসগী অঙ্গনা শোকপদগী ঙসি মহাক অথোইবা তীর্থ ওইবে।' অসুম্না হাযবগা ইবুংঙো মশামক্না হবিদাসগী পাদোদক (খোঙদগী তাবকপা ঈশিং) পান তৌখি। ভক্ত পুম্নমক্নসু হবিদাসগী পাদোদক অদুনা পোকপগী মহৈ যাল্লে খন্নখি। লৈঙোইদুদা কোমজাউ অমা তৌবগা মদুগী মনুংদা হবিদাসগী হকচাং অদু সমাধি ওইহনখ্রে। মবমদি মহাক সন্ন্যাসী ওইবম্বনি। সন্ন্যাসীগী হকচাংদি শাস্ত্রদা অসুম্না তৌগদবনি হাযবি। প্রভুনা শ্রীহস্তনা কোমদা লৈঙোই খোৎচিনবিখি অমসুং মাগী অবাবগা লোযনববা প্রেম্না ফূনগভুনা অঙাওবগী মতৌগুম সমাধিগী অকোযবদা সংকীর্তন তৌখি অমসুং সমুদ্র স্নান তৌরুবগা হবিদাস- সমাধি কোযবগা পূম্নমক পুবীবোমদা হন্নবকখি। লম্বীদা প্রভুনা হবিদাসবু থাগৎ- থাগৎতুনা প্রেম্না ঙাওববগুম তেংথাদুনা লাক্লবম্মী। সিংহদ্বাব যৌবক্লবদা প্রভুনা কপ্পা- কপ্পা লেংযান ফিজিদু তিংথোক তিংথোক ফিগাও শাব শাব দুকান্দাবশিংদগী ভিক্ষা নিবকখি। ইবুংঙোনা হাযবকই 'ইচিন ইনাও মরূপ মপাং খৈবিক ! ঐহাক ঐগী হবিদাসগী বিজয মহোৎসব কৎকে, হবিদাসগী মিংদা ভিক্ষা হাপ্পিযু।' দুকান্দাবশিংনা মাগী মাগী প্রসাদ পূম্বা প্রভুগী ঝোলীদা হাপ্লবকখি। মতমদুদা স্বরূপ দামোদবনা প্রভুগী খূৎ পাযবগা হাযজবকই 'প্রভো ! কবিনে তৌবিবিবা অসিনে ' ভিক্ষা নিননবগীদমক ঐখোয অসুক যাম্না লৈবিগুদ প্রভুনা অসুম্না নিবিবা অদু ননাই ঐখোয যেংবদা নুংঙাইজদ্রে ইবুংঙো লেঙশিনবিবো। ইবুংঙোনা হেক পাম্বিবা প্রসাদ ননাই ঐখোযনা নিব নিবগা পূনশিঞ্জবগে।'

মতৌ অসুম্না প্রভুবু হাযজ- নোঞ্জদুনা স্বরূপ দামোদবনা মহাপ্রভুবু আশ্রমদা লেঙশিনহনখ্রে অদুগা মহাক মশানা ভক্ত মবি মঙা লোযনবগা দুকানশিংদগী মহাপ্রসাদ খাযবা চৎখ্রে। নুমিৎ অদুদি দুকান্দাবশিংগী পূকচেন চাউবগী হাযনীংঙাই লৈখিদ্রে। অবৈ- অবৈবা অখাকপা লৈতনা হাপ্লবকখি। তাঞ্জা অদুদা বাণীনাথ, কাশী মিশ্র অসিনচিংবা অযাম্বা ভক্তশিংনা কচ্চনীংবা প্রসাদ পদুনা আশ্রমদা থূংলাখ। মাযগৈ মবিমক্ত মহাপ্রসাদতনা চাং পৈগুম

পৈবন্মী। অতাবা খূদিংমক্লা হবিদাসগী বিজয উৎসব যাওননবগীদমক চেনশিন্নবকখি। মতৌ অসুম্না মীওই লীশিং কযামুক আশ্রমদুদা তিল্লখি। মহাপ্রভুনা ইবুংঙোগী খূৎমক্লা প্রসাদ যেল্লন্মী। মহাপ্রভুগী প্রসাদ মযেন্দু অঙকপগী মতৌনি। চাক্লুকলা অমমমদা নুপা মবি মবি- মঙা মঙানা চাব কোন্নবা প্রসাদ অর্মাহক্তো মীযাম দুনা পূন্নমক্তু ঙম্না হাখিবা অদু থাগৎনীংঙাই ওইখি। ভক্তশিংনা তকশিন্দুনা হংগৎখি 'মহাপ্রভুনা প্রসাদ লৌখৎপিদ্রিমখৈ কনা অমফাও লৌখৎপা ঙম্নবোই।' মদুদা প্রভু প্রসাদ যেনবা লেপখি। প্রভুনা পুরী গোসাই অমদি ভাবতী গোসাইনচিংবা সন্ন্যাসীশিংগা লোযননা কাশী মিশ্রনা লেঙঙকপা মহাপ্রসাদ অদু ফংবিখি, মবমদি নুমিৎ অদু মাগী বার্তন ফংবননি। মহাপ্রভুনা ভক্ত পূন্নমক হবাও- তবাম্না লক ফংহনখি। পূন্নমক্লা প্রসাদ ফংলবা তুংদা হবিধ্বনি তৌখি। মতমদুদা প্রভুনা শ্রীহস্ত বাংনা থাংগক্তুনা লাউবকখি- 'হবিদাসগা সঙ্গ ওইখিবা, মাবু দর্শন তৌখিবা, মাগী কোম ফুন্নবদা শরুক যাখিবা, মাগী পাদোদক লৌখিবা, মাগী বিজযোৎসবতা পসাদ ফংঙবা পূন্নমক হোৎনজমন মহৈ: যাল্লবনি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ প্রেম লেপ্পমক ফংজবা ঙম্লগদবনি। মহাক লেপ্পা ভগবৎকৃপাগী পাত্র ওইজনগনি।' মসুম্না হাযবগা প্রভুনা হৌন- লাউনা হবিদাসগী জযধ্বনি তৌবকখি 'জয জয ভক্ত হবিদাসগী!' ভক্ত মযাম্না- 'জয!' হাযনা কল্লবা খোঙ্জেলনা আকাশমণ্ডল পূর্মানন নিনখি। হবি ধ্বনিগা লোযননা হবিদাসগী বিজযোৎসব মপৃংফানা লোইশিনখি।

শ্রীক্ষেত্র জগন্নাথপুরীদা টোটা গোপীনাথগী লম্বেন্দা সমুদ্র মপান্দা হৌজিকসু হবিদাসগী নাংথিজববা সমাধি শাদুনা লৈবি। মফমদুদা মতম কুইনা লিববা বকুল পাম্বী অমা লৈমাযথক্তা হীপথদুনা হৌবি। 'সিদ্ধ বকুল' হাযনা মমিং চৎলি। অসম্না মমিং চৎলি মর্দি ভক্ত হবিদাসনা বকুল মশা মতেক অমা চীন যা শেংলগা লৈনুংদা ফুমজিল্লন্বা অদুনা পাম্বী ওইনা হৌবকখিবনি। হৌজিকসু মফমদুদা চহী খূদিংগী অনন্ত চতুর্দশী (ভাদ্র শুক্লা চতুর্দশী) নুমিত্তা হবিদাসগী বিজযোৎসব পাঙথোকই। ভক্ত অথোইবা হবিদাসগী চবণদা কোটী- কোটী প্রণাম ভক্তি কচ্চবগা নামতনা পুন্সি লোমখ্রবা মাগী বিজযোৎসবকী পুণ্যগী মতাং লোইশিঞ্জবে। ❖

# নিংথৌ রামানন্দ রায়

বাঞ্ছা সজ্জনসঙ্গমে পরগুণে প্রীতির্গুরৌ নম্রতা
বিদ্যায়াং ব্যসনং স্বযোষিতি রতির্লোকাপবাদাদ্ভয়ম্।
ভক্তি: শূলিনি শক্তিরাত্মদমনে সংসর্গমুক্তি: খলে
যেতে যেষু বসন্তি নির্মলগুণাস্তেভ্যো নরেভ্যো নম:।।
(শ্রীভর্তৃ শ. নী.৬২)

(তত্তনা থম্মোযদা সাধুসঙ্গ তৌনীংবা, মীগী মগুণদা হবাউবা, মথক থোংবা অমসুং অচৌ- অশাংগী মাঙদা নোল্লুকপা, বিদ্যাদা মপূক্নিং লূপচবা, মাগী নুপীদা প্রেম লৈজবা, মীনা নিন্দা তৌদনবা মতম চূপ্পা কিনা খনবা, লাইশিংগী লাই ওইবা মহাদেবগী চবণদা ভক্তি লৈজবা, মশাগী মনুং বাবকচনবগী পাঙ্গল লৈজবা অমসুং ফত্তবা সঙ্গদগা মতম চূপ্পা লাপ্না লৈবা অসিগুম্বা মক্কুবা গুণশিংসি চেনবা মহাক অদুবু ঐহাক্না খুকমজৈ।)

যৌবন, ধন, সম্পত্তি অমসুং প্রভুত্ব মবিসিবু নীতিকাবশিংনা অপঙবা লোযনবদগী মাঙনীংঙাই ওইবনি হায়বর্ম্মা। এশেংনা মবিসিবু ফংজবগা মীওইবনা অগ্গাওবগুম ওই। ধন মদ, জন মদ, তপ মদ, বিদ্যা মদ, অধিকাব- মদ অমসুং যৌবন মদ অসিনাচংবা মযাইকাবা মথন কযামুক্কী মনুংদা অধিকাব মদ অমসুং ধন মদ অনীসিনা খ্বাইদগী হেন্না। মযাই কার্বনি হৌনৈ। আধকাব ফংলগা মযাই বাদব, অমসুং ধন ফংলগা নাপন তৌদবা মহাক অদু অচম্বা মী নত্তে। মহাক অদুদি তোপ্পোপ্পা মহাপুরুষ অর্মনি। অদুগুম্বা মহাপুরুষ অদুগী চবণদা ভক্তি কচ্চবদা অমাঙ-অতা লৈতবা নুংঙাইবগী মতৌ ফংজৈ। মহাভাগবত বাষ বামানন্দ অদুগুম্বা ভক্তি কৎপদা মতিক চাবা মহানুভাবাশংগী মনুংদা অর্মনি।

বায বামানন্দগী পিতাগী মিং বাজা ভবানন্দ কৌই। নিংথৌ ভবানন্দ জগন্নাথপুবীদগী ক্রোশ অহুম লাপ্না লৈবা অলালনাথগী মনাক্তা লৈবর্ম্মা। মহাক কবণ বংশগী কাযস্থ জাতি ওইবর্ম্মা। মচানুপা মঙানি বায

বামানন্দ, গোপীনাথ ভট্টনাযক, কলানিধি, সুধানিধি অমসুং বাণীনাথ। মহাক উডীষাগী মহাবাজ প্রতাপকদ্রগী বাজ দববাবদা মকোক থোংবা কর্মচাবী ওইবম্মী। মচানুপা অহুমসু মহাবাজগী দববাবদা অৱাং অৱাংবা ফমশিংদা ফম্নাইদুনা নিংথৌগী থবক তৌবম্মী। গোপীনাথ কটক- দববাবগী মাযকৈদগী মালজেঠা প্রদেশগী শাসক ওইবম্মী। বাণীনাথনা দববাবদা অৱাংবা ফম পাযবর্ম্মা অমসুং বায বামানন্দ উৎকল দেশগী মনুংচনবা বিদ্যানগব বাজ্যগী শাসক ওইবম্মী।

অদুগুম মতমদুদা ভাবতবর্ষদা অপিক অপিকপা মনীং তন্বা লৈবাক চা কযা লৈবম্মী। অপিকপা লৈবাক্তুবু ঙাকপা নিংথৌশিংনা সনাতন- প্রণালীগী মতুং ইন্না ধর্মবু থোইদোকপনি খন্না লৌনদুনা প্রজা পালন তৌনবম্মী অমসুং ক্ষাত্রিযনা ধর্মগী মতুং ইন্না লানসু তৌবম্মী। তৈলঙ্গ দেশদসু অপিক অপিকপা লৈবাক কযামুক লৈবম্মী। মখোযদুগী মনুংদগী 'কোট দেশ' কৌবা অপিকপা লৈবাক অমা লৈবম্মী। মদুগী কোনুং বিদ্যানগবদা লৈবম্মী। হৌজিক্তা হাযবগা গে দববীগী অৱাংথংবা তোর্বান্দা তাবিবা বাজমহেন্দ্রীবু লৈবাক অদুগী প্রধান নগবীনি হাযনা লৌনবিগনি, তৌইগুম্বসুং পুবানা বিদ্যানগবদি গোদাববীগী খা থংবা তোর্বান্দা লৈবম্বনি অমসুং হৌজিক্কী বাজমহেন্দ্রীদগী ক্রোশ ৩বা তবানিথোইবোম লাপ্না লৈবম্বনি। অযাম্বা মীনা বিজযনগববু বিদ্যানগবনি হাযনা লৌনৈ, অদুবু মম্মিং হাযফেৎ মান্নে হাযদুনা লৌনবদুদি অশোযবনি।

উৎকল দেশগী মতমদুগী মহাবাজ পুরুষোত্তমদেবনা বিদ্যানগবগী নিংথৌবু লান্দা মাযথীবা পীদুনা মাগী লৈবাক্তুবু মবৈবাক্তা তিনশিনখিবনি। বামানন্দ বায উৎকল বাজ্যগী মাযগৈদগী বাজ্যশাসক ওইদুনা মফমদুদা লৈবম্মী। মহাবাজগী মাযগৈদগী মাবু 'বাজা' অমসুং 'বায' হাযবা মিংথোল ফংলম্মী।

বায বামানন্দ নিংথৌগী থবক থনাদা হৈশিংবা, মফম- মতম খঙবা, নোল্লুকপা, থৌনা লৈবা অর্মাদ লমচৎ ফজবা মীশক ওইবম্মী।

ফারসীগী পণ্ডিত ওইবগা লোয়ন- লোয়ননা মহাক সংস্কৃতসু নীংথিনা খঙলম্মী। সংস্কৃত- সাহিত্যবু মহাক্না য়াম্না নীংথিনা নৈনরম্মী, শাস্ত্র পূম্ন মক খঙ- হৈরম্মী। বিদ্যা নীংথিনা হৈবা মরম্না মহাকপু সার্বভৌম ভট্টচার্য্যনা থোইদোক হেন্দোক্না লুনা তৌরম্মী। মহাক্না নিংথৌগী থবক ওইনা উড়ীসা চৎপা মতমদা পুরীদা চৎলগা সার্বভৌমগা উনৈ অমসুং মাগা লোয়ননা শাস্ত্র আলোচনা তৌমিন্নরম্মী। সার্বভৌমনসু মাবু থম্মোয় শেংনা লুনা তৌরম্মী, অনীমক্কী থম্মোয়দি কবিতা পামজবা ওইরম্মী, অদুনা মখোয় অনীমক সরস, সরল, বিদ্বান অমসুং শাস্ত্রভ্যাসী ওইরম্মী, অদুনা মখোয় অনীমক য়াম্না মবুকচেন তিন্নরম্মী। মহারাজ প্রতাপরুদ্রসু কাব্যরসিক ওইরম্মী। অদুনা মহাক্নসু সার্বভৌম ভট্টাচার্য্য অমসুং রামানন্দ রায় অনীমকপু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। রায় মহাশয়না মাগী 'জগন্নাথবল্লভ' কৌবা নাটকপু মহারাজ প্রতাপরুদ্রনা থোইদোক হেন্দোক্না থাগৎলম্মী।

রায় রামানন্দ করণবংশী কায়স্থ ওইজরবসু মাগী আচার- বিচার য়াম্না লূই অমসুং শেংই। মহাক দেবতা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী চরণদা থোইদোক্না থাজবা থম্লম্মী। বৈদিক শ্রোত- স্মার্তনচিংবা কর্মশিং মানা নিয়ম চুম্না পাঙথোক্লম্মী অমসুং ধর্মগা লোয়ননা শাসনকার্য্য তৌজদুনা মতম চুপ্না শ্রীকৃষ্ণগী চরণারবিন্দদা মবুক্লিং চঙজরম্মী।

নোংমা মহাক অয়ুক্তা বৈদিক ব্রাহ্মণ ময়াম লোয়ননা নুমিৎ খূদিংগী মতৌগুম্না পতিত পাবনী পুণ্যতোযা গোদাবরীদা স্নান তৌবা লেঙ্লম্মী। বেদজ্ঞ- ব্রাহ্মণ ময়াম্না মাগা লোয়ন- লোয়ননা স্তোত্রপাঠ তৌদুনা লাক্লম্মী। মাঙদা চৎপা যন্ত্র খোংবা য়ৈবা ময়াম য়ৈদুনা খোংদুনা চৎলম্মী। মতৌ অসুম্না ময়াম কোয়যোম য়োম্না মহাক গোদাববী তোর্বান যৌরম্মী। তোর্বান হেক য়ৌবগা যন্ত্র খোংবা য়ৈবা লেপখি। ব্রাহ্মণশিংনা ফি হোংদোক্লদুনা গোদাবরীগী লূরবা, ঈংলবা জলদা স্নান তৌনবম্মী। ময়ামদুনা ঈরুজবা মতমদা শোন্নবা স্তোত্রশিং থীদুনা রায় রামানন্দ স্নান তৌরম্মী, অদুগা দেবতা, ঋষি অমদি পিতৃগণদা জলাঞ্জলী কত্তুনা পেন্নবা তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা মতিকচাবা দক্ষিণা কৎলম্মী অমসুং অমুক হন্না কোনুংলোমদা হল্লক্লম্মী।

হল্লকপা মতমদুদা মহাক্না অরাপ্লদগী মথন্তা উখোঙদা ফম্বা তনৌবা নহা লৈঙাং মচুগী ফি শেৎপা মশক মতৌ ফজখ্রবা সন্ন্যাসী পাখং অমখক উরম্মী। খঙবা ঙমদে সন্ন্যাসী পাখংদুগী থম্মোয়নুংদা করি লাইব্রানো, মাবু হেক য়েংবদা রায় রামানন্দ মন্ত্রনা শুমহৎপগুম তৌরম্মী। মানা য়েংলম্মী, লম্বোইবদুগী মশা অপূম্বা নুংশিবা মতৌ অমা অসুম অসুম অচীকপা লমদম অদুবু অমৃতগী মতৌগুম, নুংঙাইবা অমসুং হরাউনীংঙাই ওইবা মতৌ অমা ওইহল্লম্মী। গোদাবরীগী অদুগুম্বা ঈংলবা চীক্লবা মফমদু লম্বোইবা নহা অদুগী মঙান্না পূংঙান ঙাম্থোকহনবগুম তৌরম্মী। লম্বোইবদুনা খোঙ লোন্নরদুনা শংত্রিক রামানন্দ রায়রোমদা য়েংলকই, মায়থোংদুদা অপেনবা মতৌ, লাঙতক্লবা মতৌ, ময়াইকাবা মতৌ ওই অমসুং কনাগুম্ববু মুন্না খঙনীংবগী মতৌ অমা য়াওই। সন্ন্যাসীনা হায়ফেৎ মোমোন নোকই অমসুং তয়াল মান্ন তঙাংবা চীম্বান অনিদু তনিক তনিকই। খঙদে, মথন্ত করিনো অমা হায়দোরক্কদৌগুম তৌই। রায় মহাশয় মথন্ত খাঙজবা ঙম্লমদে। সন্ন্যাসীদুনা লাপ্লিঙৈদগী শুমহৎপা ঙম্বা মন্ত্র অমনা শুমখ্রমাল্লে, মাগী ৱাখন্দা নিংথৌনি হায়বগী নাপন থাদোক্তুনা দোলাইরোমদা অসুম লাক্লম্বদগী সন্ন্যাসীগী মায়গৈরোমদা চূমদ্রিং লাকখি। মপুদুনা সন্ন্যাসীগী মায়গৈরোমদা লেঙখিবদু উবদা মনাইশিংসু অদুম ইন্নরকখি।

অদোম্না খঙবীরম্লগনি, নবীন সন্ন্যাসীদু অতৈ কনা নত্তে- ঐখোয খ্বাইগী প্রেমগী স্পর্শমনি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনি। মহাপ্রভুনা গোদাবরী তোর্বান্দা অচীকপদা স্নাননচিংবা লোইরগা রায় রামানন্দগা অমুক্তং উনরবদি খন্দুনা লৈবম্বনি, মতমদুদা যন্ত্রগী মখোন তারকপনি। মহাপ্রভুনা যন্ত্ররোমদা মিৎয়েং তারকই। অসুম য়েংলম্মী, পূং- শেন য়ৈবশিংদুগী তুংওইননা দোলাইথক্তা মগুণ লৈবা নুপা অমা তোংলগা লাকই। মী ময়াম অমা য়োম্লগা চৎলি। হেক উবমক্তা মহাপ্রভুনা খল্লম্মী মদুদি রামানন্দ রায় হায়বদু ওইরমগদ্রা ওইরম্লোইদ্রা। প্রভুনা মতিক মগুণ লৈবা মহাপুরুষ অদুনা দোলাই তোংদনা ঐঙোল্লোমদা লাক্লমাল্লে হায়বদু উবদা ইবুংঙোগী থম্মোয় সমুদ্রদা প্রেমগী ঈথক হৌবকখি, রায রামানন্দনি হাযবা খঙবিখি। ইবুংঙোগী

থম্মোয়দা রায় মহাশয়বু আলিঙ্গম পীনীংবনা প্রোক প্রোক চাক্লুম্মী। হন্না হন্না ৱাখল তৌবিরম্মী, প্রপ্রপ চেনশিল্লগা মহাপুরুষসিবু চেজেৎ কোল্লুরসিরা, অদুবু মরম কয়া লৈবদগী ইবুংঙোগী পূক্লিং ফাজিনবিখি। মতমদুদা গুণ লৈবা পুরুষদুনা লৈমায়দা লূকথদুনা মহাপ্রভুগী চরণদা ভক্তি কৎখি। পুরুষদুনা ভক্তি কৎপদু উরগা প্রভুনা থোইদোক্লা নুংশিনা শকখঙদবা পুরুষগুম হংলকখি- 'অদোমগী মিং রাজা রামানন্দ রায় কৌবরা ?'

মখূৎ অনী খুজোক য়ানা য়াম্না নোল্লুক্লা রায় মহাশয়না খুল্লকখি- 'ভগবন্ ! তোল্ল- তারবা, ভক্তি চেন্দবা ননাই শূদ্র মচাবু রামানন্দ কৌগদ্রনে?'

হেক তাবদা প্রভু ফুক হৌগত্তুনা রামানন্দ রায়বু চেজেৎ কোনবিখি অমসুং নুংশিনা তাকপিখি- 'রায় মহাশয় ! ঐঙোন্দা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা অদোমগী পরিচয় পীরম্বনি। আচার্য্যগী য়াথং ইকোক থোংনা অদোমগা উননীংদুনা ঐহাক বিদ্যানগরদা লাকপনি। ঐনা খল্লম্মী অদোমগা কমদৌনা উনবা ফংগদগে, অদুবু কৃপা সিন্ধু প্রভুগী কৃপা উরেদনা, খঙহৌদনা অদোমগা উনরে। ঙসি অদোমগা উনবদা ঐহাক মঙ্গল ওইরে। ঐগী যাত্রা পূম্না মহৈ য়াল্লে। ঐনা সন্ন্যাস লৌবা মরম চারে, মদুদি অদোমগুম্না পরম ভাগবত ভক্তগা ঐগা হকথেংননা উনরে।'

মখূৎ লোন্নদুনা পূক্লিং নোন্না রামানন্দনা হংগৎখি। 'ভগবন্ ! ননাইদি অসুম্না খঞ্জবে মবমদি ঙসি ঐগী মপোক কয়াগী পুণ্যদু চোংথোকপিবক্লে, মদুনা সাক্ষাৎ নারায়ণ স্বরূপ ওইবা অদোম্না সন্ন্যাসীগী বেষ থোল্লগা ননাইবু লানবানবগীদমক লেঙবিরক্লে। ভট্টাচার্য্য সার্বভৌমনা ননাইবু পঙনুং নুংশিবী, মচাগুম, শিষ্যগুম, সেবক অমসুং সম্বন্ধীগুম মতম চূপ্পা ঐবু থৌজানবিবানি। খঙজরে, আচার্য্যগী মফমদা প্রভুনা থৌজাল হাপ্পীবনি, অদুনা আচার্য্যগী আগ্রহদু য়াবিদুনা প্রভুনা ননাইদা দর্শন পীনবিদুনা কৃপা ফংজরবনি। আচার্য্যনা চীক্লা ননাইগী মঙ্গলগীদমকসু খন্দুনা তাকপি, মদুগী মহৈ:না অদোমগী অঙকপা দর্শনগী লাইবক ফবা ননাই তোল্লবনা ফংজরিবনি। ননাইদি হম্থবা জাতিদা পোকচবনি, ননাই ঐহাক

অহিং- নুংথিল চূপ্পা লোকনা নিন্দা তৌনবা নিংথৌগী থবক্তা হোৎনদুনা লৈজবনি, বিষয় কয়া চাদুনা মতম লেঞ্জবা ননাইনি, অসিগুম্বা বিষয় চাবা অমসুং পরমার্থগী লম্বেন্দা মায় ওন্দ্রবা তোল্লববুসু আলিঙ্গন পীনবিবা অসি প্রভুগী অতোনববু চানবিবগী মতৌনি, মসিদা ননাইগী থোইদোকপা করিসু লৈজবা নত্তে।ঙসি সংসারসিদা ঐমুক লাইবক ফবা কনা লৈরমখিগনি, ঐহাক হৌজিক ইশাগী ইরাইবকপু থাজজরে। প্রভুনা তোল্লবগী মফমদা অচেৎপা কাউদবা থম্বিবসি ননাইনা করি পুণ্য তৌজরকপগী মহৈ:নো খঞ্জে।

মহাপ্রভুনা তাকপিখি- 'রায় মহাশয় ! ঐহাক অদোমগী মুখদগী শ্রীকৃষ্ণ- কথা তাগে হায়দুনা লাকপনি। কৃপা তৌবিদুনা ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণ- কথা তাহন্দুনা মঙ্গল পীবিয়ু।'

রামানন্দনা হংগৎখি- 'ভগবন্ ! সংসার পাপকী লৈখোমদা পৃথরবা ননাইনা মায়াবদ্ধ জীবনা কমদৌনা কৃষ্ণ- কথাবু প্রভুগী মাঙদা শোঞ্জবা ঙমগদৌরিবনো ? প্রভুদি সাক্ষাৎ শ্রীহরিগী স্বরূপনি।'

প্রভুনা তাকপিখি- 'লম্বোইবনি খন্দুনা অদোম্না ঐঙোন্দা ওইদবা তৌবিগনু। সার্বভৌম মহাশয়না ঐগী কংলবা থম্মোয়বু প্রেমরস হাপ্লিনবা থাবিরকপনি। অদোম্না ঐঙোন্দা ভক্তি তত্ত্ব তাকপিদুনা ঐগী অমকপা পূক্লিংবু শেংহনবিয়ু।'

অসুম্না মহাপ্রভুগা রামানন্দগা ৱারী শানরিঁঙৈদা বৈদিক ব্রাহ্মণ অমা লাক্লগা প্রভুদা প্রসাদী লৌবিনবা বার্ত্তন তৌরম্মী। রায় মহাশয়সু মীয়াম মরক্তুদা মহাপুরুষদুগা অথূপ্পা ৱারী শানবদু মতিক চাদে হায়দুনা খল্লম্মী। মরম অদুনা ননাই অমুক দর্শন ফংজরগে হায়না হঙ্গৎলগা রামানন্দনা প্রভুদগী বিদায় নিজখি। প্রভুনা নুংশিনা তাকপিরকখি- 'কাউবিরোইকো শোয়দনা লেঙবিরকউ। অদোমগা উনজবসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইজে। অদোমগী মুখদগী কৃষ্ণ কথা থোইনা তাজনীংই। লেঙবিরক্লোইদ্রা ?'

রামানন্দনা কোক নোল্লগা তপ্না হঙ্গৎলম্মী- 'শোয়দনা লাকচগনি। থীন্দনা শ্রীচরণদর্শন ফংজরগা ইশাগী মঙ্গল নিজরখিগনি। প্রভুনা

তোল্লবা ননাইদা মপান নাইদবা সঙ্গতিসুখ পীনবিয়ু। ননাই থোইদোক্লা পাপ চেনবনি, মদু প্রভু দর্শন লৌজবমক্লা কোকচবা ঙম্লবোইদবনি।' অসুম্না হঙ্গৎলগা রায় মহাশয় প্রভুগী পাদ পদ্মদা ভক্তি কৎখি অমসুং মনাইশিংগা লোয়ননা কোনুং তম্না হনখি। মহাপ্রভুসু ব্রাহ্মণদুগা লোযননা ভিক্ষা লৌবা লেঙখি। ❖

# রায় রামানন্দনা সাধ্যতত্ত্ব ফোংদোকপা

**উদয়ন্নেব সবিতা পদ্মেষর্পয়তি শ্রিয়ম্।**
**বিভাবয়ন্ সমৃদ্ধীনাং ফলং সুহৃদনুগ্রহম্।।**
(সু.র.ভা. - ৯২/১৫)

(মরূপ- মপাং ওইবশিংদা থৌজানবিবনা হেনগৎ থোইগৎপা মহৈ ওই হায়বা ভাব অসি ফোংদোকপিদুনা ভগবান সূর্য্যদেবনা উদয় ওইবিবদা লক্ষ্মীবু থম্বানগীদমক পীথোকই)

য়াচঙবগী নীংথিজবা মতমনি। সূর্য্যদেবনা মশাগী মঙাল খৈবিক লোয়ননা অস্তাচলগী ঙাংঙ্গানবা লোক্লুংদা চঙখ্রে। নুমিৎ কৌবা লাইগী মতুং ইন্দুনা উচেক ব্রায়া খৈবিকসু মাগী মাগী মহুমদা চঙলগা তুমিন্না য়াতানখ্রে। নুংশিরবা রতিনা লাৎচবা (কামদেব) না মাগী অপাম্বা পোৎশক্কু উননবগীদমক লাঙতক্লনা ভগবতী নিশাদেবীগা লোয়ননা আরাধনাদা মবুক্লিং চঙ্খ্রে। সংসার পূম্নমক তূম্নখ্রে, বিষয় পাম্বা মীওইশিংনা বিষয়গী চিন্তাদা লৃপ্নরি অমসুং সংয়মীশিংনা তূমদনা অদুগুম্বা তাংথক নাইদবা মঙানদুবু চেৎনা নীংলি। মহাপ্রভুসু অচিকপদা ফমদুনা রায় মহাশয়বু ঙাইরি।

নুংশিবদা কযামকম হেন্না পূক্লিং চিংশিল্লি। প্রেমপাত্রদুনা থাপ্না লৈখ্রবসু মঙোন্দদি ইনক্তা নকই, পান্দ লৈখ্রবসু নুংদা চিংশিল্লকই অমসুং মবক্তা লৈবা চৈখনশিংদু থুদেক যৈথেক্কুনা লম্বীসু ফাত্তোকই। রায় মহাশয় মশাদি হল্লক্লে, অদুবু মবুক্লিংদি প্রভুগী পাদ পদ্মদা পক্কুনা লৈহৌবে। মহাক মশাদু যন্ত্রগী মতৌগুম্বা মবুক্লিং চঙদনা নিংথৌগী থবক পুরক্লে। য়াচঙঙকপগা মাগী হকচাংনা মবুক্লিংগী লৈফম থিবা মশামক্লা মায়গৈ অদোমদা লাকখি। মহাক নিংথৌগী ফিজোল, ফমগী লেমজবা অমদি ইকাই খুম্নবগী করিসু খনবা লৈতনা অচম্বা মনাই অমগা লোয়নরগা পূক্লিং নোন্না প্রভুগী লৈফম নাক্তা লাকখি। লাপ্লিঙৈদগী হৌনা প্রভুগী চরণদা ভক্তি প্রণাম কচ্চখি, প্রভুনসু হৌগৎপিদুনা কোনবিখি। ঙাইহাক তুমিন লৈনখি।

ঙাইহাক লৈরগা প্রভুনা তাকপিরকখি- 'রায় মহাশয় ! ঐহাক অদোমগী মুখদগী শ্রীকৃষ্ণ কথা তানীংই। অদোম্না ঐঙোন্দা তাকপিয়ু, সংসারসিদা মীওইবগী মরুওইবা থৌ করিনো ? অদোম জ্ঞানীনি, ভগবতভক্তনি, অদুনা ঐঙোন্দা সাধ্য সাধনতত্ত্ব খঙহনবিয়ু।'

রামানন্দনা পৃক্লিং নোন্না হংগৎখি- 'প্রভুনা ননাইগী পৃক্লিংদা লৈবা ভাবপু ননাইনা ফোংদোকচবদু পাম্বিরি। নুংঙাইজৈ, ননাইগী থম্মোয়দা ফাওহল্লকপা অদুখক ননাইনা প্রভুগী কৃপাদগী প্রভুগী মাঙদা ফোংদোকচগে। অহানবদা করি হংগৎচৌগে তাকপিয়ু।'

প্রভুনা হায়রকই- 'মীওইবনা তৌগদবা থৌদু হান্না শকথবিরকউ।'

রামানন্দনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাইনা খঞ্জে-

**স্বে স্বে কর্মণ্যভিরত: সংসিদ্ধিং লভতে নর।**

(গীতা- ১৮/৪৫)

হায়বদি- মাগী মাগী বর্ণাশ্রমগী মতুং ইন্না কর্ম তৌজদুনা লৈজরবতনা মীওইবনা পরমসিদ্ধি ফংবা ঙমই। মরম অদুনা বর্ণ অদুনা মাগী তৌফম থোকপা কর্ম অদু তৌজদুনা মদুনা মরম ওইদুনা বিষ্ণু ভগবানগী আরাধনা তৌজবা য়াই। বর্ণাশ্রম থাদোক্লগা ভগবানন্না পেনবিগদবা অচম্বা অরায়বা অমসুং মঙ্গল ওইগদবা অতৈ উপায় ননাইদি খঙজদে। *শাস্ত্রশিংদসু মতাং মতাং কয়াদা বর্ণাশ্রম ধর্মখক্তদা থোইদোক হেন্দোক্লা পল্লম্মী। শ্রীমদ্ভগবত গীতামক্তা মতাং- মতাং কয়াদা য়াম্না চেৎনা বর্ণাশ্রমধর্মগী মতুং ইন্না কর্ম তৌনবগীদমক পৃক্লিং চিংশিল্লম্মী অমসুং মদুনা পাম্বে ওইরগা সিদ্ধি ওই হায়না লৌনরম্মী। (গী.১৮/৪৬)

মহাপ্রভুনা রায় রামানন্দগী মুখদগী বর্ণাশ্রমধর্মগী ৱাদু তারগা থোইদোক্লা পেনবিখি। প্রভুনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই- 'রায় মহাশয়! ফোংদোকপিরক্লিবদো ওস্থোক্লা ফজখ্রবা ৱাফম্মি। তশেংনমক সংসারদা মীপূম খূদিংমক বর্ণাশ্রমধর্ম ঙাকপা হায়বসি থোইদোক্লা মঙ্গল ওইনীংঙাইনি।

* বর্ণাশ্রমাচাববতা পুরুষেণ পব: পুনম্।

বিষ্ণুবা বাধ্যতে পন্থা নান্যস্তত্তোষকাবক: ।। (বি: পু:)

মবম অদুনা শাস্ত্র পূম্নমক্কা য়াম্না চেৎনা ফোংনা লাউদুনা বর্ণাশ্রম ধর্মবু শীংথারিবনি। জীবনা পাপ পুণ্য অনী পূল্লগা মীগী হকচাং ফংলিবনি। অদুনা মখোয়দুগী বাসনাশিংনা বিষয়ভোগশিংগী লাংদা থুখিবনা মদুগীদমক ধর্ম, অর্থ অমসুং কামগী- মশক ওইবা ত্রিপুরুষার্থ যুক্ত ধর্মগী বিধান লৈ। মীওইবনা মশাগী অনীংবনা বিষয়ভোগশিংদা পূক্নিং চঙশিনখ্রবদি লৈখা তাগনি, মরম অদুনা ধর্মগী মরুম থূপ্পগী তঙাইফদবা লৈ। ধর্মগা লোয়নবা ৱারী ৱাতায় শানবদগী মীওইবনা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংই। অদুবু স্বর্গগী নুংঙাইবদু অরেপ্পা ওইদবনা পুণ্য ময়েং তারক্লবদা অমুক লৈখা তারকই। অদুনা কৈদৌঙৈদসু লৈখা তারক্তনবা করিগুম্বা উপায় অমত্তং তাকপিয়ু।'

প্রভুগী ৱাদু তারগা রামানন্দনা হায়জৈ- 'প্রভো ! মদুগী উপায়দি মসিনি মদুদি কর্ম খৃদিংমক্তা আসক্তি (অপাম্বা ৱাখল) থম্মোইদবনি। নিষ্কামভাবতা কর্ম তৌগদবনি। সকাম কর্ম তৌবদগীদি মহৈ: পীবা ওই, অদুম ওইনমক ভগবতপ্রীত্যর্থ (ভগবান্না পেনবিনবা) কর্ম তৌবদগী করিগুম্বা মখলগী ফল পোল্লক্রে।'

অপাম্বা থমদবা মহাপ্রভুনা হায়খি- 'অদোম্না য়াম্না ফজবা ৱাফম হৌদোকপিরক্লে। অচুম্বনি নিষ্কাম ভাবতা কর্ম তৌরবদি মরোল অহুমগী নুংঙাইবদগী হেন্না ৱাংবা মায়গৈদা পুবি। অদুবু মদুনা মরম ওইদুনা আত্মবুদ্ধি লৈজৈ, মখোয়না মুক্তিদা প্রধান হেতু ওইদদুনা গৌণ হেতু ওইজবা মখোয়দুগী ফল জ্ঞান ওইদদুনা আত্মবুদ্ধি ওই। +মসিদগীসু হেনবা খরা অমুক তাকপিয়ু।'

রামানন্দনা হায়খি- 'প্রভো ! অদোম্না নিষ্কাম (অপাম্বা থমদবা) কর্মবুসু অথোইবনি হায়না খনবিদ্রবদি কর্মগী মখল খৃদিংমক মশক নাইনা থাদোক্লুনা তত্তনা শ্রীভগবানবু ভজন তৌদুনা লৈজগদবা ওই। তশেংনা করিগুম্বা কর্ম তৌববসু মদুদগী ত্রিতাপকী নিবৃত্তি ওইদে। মরম অদুনা অৱাবা মৈশিংদুনা চাক্লবা জীবশিংগীদমক ধর্ম পূম্নমক থাদোকচদুনা প্রভুগী পাদপদ্মদা চঙজবখক্লা ননাইদি মীওইবগী মরুওইবা তৌগদবা থৌনি খঞ্জে। ভগবান্নসু গীতাদা অর্জুন্দা পাউতাক অসি পীবিখ্রবনি মদুদি 'হে অর্জুন !

---

+ যোগিন ন: কর্ম কুর্বন্তি সঙ্গং ত্যক্তাত্ম শুদ্ধয়ে। (গীতা- ৫/১১)

নহাক্র। কর্ম পূম্নমক থাদোকচবগা ঐঙোন্দা চঙজবকউ। ঐনা নংবু পাপ পূম্বা কোন ৎনগনি। অতে অমা খল্লুনু।'*

প্রভুনা নোক্কুনা হায়বকই- 'বায় মহাশয ! খঙজবে, অদোম্না শাস্ত্র অমফাও চীথিহন্দ্রে। অদোম শাস্ত্র পূম্বা নিযম চুম্না নৈনবে। অসিগুম্বা শবণাপত্তি ধর্ম অদোম্না তাকপিখিবদো খ্বাইদগী অথোইবা ধর্মনি। অদুবু মসিদি সংসাবী তাপশিংনা চাক্লবা সাধকশিংগীদমক্তি, মদুনা মৈচাকশিংদু পৃঙকোক কোক্লবা আশা তৌজবনি। মদুদগীসু থোইদোক হেন্দোক্লা হেনবা অমসুং মদুদা সংসাবগী তাপশিংদুগী ম খান চঙদনবা অতোপ্প। উপায অমা তাকপিযু।'

মদুদা বামানন্দ ৱাখল খবা খল্লম্মী, অমুক ঙাইহাক লৈবগা হায়বকখি- 'প্রভো ! ননাইনা খঞ্জবদা, সমভাবতা লৈজবগা অমসুং অফবা ফত্তবগী বিচাব তৌদুনা ভগবানদা তত্তনা ভক্তি তৌনা লৈজবনা মীওইবগী মকওইবা কর্তব্যনি।'

প্রভুনা হায়খি 'মদু যাম্না ফজবে। অদুবু মদুদা অশেংবা আনন্দগী ইচ্ছা ওই, মদুদা অনীদুগী বিচাব কমদৌনা তৌগনি ' দ্বৈধীভাব হায়বসিদি 'চংনবগী মবর্মনি। অফ- ফত্তগী বিচাব হায়বসি যাম্না অথোইবনি, অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা সবস ওইদে। বস চেনগদ্বা উপায অমত্তং তাকপিযু।'

মতমদুদা ভক্ত অথোইবা বামানন্দনা খোঞ্জেল হৌনা হায়খি 'প্রভো ! ভগবানগী অশেংবা ভক্তখক্লা খ্বাইদগী অথোইবা অমসুং মাওইবগী মক ওইবা মখৌনি। খুদম ওইনা ব্রহ্মানা শ্রীমদ্ভাগবততা ভগবান্দা স্তুতি তৌনা হংগৎখিবা লৈ

**জ্ঞানে প্রয়াসমুদপাস্য নমন্ত এব**
**জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদীয়বার্তাম্।**
**স্থানে স্থিতাঃ শ্রুতিগতাঃ তনুবাঙ্মনোভি-**
**র্যে প্রায়শোঽজিত জিতোঽপ্যসি তৈস্ত্রিলোক্যাম্॥**

(১০/১৪/৩)

* সর্বধর্মান পবিত্যজ্য মামেকং শবণং ব্রজ।
অহংত্বা সর্ব পাপেভ্যো মোক্ষযি ষ্যামি মা শুচঃ॥ (গী. ১৮/৬৬)

হাযবদি- 'হে অজিত ! মী অদুনা জ্ঞানদা কবিসু হোৎনবা তৌদনা সূপ্নগী সাধু সন্তশিংগী মফমদা নক্না লৈজবগা মখোয়দুগী মুখদগী অদোমগী গুণানুবাদশিং অদুখকপু তাজদুনা লৈজবা অমসুং মন, বচন অমদি কর্মতনা অদোম্বু ভক্তি তৌজদুনা পুন্সি লেঞ্জবা, মখোযদুখক্লা মবোল অহুম্মক্তা লৈবনা অদোম্বু ফংবা ঙমজগদবা ওই।'

বামানন্দগী মুখদগী শ্লোক অসি তাবগা প্রভু থোইদোক্লা পেনখি। প্রভুনা পেনবিদুনা হাযখি- 'অওইবমক ভট্টাচার্য্য সার্বভৌমনা মতৌ অসুম্না অদোমগী শাস্ত্র জ্ঞানগী বাফম থাগৎপিবকপা অদুমক মফমসিদা লাক্লগা ঐনা অদোম্বু অদুগী অদু ওইনা ফংজবববনি। মীওইবগী অথোইবা পুরুষার্থ অমসুং পূম্নমক্তগী অথোইবা ধর্মদি ভগবান মধুসূদনগী অহৈতুকী ভক্তি তৌজবখক্নি। মবম অদুনা মাসর্বুদি ঐহাক যাজবে, অদুবু মতৌ কমদৌনা ভক্তি তৌগদগে হাযবা অদু অমুক তাকপিযু।'

বামানন্দনা হাযখি- 'প্রভো ! ননাইনা খঞ্জে, প্রেমগা লোযননা ভক্তি তৌজবখক্লা ইষ্টসিদ্ধি ওইবা ঙমজে। ভগবানদি প্রেমগী মর্শাক্ল, প্রেমখক্লা ইবুংঙো মাগী মূর্ত্তিনি, বস বাজানি। মবম অসিনা হেক ঙম্বমখৈ অদুগুম্বা বসগী সমুদ্রদুদা লৃপচবগা ঈংবোইজগদবা ওই, মবমদি

**কৃষ্ণ ভক্তিরসভাবিতা মতি:**
**ক্রীয়তাং যদি কুতোঽপি লভ্যতে।**
**তত্র লৌল্যমপি মূল্যকেবলং**
**জন্মকোটিসুকৃতৈর্ন লভ্যতে ।।**

(বায বামানন্দ)

হাযবদি মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি বসদগী মতৌ অসুম্না ভক্তি মতি লৈজবা অদুক ফংজগদবা ওই। মদু ফংজবগী মমল কবিনো '? ইবুংঙো মাগী মফমদা পামজবা মতৌ, ফংজবগী ব্রাখল মতম চুপ্পা থম্মোযদা ইবুংঙো মাগী আশাখক তৌজদুনা লৈজবদা মীদুনা মপোক কোটিবক্কী তৌজবকপা

পুণ্য ফাওবনসু ফংবা ঙম্মোই।

ᐧ ᐧপ্রভুনা হায়খি- 'ধন্যানি, অশেংবা ব্রাফর্মদি অসিনি মদুদি- '**রসো বৈ স:। রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি**'

হায়বদি- 'ভগবান মহাক্তি স্বয়ং বসস্বরূপনি। বস অদু ফংজবগা জীবনা আনন্দগী মতৌ ওইজৈ। অদুবু হৌজিক ব্রাফম অমত্তং ব্রাৎলি। বস অদুগী আস্বাদন কবিগুম্বা নৎত্রগা কবিগুম্বা মখলগী সম্বন্ধনা তৌবা যাই, মবম অদুনা ভগবানগা কবম্বা মবীগা বস অদু আস্বাদন তৌগদগে হায়বা অদু ঐহাক যাম্নমক খঙজনীংই, চানবীদুনা মদু অমুক তাকপিযু।'

মদু তাবগা বায মহাশয়না হায়বকখি- 'প্রভো ! ননাইনা খঞ্জে, ভগবানগী মফমদা দাস্যভাব থমজবনা খ্বাযদগী অথোইবা সম্বন্ধনি। মবমদি দাস্য ভাব যাওদনা প্রেম তৌবা যাদে। শান্ত, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুব হায়বিবা বসশিংসিগী মনুংদা দাস্য ভাব থূপ্না লেঙদনা লৈ। মসি যাম্না বাজববা মতমদা ফোংদোবকই। নন্দ মহাবাজনা ভগবানগী মফমদা বাৎসল্য স্নেহ লৈবম্মী, অদুবু মথুবাদগী উদ্ধবনা লাক্লগা ভগবানগী সন্দেশ নন্দ বাবানচিংবা গোপশিংদা তম্লম্মী অমসুং নুমিৎ খবনি ব্রজদা লৈবম্লগা মানা হল্লমদাইদা থোইনা ব্রাবা বাখন্না নুংঙাইতনা নন্দ বাবানা হায়খি '**মনসো বৃত্তয়ো ন: স্যু: কৃষ্ণ পাদাম্বুজাশ্রয়া:**' হায়বদি হে উদ্ধব ! ঐগী ইবুঙ্গোং অসি মতম চপ্পা শ্রীকৃষ্ণগী চবণদা চঙজবা ওইদা। মচাগী মতৌগুম্ন ᐧ নুংশিবিবা পিতাগী দাস্য ভাব বাদ বাবব মতমদ মথন্তা ঈথব তৌজবকও। মতৌ অদম্না অদুঙৈ ব্রহ্মানা ষণবাশিংগা যন্নাও মযাম হুখ্রে অদগা ভগনাগ্না অদুগুম্বা ষণনাও মযাম শেন্নগা ব্রজদা লৈখ্রে অদুগা অমুক চহী অমগা মত দা ষণনাওশিংদু ব্রহ্মানা থাদোনকপা মতমদা বলবামনা খঙবা ঙমখি. মদুদা মনাওগী মফমদা ঙকপনা মবম ওইদনা ইবুংঙোদা দাস্য ভাব ফোংদোকাখি। মযাম্বা বলবামনা ভগবানগী মহিমা নীংশিংদুনা হায়বকখি

**প্রায়ো মায়াস্ত মে ভর্তুর্নান্যা মেঽপি বিমোহিনী।**

(শ্রীমদ্ভা. ১০/১৩/৩৭)

(পূন্নমক অসি ঐগী ইবুংঙো প্রভুগী লালানি।)

শ্রীমতি বাধিকানা ভগবানগী মফমদা কান্তা ভাব লৈজবম্মী। ইবেম্মদি স্বাধীন পতিকানি, অদুবু অদুঙৈ বাসদা খঙহৌদনা ভগবান্না অন্তর্ধান ওইখ্রবদা ইবেম্মগী দাস্য ভাব মকা লাম্মকখি। কপ্লুবগা হায়বকখি

**'দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে ! দর্শয় সন্নিধিম'**

হায়বদি 'হে সখে ! ইবুংঙো ননাইদা দর্শন পীনবিবো। ঐসে ইবুংঙোগী ননাইনি।' যেংবিযু আহং- নুংথিল চূপ্পা চান্নববা মবুংঙোদা মান তৌদুনা লৈজবিবী ইবেম্মগী মুখদগী আসি গুম্বা দাস্য ভাব ফোংদোবকপসি কযাদা ফজখ্রবা ! অদুবু কৈদৌর্কনি, দাস্য ভাবতি স্নেহগী স্বামীনি। মবম অদুনা প্রভো ! দাস্যভাবপু ননাইনা পূম্নমক্তগী অথোইবনি খঞ্জে।

প্রভুনা নোক্কুনা হায়বকখি- 'হোয, চুম্মে, অওইবা ওইগনি। ঐ মদু যাদবা তৌদে। অদুমকপু দাসা ভাবতা চিংনবা খবা অদুম মবৈবি। মনাইদা মপুগী ঐশ্বর্য, চাউজবা অমসুং লেমজবগী বাখল মতম চূপ্পা লৈ। অদুনা চিংনদনা আনন্দ বস পান তৌবদা চিংনবা খবা লৈ, মসিদা চিংনবা মবীব অমফাও যাওদবা মবী অমত্তং তার্কপিযু।'

মদুদা থোইনা হবাউজবগা লোযননা বায বামানন্দনা হঙ্গংখি 'অদুনদি প্রভো ! ননাইনা সখ্য- সম্বন্ধবু খ্বাইদগী অথোইবনি খঞ্জবে। সখ্য প্রেমদা ঐশ্বর্য, লন থুম, মান, সম্মানগী খন্নীংঙাই কবিসু লৈত্রে। শঙ্গেন নহাশিংনা ভগবানদা শাউবম্মী, ইবুংঙোনা ষনবীশিংবু ইকোয কোযনা লোযনবগা পবর্কখি। ইবুংঙো মাগী লেংবান্দা তোংলগা ফিবুল হাবী শান্নখি। ইবুংঙো মাদি মপান নাইদবা সংসাবগী অমত্তা ঙাযববা তৃংফম ওইবা ভগবান বাসুদেবদা কবি গুম্বা অমফাও চিংনবা লৈবমদে। অবেপ্পা বস মহাওদি সখ্য প্রেমদা লৈ।'

প্রভুনা হার্যাখ 'সখ্য প্রেমদি কবি হাযগনি ? সখ্য প্রেমদি যথার্থ প্রেমনি। অদুবু সখ্য প্রেমদি পূম্নমক্তা ফংনদে। মঙোন্দা অতোপ্পগী প্রেমগা চাংদম্নৈ, কবিগুম্বদা খঙহৌদদুনা শোযখিবা যাই মদুদি ঐহাক্কী প্রেমীনা ঐনা মঙোন্দা তৌবগুম্না ঐঙোন্দা অদুক হাক্লা তৌবক্তুবা মতমদুদা হৌনশা ওইনা ঐহাক্কী প্রেমদা হন্তবা খবা ওইবক্কনি। মবম অদুনা প্রেমগী মবী

অমত্তং, মদদা অথোই- অহেন নাইদবা অমসুং হীরম খুদিংমক্তা একবস ওইগদবা মদু তাকপিয়ু।'

মদুদা থীন্দনা রামানন্দনা হায়রকখি- 'প্রভো ! ৱাফমসিদি বাৎসল্য প্রেমদা য়াওদে। **'কুপুত্রো জায়েত ক্বচিদপি কুমাতা ন ভবতি'** মচানা নুংশিগে নুংশিয়ু নুংশিবোই তোকউ মমা মপাগী প্রেমদি মচাদা অদুম্মক মরৈ। মরম অদুনা ভগবান ব্যাসদেবনা হায়রম্মী-

**নেমং বিরিঞ্চো ন ভবো ন শ্রীরপ্যঙ্গ সংশ্রয়া।**
**প্রসাদং লেভিরে গোপী যত্তৎ প্রাপ বিমুক্তিদাৎ।।**
**(শ্রীমদ্ভা. ১০/৯/২০)**

হায়বদি 'প্রেমদাতা শ্রীহরিগী কৃপা যশোদা ইবেম্মদা ওইখিবা অদুক ব্রহ্মা, শিবগী ৱাদি হায়রুনু ভগবানগী থম্মোয়দা মতম চুপ্পা লৈজবী লক্ষ্মী ফাওবদসু ওইখিদে।' মরম অসিনা বাৎসল্য ভাব খক্লা পূন্নমক্তগী অথোইবনি হায়না লেপ্লি।

প্রভুনা থোইনা অপেনবা মতৌ ফোংদোক্লুনা হায়খি- রায় মহাশয়, অদোমদি রসরাজনি। অদোম্না খঙদবা অমফাও যাওদে। বাৎসল্য রসদি ভগবান ব্যাসদেবনা মপুংফানা থাগৎখ্রবনি। অদুম্মক ওইদুনসু বাৎসল্য রসদা ঐনা মপূংফানা চিংনদবা মতৌদু খঙবা ঙম্মদ্রি। মদুদা অচৌ- পিশক নাইবগী শরুক খরা খনবা লৈ। মসিগী মখা তাবা ওইনা খন্নরিবা ময়ামসি করিমতা য়াওদবা ভাব অদুদং তাকপিবা যারগদি ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।'

রায় রামানন্দনা হায়খি- 'প্রভো ! মসিগী মখাতাবা অমুক করি হংগৎসিগে মদু হংগৎনীংঙাই বিষয় ওইদ্রে। অওইবদা ভাব অমখত্তং লৈরি, মদুমক্তি অরোইবনি হায়বা তাই, মদুদি- 'কান্তাভাব' অসিখক্লি মসিদা চখরগা রস পূন্নমক, ভাব পূন্নমক অমসুং সম্বন্ধ পূন্নমক লোইশিল্লবনি।

রায় রামানন্দগী মুখদগী ৱাফম অসি তারগা প্রভুনা মহাকপু আলিঙ্গন পীবিখি অমসুং প্রেমদা ঙাওদুনা ফুল্লবা খৌরিদগী

হাযদোবকখি- 'বায মহাশয ! অদোম ধন্যনি, অদোমগী শাগৈ ধন্যনি, অদোমগী জননীদি অশেংবী জননীনি হায়বা যাবে, অদোমগী শাস্ত্রীয জ্ঞান সার্থক ওইবে। অসুক লুবা অথুপ্পা জ্ঞানবু ঐঙোন্দা তাকপিদুনা অদোম্না ঐবু লাম্থোকপিবে। অদুবু মসিদগীসু হেন্না ৱাংবা ভাব খঙবিবিগনি, তাকপিযু।'

মহাপ্রভুনা মদুগী মখা তাবা হংলকপদুদা বাযনা ঙক্লদুনা প্রভুগী মাযগৈদা মিৎযেং থমজবকখি অদুগা ফনা কুইনা লৈববা তুংদা তপ্না তপ্না হংগৎলকখি 'প্রভো ! মসিগী মখা তাবর্দি ননাই্ কবিমতা খঙজদ্রে।'

প্রভুনা নুংশিববা ৱাহৈনা হাযবিবকখি- 'বায মহাশয ! অদোমদি ৱা অমফাও থৃপ্তে। অদোম্না ঐবু থম্মোয কংলবনি, যূম থাদোক্লবনি, বনদা লৈবা সন্ন্যাসীনি খন্দুনা কাউথোকহনবা পাম্বিবে। অবোইবা সাধ্যতত্ত্বগী অধিকাবী নত্তে খন্দুনা অদোম্না ঐবু থৌওইবিদ্রে। অদোমদি পূন্নমক খঙবনি। কান্তা স্নেহদগীসু হেনবা খবা লৈবিবদো চানবিদুনা তাকপিবোনে ?'

বাযনা প্রভুগী চবণ কোন্দুনা হঙ্গৎখি-

**অনয়াঽঽরাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।**
**যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥***

(শ্রীমদ্ভা. ১০/৩০/২৮)

র্মসিনি প্রভো ! মসিগী মখা তাবদি তশেংনা হাযজবা ঙমজদ্রে। মবমদি বিষয অসি থোইদোক্লা অথূপ্পনি। ভগবান ব্যাস দেবনসু মসিবু থোইদোক্লা অথূপ্পনি খন্দুনা ফোংদোক্তনা থম্বিবম্মী। সুপ্নগী ইংগিৎখক্লা খব খজিক পান্দম থম্লম্বনি। লোইজবে, মসিগী মখা তাবা ননাইনা কবিমত্তা

* বাসদা খঙহৌদনা ভগবান্না অন্তর্ধান ওইখ্রবদা গোপিকাশিংনা শ্রীমতি বাধিকাগী লাইবক ফববু থাগৎখি
অবেপ্পমক ওইনা ইবেন্মা মহাক (শ্রীমতি বাধিকা) না ভগবান শ্রীহবিগী অবাধন তৌজখিবননি, মবমদি ইবেন্মগী মবমগীদমক ভগবান্না ঐখোয পূন্নমকপু থাদোক্তুনা ইবেন্মগা লোযননা অচিকপদা লেঙখ্রবনি।

হঙ্গৎচবা ৼমজববোই।

মসি তাবদা প্রভু ফুক হৌগৎতুনা লেপখৎলগা বায বামানন্দবু চেজেৎ আলিঙ্গন তৌদুনা হাযবম্মী- 'ধন্যানি ধন্যানি। অদোমদি প্রেমগী পবাকাষ্ঠা যৌববনি। অদোম সাধ্যতত্ত্বগী পংখৈ যৌবে। চুমই, শ্রীমতিবাধিকাগী প্রেমগী প্রশংসাবু কনানা তৌবা ঙমগাদগে ? ইবেম্মগী প্রেমদি পূম্নমক্তগী অথোইবনি।

হৌজিক অদোম্না ঐঙোন্দা ইবুংঙো- ইবেম্মা অনীগী বিলাসগী মপূং ফাবা মহিমা তাহনবিযু।

মসি তাববদা বায বামানন্দনা কোকিলনা খোংবগুম নৌববা খৌবীদগী শ্লোক অসি খোলহেক নুংশিনা থীবকখি-

**বাচা সূচিত শর্বরী রতি কলাপ্রাগল্‌ভয়া রাধিকাং**
**ব্রীড়াকুঞ্চিতলোচনাং বিরচয়ন্নগ্রে সখীনামসৌ।**
**তদ্বক্ষারুহচিত্রকেলিমকরীপাণ্ডিত্য পারঙ্গগত:**
**কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন্‌ কুঞ্জে বিহারং হরি: ।।***

মসিনা লোইবে বাস- বিলাসগী অবোইবা পংখৈ। প্রভুনা মদু তাবদা খোইদোক্না পেনখি। প্রভুনা বায বামানন্দবু চেজেৎ কোনখি অমসুং প্রেমদা প্রমত্ত ওইদুনা লৈমাযথক্তা তুখি। ❖

* অহিং মতমগী বতিক্রীডা হৈশিংবা মতৌ ফোংদোকপিবনা চিংনদবা ব্রাঙাঙনা শ্রীবাধিকাদা, সখীশিংগী মমাঙ্দা ইকাইজবনা চিংন- মিৎয়েং থম্বীদুনা, মাগী বক্ষজ অনীদা অঙকপা চিত্র কয়া য়েকপিবগা অবোইবা পংখৈ উৎপিদুনা কুঞ্জদা শান্নবগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণ মশানা মশাগী কৈশোব বয়সবু মহয যালহনবিবি।

# রায় রামানন্দদা সাধন সম্বন্ধী প্রশ্ন

সঞ্চার্য রামাভিধভক্তমেধে
স্বভক্তিসিদ্ধান্তচয়ামৃতানি।
গৌরাব্ধিরেতৈরমুনা বিতির্ণে
স্তৎজ্ঞত্বরত্নালয়তাং প্রযাতি ।।
(চৈ.চবিতা. ম.লী ৮/১)

(সমুদ্রগা মান্নবা গৌব মহাপ্রভুনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি সিদ্ধান্তৰূপ জলবাশিবু ভক্ত অথোইবা বামানন্দগী মশক ওইবা নোংলক্তা শন্দোক্তুনা অমুক হন্না মহাক্লা সিদ্ধান্ত সলিল অদুবু খাইদোকহল্লগা প্রভু মশামক্লা মদুগী জ্ঞানবত্নগী থোকফম ওইবা অদুদা মশানা লূপ্লি, হাযবদি প্রভু মশামক্লা বামানন্দগী থম্মোযদা ঈথক হৌহল্লগা প্রভু মশানা অমূক হন্না বসাস্বাদন তৌই)

অনীমক ঙাওববা, অনীমক্কী মিৎযেংদা সংসাবগী পোৎলমদা মচি যাওদ্রবা, অনিমক লম্বী অমত্তদা চৎমিন্নববা অদুগা মখোয অনী অচীকপদা অমুক লৈমিন্নববদি মদুগী নুংঙাইবদু কবি হাযগনি ? মদুবু হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা কৌই। অদুগুম্বা আনন্দ বসদু চূপচবা পূম্নমক্কী লাইবক্তা তমদে। মঙোন্দা ইবুংঙো মাগী কৃপা ফংজববা মহাক অদুতনা নুংঙাইবা অদুগী মপু ওইজবা ঙমগনি।

বায বামানন্দগী মুখদগী থোইদোকপা সাধ্যতত্ত্বগী ৱাদু তাবগা প্রভুনা হাযবকখি- 'বায় মহাশয ! অদোমগী মপান নাইদবা থৌজান্দগী ঐহাক পবম সাধ্যতত্ত্ব জ্ঞান লৌবে। হৌজিক মসি কমদৌনা ফংগদগে তাকপিযু। সাধন খঙদনা সাধ্যগী জ্ঞান অবেম্বনি। অদুনা মহাভাব ফংবা ঙম্বা উপাযদু অমুক তাকপিযু।'

বায বামানন্দনা থোইনা মবুক্লিং লাঙতক্লনা হংগৎখি- 'প্রভো !

অদোমদি পূম্নমক পাওবিবা ঙম্বনি। সংসারগী লৈখোমদা পূখরিবা ননাই বিষয় চাবা জীবনা কদায়দগী সাধ্য সাধন তত্ত্ববু খঙজবা ঙমগদগে ? অদুম ওইনমক ইবুংঙোনা ইবুংঙোগী ভাব খিবিক্তু ননাইবু ফোংদোকহনবা পাম্বিরবদি ইবুংঙোগী ইচ্ছাবু কনানা থিংবা ঙমগদগে। মরম অদুনা ইবুংঙোনা ননাইগী থম্মোয়দা ইনশিনবিরকপা অদুখক ননাইনা হঙ্গৎচগদবনি।

প্রভো ! শ্রীরাধিকাগী প্রেম অচম্বা নত্তে। সংসাবগী নুংঙাইবদা ব্রাখল থম্লিবা মীনদি মসিবু তাজবফাও মতিক চাদে। মসিদি থোইদোক্লা অথুপ্পনি হায়নরিবনি। মসিদি ব্রজগী গোপীকাশিংতনা খঙবনি। গোপিকাশিংদু নত্তনা কনাগুম্বা অতোপ্পনা রস অসিদা চঙশিল্লক্তে। গোপিশিংদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পামজবী নত্তে। ইবেম্মশিংদি শ্রীবাধিকাগা লোয়ননা কুঞ্জ খূদিংদা জগোয় শাদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অদুগুম্বা কমণীয় প্রেমলীলাদুবু থোইদোক্লা পামজবীনি। মশাগীদমক ইবেম্মশিংনা কবিমতা পামজদে, ইবেম্মশিংগী অনীংবা খৈবিক, খঞ্জবা খৈবিক, লাওজবা খৈবিক অমসুং পূক্লিং ব্রাঙাং অমদি ইন্দ্রিশিংগী থৌওং খৈবিক, চান্নবা চান্নবী অনীদুগী প্রেম বিহারগীদমক ওইবনি। অদুগুম্বা হায়নীংঙাই লৈতবা বস অদুগী আস্বাদন তৌবা পামজবী গোপীশিংগী ভাবনা খৈবিক্তু ত্যাগকী মতৌ অমসুং ওইজবা পূম্বা যাওদবা ওইগদবনি। গোপীভাব যাওদনা কনামত্তনা অদুগুম্বা আনন্দামৃতপান তৌবা ঙম্মোই। গোপীশিংগী প্রেমদা সংসাবগী মতৌ য়াওদে। অদু অশেংবনি, মক্তবনি, বাসনা যাওদবা অমসুং ইচ্ছা যাওদবনি। গোপীশিংগী অশেংবা প্রেমগী মমিং 'কাম' নি। অসিগুম্বা সংসাবগী 'কাম' বু 'কাম' কৌদে। দিব্যপ্রেমভাব অদুগী মমিং অশেংবা কামনি, মদুগী ইচ্ছা উদ্ধবনচিংবা ভক্তশিংনসু অতৎপা লৈতনা মতৌই।+

কনাগুম্বনা জপনা, তপনা, বেদাভ্যাস অমদি যজ্ঞ যাগনা মবম

---

+ প্রেমৈব গোপবা মাণং কাম ইত্যাগমৎ প্রথাম্
(গৌতমী তন্ত্র) ইত্যুদ্ধযো□প্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎ প্রিয়া।।

ওইদুনা অদুগুম্বা বসগী সমুদ্রদুদা চঙজবগী মপু শাজবদুদি মহাক অদুগী অশোযবনি। অমৃতগী মশক ওইবা মহাসাগবদুগী মনাক যৌজনবগীদমক্তি ভক্তি খক্লা অমত্তা ঙাযববা সাধননি। খুদম ওইনা ভগবান ব্যাসদেবনা হায়বিবম্বা লৈ-

**নায়ং সুখাপো ভগবান্ দেহিনাং গোপিকাসুতঃ।**
**জ্ঞানিনাং চাত্মভূতানাং যথা ভক্তিমতামিহ॥**
(শ্রীমদ্ভ. ১০/৯/২১)

(নন্দগী মচা ভগবান বাসুদেববু ভক্তশিংনা ভক্তিনা ইবায লায়না ফংবা ঙম্বা অদুগুম্না দেহগী নাপন তৌজবা, কর্ম্মকাণ্ডী অমদি জ্ঞানগী নাপন তৌজবা মীওইনা ফংবা ঙমদে। মবম অসিননি গোপীশিংগী প্রেমবু পূম্নমক্তগী অথোইবনি হায়বিবা-

**যদপি যসোদা নন্দ অরু গ্বালবাল সব ধন্য।**
**পৈঁ য়া রসকূঁ চাখিকে গোপী ভঈ অনন্য॥**

(অদুম ওইনমক যসোদা নন্দ অমসুং গোপ শঞ্জেন নহা খৈবিক ধন্যনি। অদুবু বস অদু আস্বাদন তৌজবগা গোপীসু অমত্তা ওইজখি।)

গোপীশিংগী প্রেমগা মান্নবদি কনানা ঙমগনি। বাস শান্নবা মতমদা ইবুংঙো মাগী পাম্বোমদা চঙজফম লৌজবিবা গোপীশিংদো লাইবকফবী ওইখ্রবীনি, ইবেম্মশিংদুগী পদধূলি নত্তনা কনাসু প্রেমগী মপু ওইবা ঙম্মোই।

প্রভুনা বায বামানন্দবু হন্না হন্না থাগৎখি। অসুম্না অহিং চূপ্পা মপু মনাই ৱাবীনখি। নুমিৎ খূদিংগী অযুক্তা অহিং ওইবে মতাগুম ঙানু থঙ্গোং লাবা অমোমগুম খাইদোক্লে অদুগা অহিংদসু নুংথিন্নি খন্দুনা মপু মনাই অমুক প্রেম সবোববদুগী মপান্দা পূনসিন্নে। অসুম্না নুমিৎ কযানিমকম সৎসঙ্গ অমসুং সাধ্য- সাধন নৈনদুনা লেনখি। নোংমা প্রভুনা বায বামানন্দদা

য়াম্না থূপ্না লুবা ব্রাহং খরা, মদুগী পাউখুমদু রায়না ঈশ্বরগী থৌইনশিন্না থূপ্না খঙহনবিগদবা ওইবদু হংলকখি। 'রায় মহাশয় ! ঐঙোন্দা বিদ্যা পূম্ন মক্কী মনুংদগী অথোইবা পরাবিদ্যা, মদুদগী হেনগৎপা অতোপ্পা বিদ্যা অমা লৈররোইদবা অমত্তং তাকপিয়ু।

রায়না খজিক ইকাইরপ তৌনা হংগৎখি- 'প্রভো ! ননাইনা করি হায়না হঙ্গৎসিগে ! শ্রীকৃষ্ণ- ভক্তি নত্তনা অতৈ অথোইবা বিদ্যা করি লৈগদগে ? মদুগীদমক হোৎনজবদা মরল ওইজনীংঙাইনি অতৈ পূম্নমক অরেম্বনি।'

**শ্রীকৃষ্ণেতি রসায়নং রসপরং শূন্যৈঃ কিমন্যৈঃ শ্রমৈঃ**

(শ্রীকৃষ্ণখক্লা রস খৈবিক তিনবা রসরাজনি, অতৈ অমা ফংগে তানবা অরেম্বনি।)

প্রভুনা হংখি- 'খ্বায়দগী অথোইবা মিংচৎ করিবু হায়বা য়াই ?'

রায়না হায়খি- 'প্রভো ! শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা মীয়াম্না শকখঙনবদো খ্বাইদগী অথোইবা মিংচৎনি।'

প্রভুনা হংখি- 'ফরে, লন পূম্নমক্তগী অথোইবদি করি লন্নো ?

রায়না খুমখি- 'শ্রীনিকুঞ্জবিহারী রাধবল্লভকী অচেৎপা ভক্তি মাগী থম্মোয়দা তরংনা লৈবদো খ্বাইদগী অথোইবা লল লৈবা মীশক্লি।'

প্রভুনা হংখি- 'তাকপিয়ু, খ্বাইদগী হেনবা অৱাবা করিনো ? ফুল্লবা খৌরীদগী পিনা চান্নবা রামানন্দনা হঙ্গচ্চে- 'প্রভো ! বিষয় ে.গকী ব্রাখল খন্দুনা শ্রীহরিবু থম্মোয়দা খন্দবা মিৎকুপ্তু খ্বাইদগী অৱাবনি।

**(সা হানিস্তন্মহচ্ছিদ্রং সা চান্ধজড়মূঢ়তা।**

**যন্মুহূর্তং ক্ষণং বাপি বাসুদেবং ন চিন্তয়েৎ ।।)**

(মহাভারত)

মসিদা নত্তনা ভগবদ্ভক্তশিংগা কায়নবসিসু তমথীনা অৱাবনি।

প্রভুনা হংখি- 'অদোম মুক্ত জীবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা কনানি খনবিবগে ?'

রায়না হায়খি- 'প্রভো ! মহাক অদুগী হোৎনজবা খৈবিক্তু শ্রীকৃষ্ণগী

প্রেম ফংজনবগীদমক ওইবা অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী থুন্নবা নাম শোঞ্জদুনা লেনবা অদুখক ফংজনবা হোৎনবা মহাক অদু খ্বাইদগী অথোইবা মুক্ত পুরুষনি।'

প্রভুনা হংখি- 'অদোম করম্বা ঈশৈবু খ্বাইদগী অথোইবা ঈশৈনি খনবগে?'

রায়না হায়খি-

**'শ্রীকৃষ্ণ ! গোবিন্দ ! হরে ! মুরারে !**

**হে নাথ ! নারায়ণ ! বাসুদেব !'**

হায়বা থুন্নবা নামশিং অসিগী ঈশৈসিবু ননাইনা খ্বাইদগী অথোইবা ঈশৈনি খঞ্জে।

প্রভুনা হংখি- 'অদোম্মা জীবশিংগী কল্যাণগীদমক খ্বাইদগী অথোইবা থবক করিনি খনবিবগে ?

রায়না হায়খি- 'প্রভো ! মহাপুরুষশিংগী পাদ পাদ্মগী উফূল মরীকপু ইকোকথক্তা লৈতেংজবা অমসুং বৈষ্ণবশিংদুগী মুখদগী শিন্থবকপা অমৃত বচনশিংদুবু পাপ চেল্লবা ইনাকোংসিনা তত্তনা তাজবা মদুখক্তবু ননাইনা জীবশিংগী কল্যাণগী মরু ওইবা হেতুনি খঞ্জে।'

প্রভুনা হংখি- 'থরায়পানবশিংগীদমক খ্বায়দগী অথোইবা নীংশিংনীংঙাই ওইবা পোৎশক কবিনো ?'

বায়না হায়খি- **শ্রীকৃষ্ণ ! গোবিন্দ ! হরে ! মুরারে !**

**হে নাথ ! নারায়ণ ! বাসুদেব !**

লোইবে মসিনা খ্বাইদগী অথোইবা নীংশিংনীংঙাইনি।

প্রভুনা হংখি- 'অদোম্মা ধ্যানশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী অথোইবা ধ্যান কদায়নি খনবিবগে ?'

বায়না হাযখি- 'শ্রীবৃন্দাবনবিহারীগী চেপ্তক য়েংবিবা শ্রীমূর্ত্তিদুবু তত্তনা ধ্যান তৌজবনা খ্বায়দগী অথোইবা ধ্যাননি।'

প্রভুনা হংখি- 'অদোম্মা জীবশিংগীদমক খ্বাইদগী অথোইবা লৈফমসি কদায়নি খনবি, মদুদা পূম্নমক্কী মায়থোংদা পদধূলি পীনবিদুনা

লেঙদনা লৈবিগদবা ?'

রায়না হায়খি- 'প্রভো !

**সরবসুকে মুখ ধরি দৈ সববসু কৈ ব্রজ ধূলি।**

(ভক্ত খৈবিক্কী মায়থোংদা হাপ্লি ভক্তশিংগী মরল ব্রজগী প্রেম ধূলি)

মসিনা লোইরে, রাধা- মুবলীধরগী ধ্যান তৌজদুনা লৈগদবনি অমসুং বৃন্দাবনবু থাদোক্লোইদবনি-

**শ্রীরাধামুরলীধরৌ ভজ সখে ! বৃন্দাবনংমা ত্যজ।**

প্রভুনা হংখি- 'অদোম শ্রবণশিংগী মনুংদা কবম্বনা খ্বায়দগী অথোইবা শ্রবণ ওইনীংঙাইনি খনবগে ?'

রায়না হায়খি- **'শ্রীকৃষ্ণ ! গোবিন্দ ! হরে ! মুরারে !**

**হে নাথ ! নারায়ণ ! বাসুদেব !**

মসিনা শ্রবণ পূম্নমক্কী মচিনি। কনাগুম্বনা মসিবু হৌনবী নিযম চুম্না তাজরবদা মহাক অমুক অতৈ শ্রবণ তৌনীংঙাই ওইদ্রে।

প্রভুনা হংখি- 'অদোম উপাসনাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা উপাসনা কদায়নি খনবিবগে ?'

বায়না হাযখি- 'ইবুংঙো ইবেম্মা অনী নত্তনা কনাগী উপাসনা তৌকুগদগে। তশেংবদি বৃন্দাবনবিহাবী খক্লা পবম উপাস্যনি। শক্তিগা ইবুংঙোগা খক খাইদোক্লবা যাদে।'

প্রভুনা হংখি- 'অদোম ভক্তিগা মুক্তিগা কবম্বনা হেন্না পাম্মী ?'

বায়না হায়খি- 'প্রভো ! মুক্তিগী মহাও যাওদবা মহৈদুদি কনাগুম্বা বিচাবপ্রধান দার্শনিক পুকুষনা পাম্নগনি। ননাইদি প্রভুগী পাদপদ্মদা তত্তনা ওন- থোইনা লৈজবনা খ্বাযদগী হেন্না পামজবনি। ননাইদি অমৃতগী সাগবদা লূপচরগা অমৃত ওনবা পামজদে। ননাইদি মদুগী মনাক্তা ফমজবগা মদুগী অথুম্বা মহাওদু তংজবদুনা খ্বায়দগী অথোইবনি খঞ্জে।

অসিগুম্বা কয়াসি হংন- ঙাঙনবতদা অহিং অদু লোমখি অমসুং মপু মনাই অমুক কায়নখি।

রায় রামানন্দগী অনুরাগ প্রভুগী পাদ পাদ্মদা অসুম অসুম

হেনজিল্লকখি। মহাক প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণগী রূপ ওইনা খল্লক্লে। মাগী মমিত্তা প্রভুগী প্রকৃতরূপ অদু পূমখন খনজিনখ্রে। অদুসু মানা মাগী ইষ্টদেব শ্রীরাধা কৃষ্ণগী স্বরূপ ওইনা উরক্লে। মরম অদুনা নোংমা মহাক্লা প্রভুদা হংগৎখি- 'প্রভো ! ননাইদি ইবুংঙোগী শ্রীবিগ্রহদা ননাইগী ইষ্টদেব ওইনা দর্শন তৌজরে। ননাইদা অসুম্না মঙান পীনবিরে মদুদি ইবুংঙোদি সাক্ষাৎ শ্রীমন্নারায়ণনি। খ্বায় মীয়াম্বু খহন্দনবা ইবুংঙোগী অসিগুম্বা ছদ্ম- বেষ ধারণ তৌবিবনি।'

নোক্লদুনা প্রভুনা খুমবিবকখি- 'রায় মহাশয় ! অদোম্না ঐগী হকচাংবু অদোমগী ইষ্টদেব ওইনা উদ্রবদি কনাদা উগনি। অদোমগী মিৎয়েংদা সংসারগী অউবা পোৎলম খূদিংমক ইষ্টদেব ওইনা উগনি। শ্রীমদ্ভাগবততা ইরি মদুদি 'পূম্নমক্তগী অথোইবা ভগবদ্ভক্তনা অচৎ চত্ত পূম্নমক্তা ভগবান ওইনা উই। মহাক অদুগী মিৎয়েংদা ভগবান্দগী তোঙানবা পোৎশক অমফাও লৈতে। অদোমদি পূম্নমক্তগী অথোইবা ভাগবতোত্তমনি। অদুর্নানি অদোম্না ঐগী দেহবু অদোমগী ইষ্টদেব ওইনা উরিবা, মসিদা ঙক্লীংঙাই করি লৈবগে ?'

প্রভুগী পাউখুম তারগা রায়না হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! প্রভুনা ননাইদা ওইদবা তাকপিগনু। ননাইদা ইবুংঙোগী অবেপ্পা রূপ দর্শন পীনবিবা ননাইবু তোল্লবা শুদ্রনি খনবিদুনা ইবুংঙোগী অরেপ্পা স্বরূপ দর্শন পীনবিদবা তৌবিগনু। মসি হায়ন- হায়না রায় রামানন্দ প্রেমাবেশ ওইরক্তুনা ব্রাম্বুরগা প্রভুগী চরণদা তুম্রে। মতম অদুদা মহাক্লা প্রভুগী দেহদু শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপূনবা রূপ ওইনা দর্শন ওইখি। প্রভুবু অদুগুম্বা অঙকপা রূপ ওইনা দর্শন লৌরগা রায় রামানন্দ মশাবু নীংজমন ফংলে খঞ্জখি অমসুং মশানা মশাবু হন্না হন্না থাগৎচরকখি।

সাবধান ওইরবদা প্রভুনা রায় রামানন্দবু আলিঙ্গন তৌবিখি অদুগা তাকপিখি- 'রায় মহাশয় ! ঐহাক নুমিৎ তরানি চূপ্পা অদোমগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ কথা তানা- তানা য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লে। অসুক ঙকপা রস ঐনা কৈদৌঙৈদসু ফংখিদ্রি। অদোমগী কৃপাদগী অসুক তাঙলবা প্রেমরসবু ঐনা

খজিক রসাস্বাদন তৌবা ফংলে। ঐনা হৌজিক খল্লে মদুদি অদোম থীন্দনা অসিগুম্বা ানংথৌগী থবকসি থাদোক্লগা পুরীদা লেঙবিরক্লো। মফমদুদা ঐখোয় অনী লোয়ননা লৈমিন্নরগা অসিগুম্বা আনন্দ রস পান তৌমিন্নসি, অদোমগা সঙ্গ ওইজবদা ঐগী লাইবক ফগনি।

মখূৎ লোন্নজরদুনা থোইনা নোল্লুকপা ৱাখল্লা রায রামানন্দনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! পূম্নমক অসি অদোমগী কৃপাগী মখা পোনবনি। অসিগুম্বা ৱাখল চোইজাইনবা অসিদগী নাম্থোকহল্লগা শ্রীচরণদা চঙজফম পীনবিববসিদদি চরণ নাক্তা লৈজবগী তাঞ্জা ফংজরেদনা। ননাইগী ইতিক ওইজবা নত্তে। প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা ননাইনা ধন্য- জীবন- দান তৌজবা ওমজরিবনি।

প্রভুনা হায়খি- 'ফরে অদোম লেঙবিরসি। দক্ষিণদগী হল্লক্লগা অমুক্তং ঐগা উনসি। মতমদুদা ঐগা লোয়ননা পুরীদা চৎসি।'

প্রভুগী আজ্ঞা কোকথক্তা পুরগা রায় রামানন্দ নিজালযদা হনখ্রে অমসুং প্রভুসু অয়ুক্তা মথংগী যাত্রাগী ৱাখন তৌখি। ❖

# শ্রীরঘুনাথ দাস

## শ্রীরঘুনাথ দাসনা প্রভুগী দর্শন

**কান্তাকটাক্ষবিশিখা ন লুনন্তি যস্য**
**চিত্তং ন নির্দহতি কোপকৃশানুতাপঃ।**
**কর্ষন্তি ভূরিবিষয়াশ্চ ন লোভপাশৈ**
**র্লোকত্রয়ং জয়তি কৃৎস্নমিদং ন ধীরঃ॥**

(সু. ব. ভা. ৮১/১২)

(নুপী ওইবীশিংগী মিৎচির্গী তেন্না মাগী থম্মোযদা পান্দ্রবা হাযবদি নুপীশিংগী ঈথক ঈবাংগী মিৎযেংনা মঙোন্দা চৈনা পীদ্রবা, মাগী থম্মোযদা অশাউবা মৈনা মৈশা লাংদ্রবা অমসুং মাবু কল্লবা বিষযগী মিহৌবা থৌবীনা চিংশিন্দ্রবা হাযবদি মহাক্কী মিৎযেংদা সংসাবগী লৈজ লৈথুম পুম্নমক নাপীগা মান্নববা অদুগুম্বা পূক্লিং তপ্পা মহাপুরুষদো মবোল অহুম্মকপু খুদক্তা জয তৌবা ঙমজে।)

কযা ফজখ্রবা কল্পনানো ! অদুগুম্বা মহাপুরুষশিংদুগী থম্মোযদো কযাদা লূবিগবা অমসুং শেংলিগবা, মখোযদুগী থম্মোযদগী কাম, ক্রোধ অমসুং লোভ হিংচাবা অহুর্মসিনা মপান থোকখ্রবা, পূক্লিংগী মন্দিববু মাংথোকপিবা হিংচাবশিংসিনা থোকখিবগা লিক্লাইনা শাবা লাইশঙ অসি পূমশেং হেক শেংই, বিষযনা নৈখাইবগী উফূন্না মক্লবা মন্দিব অসি মহাপাপী পূকচাউবশিংসিনা চৎখ্রবদা প্রেমগী অমৃতদা মশানা চামজদুনা লংজবকপা মতমদা থৱাযনা পামজবা মহাক্তু লেঙশিনবিবক্তুনা ঙাম্থোইবিববা মন্দিবদুদা মাগী প্রাণ- পতিষ্ঠা তৌবগা দেহগী মশক ওইবা লাইমাঙসিসু মাগী দিব্য- প্রকাশনা ইবং হেক লংহনবোই। আঃ ! লাইবক ফবা মাগী থম্মোযদা পামজবা মাগী মবোল অহুম লানবীবা মূর্ত্তিদা থৱায় হাপ্লিববনা, মহাক অদুগী চবণ শোকচবতদা শেবান্নবা খৈবিক কোকচখিবোই, আঃ ! পতিতপাবন মহানুভাবশিংদুগী পুন্সি ধন্যানি।

সংসারগী মনুংদা ফজবা উৎপা অরং- অরাক্লা তিনবা অমসুং লূরবোই নীংবা পোৎশক পূন্নমক কামবু চাওখৎহনবা ঙাক ওই। মখোয়সিনা নুপা ওইবশিংবু মঙোল্লোমদা হেক্তা চিংশিল্লি। মখোয় অদুদগী মরাঙ হৌবা মঙানশিং থোরক্কুনা মীওইবগী পূক্লিংবু নমদুনা শুমহৎপা লাংদা থুহল্লি। কনাগুম্বা পূক্লিং তপ্লা নুপাখক্লা চিংশিল্লিবশিংদুদগী কঞ্জবা ঙমজে। মখোয়দু মী নত্তে তশেংবা ঈশ্বরনি, মীগী মশক ওইবা নারায়ণনি। হকচাং পুবা ভগবাননি। মখোয়দুগী চরণ- ধূলি লাইবক ফবা মীওইখক্লা ফংজবা ঙমই। মহাত্মা রঘুনাথদাস পূক্লিং তপ্লা মীওইশিংদুগী মনুংদা অমনি।

মহাত্মা রঘুনাথদাসগী অপোকপা মচীন- মনাও অনীনি। হিরণ্য মজূমদার অমসুং গোবর্ধন মজূমদার। মচীন- মনাও অনীমক য়াম্না খঙ- হৈবা, শিক্ষোঙ খঙবা অমসুং খ্বায়গী চৎনরোন খঙবা ঙাক্লি। অদুঙে মতম অদুদা নিংথৌগী নাকন্দগী খুঙ্গংশিং ঠীকা পীথোক্লম্মী অমসুং ঠীকা ওক্লিবা লম্বু নৎত্রগা জমীন্দারশিংদু অয়াম্বনা কায়স্থ নৎত্রগা মুসলমান ঙাক ওইরম্মী। মচীন- মনাও অনীদুসু কুলীন কায়স্থমক্লি অমসুং বাদশাহগী নাকন্দগী মখোয়নীনা 'মজূমদার' মিংথোন ফংখি। মখোয় মতমদুদা বীসবীধা কৌবা নগরগী মনাক্তা সপ্তগ্রাম কৌবা খুঙ্গংদা লৈরম্মী। মতমদুদা সপ্তগ্রাম গঙ্গামপান ওইবা মরম্না লল্লোন- ইতিক্কী মফম চাবা কৈথেল অমনি হায়না লৌনরম্মী, মরমদি মতমদুগী লল্লোল ইতিক অয়াম্বা হিদঙাক তৌনরম্মী। মখোয়গী ইলাকাদুগী মতমদুগী আয় চাউরাক্লা লুপা লাখ কুন চহীগী ওইনা কারম্মী। মদুদগী লাখ তবানিথোইদি বাদশাহদা থীরম্মী অদুগা লেমহৌরিবা লাখ নিপান্দু মখোয়না লৌহৌরম্মী। মতমদুদা লাখ নিপানগী শেনফমসি য়াম্না য়াম্মী হায়না লৌনরম্মী, হৌজিক মতমগী করোড় অমগী শেনফমদগীসু হেনগনি। মচীন- মনাও অনীবু বাদশাহগী দরবারদা য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মী অমসুং মখোয়গী ব্রা খ্বায় পুন্নমক্লা পূমথা থাজনরম্মী। অদুক ইনাক খুল্লগসু মখোয় ঈশ্বরবু থাজবা ওইরম্মী। মখোয়বু দরবারদা অখণ্ড- অহৈ পণ্ডিতশিংনা য়াম্না সন্মান তৌরম্মী অমসুং অয়াম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী চঙজফমদা মপুন্সি লেল্লম্মী। মহাপ্রভুবু পোকপা পণ্ডিত

জগন্নাথ মিশ্রবুসু মখোয়না খরমখৈ সেবা তৌরম্মী অমদি নবদ্বীপকী অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা মনাক্তা লাকখোক লাকশিন তৌরম্মী। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী চরণদা মচীন- মনাও অনীমক্না হান্নদগী ভক্তি কৎলম্মী। মরম করিগীনো হায়ববু মখোয়গী শাগৈগী পুরোহিত শ্রীবলবাম আচার্য্যগা অদ্বৈতাচার্য্যগা য়াম্না চেৎনা তিন্নরম্মী। অদুগা মহাত্মা হরিদাস কবি- কবিগুম্বদা সপ্তগ্রামদা চৎলগা বলরামআচার্য্যগী শঙ্গায়দা পল্লম্মী। আচার্য্যনা মাবু নামদা লূপচবদুদা ঙক্লম্মী, গুরুনা মাবু মচাগুম্না লুনা তৌরম্মী, মদুদা জমীন্দার মচীন মনাও অনীদুনসু হরিদাসকী মফমদা থাজবা ব্রাখল থম্লকখি।

হিরণ্যদাস মচা লৈজরমদে, গোবর্ধনদাসখক্কী মচা অমখক লৈজরম্মী অমসুং মচাদুগী হাক্তক্তগী মখোয় জগৎনা বন্দনা তৌনবা অমসুং অমর হায়বদু ওইখি। মহাত্মা রঘুনাথ দাসগী অপোকপা ওইবগী শীনবা থুংনা লাইবক ফবা অসিগুম্বা শ্রীগোবর্ধনদাসনা ফংজরম্মী। অঙাং ওইরিবা রঘুনাথদাস হৌরকপদগী হৌনা য়াম্না মতিক মঙাল লৈবা অমসুং তুংদা ফবক্কদবা ওইনা লৌনরম্মী। ইমুংদুদা মথন্তা পোকপা মরম্না মপন অমসুং মপানা মাবু থোইনা লুন- চান্না তৌরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী মবুকচেন চীংলেম্লম্মী, ব্রা য়াম্না ঙাঙদে, কৈদৌঙৈদসু কনাগুম্বদা হায়হৈদবা ব্রাঙাঙ ঙাঙদে, মথক থোংবশিংদা মতম চূপ্পা নোল্লুক্লম্মী। নিংথৌমচা ওইবা মরম্না থোইনা হেন্না মফজৈ অমসুং তনৌ তনৌই, অদুম ওইনমক নোল্লুকপনা সনাগী মথক্তা তম্ফা থিল্লম্মী। মাগী শুমহৎপা শকফমদু য়েংবদা শুমহৎনবম্মী। পস্থৌনা মচাবু অফাওবা পণ্ডিত ওইহন্নবগীদমক শাগৈগী গুরু বলরাম আচার্য্যগী নাক্তা সংস্কৃত তম্নবা থারম্মী। নোল্লুকপা বঘুনাথনা মাগী লাইরিকশিংদু পুবগা আচার্য্যগী য়ূমদা লাইরিক তম্বা চৎলম্মী। মতমদুদা মহাত্মা হবিদাসনা আচার্য্যগী য়ূমদা লৈরগা হরাওনা হৌনা লাউনা ভগবানগী নাম শোল্লম্মী। পূকচেন শেংবা ঈং- তপ্পা বঘুনাথদাসদা হরিদাসগী ধর্ম চেৎপদুগী মমি য়াম্না নীংথিনা তাখি। মহাত্মা হরিদাসগী মায়থোংদা কুইনা শাংনা শংত্রিক যেংদুনা লৈজৈ অমসুং মাগা লোয়ননা করি করিগুম্বদা কীর্ত্তনদা ঙাওজবম্মী। হরিদাসগী থম্মোয়দসু অঙাং রঘুনাথদাসগী মবুক

শেংবা অমসুং পূকচেন ফবা মতৌদা কাউদনা লৈরম্মী। মানা জমীন্দারগী মচাদুবু মবুক্লিংদা লুনা চান্না তৌরকখি।

রঘুনাথদাস অসুম অসুম চাউরক্লে। মাগী মবুক্লিংদা অদুক য়ামখ্রবা মরল মথুম অদু মশানা থোইনা পামশিল্লুবা তৌরমদে। বিষয় চাবদু মশানা ককথৎচনবা লাক্লরকখি অমসুং পূক্লিং খোইমুনা মহৌশাগী নত্তবা ফজরবা নীংথিরবা লৈকোল অদু থাদোক্কুনা অহাঙবা উমং ৱামংদা মনীং তৌনা কোয়পাই পাইজনবগীদমক লাঙতক্লরকখি। অদুগুম্বা সনা লুপাগী চেগায়শিংদুবু লৈজ লৈথুম্লি খন্দুনা মী খ্বাইনা ফৎত্রবা থবক কয়ামরুম তৌবদসু তুং- মাঙ য়েংনদবা অমসুং মদু ফংননবগীদমক্তা থৱায় থাবদসু চিংনদ্রবা সনা- লুপাশিংদুবু রঘুনাথদাসনা মাগী লম্বীগী তিংখংনি খল্লম্মী। মাগী মবুক্লিং নিংথৌগী থবক- ইংখাংদা সুকচঙ চঙলমদে, মাদি অথোইবা লম্বেন শেংবিবা সৎসঙ্গীদমক চাকচরম্মী। ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা মাগী অদুগুম্বা মচৎ অদু পাম্নদনা খল্লম্মী, ময়াম্না মঙোন্দা মখল মখা অয়াম্বা সংসারগী নাকন্দা পামহল্লম্মী, অয়াম্বা মখলগী অফ- নুংঙাই কয়ামরুম্না মাগী মবুক্লিংদু ফাজিনবা পাম্লম্মী, অদুবু মখোয়না হোৎনবা পূম্নমক অরেম্বা তাখি। থুমদগী থুম্লবা তালমিশ্রীগী মহাও লৌরিবা মীদা চিনী অঙাংবনা ফাগে তৌরুবদি অপঙবগী ৱা ওইখি। পূম্নমক্লা মাগী অসিগুম্বা ফিভমসিদা চিন্তা তৌনখি। মতমদুদা মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌরগা শান্তিপুরদা অদ্বৈতাচার্য্যগী শঙ্গায়দা লেঙশিল্লিগৈদা মপাবুংগী য়াথং লৌরগা মহাক প্রভুগী দর্শন তৌবা চৎলম্মী অদুগা নুমিৎ মরি- মঙানি প্রভুগী চরণ নাক্তা লৈজখি। মহাপ্রভুদি নীংথিনা চাংযেং হৈবনিনা মাগী মওং মতৌদু খঙলম্মী, মহাক পোকপদগী শেংলকপা মীশক্লি। মহাক সংসারদা কুইনা শাংনা সংসারী ওইনা লৈবা য়াররোইদবনি। অদুম ওইনমক প্রভুনা মহাকপু থেন্ন- নৌরগা অপাম্বা ৱাখল থমদনা যূম পাল্লগা সংসারগী থৌ তৌননবগী পাউতাক পীবিরগা যূমদা হলহনখি।

মপাবুংনা উরম্মী, মচাগী পূক্লিংনা সংসারগী থৌদা মবুক্লিং চঙলক্রুবদুদা মপাবুংনা নীংথিরবী কন্যা অমগা লোয়ননা লুহোংবিবম্মী।

গোবর্ধনদাস ইনাক খুনবা ওইরম্মী, নীংথৌ অমসুং প্রজা অনীমক্কী পেন্নফম ওইরম্মী, মীপূম খূদিংমক্না মহাকপু মতিক মগুণ লৈবগী মিৎয়েংনা য়েংনরম্মী। নিংথৌশিংগী মতৌগুম্না মশাগী মচাক মরন লৈরম্মী। মরম অসিনা মহাক্না মচাগীদমক থোইনা হেন্না নীংথিবী মৌ থিবদা অৱাবা ওইখিদে। মপাবুংনা খল্লম্বদি রঘুনাথ পাখংনি, মহাক থোইনা ফজবী মৌ অমত্তং থিরগা মশাগী নীংবা কায়বা পূম্নমক কাউখিগনি, অদুগা মাগী প্রেমগী ডোরীনা পুল্লগা সংসারী ওইজখিগনি, অদুবু বিষয় ভোগখক্তবু পূম্নমক্কি খঞ্জরিবা মপাবুংনদি করি খঙগনি, মচাদি হান্নদগী অতোপ্পদা লুহোংখ্রে, মহাক্তুগী ফজবগী মাঙদা সংসারগী ফজবা কয়ানা করিসু কান্নররোইদবনি। মপাবুংগী থৌরাং পূম্নমক্তু অরেম্বদা তাখ্রে। ফজরবী মৌদুনা রঘুনাথদাসবু প্রেম ডোরীনা পুনবা ঙমখিদে। রঘুনাথদাস অদুগী অদু ওইনা সংসারগী ৱাখল্দা নীংবা কায়না লৈখি।

প্রভুনা বৃন্দাবন লেঙদ্রে হায়না তাবা অদুঙৈ মতমদুদা প্রভু রামকেলিদগী হল্লক্লগা অদ্বৈতাচার্য্যগী বাড়ীদা লেঙশিল্লিঙৈ মতমদুদা মহাক্না য়াম্না নোল্লুক্না পূজ্য পিতাগী চরণদা মহাপ্রভু দর্শনগী য়াথং পীনবিয়ু হংগৎচখি। মহাপ্রভু দর্শন তৌরগা য়াম্না থুনা হল্লক্কে হায়জখি।

ৱাদু তাবদা গোবর্ধনদাস তৌফম খঙখিদে, অদুবু চাউবা মান্নববা মচা পাখংদুবু নমদুনা খাম্বসু পাল্লমদে, অদুনা মিত্তগী পি শিন্থনা হায়খি- 'ইপাগী ইবুংঙো ! ইমুংসিগী নহাক্তি নাইতোম ঙানবা থাউমৈনি। লৈবিবা ঐখোয় ময়ামসে নঙনা পাঙ্গল ওইবিবনি। নঙ খক্না ঐখোয়গী পূক্সিগী পোত্থাফমনিদো। নহাক উদবদা ঐখোয়না হিংবা ঙল্লোইদৌরিবনি। প্রভুগী দর্শন তৌবদা ঐনা নঙবু থিংনীংদে, অদুবু হনুরবা নপা ঐনা অসিমত্তং হায়জগে, নহাক নপা ঐগী ঙৌরবা শম অসি য়েংলগা হল্লকউকো থীন্দনা, করিগুম্বা যূম থাদোক্তুনা মপাল লান্না চৎকে খনগনুকো।'

মপাবুংগী নুংশিরবা ৱাঙাঙ অদু তারগা মিৎলু ঈরা চেন্না রঘুনাথদাসনা হংগৎখি- 'পাবুং ! করম তৌনি নচাদি সংসারগী মায়াদা

ইবুক্লিং চঙবা ঙমজদ্রে। নচা ঐনা পামজবদি পাবুং ব্রাদনা হিংবদুনি, অদুবু ঐহাক তৌফম খঙদ্রে। ঐগী পূক্লিং অসিবু কনাগুম্বনা নমদুনা চিংশিনবিখ্রে। পাবুংগী য়াথং ইকোকথক্তা হাপচরে, নচা থীন্দনা হঞ্জরক্কে।'

মচানা থাজবদু পীরবদা গোবর্ধনদাসনা মচাগীদমক ফজরবা দোলাই অমা থৌরাং তৌহল্লম্মী। থাজনীংঙাই ওইবা মনাই তরা- কুন লোয়নহল্লে অমসুং যাম্না লূনা নান্না নিংথৌমচাগী মতৌগুম্না খুদোনপোৎ কয়ামরুমগা লোয়ননা মচাবু প্রভুগী দর্শনগীদমক থাখ্রে। শান্তিপুব উবা হৌরকপদগী মহাক দোলাইদগী কুমথরগা মখোঙদা করিসু তোংদনা নুংশা মবক্তা চৎলগা প্রভুগী নাক য়ৌখি। লাপ্লিঙৈদগী লৈমায়থক্তা ওন- থোইনা প্রভুগী চরণদা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কৎচখি। প্রভুনা ফুক হৌগৎলগা মহাকপু চেজেৎ কোনশিনবিখি অদুগা তপ্না তপ্না মনাইগী মুনা খোইখোই চোইনা তাবা মশম অদু শীৎ- শীৎ নাম্ববীরম্মী। প্রভুনা মকোক্তা নাতোন থল্লম্মী অদুগা তম্পাক্তা ফমহল্লগা অঙাংশিংদা তৌবগুম হংবিরকখি- 'নহাক নুংশা অসুক শাখ্রবসিদা কমদৌনা লাকই নখোঙনা লাকপ্রা ? ননাইশিং লোয়নরক্তে ? নমায মায়থোংদু তাইফেৎ তাইরে, করিননো ?' বঘুনাথদাসনা হংবিবকপশিংদুগী পাউখুম সুকপী পীদনা মমিত্তগী শিন্থবকপা পিতনা প্রভুগী লৈঙাং মচুগী ফিজোল অদু পূমচোৎ চোৎলম্মী। তাল্লক অসিদা বঘুনাথদাসগী লোয়নরকপা মনাইশিংনা প্রভুগী চবণদা চঙশিল্লক্লুনা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কৎখি অমসুং ভেটকী পোৎলম পূম্নমক প্রভুগী মাঙদা থেল্লখি। মহাপ্রভুনা কাইদ কাইদ বঘুনাথদাসগী ফুদোংলবা সনাগুম নীংথিরবা মশাদা ইবুংঙোগী প্রেমগী মতৌ ওইরবা, নুংঙাইরবা অমসুং চানবিরবা থোৎ নৌরবা খূত্তুনা শীৎ শীৎ নানবিবম্মী। প্রভুগী মপান নাইদ্রবা কৃপাদু ফংলদুনা কপ্না কপ্না রঘুনাথনা হংগৎচৈ- 'প্রভু ! ইপাগী য়ূমদু ননাইগীদমক্তদি তশেংবমক কৈশুমশঙ ওইখ্রে। ননাইবু মতম চূপ্পা কোয়শেন শেন্নবিরে। হায়দ তাক্তনা ঐহাক করিগুম্বদা চখোক- চৎশিন য়াদ্রে, ইনীং তৌনা কোয়থোক খোত্তোকপা য়াদ্রে। হে জগৎপু লানবিরিবা ! ননাইবু য়ূমদা পুন্দুনা থম্বিরিবসি থাদোকহনবিয়ুগবা। ননাইবু অৱাবসি কোকহনবিদুনা

ইবুংঙোগী চবণদা চঙজফম পীনবিয়ুগবা। ইবুংঙোগী চবণতবু নীংজবগা ইপুন্সি অসি লেঞ্জবগে, বব অসিদং পীনবিয়ু।'

প্রভুনা নুংশিনা তাকপিবকখি- 'বঘুনাথ ! নঙবু ঙাওববববনে ! ওস্থোকইদা, যূম্নবু পুনবা হৌনব্রনে। মদুগী মনুংদা নশাগী হাযবা মতৌদো থাদোকচৌ, লোইবে, অমুক কবি লৈখিগনি। ঐগী হাযবা মতৌদু হেক লৈবিবমখৈ ব্রাগদবনি। ঐগী হাযবা মতৌদু লৈত্রবদদা পূম্নমক ইশাগী ইশা ঙাক্তনি। অপাম্বা থাদোক্লগা লৈযু। লন থুম, নুপী অঙাং অমদি তমথীববা মকপাশিংগী মবক্তা ইশাগী হাযবা ব্রাখন্দু কাউথোক্লগা লৈযু।'

বঘুনাথদাসনা কপ্পা কপ্পা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাইদা অঙাংগী মতৌগুম থেম্বিবগনু। ননাইনা খঙজবে, ইবুংঙোদি পূম্নমক্কী মবুক খঙবিবগা মতিক চাবা পাউতাক পীনবিবনি। অঙাংনুবীশিংগী মবক্তা অপাম্বা বাখল চেন্দনা লৈবিঙৈগী মবক্তা লাইনীং লাইশোন শক শোনবা হাযবসি তুবেনগী মপান্দা কোযচৎ চৎপদা মশা চোত্তবগুম্বনি। প্রভো ! অদগুম্বা পুন্সি মবোন্দি ঈশ্ববখক নত্তনা অচম্বা মীওইনা কৈদৌদে দসু ওইবা ঙম্লোই। ইবুংঙোনদি তাকপিবি, মদু সংসাবগী বিষয থোইদোক হেন্দোক্লা পামজবিবশিংগীদমক্তনি। ননাইনা চবণ শোকচবগা হঙ্গৎচবি মদুদি ননাই ঐহাক সংসাবগী বিষযশিংদা অপাম্বা সুকৈল লৈজদ্রে। ননাই ঐহাক যূমগী মপান নাইদ্রবা লন- থুম পূম্নমক থাদোকচবগে হাযদুনা চেনাশঙ্গবক্লবনি। হৌজক ননাই ঐহাক কুইনা শাংনা যূমগী অথা অপুন্দা লৈজবা ঙমজববোই।'

প্রভুনা হাযখি 'নহাক্লা হাযবিবদো পূম্নমক চুমই, অদুবু মর্কট বৈবাগ্য (যোং- লম্বোইবা) হাকুবসিদি চুমদে। কবি কবিগুম্বদা মীওইবনা ঙাইহাক বৈবাগ্য ওই, মদুনা অবাবা নংলক্লবদা অমুক সুকওই ওইদে, অদুনা নুমিৎ খবদংদি যূমদা লৈকখো, অদুগা অমুক যেংসি।

থোইনা ব্রানা বঘুনাথনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ইবুংঙোগী চবণদা চঙজবক্লবদবু অমুক বৈবাগ্য কমদৌনা কাযগদগে ? অমৃত থকচববদবু মীওইবনা শিবা- নাবা কিবা তৌনদেদা ? ইবুংঙো, ননাইগী চঙজফম

পীনবিয়ু।'

প্রভুনা ঈংনা তপ্না হাযবকখি 'ফবে যেংলসি, হৌজিক্তি নহাক যূমদা হল্লুখো, ঐহাক বৃন্দাবন চৎকে খল্লি। মফমসিদগী হল্লগা পুবী চৎলুখিগনি অদুগা মফমদুদগী থীন্দনা বৃন্দাবন চৎকে খল্লি। বৃন্দাবনদগী হল্লক্লবা মতমদুদা মহাক লাক্লগা ঐগা পুবীদা উনসিকো।' প্রভুগী থাজবা যাবা ৱাফমদুদগী বঘুনাথদাস খবা খজিক পেঞ্জখি। মহাক শান্তিপুবদা নুমিৎ তবেৎনি প্রভুগী চবণ নাক্তা লৈখি। মহাক নুমিৎ খবনিদু মিকুপ অমা ফওবা প্রভুগা থাদোক্লখিদে। প্রভুনা হাববা তংদ মবুংৎোগী অবেন্না প্রসাদ অদু ফংজখি অদুগা প্রভুগী চবণখাদা তূমজখি। অসুম্না নুমিৎ তবেৎনি লৈবম্লগা প্রভুগী যাথং ইঞ্জদুনা সপ্তগ্রামদা অমক হল্লকখি।

শ্রীমন্মাধবেন্দ্রপুবীগী পুণ্য তিথি নকশিল্লক্লম্মী, মবম অদুনা অদ্বৈতাচার্য্যনা হাযজবা মতুংইন্না প্রভু নুমিৎ তবানি শান্তিপুবদা পনাখি। নবদ্বীপনাচিংবা মফমদগী অযাম্বা ভক্তশিংনা প্রভুগী দর্শনগীদমক লাক্লখি। শচীমাতাসু মচাবু হন্না উননবগীদমক লাকখি অদগা নুমিৎ তবেৎনি চুপ্পা মখূৎনা হৌবা লূক প্রভুনা হাখি। মবক অসিদা নোংমা মহাপ্রভুনা গঙ্গা লাল্লগা পণ্ডিত গৌবীদাসগা উনবা লেংখি। পণ্ডিতনা গৌবাঙ্গগী চবণদা থাজবা থল্লম্মী। মহাক্ল প্রভুদগা বব নিজখি মদুদি নিতাই অমসুং নিমাই হবুবো অনীমক ননাইগী নাক্তা লেংশিনবিয় মদদা প্রভুনা মাগী নাক্তা প্রতিমা ওইনা লৈবগে হায়না য়াবখি। পণ্ডিতনা নিমাই অমসুং নিতাই অনীগী প্রতিমা লিংখৎখি, অদুনা মহাক্লা থাজবগা লেপনানা হৌদিক ফাওবা মচিন-মনাও অনীমক লেংশিনবানা। অনী অসি গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু অমসুং নিত্যানন্দ প্রভু অনীগী ইহান চনবা মূর্ত্তিনা হৌবনি। মূর্ত্তি অনীসি থোইদোক্লা চংখোল্লি।

কালনাদগী লেংঙক্লগা শান্তিপুবদা অমুক থংলখি, মদুদগী অমুক ভক্ত মযামগা বিদায় তৌনবগা ইবুংঙোনা অন্তবঙ্গ ভক্ত অনী মবি লোযনদুনা শ্রীজগন্নাথপুবীগীদমক খোঙলেংখি। ❖

# শ্রীরঘুনাথদাসনা য়ূম থাদোকপা

গুরুর্ন স স্যাৎ স্বজনো ন স স্যাৎ
পিতা ন স স্যাজ্জননী ন সা স্যাৎ।
দৈবং ন তৎ স্যান্ন পতিশ্চ স স্যা-
ন্ন মোচয়েদ্যঃ সমুপেতমৃত্যুম্ ॥
(শ্রীমদ্ভা.৫/৫/১৮)

(অশিবগী থৌবীনা পুল্লিবা মী অদুনা সংসাব লীপুন্দগী লাম্থোকচবা ঙমদ্রিবা মহাক অদু মযেক তন্বিববসু অশেংবা গুরু ওইদে, শাগৈ- নাতৈগী মনুংদা পোল্লবসু মবী- মতা ওইদে, মশাগী বীর্যদগী পোল্লবসু অশেংবা মপা ওইদে, মশাবু পোকপিবা ওইববসু অশেংবা মমা ওইদে, ইকাইখুম্ননীংঙাই ওইববসু লাইনা তম্বা ওইদে অমসুং খুজেং পাযনা লুহোংলবসু অশেংবা মপুবোইবা ওইদে)

সপ্তগ্রামগী লম্ব শ্রীগোবর্ধনদাসগী মচানুপা শ্রীবঘুনাথদাসবু পাঠকনা কাউবিবল্লোই। শান্তিপুবদা অদ্বৈতাচার্যগী শঙ্গাযদা লেঙশিল্লম্বা প্রভুবু মহাক্লা দর্শন তৌজখি অমসুং প্রভুনা মহাকপু মর্কট বৈবাগ্য থাদোক্লগা যূমদা লৈদুনা ভগবৎ ভজন তৌনবগী পাউত্তাক পীখি অমসুং মহাক মযূম থাদোক্লবগী কন্ন তকশিল্লক্লবদা প্রভুনা তার্কাপখি- 'ফবে, যেংলসি। হৌজিক্তি নহাক নযূমদা হল্লুখো, ঐহাক থুনমক বৃন্দাবন চৎলগনি, মদুদগী হল্লক্লগা ঐনা যৌবক্লবা মতমদা অসুম্না ফৈ হাযবদু তৌবসি।'

হৌজিক অমুক প্রভুনা ব্রজমণ্ডল যাত্রা তৌকবগা পুবীদা লেঙঙক্লে হাযবা বঘুনাথনা তাবম্মী। মতমদুদা মহাক চৈতন্যচবণ দর্শনগীদমক থোইনা হেন্না পামজবম্মী। মাগী পূক্লিং গৌবাঙ্গগী চিন্তা তৌজদুনতা মতম লেল্লম্মী। মপাম্থোংদবুদি সংসাবগী থবক থৌবম খৈবিক তৌজবা শার্বনি, অদুবু নুংদদি থম্মোযদা চৈতন্য কাযনবগী মৈনা চাক্লম্মী। মহাক্লা মতমদুদা পূন্নমক অদু থাদোক- লংথোক্লম্লগা চৈতন্যচবণদা চঙজফম লৌজবকখি, অদুবু মতমদুদা

মহাক্কী ইমুং মনুংদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি।

সপ্তগ্রামগী ঠীকাসি হান্না মুসলমান লম্বু অমনা ওক্লম্বনি। মহাক্লা লমদমদুগী চৌধবী ওইবম্মী। মঙোন্দগী মখোযনা লমদমসিগী লম্বু ওইবা ফংখিবনি। মহাক্লা চহী খূদিংগী কাবকপা কাংগৎ অদুগী শকক মবিথোকপগী অমা মশাগী থাকহৌবগা শরুক অহুম নিংথৌগী দববাবদা জমা তৌবম্মী। লমদম অদুগী কাংগৎ অপূম্বা চহীগী ওইনা লুপা লাখ কুন ওইবম্মী। শেনবাগী মতুংইন্না মজুমদাব মচীন মনাওনা লাখ তবামঙা নিংথৌ দববাবদা জমা তৌগদবনি অদুগা লাখ মঙানা মখোযগী শরুক থাকহৌগদবনি। অদুবু কাযস্থগী হৌনবী লৌশিং তৌদুনা লাখ তবানিথোইখক জমা তৌবগা লাখ নিপান খাকহৌবম্মী। মতম কুইনা ঠীকাদু মখোযনা ওক্লকপা মবম্না মখোযনা লম্বু ওইবগী লেঙদবা খুভম ফংবা তাবম্বনি, মবমদি চহী তবানিথোই হেক শুবদা লেঙদবা ঠীকা ওইবম্বনি অদুবু ব্রাফম অসিদগী হান্নগী চৌধবীদুনা শাউবম্মী। মহাক্লা নিংথৌ দববাবদা মশাগী অধিকাব উত্তুনা মচীন মনাও অনীদুগী মথক্তা ব্রাকৎলম্মী অমসুং মন্ত্রীবু মাগী মীচঙদা তিনশিল্লম্মী। অদুনা মখোযবু ফাননবগীদমক নিংথৌগী অঙম্বশিং লাকখি। মখোযবু ফাগদৌবে হাযবা পাউ ফংবদা হিবণ্যদাস অমসুং গোবর্ধনদাস মচীন মনাও অনীমক মযূম থাদোক্তুনা চেনখিবম্মী। যূমদা বঘুনাথদাস মথন্ত লৈহৌবম্মী। চৌধবীনা মাবু ফাজিলহল্লম্মী অমসুং জেলদা থাজিল্লম্মী। মফমদুদা মাবু ব্রাফম অসিগীদমক নুমিৎ খূদিংগী কিহল্লম্মী অমসুং ব্রাহং পাউহংলম্মী মর্দদি মপন অমসুং মপাগী লৈফম তাকউ। অদুবু মানা মখোযগী লৈফম খঙ্দি নৎলমদে, অদুনা মানা কবিমত হাযবা ঙস্লমদে। মদুদগী শাউদুনা চৌধবীনা মাবু মখল মখলগী অব্রাবা পীননবা হাংনবম্মী। লৌশিং শিংবা অমসুং পাইবক্কী লৌশিং চেনবা বঘুনাথদাসনা খল্লম্মী-'মসিনদি কান্নবনেই। কবিনো অমা তৌদুনা চৌধবীসি যাজনবা তাই।' অসুম্না খন্দুনা মপুক্লিংদা মওন মওন খল্লকখি। নোংমা চৌধবীনা মাবু ওৎ-নৈবকপা মতমদা মহাক্লা কৌনশা ওইবা নুংশিবা মতৌ উত্তুনা যাম্না ঈং তপ্না হাযজখি- 'চৌধবী বাবু ! অদোম্না ঐবু কবিগী ওৎপি নৈবিবিবনো ? ঐগী

ইপন, ইপা অমসুং অদোম অহুমসিদি মচীন মনাওনি। ঐহাক হৌজিকসু অহুম্মকপু মচীন মনাওনি খঞ্জরি। মচীন মনাও অহুমগী মরক্তা খৎনসনু নৎত্রগা নুংশিনসনু, ঐবু মরক্তা ব্রাহনবা করিগীনো ? অদোমদি ঙসি খৎনবা শারি, হয়েং অমুক নচীন ননাও ওইনখিনি। ঐহাক্তি মখোয়গীসু মচানি অদোমগীসু নচানি। ঐদি অদোম্বুসু ইপনমক্তি খঞ্জরি। অদোম লাইরিক লাইশু হৈতবসু নত্তে, পুম্নমক খঙবিরিবনি। ঐগা অসুম্না হায়ন- ঙাঙনবসি ফজদেদা।'

গুলাবকী মতৌগুম থোৎ- মেঙলবা মচীন্দগী নুংশিনা অমসুং মবুক শেংনা হায়রকপা ব্রাহৈদু তারগা চৌধরীগী কল্লবা থম্মোয় পেৎথরকখি। মানা মাগী তনোয় তনোয়রবা পান্বোম অনীদুনা রঘুনাথদাসবু চেজেৎ কোনশিনবিবম্মী। মিৎলু ঈরা চেন্না তাংথক নাইরবা খৌরীদগী হায়বকখি- 'ইপাগী ইবুংঙো ! তশেংনমক লন- থুম্বু মিহৌবদগী ঐনা অচৌবা পাপ তৌখ্রমাল্লে। নহাক্তি ঐগী অপোকপা ইচাগুম্বনি। ঙসিদগী নহাক ঐগী ইচা ওইববনি। হৌজিক ঐনা নঙবু মন্ত্রীদা হায়জরগা থাদোকহল্লগনি। নহাক্কী ইপন ইপানা লৈবা মফমদুদা পাউ পীখো, হৌজিক কবিসু নুংশা থীকুরগনু। মখোয চিংনদনা যুমদা হল্লক্লো হায়খো।' অসি হাযদুনা বঘুনাথবু মন্ত্রীনা থাদোকহনখি। মহাক ময়ুমদা হল্লক্লা লৈরবে। হৌজিক মহাক সংসাব অসিগী অরেপ্পা মশক খঙজবে। হৌজিক ফাওবদা মহাক্লা খঙজরে মদুদি সংসাবসিদা ওইবা যাবা নুংঙাইবা শরুক খরর্খাজক্তি মবৈ, অদুবু থৌদোক অসিদগী মানা খঙবা ঙমখ্রে, সংসাবসি অব্রাবা অমসুং ব্রাথোক লাম্হোক্কী মফম্নি। করিগুম্বদা তোল্ল- তারবগী অব্রাবনা ব্রাজদুনা মী ওইবনা শিবগা পাংখক ওইনবি, অপাম নুংশিদা লূপ্লবশিংনা অপাম মিহৌ চেনবীশিংগী মতুংদা হূইগুম্না ইন্নবি। কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা মচীন মনাও খৎন চৈনবি, কবিগুম্বদা মপা মচা য়েংথীনরি। করিগুম্বদা কনাগুম্বনা খুঙ্গং তবা কুনগী লম্বু ওইবা ফংলি নৎত্রগা কনাগুম্বনা নিংথৌগী ফম্নাইবা নৎত্রগা নিংথৌ খুবম ফংনরি, মদুদা মহাক্লা মদুগী ময়াইনা লাকহৎতুনা মীবু কবিসু ওইদনা র্খাল্ল। কলা খঙবর্শিংনা কনাগুম্ববু কবিতাগীদমক থাগৎলি, মদুদা

মানা মশাবু উশনা অমসুং বেদব্যাসনি খঞ্জরি। কনাগুম্বনা মহৈ হৈবগী ময়াইদা, কনাগুম্বনা লনগী ময়াইদা, কনাগুম্বনা মচাক মরন, অধিকার অমসুং মতিক মগুণগী ময়াইদা পূংঙাও ঙাওনরি। কনাগুম্বনা মচা অপঙবগী চিন্তাদা ব্রানরি। মসিগী ওন্ন- তৈনবদা কনাগুম্বনা মতিক মগুণ চেনবা মচানা মশা খজিক ঙম্মক্তবদা মপাগী থম্মোয় তিং তিং চোংই, করিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি হায়না খনবদা শিগদৌগুম ব্রায়। অসিগুম্বা সংসারসিদা কদায়দনো নুংঙাইবা, কদায়নো শান্তি, কদায়নো হরাউ- তয়াম্বা ? সংসার অসিদি মায়গৈ মরিমক্তা থোইনা হেন্না লাঙতক্লবা, অকিবা অব্রাবা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা চিন্তাগী লৈবাক্নি। অশেংবা নুংঙাইবদি হকচাং কোন্নরিবা শ্রীগুরুগী চরণ খক্তদনি। ইবুংঙো মাগী চরণদা চঙজরগা থোইদোকপা শান্তি ফংবা ঙমগনি। গুণ চেনবা পামজদ্রবা, লুচিংবা শাবা পামজদ্রবা, মানা সংসারসিদা মিংচৎপা মীশক অমা ওইবগী অপাম্বা পূমথা থাদোকখ্রবদা, মাগীদমক গুরু- চরণ নত্তনা অতোপ্পা নুংঙাইনীংঙাই, শান্তি ওইনীংঙাই, হরাউনীংঙাই অমদি ঈংনা তপনা লৈজবা ফংনীংঙাই মফম লৈতে। অদুনা হৌজিক ঐ সংসারগী মচাক মবন্না থল্লবা যূম অসিদা লৈররোই। ঐ হৌজিক শ্রীচৈতন্যচরণদা চঙজফম লৌরগে, ইবুংঙো মাগী শান্তি পীনর্বিবা নুংঙাইবব লীলাদুদা অঙাংগী মতৌগুম্না শান্নজরুরগে। ইবুঙো মাগী ঙাংঙ্ব্রানবা নীংথিজরবা চরণবু চূপচরুরগে অদুগা অদুগুম্বা অমৃতগী মতৌগুম্বা প্রেমবস অদুতন। ঐগী অপেনবা ওইজরগনি। চৈতন্যচবণ থম্বানগী লানবিহৈবা লৈহীদু নত্তনা নুংঙাইবগী অতোপ্পা পাম্বে অমা লৈরবোই। মসি খল্লদুনা মানা কয়ারক হন্নসু পুরীগী মাইগৈদা চেনখ্রবনি, অদুবু ইনাক খুনবা মপানা মাগী হৈ- শিংলবা কর্মচারীশিংনা মাবু হন্না হন্না ফাহল্লম্মী অদুগা মতম পুম্নমক্তা মাবু শেন্ননবগীদমক শন্ত্রী মঙা তর। ঙাক শেলহল্লম্মী। হৌজিক মহাক বন্দীগী মতৌগুম্না ঙাক শেন্দুনা লৈখ্রে। মী খঙহন্দনা মহাক মিকুপ অমা ফাওবা মতোমতা চৎথোকচবা য়াদ্রে। মসিনা মাগী কায়নবগী অব্রাবা অমুক্তা হেনগৎলম্মী। হা গৌর ! প্রাণবল্লভ ! শোল্ল - শোল্লদুনা হৌনা লাউনা

কপচৈ। কবি কবিগুম্বদা হৌনা লাউনা কপচদুনা শোঙ্গে- 'হে থম্মোযগী চান্নবা ! অৱাবনা থল্লবা সমুদ্রসিবু কবম্বা মতমদা লাম্ছোকপিগদগে ? কবম্বা মতমদা চবণদা চঙজফম পীনবিগদগে ? কবম্বা মতমদা তোল্লবা ননাইবু লৌশিনবিগদগে ? কবম্বা মতমদা ননাইবু ননাক্তা কৌশিনবিগদৌবিবনো ? কবম্বা মতমদা চবণদা চঙজফম পীনবিগদগে ? কবম্বা মতমদা ইবুংঙোগী অমৃতগী মতৌ ওইবা খোঙ্গেন্না ভক্তি- তত্ত্বগী অমৃত বচনশিং অদুনা ননাইগী থম্মোযদা চাক্লিবা মৈচাক অসি মৃৎহনবিগবা। হে ননাইগী পুন্সিগী লল ওইজবা ! হো ঐগী চৈঙাক যাওদবা হিগী হিকুবাক ও ! ননাইগী অকাযবা হিগী হিনাউ শাবিবা প্রভো ! ননাইবু অমম্বা গুহাসিদগী ইপান্থোম পাযদুনা চিংখৎপিবো।' মাগী অদুগুম্বা মমৈ- মকোক খঙদবা তেংথাবো দু তাবগা নুংশিববী পলেম্না মচাগীদমক ৱাজবম্মী। মমানা মপুবোইবা গোবর্ধনদাসদা হাযজবম্মী - 'ঐখোযগী শাগৈগী অমত্তা ঙাযববা চৈশু ওইবিবা ইচা বঘুসি ঙাওবে। মাবু পুন্দুনা থম্বিযু কবিগুম্বদা চেনখি- লাকখিদনবা।'

মপাবুংনা থম্মোয শোকপা খোঙ্গেন্না ৱানা হাযবকখি- 'বঘুগী অঙাওবা মতৌসি তোপ্ত্রোপ্পা মখলগীনি। মহাক সংসাব লীপুনবু পূঙকক ককথৎপা পাম্মি। থৌবীনা পুল্লগা ফাবা যাবোই। মাবু কুবেবগা মান্ননা অযাম্বা মবল, নিংথৌগা মান্ননা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা, শোবাবেন জগোয শাবীগা মান্ননা ফজবী মৌ অমসুং মবাইবক থীববশিংনা কৈদৌঙৈদসু ফংঙমদবা মতিক মযাইনা যূর্মাসদা পুনবা ঙমদ্রবদা কবিসু ওইদ্রবা থৌবীনা পুনবা যাগদ্রা ?' মপুবোইবনা খুম্লকপা অদুগা লোযননা মচাগী ঙাওচৎনবদুগনা পলেম ওইবী মহাক থোইনা হেন্না ৱাজখি। পম্থৌনা বঘুনাথবু কৃপ্না শেন্নবকখি।

অদুঙৈ মতমদুদা শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা খুঙ্গংশিংদা কোযবা কোযবগা নাম সংকীর্ত্তন শন্দোক্লম্মী। নিত্যাইনা চৈতন্যপ্রেমদা ঙাওজববা ভক্ত চা কয়ামকম লোযনবদুনা মফম অমদগী মফম অমদা কোযবম্মী। নিত্যাইগী থোইদোকপা জগোযদু যেংলগা মীযাম্না ঙক্লবম্মী। মায়গৈ মবিদা মাগী মিংচৎ

অমসুং মিংথৈ ব্রা- ব্রা লাউনরম্মী। মীওই লীশীং লাখ কয়না নিত্যানন্দ প্রভুগী দর্শনগীদমক লাক্লরম্মী। মতমদুদা গৌড়দেশদা নিত্যাইগী মিং শং কায়না শোন্নরম্মী। থোইদোক হেন্দোক্লা ইনাক কৈরাক খুনবাশিং অমসুং লৌয়াম চাবশিং নিত্যাইগী চরণদা চঙজরকখি অমসুং মখোয়দুনা কোকথক্তা চিংনবা লৈতনা ইবুংঙো মাগী চরণ থাংগৎচখি, মদুতদা হোৎনজমন মহৈ: য়াল্লে খন্ন হন্নখি। লুপা লাখ কয়া- কয়া ভেট কৎনখি। নিত্যানন্দ প্রভুনা থোইনা পূকচেন চাউথোক্লা কারকপা শেলশিংদু ভক্তশিংদা য়েন্থোক্লম্মী অমসুং সৎকর্মগীদমক পোৎ- চৈ লৈনরম্মী। পানীহাটী সংকীর্তনগী থোইদোকপা কেন্দ্র ওইরম্মী। মফমদুগী রাঘব পণ্ডিত মহাপ্রভু অমদি নিত্যানন্দগী অখন্নবা ভক্ত ওইরম্মী। নিত্যানন্দনা মাগী য়ূমদা থোইনা হেন্না লৈবিরম্মী। রঘুনাথনা নিত্যানন্দ প্রভুগী পাউ তারবদা মপাবুংগী অয়াবা য়াথং লৌজরগা মনাই কুনমুক লোয়নদুনা পানীহাটীদা প্রভু দর্শনগীদমক লাকখি। মানা লাপ্পিডৈদগী গঙ্গা মপান্দা অয়াম্বা ভক্তশিংনা ইকোয় কোয় দেবরাজ ইন্দ্রগী মতৌগুম লংলবা সিংহাসন্দা লেঙশিল্লিবা নিত্যানন্দ দর্শন লৌজরম্মী। দর্শন হেক ফংজবগা মহাক লৈমায়দা তুথদুনা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কৎচখি। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা হঙ্গৎলম্মী- 'শ্রীপাদ ! হিরণ্য মজূমদারগী মচা ইবুংঙো রঘুনাথদাস লেংঙকই। মহাক্লা ভক্তি কৎচরি।' খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা নিত্যাইনন্দ প্রভুনা হায়রকখি- 'এ: ! রঘুনাথ লাকই হায়বা ? হূরানবা মানা ঙসি জেলদগী কমদৌনা নাম্থোরকলিবা ` মানা মফমসিদা লাক্লবগী য়াথং কমদৌনা ফংলিবা ?' অমুক রঘুনাথদাসরে.দা য়েংলগা তাকপিরকখি 'রঘু ! লাউ লাউ ঐগী নাক্তা ফমসি লাউ।'

মখূৎ লোন্নজরদুনা থে.ইনা নোল্লুকপা ব্রাখন্না কিজনা মশা তাশিঞ্জরদুনা রঘুনাথদাস ময়ামগী তুংদা খোংউপ খুরুম মনাক্তা ফমজরম্মী। নিত্যানন্দ প্রভুনা রঘুনাথদাসদা কৃপা পীবি.খি: মীথোই মীহেনবা ইনাক কৈরাক খুনবশিংদা করিগুম্বা থবক অমা তৌ হায়না তাকপিবসি মাগী থোইদোকপা কৃপানি হায়না খনফম থোকই। করিগীনো হায়ববু লল হায়বসি অরেপ্পা নাইদবা পোৎনি, অদুগসু মাদি মী অমগী মফমদা লেঙদনা

লৈবা ওইদে। মীথোই মীহেনবনা অসিগুম্বা অরেপ্পা নাইদবা পোৎশকপু মশাগী পাপ কোকচনবা য়াথং পীবিরগা অরেপ্পা অমসুং মহয় য়ানবা ওইহনবি। লন- থুমগী খ্বাইদগী থোইদোকপা শিজিন্ননীংঙাইদি মদুবু মহাপুরুষশিংগী অনীংবা মতুংইন্না শিজিন্নবদুনি। অদুবু খুদোংচাবা অসিদি পূম্নমক্কী লাইবক্তা তমদে। কনাগুম্বা লাইবক ফবদা অসিগুম্বা তাঙলবা অমসুং ফংঙমদবা তাঞ্জাসি ফংজবনি। নিত্যানন্দ প্রভুনা তাকপিবদগী রঘুনাথদাসনা লুপা লীশীং অনী মরি তিংঙমগনি, অদুবু অদুক তিংজবা অদুনা মাগী কর্ম অদু অমর ওইজখি অমসুং ঙসি ফাওবা চহী খুদিংগী পানীহাটীদা পাঙথোকলিবা 'চীড়া উৎসব'না মাগী অদুগুম্বা কর্ম অদুবু নীংশিংহল্লি। মীওই লাখ কয়ামুক্লা নুমিৎ কয়া অদুবু রঘুনাথদাসগী চিড়াবু নীংশিংনদুনা মাগী পূকচেন চাউবা মতৌ অমসুং কখোকচবদুবু নীংশিংনদুনা খৌরি চরম ফুন্না মিৎতা পি শিম্ভুনা প্রেমদা ঙাওনদুনা জগোয় শানরি। মহামহিম রঘুনাথদাস মরায়বক ফবা ওইপ্রবনি, মতমদুদা নিত্যানন্দ প্রভুনা তাকপিখি- ' রঘু ! ঙসিদি নহাক খুদোংথীবনা পুল্লবনিদো। হৌজিক মফমসিদগী ইরায় লায়না নাম্থোকপা য়াররোই, ঐগী লোয়নবা ভক্ত পূম্নমক্তা ঙসি দধি- চীড়া খানবা তারি।' বঙ্গাল অমদি বিহারদা চেঙপাকপু খ্বাইদগী অথোইবা অচাপোৎনি খন্নে। খঙদে, মফমদুগী মীওইশিংনা মসিবু কয়াম হাওবনো ? চেঙপাক, অচম্বা ফৌনা শুরগা শেম্বনি অদুগা মদুবু শঙ্গোম অফম্বদা তিংলগা চানবনি। মী অয়াম্বনা শঙ্গোম অনৌবগা চেঙপাক্কসু চানে। খ্বাইদগী অথোইবা চিঞ্জাকনি লৌনে। মসিগী মখল অনীনি। 'দধি- চীড়া অমসুং চীড়া দধি'। শঙ্গোম অফম্বগা চীনীগা নম্না তোৎপা চেঙপাকপু দধি- চীড়া কৌই অদুগা সঙ্গোম অফম্বা চীনী নমদনা তোৎপা চেঙপাকপুদি ঈশিংদা পোপহল্লগা দধি চীনী খজিক খবাক চাইশিনবা অদুবু 'চীড়া- দধি' কৌনে। মী অয়াম্বনদি চেঙপাকপু সঙ্গোম অনৌবদা তিঙথোক্লগা কোন্না দধি- চীনীগা চানে। অঙকপা মহাওনি। তোঙান তোঙানবা লমগী তোঙান তোঙানবা পোৎলমগী মতুংইন্না মহাওসু তোঙান তোঙানবোই। ব্রাফম অমনা চেঙপাক্তি অমাং অশেং খায়দে।

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা কনাগুম্বনা হৌবা তলদি হায়রুনু হৈ- রা অথুম- অহাউ ফাওবা চাদবদু দধি চীড়া নৎত্রগা চীড়া- দধিবুদি য়াম্না হাউনা চানৈ।

নিত্যানন্দ প্রভুগী য়াথং ফংবগা রঘুনাথদাসনা থীন্দনা মী ময়াম কোয়থা থারম্মী। চেঙপাক মণ কয়ামরুম বোরাদা হাল্ল হাল্লগা পুশিল্লক্লম্মী। নাক য়েৎ অকোয়বদগী শঙ্গোম অফম্বা অনৌবা চফূ চফূ মনাইশিংনা থোংগত্তুনা পুশিল্লক্লম্মী। অতাবা মী কয়ামরুম্না 'চীড়া উৎসব' য়েংননবগীদমক চেন্নরকখি। মতৌ অসুম্না ঙাইহাক্কী মনুংদা মফমদুদা অচৌবা মেলা অমগুম তিনখি। মায়গৈ মরিমক্তা মীয়ামগী কোক্লা পূংমু মুরম্মী। মাঙদা পীক পীক থনবা শঙ্গোম অফম্বা অনৌবা চফূ চা কয়ামুক খিল্লম্মী। য়েন্ননবা চফূ মচা লীশিং লীশীং পৈরম্মী। শঙ্গোম অনৌবা অফম্বদা চেঙপাক্তু তোঙান তোঙান্না তীংলম্মী। শঙ্গোম অফম্বদা কর্পূর, কেসরনচিংবা মনম নুংশিবা পোৎলম চাইশিল্লে। লফোয়, সন্দেশ, য়ুবীনচিংবসু কয়ামরুম লৈহল্লুরে। অরাকপা মী খূদিংমক্তা চফূ অনী অনী য়েনখি। নিত্যানন্দনা মহাপ্রভু আবাহন তৌরম্মী। নিত্যানন্দ প্রভুনা অসুম্না খল্লম্মী, শ্রীচৈতন্যনা চীড়া উৎসব মিৎয়েং তাবা লেঙবিরক্লবনি। নিত্যানন্দনা প্রভুগীদমক তোঙান্না প্রাত্রশিংদা খাইদোক্লম্মী। অদুগা 'হরি- হরি' লাউদুনা পূম্নমক্তা প্রসাদ খূন্ননবা তাকপিখি। বামন য়াংখৈমুক্লা য়েনখি। অফং অফংবা মফমদা ফম্ন- ফম্নদুনা প্রসাদ ফংনবম্মী। পূম্নমক্লা নুমিৎ অদুগী চীড়াদু মখল অমগী ওইনা লাই যাওনা হাউই .ায়না খন্নখি, পূম্নমক পেন্ন প্রসাদ ফংনখি। নুমিদাংৱাইরম ফাওবা অরাকপা খূদিংদা প্রসাদ ফংহনখি। রঘুনাথদাসদি নিত্যানন্দ প্রভুগী অরেম্বা প্রসাদ ফংজখি। নুমিৎ অদু রাধব পণ্ডিতকী য়ূমদা নিত্যানন্দ প্রভুগী লূক থৌরাং তৌবনি। মদু ভক্ত ময়ামগা লোয়ননা নুমিদাংৱাইরমদা ফংনখি। রঘুনাথদাস নুমিৎ অদু রাঘব পণ্ডিতকী য়ূমদা লেনখি।

নোং ঙাল্লগা মহাক্লা নিত্যানন্দ প্রভুগী চরণদা ভক্তি কৎচদুনা আজ্ঞা নিজখি। নিত্যানন্দ প্রভুনা 'চৈতন্যচরণ ফংজরো' হায়না বর পীবিরম্মী। বর অদু ফংজবদা রঘুনাথদাস থোইদোক্লা হরাউজবম্মী। মানা

বাঘব পাণ্ডিৎ কৌশিল্লম্মী। অদগা ভক্তশিংদা উমজবা ভেট খবং কংচনীংবগী ভাব ফোংদোক্লম্মী মদু বাঘব পাণ্ডিতনা হবাউনা যাবিবম্মী। মদুদা বঘুনাথদাসনা নিত্যানন্দ প্রভুগী ভাণ্ডারা কৌশিল্লগা লুপা চামগা সনা তোলা তবেংকা নিত্যানন্দ প্রভুগীদমক শিন্নখি অদুগা হায়খি, ঐখোয় চংখ্রবা তুংদা প্রভুদা ফোংদোকউ। অমুক ভক্ত মযামদু কৌশিল্লগা মতিক চাবা যেংদুনা ময়ামদুদা লুপা তবা, মঙা, কুন নংত্রগা যাংখৈ ভেট কং কত্তুনা পূম্নমকী মখোঙদা খুকমজখি। চংলমদাইদা বাঘব পণ্ডিততসু লুপা চনীগা সনা তোলা অনীগা কংলম্মী। মতৌ অসুম্না পূম্নমক্তা মতিক চাবা পূজা কচ্চবগা বঘুনাথদাস যূমদা হল্লকখি।

মহাক মশাদি হল্লক্লে অদুবু মবুক্লিংদি নীলাচলদা প্রভুগী নাক্তা যৌখ্রে। হৌজিক মহাক নীলাচলগী নত্তনা অতৈ কবিসু খনখিদ্রে। গৌড়দেশকী ভক্ত চা কযামুক মহৌশাগুম্না বথ যাত্রাগীদমক শ্রীচৈতন্য চবণ নাক্তা থা মবি লৈকনবা নীলাচল চংনগদৌবি হাযনা মহাক্না তাবম্মী, মদুদা মহাক চংনীংবনা খ্রো খ্রো খোংলম্মী। অদুবু মহাক মযামদুগা লোযননা ফোংনা কমদৌনা চংকনি ? অদুনা মহাক নোংমা তূমিন্না লোন্না চেনখ্রগে হাযনা লেপ্লম্মী।

মতম্না যৌবক্লবদা মপোক্কী তম্মকপা অফবা তাঞ্জাদু অদুম্মক হেক্তা মযৌবকই। নোংমা অযুক ঙন্তা বঘুনাথগী গুরু পুবোহিত যদুনন্দন পণ্ডিতনা মাগী নাক্তা লাক্লম্মী। গুরুবু উবমক্তা বঘুনাথদাসনা ভক্তি প্রণাম কংচখি। গুরু আচার্যনা নুংশিনা মবেংবান্দা কোল্লদুনা হাযবম্মী- 'বঘু ভাই! নহাক লাই সেবা তৌবদু কবিগী কৌরুদবনো ? মহাক নুমিৎ মবি মঙানি গুবে ঐখোযদা সেবা তৌবা লাক্তবা। কবিগুম্বা মানা তৌবা ঙম্মবোই হাযবগদি কনাগুম্বা অতোপ্পা অমা থিবা তাই।'

তপ্না তপ্না বঘুনাথদাসনা হংগংলম্মী- 'নত্তে গুরু, ঐ মাবু কৌজরুগে।' অসি হাযদুনা মহাক আচার্যগা লোযননা চংমিন্নখি। গুরুগা লোযননা মহাক থোঙ্গান যৌখ্রে। নোংঙাল্লে খন্দুনা অহিং মিংশেন খাঙলুবা সন্ত্রীশিং তূম্নবম্মী। বঘুনাথদাসনা মপান থোকখিবদু কনামতা উহৌ

খঙকৈদে। মহাক ব্রারী শান- শানা যদুনন্দন গুরুগী যুম মনাক যৌববদা তুমিন্না হ'গৎলম্মী- 'ফরে, ননাই ঐহাক চচ্চরুখিগে।'

আচার্যনা চিংনবপ তৌনা হায়খি- 'হায হায, চৎলুকো! ঐ খঙদেকো। নহাক ব্রাবী মুন্না শানবগা ঐগী নাক্ত লাকখোকো। তৌগদবা থবক্কুদা তৌবকউ।' নুংঙাইবে, তাকপিবিবদু গুরুগী আজ্ঞানি খঞ্জবগা আচার্যগী চরণদা ভক্তি কৎলম্লগা লম্বী হূদুনা জঙ্গললোমদা পাংখ্রে।

শেৎলিবা ফি অদুখক, ঈশিং পাত্র য়াওদে, লম্বীগী পৈশা যাওদে। সূপ্লগী চৈতন্যচরণ নীংশিংজবতনা লম্বী লানবা তাবম্মী। মদুখকপু লেঙদবা উপান্নি খঞ্জদুনা মহাক কবিসু ব্রাদনা খোঙ লম্বেন্দা লাকখি। নুংশা উরুমগী কবিসু খল্লুবা লৈতনা চাদ থক্কনা 'হা গৌব- হা গৌব' শোল্ল শোল্ল কপ্পা কপ্পা চৎলম্মী। মযুম মনাক্ত লৈবা লৈকোল কোযবা ফাওবদা দোলাই তোংলগা কোযজবা, মানা কৈদৌঙৈদস্ ক্রোশ অমগী লম্বেল খোঙনা চৎলকখিদ্রবা গোবর্ধনদাস মজুমদাবগী অমত্তা পোকপা কেনা লুনা যোকচবা মচা পাখং বঘুনাথদাস স্তর্সিদি ক্রোশ তবামঙা(মাইল ৩০) নুমিদাংবাইফাওবদা চৎখ্রে অদুগা শ্বালা অমগী মযুমদা থুংখ্রে। মহাক অবাম খৌবাং খঙলমদে। শ্বালানা শঙ্গোম খবা পুথোবক্কুনা পীবম্মী, মদু থক্লগা তম্লম্মী অদুগা অযুক ঙন্তা হৌগৎলগা অমুক চৎখি। মানা খল্লম্মী, পুবা চৎলিবা বৈষ্ণবশিংদুনা মাবু উবা থোক্লবস্ ফাবিগনি। মদুনা মহাক খুল্লক লম্বেন চগুদুনা লমহাং তুহাংগী খোঙ লম্বাদা চৎলম্মী।

অসোমদা নোংঙানবগা বঘুনাথবু থিনলকখি। 'বঘুনাথ অসোমদা লাকপ্রা, অদোমদা লাকপ্রা ?' অদুবু মাদি অসোমগী অদোমগী বা লৈত্রে। মহাক যৌগদবা মফমদুদা যৌখ্রে। হৌজিক তেংথানহৌবে। মমানা ফ্রিং ফ্রিং চোং, মমৌনুপীনা লাইবক্তা খুত্তুম্না শু, মপাবুংনা মমিৎ নোইব নোইবা, মপন্না ব্রান্থ ব্রান্থ লৈমাযদা দম দম! মতমদুদা গোবর্ধনদাস মজুমদাবনা শগোলতোংবা নুপা মঙা কৌবগা মখোযগী মখুত্তা শিন্নদুনা চিঠি অমা শিবানন্দ সেনগী মফমদা থাবম্মী। মবোন্দি- 'বঘুদো যুমদগী লোন্না নখোযগা লোয়ননা পুবীদা চেনখ্রে। মহাকপু থীন্দনা চৎখ্রিবা মীওইশিংদুগা লোযননা

হলহল্লকউ।’

শগোল তোংবশিংদু চিঠি পুরগা পুরী চৎপা বৈষ্ণবশিংগী নাক তান্ন লাকপদা লম্বীদা থেংনরম্মী। চিঠি পারগা সেন মহাশয়না ইরকখি- ‘রঘুনাথদাসদি ঐখোয়গা লাকমিন্নদে, ঐখোয়গা মহাক্কা সুকথেং থেংনদে। করিগুম্বা ঐখোয়গা মাগা পুরীদা থেংনবা থোক্লবদি খঙহল্লক্কে।’ পাওখুম চেদু পুরগা মনাইশিং হল্লক্লে। চিঠি পারগা রঘুনাথগী ইমুং মনুংগী মীওই পূম্নমক অৱাবা সমুদ্রদা লূপ্পখি।

নাকল অমরোমদা রঘুনাথদাস লম্বীগী অৱাবা কবিসু খন্দনা অবাম খৌরাংবা অমসুং অঙৈং- অশা কাউথোক্তুনা নুমিৎ কুনমঙানি কুম্থানিগী লম্বীবু সুপ্পগী নুমিৎ তরানিথোইনি খক্তদা য়ৌদুনা প্রভুনা সেবা চৎলিবা শ্রীধাম নীলাচল পুরীদা থুংখি। মতমদুদা মহাপ্রভুনা শ্রীস্বরূপনচিংবা ভক্তশিংগা লোয়নননা কৃষ্ণকথা তৌনরম্মী। মতমদুদা লাপ্পিথৈদগী লৈমায়থক্তা লূকথদুনা রঘুনাথদাসনা প্রভুগী চবণদা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কচ্চখি। ভক্ত পূম্নমক ইঙক ঙক্লা মাগী মাযগৈদা যেংনরম্মী। কনামতনা মাবু মশক খঙলমদে। লম্বীগী অৱাবা অমসুং অঙৈং- অশা নংঙকপা মবম্না মাগী মায়থোং পৃংহোং হোংখিরম্মী। মুকুন্দনা খঙলক্তুনা ফিংনা হায়বকখি- ‘প্রভো ! ননাই বঘুনাথনি।’ প্রভুনা থোইনা হৱাউবগা লোয়ননা হায়বকখি- ‘ও ! রঘু লাক্লববা ? নুংঙাইবেদা।’ অসুম হায়না প্রভুনা ফূক লেঙখৎলক্তুনা মনাই বঘুনাথদাসবু চেজেৎ কোনবিখি। প্রভুনা নুংশিনা কোনবিবা অদুদা রঘুনাথদাস লম্বীগী অৱাবা পূম্নমক পৃংকোক কোকখি। মহাক প্রেমদা ঙাওখিদুনা কপ্পকখি, প্রভুনা তপ্না তপ্না মকোকথক্তা নানবিখি। প্রভুগা নুংঙাইনা হকথেংনবদা পেঞ্জদুনা রঘুনাথদাস তিল্লল্লিবা ভক্ত ময়াম অদুগী চরণদা শ্রদ্ধা ভক্তি কচ্চখি। পূম্নমক্না মহাকপু কোনবিখি।

রঘুনাথদাসগী চপশিল্লবা মায়থোংদু য়েংলগা প্রভুনা স্বরূপ দামোদরদা হায়খি- ‘স্বরূপ ! য়েংউ রঘুনাথসি কয়াদা ৱানা মফমসিদা য়ৌরক্লিবনো। মহাক মখোঙনা চৎপা হৈনবা মীসু নত্তে। মহাক কয়াম ৱারমগবা ! মপাগা মপনগদি নহাক্লা খঙলিবদুনি মবুধৌ (নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী)

গা মখোয়নীদুগা মচীন মনাওগুম্না লোয়নরকপনি। মরী অসিদগী মখোয়নী ়বুসু ঐনা লাইগুম্না খঞ্জবনি। সংসারগী ৱাখন্দা লূপচখ্রবা। সাধু বৈষ্ণবশিংগী সেবাবুদি মতৌই, অদুবু মখোয়গী হায়ববু লন থুমখক্তদা অথোইবা ওইজে। মখোয় অথোইবা ৱাখন্দগীদি লাপথোকখ্রে। রঘুনাথগী মথক্তা ভগবাননা কৃপা পীবিরবনি, মদুনা মাবু অদুগুম্বা অমম্বা গুহা অদুদগী চিংখৎপিদুনা মফমসিদা পুবিরক্লবনি।

রঘুনাথদাসনা তপ্না তপ্না হায়জখি- 'ননাই ঐদি শ্রীচরণগী কৃপামক্তি খঞ্জরে, ননাইগীদি চরণ অনীদুনা লোইজরে।'

মহাপ্রভুনা নুংশিবা খোঞ্জেল্না স্বরূপ গোস্বামীদা হায়রকখি - 'ঙসিদগী হৌনা রঘুনাথবু ঐনা নঙোন্দা শিন্নরবনি। নহাক্কা ঙসিদগী মাগী মপা মমা, মচীন মনাও, গুরু অমসুং মরূপ ওম্না ওইরবনি। ঙসিদগী ঐনা মাবু 'স্বরূপকী রঘু' হায়রগদবনি'। অসি হায়দুনা প্রভুনা রঘুনাথকী মখুজেং পায়রগা স্বরূপ গোস্বামীগী খুত্তা শিন্নখ্রে। রঘুনাথদাসনা হন্না স্বরূপ গোস্বামীগী চরণদা খুরুমজখি অমসুং স্বরূপ গোস্বামীনসু মাবু আলিঙ্গন তৌবিখি।

তাঞ্জা অদুদা গোবিন্দনা তূমিন্না রঘুনাথবু কৌশিল্লগা হায়- 'লম্বী অস্বাইদা চানবা ফংবা য়াই, প্রসাদ খরদং লৌরুচো।' রঘুনাথনা হাযখি- 'সমুদ্র স্নান অমসুং শ্রীজগবন্ধু দর্শন তৌরগা প্রসাদ ফংজগে।' হায়রম্লগা মহাক সমুদ্র স্নান তৌবা চৎখ্রে। কারক্লগা শ্রীজগবন্ধু দর্শন ফংজরগা প্রভুগী নাক্তা হল্লকখি।

মহাপ্রভুনা লূক হারবা তুংদা গোবিন্দনা প্রভুগী মহাপ্রসাদ অরেম্বদু রঘুনাথদা ফংহনখি। প্রভুগী প্রসাদী মহাপ্রসাদ ফংজদুনা রঘুনাথ মফমদুদা লৈজরকখি। গোবিন্দনা মঙোন্দা নুমিৎ খুদিংগী মহাপ্রসাদ ফংহল্লম্মী অমসুং মদুবু মানা ভক্তি চেন্না ফংজরম্মী। অসুম তৌনা মহাক ময়ূম থাদোক্তুনা বৈরাগ্যগী পুন্সি লেল্লকখি। ❖

# শ্রীরঘুনাথদাসগী থোইদোকপা বৈরাগ্য

য: প্রব্রজ্য গৃহাৎ পূর্বং ত্রিবর্গাবপনাৎ পুন:।
যদি সেবেত তান্ ভিক্ষু:স বৈ বান্তাশ্যপত্রপ:।।
আত্মানং চেৎ বিজানীয়াৎ পরং জ্ঞানধুতাশয়:।
কিমিচ্ছন্ কস্য বা হেতোর্দেহং পুষ্ণাতি লম্পট:।।
(শ্রীমদ্ভা: ৭/১৫/৩৬,৪০)

(ধর্ম অর্থ কামগী মফম ওইবা যুমদগী হান্না বিরাগ ওইরুরগা অমুক ত্রিবর্গদু চাররিবা মহাক অদু ইকাইবা নাইদবা হন্দোক্লগা অমুক চাশিনবগী মতৌগুম্বনি। করিগুম্বদা জ্ঞান্না মরম ওইদুনা অপান্বা খৈবিকপু নমহত্তুনা 'পরব্রহ্মনি খঞ্জরবদি অচোপ অরেম খণ্ডদবা মীশক্তুনা কমদৌনা অমসুং করি খন্দুনা খন্বা নাইবা হকচাংসিবু পীজ-পীজদুনা নোয়হল্লিবা'?)

বৈরাগ্য-ভূষণ ওইজরবা শ্রীরঘুনাথদাস পুরীদা লাক্লগা প্রভুগী চরণ নাক্তা লৈজররে। নুমিৎ মণ্ডানি ফাওবদি মহাক গোবিন্দদগী প্রসাদ লৌরগা ফংজবম্মী। কোন্নথংদা মানা খল্লকখি- 'মহাপ্রসাদবু নুমিৎ খূদিংগী অসুম্না মফমসিদা চাবসি চুম্মরোই। পভুগী নাক আসিদা লৈবিবা অয়াম্বা বৈরাগ্য বৈষ্ণবশিং অসিসু মশা-মশাগী ভিক্ষা লৌনবি, ঐসু ইশাগী ভিক্ষা ইশানা লৌজবনা চুমগনি। বৈরাগ্য ওইরগা ভিক্ষা নিবা চিংনববদি ঐহাক বৈরাগ্যবু থৌওইদবা তাগনি।' অসুম্না খল্লদুনা মহাক প্রভুগী নাক্তগী প্রসাদ লৌবদু তোকখ্রে।

নুমিদাংদা জগবন্ধু পুষ্পাঞ্জলি কৎলবা তুংদা ভগবান শয়ন ওইরগা সেবাবীশিং ময়ূম-ময়ূমদা হন্নে। মতমদুদা সিংহদ্বারদা অয়াম্বা ভিক্ষা নিবা লায়রবশিংনা ফিজি তিংথোক্তুনা পরেং লেপ্লে। সেবারীশিংনা মন্দিরদগী থোরক্লগা অরেম্বা প্রসাদশিংদু খর-খরা য়েনবি। অয়াম্বা যাত্রীকশিংনসু প্রসাদ লৈরগা ভিক্ষারীশিংদুদা খব-খরা য়েলহল্লি। কনাগুম্বনা পৈশা-লিক্কোন পীবসু য়াওই। তাল্লক অদুদা মফম অদুগী দৃশ্য অদু থোইনা

পূক্লিং নুংশিনীংঙাই ওই। ভিক্ষারীশিংদুনা হান্না হান্না ফংহৌগদবগী লাক্লে মরমদি প্রসাদ লোইথোকখিদুনা ফংহৌদবা য়াওবশিং অদুগীদমক য়েল্লিবশিংনা অমুক পুরক্তে। অদুনা য়েল্লিবদুবু পূংকোয় কোযশিল্লম্মী। ফংহৌবনা ফংহৌরে, ফংহৌদবনা ফংহৌদ্রে। অদুবু মদুদা অয়াম্বা খৈবিক ফংনবা ঙাক্তনি। রঘুনাথদাসসু ভিক্ষাবীশিংদুগী মরক্তা মাগী শেগাযরবা পোম্ফিদু ইল্লগা লেপ্পম্মী। নিরুদনা ময়াম মরক্কুদা কনাগুম্বনা পীবিরম্বদু লৌজে। করিগুম্বা নুমিত্তা লোইথোকখিদুনা থুংঙক্তবা থোক্লবসু অদুম হল্লকই। মহাক য়েল্লিবা সেবারীদুদা অতৈ ভিক্ষারীশিংদুগী মতৌগুম্না চোংশিল্লমদে।

নোংমা নীনি রঘুনাথদাসনা মহাপ্রসাদ ফংলবা উদ্রবদা মহাপ্রভুনা গোবিন্দদা হংলম্মী- 'গোবিন্দ ! রঘুদুবু প্রসাদ ফংঙদ্রব্রা ? মহাক কদায়দগী চারিবগে ?'

গোবিন্দনা হংগৎচৈ- 'প্রভো ! ননাইদু সিংহদ্বারদা অতৈ ভিক্ষাবীশিংগা লোয়নননা পরেংদা লেপ্তুনা ভিক্ষা নিখ্রে।'

প্রভুনা ব্রাদু তাবদা থোইদোক্লা পেনবিখি। ঙমখৈ লৈতনা পেনবিবদুনা গোবিন্দদা হাযবকখি- 'গোবিন্দ ! অওইবমক বঘুসি বতননিদো, মহাক অশেংবা বৈরাগ্যনি। বৈরাগ্য ওইরবদা ইজ্জৎ, লেমজফম, ইন্দ্রিগী নুংঙাইনবা অমসুং তাইবংপানগী ইকাইবগী ব্রাখল চেন্দবনি। সংসাব থাদোকপা শাবগা মীগী মাযথোং য়েংবা শাবদো হূইগা পাংখক্লি। থাদোক্লবা মীদি মশাগী মচৎ মতম চূপ্পা মনীং তমগদবনি। ভিক্ষা নিরগা চাজবখক্লা মাগীদি থোইদোকপা লেমজনীংঙাইনি অদুগা মীগী মচেঙ চানীংঙুবদি থোইদোকপা দোষগী মশক্লি। ত্যাগী ওইবগা মহাক্লা মশাগী লৈয়েংবু লাকশিনবা ঙমজদ্রবদি, মযূম থাদোক্লগা মহাক ভিক্ষাবু হঙ্গোইরবদি ইন্দ্রিয়গী মখা পোল্লি। পরমার্থগী লম্বেন্দু মঙোন্দগী যাম্না লাপ্লি। বৈরাগ্যদি মতম চূপ্পা নাম শোন্দুনা লৈগদবনি। তাঞ্জা চানা অকং অখুই খবা ভিক্ষাদা অদুক ফংজবদুনা লেঞ্জবগা সূপ্লগী কৃষ্ণ- নাম- কথা কীর্ত্তনগীদমক হকচাং পুদুনা লৈগদবনি। রঘুনা অসিগুম্বা মথৌ অসি

নীংথিনা তৌরে।'

অসুম্না থাদোকচবদগী রঘুনাথদাস শান্তিগী ব্রাখল খরা খরা লাকখি। মীওই লীশিং কয়ানা মঙোন্দা চঙজরম্বদো, ঙসিদগী নুমিৎ তরামঙানিগী মমাঙ ফাওবদা মীওই লীশিং কয়াগী মপু ওইরম্বদো, মনাই- মশন কয়ানা মতম চূপ্পা মাগী নাক্তা মখূৎ খূজোক য়াদুনা লেপ্পম্বদো, অদুগুম্বা মজূমদারগী মচানুপা রঘু প্রসাদ চাক চদুম অমগীদমক পূং কয়া সিংহদ্বারদা লেপচদুনা চাকয়েনবা সেবারী ঙাইদুনা লৈররি অদুগা করি করিগুম্বদসু অদুগী অদু ওইনা হল্লকপা যাওই। মাগী আসনদা হঞ্জিল্লক্লগা ঈশিংখক থক্লগা করিসু চাদনা তূমই। করিগুম্বদা চাক ফংহৌদ্রবদা কনাগুম্ব থৌজাল হৈবা মীনা পৈশা- লিক্লোন খরগী চনা পীবিরম্লগা মদু শায়রগা লেল্লি। হাউর হাউরবা এনশাং মথেন কয়ানা থেল্লবা চাকলুক ঙসিদগী থাখায় অমগী মমাঙদা মনাই ময়াম্না থুম য়াকই হায়গদ্রা, মহী লাঙই হায়গদ্রা চিংনা চিংনা কিনা পুশিল্লক্লম্বনি। অদুগুম্বা রঘুদো ঙসি চনা অকংবা খরা ঈশিংগা খৌরী চোৎহল্লে। নুংঙাইদকো হে বৈবাগ্য ! ধন্যনি নঙগী শক্তি, থোইদোক্লা অপাম নুংশিদা লূপ্পা য়াবা মীমক্লসু খাঙজনীংঙাই ওইহল্লিদা।

নোংমা রঘুনাথদাসনা স্বরূপ গোস্বামীদা নোল্লুক্লা হংগৎচরম্মী - 'গুরুদেব ! প্রভুনা ননাইবু য়ূম- কৈ থাদোকহল্লগা করিগীদমক মফমসিদা কৌবিরিবনো হায়বা অদু ওস্নোক্লা খঙজনীংখ্রে। ননাই ঐহাক করি তৌগদবনো। ননাইগী ইথৌ খঙজনীংই।' রঘুনাথ য়াম্না মমায় শোনবা মীদানি। মহাক কৈদৌঙৈদসু প্রভুগী মাঙদা মমায় হাইগত্তুনা ব্রা ঙাঙজবা ঙমজদে। প্রভুগী মায়কৈদা মমিৎ হংগৎনা য়েংজবা ফাওবা ঙমজদে, করিগুম্বা খরা হংগৎনীংবা লৈরবসু স্বরূপ গোস্বামী নৎত্রগা গোবিন্দদা হায়জরগা হংগৎহল্লি। মায়োক্লনা ব্রা হংজবা ঙমজরমদে।

নোংমা মহাপ্রভুগা স্বরূপ গোস্বামীগা ব্রারী শানরিঙৈ মতমদা রঘুনাথদাসনা চংঙক্কুনা প্রভুগী চরণদা ভক্তি কচ্চরম্মী অদুগা স্বরূপ গোস্বামীদা খুরুম্লগা তূমিন্না তুংওইননা মচি অমদা ফম্লম্মী।

প্রভুনা মোমোন নোক্কুনা হায়রকখি- 'মহাক্কী রঘুসি মমায় য়াম্না

শোল্লি, ঐখোয়দা ব্রা হায়বা ঙমজদে। খঙদে, মহাক করি কমদৌরিবনো। নঙোন্দদি ব্রা পূম্নমক হায়রমগনি, খরা তম্মুদনা।' খুকউ নামা লৈতারগা য়েৎ থংবা চূবাদু মেৎলগা মমায লূকথদুনা রঘুনাথ তূমিন ফম্লম্মী। মাগী মরমদা ব্রা হৌদোরকপা অদুদগী অমুক্কা হেন্না মমায় শোম্বুবগুম তৌখ্রে। মদুনা মহাক মশা অদু তাশিন খোমজিঞ্জরম্মী। স্বরূপ গোস্বামীনা তপ্না তপ্না হায়রকখি - 'রঘু য়াম্না নুপা থোক্কা মথৌ তৌই। প্রভুগা ব্রারী শাবদি ঙমজদে। ঙরাং ঐঙোন্দা হায়জবা ব্রা লৈ।' রঘুনাথরোমদা ওনশিল্লগা - 'কদায় কদায় ! ঙরাং নঙনা প্রভুদা হংগৎপিয়ু হায়খিবদো, হৌজিক প্রভুদা হংগচ্চররোদনা।'

প্রভুনা চীন চূপ্তুনা হায়খি- 'কদায় ! হায়য়ু করি হায়নীংই ?'

রঘুনাথ তৌফম খঙবোই খঙদবোই অমুক্কা হেন্না মরু লূকথদুনা তূমিন্না ফম্লম্মী, ব্রা অমত্তা ঙাঙদে। প্রভুনা স্বরূপ্তা হায়রকখি- 'ফরে, নহাক হায়য়ু মানা করি হায়নীংবা লৈ ?'

স্বরূপনা লকক লকক হায়রকখি- 'ননাইসিনা হায়জবা হায়ববু য়ূম কৈ থাদোকহল্লিবসি করিগীদমক্লো ? ঐগী ইথৌ কারিনো ? ঐ করি তৌগদবনো ? সিগী ব্রাসি প্রভুদা হংগৎপিয়ু অসিনি।'

মদু তারগা প্রভুনা মোমোন নোক্তুনা বঘুনাথদা ওনশিল্লগা হায়রকখি- 'নহাক্কী গুরুদি স্বরূপ গোস্বামীনি। ঐনা নঙবু মঙোন্দা শিন্নখ্রবদুনি। সাধ্য সাধন তত্ত্বদি মহাক ঐঙোন্দগীসু হেন্না খঙবনি। ঐসু করিগুম্বা খরা হায়নীংবা মতমদা মঙোন্দা হংলিবনি।' অসিদং হায়রগা প্রভু তূমিন্না লৈখি, অদুগা অমুক ইবুংঙো মতোমতা হাযজবগুম- 'ঐনা নঙোন্দা করিগুম্বা খবা হায়হন্নীংবা লৈরগদি ঐনা শাস্ত্র পূম্বগী মচি ওইনা খঙবা হায়ববু শ্রীকৃষ্ণ- কীর্ত্তন অমসুং নাম কাউদবখক্লা সংসারগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা পাম্বেনি। প্রেম পোকপা হায়বসি নাম কাউদবদগী ওইবনি। হৌজিক কমদৌনা নাম কাউরোইদগে হায়বা অসিখক খঙননবগী ব্রানি।'

প্রেম হায়বসি ফংজনবগীদমক মহাক ইহান হানবদা সাধু সঙ্গ তৌজগদবনি। ভজন, কীর্ত্তন, সৎসঙ্গ, ভগবানগী লীলাশিং কাউদবনা মরু

ওইবা কর্মনি। ধর্মশিংসি ঙাক্কদবনি। সংসারগী মীওইশিংগা মরী লৈনবা, সংসারগী মীওইশিংগা অকোয়বগী ব্রারী ব্রাতাই শানবা, অতোপ্পা মীগী নিন্দা- স্তুতি তৌবা অসিবু - ঋষিশিংনা লোক ধর্মনি হায়। হায়রিবশিংসিদগী মতম চূপ্পা লাপথোক্লা লৈগদবনি। অতোপ্পা মীগী গুণ- দোষগী ব্রা পূমথা থাদোক্কদবনি। করিগুম্বা খরদং হাযবা পনবা তারবসু গুণ খক্কী ব্রা হায়গদবা ওই। মীগী ফত্তবা গুণদা পূক্নিং চঙশিল্লোইদবনি। কনাগুম্বনা কয়ামরুম য়াম্না জ্ঞানলৈবা, ধ্যান তৌবা, ইজ্জৎলৈবা অমসুং পণ্ডিত ওইগে ওইসনু, মানা মীবু নিন্দা তৌবগী ব্রা মচীন্দগী হেক কাঙথোরকপদা মহাক লৈখা তারে খঙগদবনি। অতোপ্পশিংগী অরেপ্পা গুণশিং শীংথারবা তুংদা ঙম্ল মক্তি ফরে, অদুবু মসিদা দোষ অমত্তংদি য়াওই গকা হায়বা ব্রাফম পল্লবদি, দোষদু মী অদুগী থম্মোয়দা চঙখি। মরমদি দোষগী মরীক য়াম্না কৃপ্পি। মদুনা থম্মোয়দা হেক চঙলক্ত্রিমখৈ অতোপ্পগী নিন্দা সুক্তৌ তৌদে। ঐখোয়না নিন্দা তৌগদবসি দোষগী মরীক অদুনা থম্মোযদা চঙশিল্লক্লবা মতমদুদনি। অতোপ্পগী নিন্দা অসুম অসুম তৌর- তৌরগা মরীক অদু অদুম অদুম চাউথোরক্কনি অদুগা মদুনা থম্মোয়দা অশেংবা মতৌ, চমজবা মতৌ, লীচৎ ফজবা অমসুং জ্ঞান তানশিনবা পাম্বনচিংবা অফবা লীচৎশিংবু নমথদুনা জ্ঞান য়াওদবা অমসুং ব্রাখন চোইবঙাক্তা পূনশিল্লক্কনি। মবম অসিনা দোষবু হন্না উকদবনা বৈষ্ণবশিংগীদমক খ্বাইদগী মরু ওইবা থর্বাক্লি। ভগবদ্ভক্ত অথোইবা, ভাগবত অমদি সাধু ওইবা মীশকশিং অদুখক্কী তত্তনা সেবা তৌগদবনি। লেমজবা, মতিক ময়াই পামজবা অমসুং বিষয চাবা পাম্বা, পূম্নমকসিবু অপাম্বদা ঙাওবা কৌই। বৈরাগ্য পুরুষদি হায়বিবশিংসিদগী লাপ্লা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না পূম্নমক্তা রাগ লৈরুদনা তত্তনা ভগবানগী নাম তত্তনা শোনবা, ভগবানগী লীলাশিংবু তাজবা অমসুং ভগবানগী গুণশিংবু শকচবা- মখোয়সি খক্তনা থোইদোকপা লম্বেন তানবশিংগীদমক তৌগদবা কর্ম ঙাক্তনি। কর্মশিংসিবু তৌজরিবশিংদু সংসারগী ব্রাখন্না শুমহৎলরোই। ঐ শম্লপ্না নঙোন্দা বৈষ্ণবংগী মরু মরু ওইবা কর্মশিং তাক্কে-

(১) খুল্লক লৈবক্কী ৱাবী কৈদৌঙৈদসু তাবোইদবনি, খুল্লক্কী বারী তাকুবদগী পূক্লিংদা মদু নীংশিংদুনতা লৈ. মদুনা লাইনীং লাইশোন্দা পূক্লিং চঙহন্দে।

(২) খুল্লক্কী ৱাবী কৈদৌঙৈদসু শাবোইদবনি। বিষয পাম্বশিংগী ৱারী শাকুবদগী পূক্লিংদা বিষয় পাম্বগী মতৌ ওইরকই।

(৩) য়াম্না হেন্না হাউ- থুম্বা পোৎ চারোইদবনি, মবমদি অদুগুম্বা পোৎশিংদুদগী বিষয় পাম্বা হেনগৎলকই।

(৪) অফবা, অকেবা অমসুং য়াম্না তক তনানবা ফি- রোন শেৎ- ইল্লোইদবনি, মরমদি মখোয়শিংদু শেৎ- ইল্লুবগা পুন্সিদা কে- মৌবা মতৌ ওইরকই অমসুং কে- মৌবা মতৌদগী পূক্লিং অসি পান্দদা যেংবা ওইবকই।

(৫) মতম চূপ্পা নাপন যাওদনা লেনগদবনি। থম্মোযদা নাপন কাবকপগা সাধন পূম্নমক পূংমাঙ মাঙই।

(৬) মতম চূপ্পা মীবু ইকাইখুম্নগদবনি, মীবু ইকাইখুম্নবনা আত্মাবু ইকাইখুম্নবনি অমসুং আত্মাবু ইকাইখুম্নবনা পূম্নমক্তগী হেনবা ইকাইখুম্নবনি। মসিদগী তোঙানবা সম্মান পূম্নমক কবিসু ওইদে।

(৭) মতম লৈবখিবিক্তা, মফম পূম্নমক্তা অমসুং ফিভম পূম্নমক্তা ভগবানগী নাম শোন্দুনা লৈগদবনি। নাম তত্তনা শোনবদগী শ্রীকৃষ্ণ চবণদা অপেনবা পোকই।

(৮) অশেংবা অমসুং খোইদোকপা ৱাখল্লা শ্রীভগবানগী পূজা তৌদুনা লেনগদবনি। পূক্লিংনা পূজা তৌবতনা খ্বাইদগী অথোইবা পূজাগী মতৌ অসুম্না হায়াদবা ধর্মশিংসি ভাকপবা বৈষ্ণবতনা প্রভু প্রেম ফংবা ঙম্মী।

মহাপ্রভুগী অমৃতগী মশক ওইবা পাউতাক অদু ফংজবদগী বঘুনাথদাস সাধ্য- সাধনতত্ত্ব খঙজনীংবনি খৌবাংবদু পূমকোক কোকখি। নুমিৎ অদুদগী মহাক আহিং- নুংথিন চূপ্পা নামসংকীর্ত্তনখক তৌজদুনা লেনখি। অহিং- নুংথিন প্রহব নিপানগী মনুংদগী মহাক প্রহর তবেৎমখায ভগবানগী নাম তত্তনা শোল্লি অদুগা প্রহব তংখায়না চাবা অমসুং তুম্বদা

কাইথোকই।

তাল্লক অদুদা তুংদা লেঙঙকপা গৌড়ীয় ভক্তশিংসু পুরী য়ৌরকখি। অদুগা মহৌশাগী মতৌগুম্না থা মরি লৈরম্লগা অমুক মরৈবাক্তা হন্নখি। ভক্তশিংনা পুরীদগী হল্লকপগী পাউ ফংবদা গোবর্ধনদাস মজূমদারনা শিবানন্দগী নাক্তা মাগী মী থাদুনা রঘুনাথদাসগী মরম হং- থিহনখি। সেন মহাশয়গী নাক য়ৌরগা মীশক অদুনা নোল্লুক্লা হংগৎলম্মী- 'ঐগী স্বামীনা অদোমদা হংগৎচরকই, ইচানুপা রঘুনাথদাস য়ূমদগী পুরীদা চেনখ্রে। মাবু পুরীদা থেংনবিদব্রা ?'

সেন মহাশয়না হায়রকখি- 'পুরীদা বৈরাগ্য বৈষ্ণবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না রঘুনাথদাসনা খাঙবা কনবা ওইহৌরি। মফমদুদা মাগী মমিং পূম্নমক্লা খঙনৈ। মহাক সিংহদ্বারদা অফংবা ভিক্ষা চাদুনা অহিং নুংথিল চূপ্না শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌদুনা লেলহৌরি। মহাক মঙ্গল ওইনা প্রভুগী চরণ থম্বাল নাক্তা লৈহৌরি।'

মনাইনা ব্রারম পূম্নমক সপ্তগ্রামদা লাক্লগা মাগী স্বামীদা তল্লখি। মতোমদা পোকপা ইচাদুনা চাক চদুম অমগীদমক মন্দিরগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা। পাউ অদু তাবদা লন- থুম্না লোইরে খঞ্জবা মপানা 'হায়- হায়' হায়না ব্রাজখি। পিনা পূমচোৎ- চোৎ মমানা কপচখি। কোন্নথংদা মপানা মচাগীদমক লুপা চামরি পীদুনা মনাই অমগা চাকথোংবা অমগা শিবানন্দ সেনগী মনাক্তা থাখি। সেন মহাশয়না হায়- 'হৌজিক নীংথমথাগী মতম্নি, নখোয় কমদৌনা চৎকনি ? থা মরি মঙাদং ঙাইখো, ঐনা চৎপা মতমদা চৎসি।' মদু তারবদা মনাইশিংদু হল্লকখি অদুগা সেন মহাশয়না নোংজুথাগী খোঙচত্তা লুপাশিংদু পুরগা মনাইশিংদুগা লোয়ননা চৎখি। পুরী য়ৌরগা মনাইশিংনা রঘুনাথদাসদা মপাবুংগী পাউ তমখি অমসুং পীরকপা পোৎ অদু শিন্নবদা মহাক্লা লৌ হায়বা য়াখিদে। রঘুনাথদাসনা য়াদ্রবা ফাওদসু মনাইশিংনা পীরকপদুগা লোয়ননা লৈখি।

রঘুনাথদাসনা খঞ্জরফখি- 'পীরক্লিবা অসিনা প্রভুগী সেবাদা চন্নবা তাই।' মদু খন্দুনা মানা থা অমগী মনুংদা বার্ত্তন অনিরক প্রভুদা কৎখি,

অদুগা ভগবানগী প্রসাদী নীংথিনা লাঙদুনা লূক ফংহল্লম্মী। প্রভুনা মাগী পেঞ্জনবগীদমক মাগী বার্ত্তন লৌবীদুনা ভিক্ষা লূক হাবিরম্মী। মতৌ অসুম্না চহী অনী চূপ্না রঘুনাথদাসনা প্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎখি। মদুদা খরচ কয়া য়াম্না চঙবনো হায়ববু থাগী ওইনা অনা নিপাল্লোমদনি (পৈশা য়াংঙৈ)।

নোংমা রঘুনাথদাসনা খঞ্জখি- 'ঐহাক ইয়ূম- ইকৈ, শাগৈ- নাতৈ পূম্নমক থাদোক্লবনি, অদুগা অমুক ইপানা পীরকপা পৈশানা প্রভুদা বার্ত্তন করিগী কৎলিবনো ? বার্ত্তনসিনা প্রভু করিসু পেনবিরম্মোই। প্রভুদি মনাইগী পেঞ্জনবগীদমক লেঙবিরক্লগা ভিক্ষা লৌবিরবখক্তনি। মদু খন্দুনা মহাক প্রভুগী বার্ত্তন কৎপা তোকখি।

নোংমা প্রভুনা স্বরূপ গোস্বামীদা হংলম্মী- 'স্বরূপ ! খঙদে করিগীনো ? হন্দকসি রঘুনা ঐঙোন্দা বার্ত্তন তৌরকখিদ্রে। করিগুম্বা ৱারৌবগা য়াওরব্রা ?'

স্বারূপ গোস্বামীনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাই রঘুনা খঞ্জরমগনি, বিষয় চাবা মীগী পোৎনা প্রভুগী নিমন্ত্রণ কৎপদা করি কান্নগবনো ! মদুনা প্রভুদা করিসু পেনবিবম্মোই অদুগা ননাইগী পূক্লিংদসু প্রভুনা য়ানীংগুম য়ানীংদগুম তৌই খন্দুনা মহাক্না নিমন্ত্রণ কৎপা তোকখিবনি।'

প্রভুনা তাকপিরকখি- 'স্বরূপ ! চুমইদা নঙনা হায়বা। বিষয চাবা মীগী মচেঙ চাবদগী রজোগুণগী ভাব হেনগৎলি। মখোয়গী চেঙ চাক্তো অপাম্বগী মবীক খজিক পকই। সংসারগী মীওইদি পীজনীংদ্রবদসু মা[illegible] মচা মমাক ফাওবা পীজদবা ঙম্মি। অপাম্বা খজিক্তদগী বুদ্ধিসু মকশিল্লি অদুগা বুদ্ধি মকপদগী শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌবা ঙমদে। অদুনা হেক ঙম্বমখৈ বিষয় চাবা ইনাক খুনবদগী লাপথোক্কদবনি। ঐহাক্তি বঘুগী প্রেমগীদমক খল্লগা চৎলম্মনি, য়াম্না ফরে বার্ত্তন লেপখিবদু। অসুম্না তাকপিদুনা প্রভুগা স্বরূপ গোস্বামীগা বঘুনাথগী ত্যাগ অমসুং বৈবাগ্যবু থাগৎখি।

হৌজিক নাকল অমরোমদা রঘুনাথদাসনা সিংহদ্বাবদা লেপ্পগা নিবদু পাম্মক্তবগুম তৌরকখি। মীয়াম্না মাবু খঙনরকপদগী অহাও অথুম কযা কৎলকখি। প্রভুনদি অহাউ- অথুম চাবদু থিংবনিনা মহাক সিংহদ্বাবদা ভিক্ষা

তৌবদুসু তোকখ্রে। হৌজিক মহাক ভিক্ষারীশিংগা লোযননা ক্ষেত্রদা চৎলগা মফমদুদা প্রসাদী লৌবকখি।

মহাপ্রভুনা সন্ধ্যা মতমদা নুমিৎ খুদিংগী রঘুনাথবু সিংহদ্বারদা লেপ্পা যেংলম্মী। মফমদুদা প্রভুনা মনাই রঘুনাথবু উদ্রবদুদা নোংমা গোবিন্দদা হংলম্মী- 'গোবিন্দ ! রঘুদু হৌজিক সিংহদ্বাবদা উদ্রেনে। খণ্ডদ্রে মহাক হৌজিক কদাইদগী ভিক্ষা লৌবিবনো ?

গোবিন্দনা হঙ্গৎলম্মী- 'প্রভো ! হৌজিক মহাক সিংহদ্বারগী ভিক্ষা তোকখ্রে, মহাক হৌজিক ক্ষেত্রদা চৎলগা নুংথিন্দা ভীক্ষা নিখ্রে।'

প্রভুনা পেনবিরদুনা হায়বম্মী- 'বঘুনা তৌবিরদু খ্বাইদগী ফরবনি। সিংহদ্বারদা ভিক্ষা পামদুনা লেপ্পদু অণ্ডকপা থবক নত্তে। চীন্দা ফনমক নাম শোল্লবসু পূক্লিংদদি কনাগুম্বা পীজ পীথকপা লাক্লবদিকো হায়বসি খনগনি। 'অদুগুম্বা লাক্লবদি কবিনো খরদি পীজবমগনি। অমনা পীজবমদ্রে অমনা পীজরমগনি। মসি খন্দুনতা লৈগনি। ক্ষেত্রদা অমুক্তং চৎলগা লৌরুবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌজদুনা লৈজবা অদুনা মফবে।' তাঞ্জাদুদা স্বরূপ গোস্বামী লাক্লম্মী। মাবু উবদা প্রভুনা হরাউনা হায়রকখি 'ফরেদা, নুংঙাইরে তাঞ্জা চানা থুংলরে। হৌজিক হৌজিক নহাক্কী রঘুগী মতাং হৌদোক্লরম্লিবনি। মহাক সিংহদ্বাবদা ভীক্ষা লৌবা করিগী তোকখ্রিবনো ?'

স্বরূপ গোস্বামীনা তপ্পা খুম্লকখি 'অঙকপনি ননাইসি। মফমদু মঙোন্দা বৈবাগ্যগী ওইবদা খবা হন্থনা উবমাল্লে, মহাক মদুদা চৎপা তোকখ্রে। সিংহদ্বালগী ভিক্ষাদুদা দোষ খবা লৈবা উবম্লগনি।'

প্রভুনা হাযবকখি- 'মহাক্লা তৌরিবা অদু ওম্থোক্লা পেনখ্রে। মহাক কৌবকউ, কদাইদা লৈ ?'

গোবিন্দনা চৎলগা বঘুনাথদাসবু কৌরুরে। প্রভু অমদি স্বরূপ গোস্বামীদা ভক্তি কৎলগা ভগবানগী নাম শোল্লগা স্বরূপকী নাকল্লোমদা ফম্লম্মী। প্রভুনা ফুক হৌগৎলগা ইমুংদগী করিনো খরা পায়বগা লেঙথোবকখি।

প্রভু মনাই রঘুনাথগী নাক্তা লেঙশিল্লকখি। রঘুনাথদাস ইকাইজদুনা

অমুক্কা হেন্না মশাদু তাশিন খোমজিঞ্জবম্মী। প্রভুনা মনাইগী নীংথিরবা শম অদু শ্রীহস্তনা তপ্না তপ্না নাম্থু নাম্থরদুনা তাকপিরকখি- 'রঘু, ঐ নহাকপু ওম্থোক্না পেল্লেহয়। ঐহাক পেল্লদুনা নঙোন্দা করিনো খরা পীনীংই। অদুবু ঐহাক্কুম্বা লায়রবগী ইফমদা করিবু পীনীংঙাই লৈগদগে ? ঐগী খ্বাইদগী থোইদোকপা ইরল অমখক লৈ, মদু নঙোন্দা পীরগা ঐহাক পেনগে। শঙ্করাবণ্য সরস্বতী বৃন্দাবন চৎলুই, মানা বৃন্দাবন্দগী হল্লকপদা পুরকপা গুঞ্জমালাসিগা গোবর্ধন গিরিরাজ অসিগা প্রসাদ ওইনা ঐঙোন্দা পীরম্বনি। নহাক্না খঙলিবদুনি, গিরিরাজ গোবর্ধন শিলাদি শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মূর্ত্তিনি। শ্রীকৃষ্ণগা গোবর্ধনগা করিমতা খেন্নবা লৈতবনি। অদুনা চহী অহুমদগী ঙসিফাও নীংথিরবা নূংসিবু মিৎকী পিনা চাইথজরকপনি। ঐগী ব্রাজবা মতৌদা নূং অসিনা ঐগী থম্মোয় ঈংহল্লিবনি। মসিবু শোকচবদা ঐগী ইমিৎসি শেংজখ্রিবনি। লাইবক ফবা ওইখিবনি। মসিনা কয়ারক ঐগী থম্মোয় থোইদোক্না ঈংহনবিখিবনি। ভগবানদি গুঞ্জমালা য়াম্না পাম্বনি। ইবুংঙোনা গোবর্ধন চীংদগী গুঞ্জ পাম্বী ওইনা ফূক্ল ফুক্লগা মদুগী পরেং লেংলগা ইবুংঙো মশামক অমদি লোয়নবা গোপ গ্বালাশিংবুসু শিহল্লিবনি। অদুনা ঐনা মসি লাইখুরুম্বা মতমদা হেক হেক শি। ঐনা য়াম্না পামজবা পোৎশক অনী অসি নঙোন্দা শিন্নরবনি। ঙসিদগী নহাক্না গোবর্ধন গিরিরাজ অসি সাত্ত্বিক পূজা কচ্চৌকো। সাত্ত্বিক পূজাদা কমণ্ডলু জলগা তুলসী পত্রগনা লোইরে অনীসিখক চঙঙি। জলনা চাইথরগা তুলসী কৎকদবা। অদুগা ভক্তি 'চেন্না দণ্ডবত কৎপা মসিনি সাত্ত্বিক সেবাগী হৌনবী। তুলসী অমদি জল লৈত্রগনা সুপ্নগী থাজবগা লোয়ননা খুরুমজবতদসু চৎনবা য়াই। সে লৌজরো পোৎশক অনী অসি নঙগীনি।

প্রভুনা পীবিবা পোৎশক অনীদু ফংজবদা রঘুনাথদাস হবাউবদা হায়নীংঙাই লৈখিদে। মহাক প্রভুগী অসিগুম্বা মপান নাইদবা থৌজালগী পোৎলূম পূজবগুম ওইখি। মহাক থোইদোক্না মশাদা তুজুংবা ফাওনা প্রভুগী পাদ পদ্মদা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌজরগা ভক্তি চেন্না পূজ্যবস্তু অনীদু মখূৎ তিংথোক্লগা তোল্লবা ভিক্ষারীগী মতৌগুম হরাউনা ফংজখি। নুমিৎ অদুদগী

হৌনা মহাক গিরিরাজ অদু পূজা তৌজরকখি। পূজাগীদমক স্বরূপ গোস্বামীনা খুদোন ১২ পাকপা ফি মচেৎ অনীগা উগী আসন ১গা পীবিরে অদুগা ঝারী খুজাই অমসু পুরক্তুনা পীরে। পোৎলমশিং অদুনা মহাক ভগবানগী পূজা তৌজে। মাগী বৈরাগ্য য়াম্না চেৎলম্মী। অচম্বা মীওইশিংনদি মাগী বৈরাগ্যগী ৱারীদু তাবদা থাজনরোই।

মফিদি সুপ্নগী পোম্ফি শেগায়বা অমখক্লা লোইরে। পোম্ফিদু নত্তবা অতোপ্পা ফি অমফাও ইন্দে। অহিংদা পূং অমা অমামখায়খক তূমই নৎত্রগনা ভগবানগী নাম তত্তনা নীংশিংদুনা লেম্লোকই। ময়ূম থাদোকপদগী মচীন্দা অহাওবা অমফাও তাখিদ্রবনি। ভিক্ষাদা অদুক অক-অরাক, অথুম্বা-অখাবা অফং-অফং খরদু পুল্লপ তোৎশিল্লগা চারম্মী। মাগী কল্লবা বৈরাগ্যগী অঙকপা ৱারী অমা তাসি। মসিদগী মাগী খাঙবা কনবা ৱাখন চেৎপা, চীন- লৈ চেৎনা ৱারকপা অমসুং লায়রবগী মতৌ খঙবা ঙমগনি।

মহাক নুমিৎয়ুংবা মতমদা ক্ষেত্রদগী ভিক্ষা লৌরম্মী। অদুদসু মঙোন্দা মীখা পোনবা মতৌ খরা উরকখি। ভণ্ডারীনা মঙোন্দা ভিক্ষা হেন্না হাপ্লকখি অদুমক্তদা অমুকসু হেন্না পীনীংবা উরকখি। অদুনা মহাক্লা ক্ষেত্রদগী ভিক্ষা লৌবদুসু তোকখি। হৌজিক মহাক তোপ্তোপ্পা মওং অমদা পূক্কী চাকখাও ফাওবা খুজিলহল্লকখি।

হান্না হায়জখ্রবদুনি মদুদি জগন্নাথ প্রভুগীদা দুকানশিংদা ভগবানগী প্রসাদী চাক য়োল্লি। দুকানদারশিংগী দুকানদা নুমিৎ নীনি হুম্লি চাক শীৎত্রবদি মদু পুম্মি। অপুম্বা চাকশিংদু মখোয়না ষণশিংগীদমক লম্বীদা হুন্দোকই। তৈলঙ্গদেশ মফমদুগা নক্লে। পুরীদা চাউর চাউরবা তৈলঙ্গগী ষণশিং অদুম কোয়চৎ চৎলি। অদুগুম্বা চাক্তুনা মখোয়গী মবুক থন্নে। সিংহদ্বার মনাক্তা অয়াম্বা দুকানশিংদা প্রসাদ য়োল্লি। মখোয়না অপুম্বা চাক মফমদুদা হৈদোকই, ষণশিংনসু মবুক থল্লগা চাক্তু চাদে। নুমিদাংৱাইদা রঘুনাথনা চাক অদু খুল্লগা পুরক্লম্মী। অদুগা মদু ঈশিং য়াম্না হৈজিল্লগা চামথোক্লম্মি। মদুদা কা হেন্না পুমথরবা চাক মকশিংদু খল্ল- খল্লগা লৌথোকই অদুগা খরা ফনা লৈহৌবা চাক্তু খুম খরা থাকচিন্দুনা চাবগা মহাক ঈশিং থক্লগা লোল্লি অসুম তৌনা

মহাক মতম লেল্লকখি। মসিগী থৌরাংসি মহাক নুমিদাংদসু তৌরম্মী কনামত্তা উদনবা।

নোংমা স্বরূপ গোস্বামীনা মানা চাক্কু চারম্বা থেংনরম্মী। গোস্বামীনা নোল্লগা হায়রম্মী- 'করিনো রঘু ! নতোমতা অদুক হাউবা অচাপোত্তু চারিবোইরে, ঐখোয়বুদি নোংমা ফাওবা পীজদবা।' রঘুনাথদাস ইকাইরপ তৌনা তূমিন্না লৈখি।

মহাপ্রভুদি মনাইশিংগী ঈ পাউ লৌবিরম্মী। নোংমা প্রভুনা গোবিন্দদা হংলম্মী- 'গোবিন্দ রঘুদো হন্দক মরক ক্ষেত্রদা ভিক্ষা লৌদ্রমাল্লে। মহাক কদাইদগী ভিক্ষা লৌরি ?'

গোবিন্দনা রঘুনাথগী মরম পুন্নমক লীরম্মী। তারগা প্রভুনা হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। নুমিৎ অদুদা য়াচঙবা মতমদা প্রভুনা মনাই রঘুনাথগী নাক্তা লেঙঙম্মী। মতমদুদা মহাক তপ্না তপ্না হাউরবা চাক্কু চারম্মী। প্রভুনা তপ্না তপ্না লেঙশিল্লক্লগা মনাইগী তুংদা লেপ্লম্মী। মনাই রঘুনাথদাসনদি মতুংদা কনানো অমা লেপ্লি হায়বসি খঙজবা নত্তে। মানা অসুম চখোম চখোম চারিঙৈদা প্রভুনা তপ্না হায়রকখি- 'করিনো ইবুংঙো স্বরূপকী রঘু ! ঐখোয়দা বাত্তনসু তৌরকখিদ্রে অদুগা হাউর হাউরবা অচাপোৎকাসু তূমিন্না লোন্না চারিবোই, মদু ঐখোয়বুদি করিমতা পীজদনা।' হায়রগা মাগী পাত্রদুদগী চাক চখোম অমা তাপ লৌখৎলগা মুখদা হুকখ্রে।

'মাঙঙে- মাঙঙে' হায়রগা ওন্থোক্লা মথরায় নুংঙাইতন' মনাই রঘুনাথনা পাত্রদু মখূৎ অনী চঙদুনা পায়শিল্লগা হঙ্গৎচখি- 'প্রভো ! কা[illegible]নো তৌবিরিবা অসি ? মসিদি ইবুংঙোনা তৌহৈদবা থর্বাক্লি। লুখাক- চমাংসি হাবিরগা ননাইবু পাপ পুহনবিগনু।' মুখদা হূকখিবা চখোমদু প্রভুনা প্রপ প্রপ হারগা অমুক চখোম অমগা লৌখৎকদৌবগী ফন চোংশিল্লকপদা উ- ব্রা লাউনবদু তাদুনা স্বরূপ গোস্বামীসু মফম[illegible] য়ৌশিল্লকখি। প্রভুনা মনাই রঘুনাথদগী চাক মুল্লম্বদু উবদা মানা প্রভুগী খূত্তু খাল্লগা হায়জৈ- 'প্রভো ! মসি ইবুংঙোনা তৌহৈবা ওইদে।'

পভুনা চগং অদু ব্রানা য়োৎল-য়োৎল হায়রকখি- 'স্বরূপ '

নঙোন্দা ঐনা শেংনা হাযবিবসিনি, অসুক হাউবা ঙসিগী চাকসি পুন্সিসিদা কবিগুম্বা পোৎশক অমফাওবা থেংনখিদ্রি।' আ: ! ধন্যনি মনাইবু চানবিবা মতৌ। হে প্রভো ! মদু ইবুংঙোগী বৈবাগ্যগী মহাওনি। হা গৌবাঙ্গ ! ইবুংঙোনা জীবশিংবু প্রেম পীনবিবি অদুগা অমুক ইবুংঙো নহাক্না মদুগী মহাও লৌবিদুনা পূক্নিং লূপ্পিবি। হে চৈতন্য ! নঙগী লীলা অঙকপনি, নহাক্কী মায়া তোপ্তোপ্পি। পাপকী লৈখোমদা পুখববা বিষয চাবখক্না খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবনি খল্লবা পিক্লবা জীবশিংনা ইবুংঙো নঙগী লীলাগী অথূপ্পা কনানা খঙবা ঙমগনি। কনাগুম্বদা ইবুংঙোনা কৃপা তৌবিবিবা মহাক অদু সংসাব সমুদ্রদগী খুদক্তা লাম্থোকচৈদো।

মতৌ অসুম্না ব্রাখন চাউবা শ্রীবঘুনাথদাস মপান নাইদ্রবা থৌজালগী ব্রাখল খঞ্জবগা চহী তবাতকক চূপ্পা পুবীদা অসিগুম্বা ত্যাগ বৈবাগ্যনা তিনবা প্রেমগী মতৌ ওইবা পুন্সি লেন্দুনা লৈখি। ❖

# শ্রীরূপ অমসুং সনাতন

মহাধীরৌ ভক্তিবীরৌ প্রেমপিয়ূষভাজনৌ।
ভক্তিভাবেন তৌ বন্দে শ্রীমদ্রূপসনাতনৌ।।
(প্র.দ.ব্র.)

(থোইনা পূকচেন তপ্পা, ভক্তিগী পাঙ্গন চেনবা অমসুং প্রেমামৃতগী পাত্র ওইবা শ্রীমান রূপ অমসুং সনাতনবু ভক্তি তৌনা খুকমজৈ)

মীদুগী থম্মোয়দা কযামুক শোক্লা নীংঙমদবা ওইসনু মদুদগী মহাক থোইনা হেন্না চাওখৎলকপা যাই, অদুবু মদুদা মাগী ফত্তবা কর্মশিং অদুদা নুংঙাইতবা তৌদবা, মদুনা মাগী লৈখা তাখ্রিবা দশা অদুবু খঙজদ্রবা, মানা অবেন্বদা মতম মাঙহনখিবদুগী তুংগী নীংঙমদবা ফাওদ্রবা মহাক অদু কযামুকসু অথোইবা পণ্ডিত ওইসনু, কযামুক জ্ঞানী ওইসনু, কযা যাম্না হৈশিংবা ওইসনু মহাক চাওখৎপদা নীংথনা মতোল লোম্বা ঙম্লোই। মাঙদা তৌখিবা কর্মশিংদুদা থম্মোয শেংনা নাংঙম্মক্রুবা, পূম্নমক থাদোকচবগা প্রেম পাদদা চঙজবা পাম্মকপদুদা মহাক ফগৎলক্লে খঙ্গদবা ওই। থীন্দনা মহাক অবাংবা থাক কাজবগা মবুংঙোগী পাদ পদ্মদা ভক্তি তাবা ঙমজবগানি। রূপ অমসুং সনাতন- মচীন মনাও অনীগী হৌবকপা পুন্সি বিষয চাবা মীওইগুম হৌবকখ্রবসু মমৈথংদা মখোয নীংঙমদবগী ব্রাখন্তনা প্রভুগী পাদ পদ্ম যৌজবা ঙমখি অমসুং ভক্তিগী ব্রাখন্তনা জগৎনা যাবা মহাপুরুষ ওইখি।

রূপ সনাতনগী অহল- লমনাশিং, কর্নাটক দেশদা লৈবম্বনি। মখোযগী মবুধৌ পুবেন পদ্মনাভ থোইদোকপা মবম খবদগী কনার্টক লৈবাক থাদোক্লগা নবহাটী(নবহট্ট)দা লাক্লুনা লৈবর্কাখি। মবুধৌ পুবেন্দুগী মচানুপা মঙা অমসুং মচানুপী তবানিপাননি। ইতোন তোনবা মচা নুপাগী মমিং মুকুন্দদেব কৌই। মুকুন্দদেবগী কুমাবদেব কৌবা মচানুপাদুদি যাম্না ফবা লাইগুর্শ্বনি। মহাক অদু ওস্থাং ওনশিন অমসুং লল্লোল-ইতিক্কী থবক তৌবর্ম্মী, মদুগীদমক মহাক যশোহব জিলাগী মনুংচনবা ফতেহাবাদতা

হন্দোক হঞ্জিন চৎপা তারম্মী। জাতিগী ওইবা অমগা অমগগী নুংঙাইনরক্তবা খরদগী কুমারদেব নবহট্ট থাদোক্লগা ফতেহাবাদতা হোংলকখি। মফমদুদা লাক্লগা মহাক মধাইপুরদা লৈবা হরিনারায়ণ বিশারদকী মচানুপী রেবতী দেবীগা লুহোংখি। রেবতী দেবীনা মচানুপা অহুম পোকখি। মখোয় অহুম্মক পরম ভাগবত বৈষ্ণব সমাজগী খ্বাইদগী হেন্না মকোক থোংবগুম ওইখি। পলেম- পম্বৌনা মখোয়গী মিং অমর, সন্তোষ অমসুং অনূপ হায়না থোনখি। কোন্নদা রূপ, সনাতন অমসুং বল্লভ হায়বা মমিংদা ফাওখি।

মপাবুংনা মচা অহুম্মকপু পণ্ডিত ওইহন্নীংলম্মী, অদুনা নবহাটীগী অফাওবা শ্রীসর্বানন্দ সিদ্ধান্ত বাচস্পতিদা মহাক্না মখোয অহুম্বু সংস্কৃত শিক্ষা পীহল্লম্মী। মতমদু ফারসীনা রাজভাষা ওইরম্মী। নিংথৌগী থবক- ইংখাংদা ফারসীখক ঙাঙনরম্মী। ফারসী হৈবা মীনা লেমজবা অমসুং পণ্ডিতনি খন্নরম্মী, মহাক্তনা নিংথৌগী অচৌ- অচৌবা থবক ফংনরম্মী। ফারসী ইবা পাবখক হৈবা অচম্বা মীওইনদি থবক ফংনরমদে। মতমদু মী অয়াম্বনা ফাবসী ইবা পাবা হৈনৈ হায়না খল্লি অদুগা মদুদা মখোয়না ইচঙ থৌনরকপদুদা পাউরৌনবম্মী- 'ফারসী তম্মু, লৈজবা য়োল্লু। মুন্না খঞ্জৌ লাযরা তাল্লু।' ফরে, রূপ সনাতনগী পূজ্য পিতানা মচাশিংবু সংস্কৃতকা লোয়ন- লোয়ননা ফারসীগী পণ্ডিতসু ওইহনব. পাম্লম্মী। অদুনা সপ্তগ্রামগী লম্মু সৈষদ ফকরউদ্দিন্দা মখোয়বু অরবী- ফারসীগী শিক্ষা পীহল্লম্মী। মখোয় ঙম্নমক লাইবিক ফবা অমসুং মরৌশিং শিংবদি অঙং ওইরিঙৈদগী হৌনা ওইরকখি। মদুনা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা সংস্কৃত, অরবী অমসুং ফারসীগী অহৈবা পণ্ডিত ওইখি। মতম অদুদা মালাধর বসু (গুণরাজ খাঁ) গৌড়দেশগী নিংথৌ হুসেন শাহগী মন্ত্রী ওইরম্মী। মগুণ চেনবা অমদি কবিগী থম্মোয় চেনবা মীতানি। মানা 'শ্রীকৃষ্ণবিজয়' কৌবা বাংলা কাব্য অমখক ইখি, মদুগী 'নন্দনন্দন কৃষ্ণ মোব প্রাণনাথ' হায়বা পদ অদু মহাপ্রভুনা য়াম্না পামখি। মহাক্কা মখোয় অহুমগা শক খঙনখি। মন্ত্রীনা মখোয়গী মরৌশিং লৈবা অমসুং হৈথোই শিংথোইবদুদা য়াম্না পেনখিবদগী নিংথৌগী দরবারদা ফম্নাইবা ওইহনখি। মখোয় মবুদ্ধি থৌবা মতৌ অমসুং থবক হৈবা মতৌদগী ইকুই কুইদনা

বাদশাহ্‌না ফরেদা হায়না খন্দুনা পেন্দুনা রাজ মন্ত্রী ওইহনখি। ফম ৱাংখৎপগা লোয়ননা মখোয়গী মচাক মরনসু হেনগৎলকখি, লোয়না-লোয়ননা হিন্দু- ধর্মগী অচেৎপা মতৌসু হন্থরকখি। মুসলমানশিংগা করিমতা হঙ্গোইনরমদে। ব্রাহ্মণ ওইজরগসু মখোয়গী চাকচা- ইথক অমসুং ফিজেৎ- লৈতেং পূম্নমক মুসলমান অচৌ- অশাংশিংগা অমহা ওইরম্মী। বাদশাহ্‌না মখোয়গী মমিং ফাওবসু মুসলমানগীগুম্না থোনবিখি। বাদশাহ্‌না সনাতনবু 'দবির খাস' অদুগা রূপবু 'শাকির মল্লিক' হায়না কৌবিখি। লমদমদুদা মিংশিংসি শেৎকায়না খঙনরম্মী। হান্নগী মিংশিংদু খঙনখিদ্রে। মখোয়গী লৈফমগীদমক গৌড়গী মনাক্তা রামকেলী হায়না কৌবা অনৌবা নগর অমা শেমগৎখি। মফমদুদা মশাগী ময়ূম মকৈ ফজনা শাদুনা য়াম্না লূ- নান্না লৈরকখি। মখেয়গী লমচত্তা ওইনীংবা ওইসনু, অদুম ওইনমক মখোয়বু সংস্কৃতকী অখঙ অহে পণ্ডিতশিংনা অমসুং সাধু- বৈষ্ণবশিংনা মতম পূম্নমক্তা ইকাই খুম্নরম্মী। রামকেলীদগী থোইনা লাপ্তনা লৈবা 'কহ্নাই- নটশালা' হায়না থোনবা মূর্ত্তিশিং থম্ফম অমা শাহল্লম্মী। মদুদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগা মরী লৈনবা অয়াম্বা মখলগী মূর্ত্তিশিং থল্লম্মী। ময়ামদুগী মনুংদগী খরদি হৌজিকসু লৈরি।

তত্তনা সাধু- সঙ্গ অমদি শাস্ত্র চিন্তননা মখোয় মশাগী মপান নাইদ্রবা মচাক- মরন্দু পাম্মকখিদে। মখোয়গী পূক্নিং অদু কনাগুম্না অমদা আত্মসমর্পণ তৌনীংবনা লাঙতক্নরম্মী। মতমদুদা মখোয়গী পূক্নিং ৱাখল কর্মগী মায়গৈদা খজিক ওনশিল্লকখি। মহাপ্রভুবু য়াম্না শীংথানরকপদুসু মখোয়না তারকখি। অদুঙৈগী মহাপ্রভুগী ভগবন্নাম সংকীর্ত্তন ইনৌ- নৌবা পোৎশক ওইরম্মী। মতমদু ফাওবদা মীয়াম্না লৌনরম্মী মদুদি সমাজগী লীপুন থাদোক্তুনা সমাজদগী লৈখা তাখ্রবা মহাক অদু মতম চূপ্পগী ওইনা লৈখা তাখ্রবনি। কোন্নথংদা মহাক অদুবু লানবিনবগী উপায় লৈররোইদবনি। মহাপ্রভুনা হায়নরিবশিংদুবু কন্না য়ানীংলমদে। ইবুংঙোনা ৱাফমদুদা অসুম্না শাফূ পীবিরকখি-

**অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক।**
**সাধুরেব স মন্তব্য: সম্যগ্ব্যবসিতো হি স:॥**

(গীতা ৯/৩০)

থোইদোক হেন্দোকপা পাপ কযাসু তৌবসনু, মহাক অদুনা পূক্লিং অনী লোঙদনা ভগবানবু নীংজববদি থোইদোকপা সাধুনি লৌনবা যাই মবমদি হৌজিক মহাক মপূক্লিং চেৎনা লেপ্লবনি। ভগবানদা মবুক্লিং চঙজববা মহাক অমুক কবম্না পাপী ওইবক্কনি। অমুক্তং মবুক্লিং পেন্না প্রভুগী চবণদা চঙজববদা পাপ পূম্নমক চাকথেক্কুনা উৎ ওল্লি। ভগবত- নামগী মযাইনা খ্বাইদগী হেন্না পাপ চেল্লবা মীশক ফাওবনসু প্রভুগী পাদ পদ্ম যৌজবা যাই। প্রভুগী অসিগুম্বা পৃকচেন ফজবা অমসুং জীব পূম্নমক্কী ফগদবা ব্রাখলশিংদু তাবগা মখোয়সু তৌজখিবা লঙজখিবা পুন্সিদু নীংঙমলকখিদে অমসুং গৌডেশ্বরদা খঙহন্দনা লোন্না চিঠি অমা প্রভুগী নাক যৌনবা নবদ্বীপ্তা থাখি। চিঠিদুদা মখোযনা মশাগী লৈখা তাবা ফিভমদু ইদুনা মখোযবু লানবিনবা উপায় খঙজবা পামখি। প্রভুনা মখোযগী চিঠিদুগী পাউখুম ওইনা শ্লোক অসি ইবগা থাবকখি-

**পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্মসু।**
**তমেবাস্বাদয়ৎত্যন্তর্নবসঙ্গরসায়নম্ ।।**

হাযবদি- 'অতোপ্পা নুপাগা মবী লৈনবী লীচৎ চুমদবী নুপীনা মপাম্থোংদা যূমগী খবক ইংখাং হোৎনদুনা লৈজববসু মথম্মোয মনুংদদি অবোনবদা নৌনা তিন্নবিবা মহাক্কগী ব্রাখনগী মহাও অদু তুংদুনতা লেল্লি।' মতৌ অদুগুম্না মপাম্থোংদা নখোযনা নিংথৌগী থবক থনা অদম মতৌবির্বনিনা মতম পূম্বা থম্মোযনুংদা শান্নবিবা অদুগা অদুম শান্নমিন্নদুনা লৈবা তাবনি।

প্রভুগী অসিগুম্বা অঙকপা পাউতাক্কু ফংবদা মখোয প্রভুদর্শনগী অপাম্বা ব্রাখল থোইদোক্লা হেনগৎলকখি। মতমদুদা মখোযনা তাবম্মী, প্রভুদি সন্ন্যাস লৌবগা পুবীদা খোঙলেঙখ্রে, মদুদা মখোয অমুক্কসু হেন্না লাঙতক্লখি। হুসেনশাহনা মখোযবু থোইনা হেন্না যাবম্মি অমসুং মখোযবু পূমথা থাজবম্মী। মতম দুদা লৈবাক কযামকুমদা লান শোক্লবম্মী। অদুগুম্বা

ফিভমদা মখোয় পুরী তান্না চৎপা ঙম্লমদে। মতমদুদা বৃন্দাবন লেঙবগী ৱাখ দা প্রভু রামকেলীদা থুংলবদা মখোয় হৱাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মখোয়না মবুক্লিংদা প্রভুবু মনাইনা খুদুম চনবা মতৌদা থাগৎচরম্মী। মীয়াম মমাঙদা মখোয় প্রভুবু ফোংনা উনবা ঙমজরমদে, মরম অদুনা অচীকপদা প্রভু দর্শন তৌগে খনখি।

মীপূম খূদিংমক তূম্লখ্রবা, নগর অপূম্বা পূমচীক চীকখ্রবা অহিং নোংয়াইদা মখোয়না নুংশিজরবা মবুংঙো উনজগে খঞ্জদুনা অচম্বা ফিজোন্দা চৎলম্মী। মতমদুদা থোইনা মবুক্লিং নোন্না ময়াদা নাপী চীক্কুনা মখোয় প্রভুগী লৈফমদুগী মনাক য়ৌশিল্লক্লম্মী। মতমদুদা ভক্ত পূম্নমক লম্বী লমশাং লাকপদুদা ৱানদুনা য়াম্না কন্না তূম্লরম্মী। মখোয়না ইহান হান্না নিত্যানন্দ প্রভু অমদি হরিদাসবু হৌদোক্লম্মী অদুগা মশাগী শক তাক্লম্মী। মচীন মনাও অনীদুগী পরিচয় ফংবদা নিত্যানন্দ প্রভুনা থোইনা পেনবিখি অমসুং প্রভুনা তপ্না চৎলগা মহাপ্রভু হৌদোক্লম্মী অদুগা মচীন মনাও অনী লাকপদুগী মপাউ হংগৎলম্মী। প্রভুগী য়াথং ফংবদা হৱাউ- তুজুংননা থোইনা মবুক্লিং নোন্না মখোয়নী প্রভুগী নাক য়ৌজখি, য়ৌবগা মবুক্লিং লাঙতক্লনা প্রভুগী চরণদা তুজদুনা কপচখি। প্রভুগী নৌরবা খূৎ অনীনা মনাই অনীবু হন্না হন্না কোনখৎপিরম্মী, অদুবু মহাক প্রেমনা মরম ওইদুনা প্রভুগী পাদ পদ্মবু থাদোক্লীংলমদে। থোইনা ৱারবা খোঞ্জেন্না মবুংঙোদা মখোযবু লানবিনবা হাযজখি। প্রভুনা মখোযনীদা থাজবা পীদুনা তাকপিখি- 'ন যনা ব-প্পদুনা ঐগী থম্মোয কাযবে, ন'খোয অনীমক পবম ভাগবত ওাক্তনি অমসুং ঐগী মপোক মপোক কযাগী নবা ওাক্তনি। ঐহাক নখোয়নীগা উননীংবনা লাঙতক্লবম্বনি। বামকেলীদা লাক্লবনী ঐঙোন্দা থোইদোকপা ৱাখল অতৈ লৈবা নত্তে সূপ্নগী নখোয় নচীন ননাও অনী উননবগীদমক লাকপনি। ঙসিদগী নখোয় নৌনা মপোক হোংলবনি। হৌজিক্তি মুসলমানগী মিংগৌ অদু থাদোক্লসি, ঙসিদগী নখোয়গী নমিং রূপ- সনাতন কৌরগদবনি।'

প্রভুগী প্রেম্না থল্লবা ৱারোনশিংদুনা মচীন মনাও অনীমক থোইনা অপেনবা ওইজখি অমসুং হন্না হন্না স্তুতি কচ্চখি। মমৈদা সনাতননা হঙ্গৎচৈ-

'প্রভো ! লান মতম অসিদা অমদি ভক্ত ময়াম অসিগা বৃন্দাবন যাত্রা তৌবা নুংঙাইগদৌবা মান্দে। বৃন্দাবনদি ইরোমদোম চৎপনা চুমগনি। লম্বীদা ময়ামসিনা অফা- অপুন্নবা, ঙাক- শেনবা অমসুং পৃম্নমকসিগী চিন্তাগী পোৎলূম পুবদা নুংঙাইরোই। য়ারগদি প্রভু হনবিবো অদুগা করিগুম্বা মতমদা ইথন্তা যাত্র তৌবিয়ু।' প্রভুনা সনাতনগী অফবা হায়ন- তানা ব্রাহৈদু য়াবিখি, অদুদগী অয়ুক্তা মচীন মনাও অনীবু নুংশিনা কোনবিবগা চৎহনখি। ইবুংঙোনা ভক্তশিংগা লোয়ননা কহাই নাটশালা য়ৌরম্লগা অমুক শান্তিপুরদা অদ্বৈত আচার্যগী শঙ্গায়দা লেঙঙক্কুনা পনবিখি। ❖

## শ্রীরূপনা প্রয়াগতা মহাপ্রভুগী দর্শন

**দেশে দেশে দুরাশাকবলিতহৃদয়ো নিষ্কৃপাণাং নরাণাং**
**ধাবং ধাবং পুরস্তাদতিকুমতিরহং জন্ম সম্পাদয়ামি।**
**আধায়াধায় রাধাধব তব চরণাম্ভোজমন্তঃ সমাধা-**
**বন্তেঽরণ্যেঽতিপুণ্যে পুলকিতবপুষো বাসরান্ বাহয়ন্তি।।**

(সু. র. ভা. ৩৯২/২৩০)

(ওস্থোকপনি ! ঐহাক কয়াদা ৱাখল শেরান্নখ্রবনো। থম্মোয়দা ফত্তবা ৱাখল চেল্লগা দেশ- দেশ কয়াদা নুংশিহৈতবা মীওইশিংগী মাঙদা চেন- চোংদুনা মপোক অসি মাঙহল্লুরে। হে রাধাগী মবুংঙো ! অফবা ৱাখল হায়বদুদি মহাক অদুনা থোইনা পুণ্য চেনবা বনগী মনুংদা সমাধিদা ইবুংঙে নহাক্কী চরণ থম্বালবু নীংজ- নীংজ হরাউ তুজুংননা মতম লেঞ্জবদুনি।)

গৌড়েশ্বরগী মন্ত্রী রূপ অমসুং সনাতন- মচীন মনাও অনীবু পাঠকশিংনা কাউবিরোই। রামকেলী কৌবা খুঙ্গংদা প্রভু দর্শন তৌরগা অনৌবা মপোক ফংজদুনা মচীন মনাও অনীসি প্রভুগা কায়নরকপনি। প্রভুগী দর্শনদগী মখোয়গী থম্মোয়দা লোৎলম্বা ৱাখল চেনবা মতৌ অমসুং ভগবদ্ভক্তি পূ:শাৎ শাত্তোরকখি। মখোয়না মাঙলমচত্তা তৌখিবা ক-' অদু নীংঙল্লকখিদে। সাধু সঙ্গতনা সংসারদা মীওইব- হকচাংগী মহয় য়ানবা মতৌদু খঙজে অমসুং মতমদু-' হৌখিবা পুন্সিগী কান্নদবা কযাদুগী ৱাখল খঞ্জরকই। মতমদুদা থম্মোযদা নীংঙমদবগী মৈ চাকখৎলকই, মৈদুদা ঈক্লগা ফৃদোংলবা সনাগুম পূক্লিংনা থম্মোয়দা চঙশিল্লকই। নীংঙমদবা মৈগী মৈশানা পূক্লিংগী অমকপা চাকথেক্লুনা উৎ ওলহল্লি, অদুগা অমুক পূমশেং শেংবা সনা খক লৈহৌই। অমুক হন্না মঙোন্দা অমকপগী মমিং লৈররোই, মহাক পূমশেং শেংজদুনা ঙাস্থোকচরক্কনি, মদুতদা ভগবানবু দর্শন ফংজগনি। কমদৌনা দর্শন ওইগদগে হায়ববু ভগবাননা লেঙবিরক্লগা ঙাস্থোকপিরগদবনি

অদুগা ইবুংঙো মঙোন্দা ইশাগী ইযুম ওইবতা নত্তনা হকচাংফাও ওইগদৌবিবনি। মবম অসিনা সাধু সঙ্গগী থোইদোকপা মহৈ মাঙদা তৌখিবা পাপশিংদুগী নীংঙমদবা অদুনি। সাধু সঙ্গ ফংজববসু নীংঙমদবা পোক্ত্রিবা মহাক অশেংবা সাধু সঙ্গ ফংদ্রিবনি নৎত্রগা নহানমুক্কী মপোক্তা তৌজবকপা পাপশিংনা মবম ওইদুনা মহাক অদুক হাক্লা মতিক চাদ্রি, মতম কুইনা সাধু সেবা তৌবগী তঙাইফদবা ওইবি। মাঙদা তৌজখিবা কর্মশিংদুগীদমক থম্মোযদা মিপাইবক্লবা অদুগা প্রভু- চ বণ ফংজনবগীদমক মতম চূপ্পা থম্মোযদা খাঙঙমদনা লৈজবক্লবা মতমদুদা খঙনগনি মদুদি মহাক সাধু সঙ্গতিগী অশেংবা ফল ফংজববনি।

মচীন মনাও অনী অদু মবাইবক ফখি, ভগবানগী অচেৎপা মনাইনি, থৌজানবিবকপা জীবনি। প্রভু দর্শন হেক ফংজবদগী মখোযনীগী ফিভম পূমহোং হোংখি। প্রভু দর্শন তৌজবগা মখোয ফম, লেমজবা, শাগৈ - নাতৈ, পৈশা অমসুং অপাম্বা পোৎশকশিংদগী মপূং ফানা হঙ্গোইবকখি। মখোযনীগী পূক্লিং খোইমুনা বৃন্দাবনগী কুঞ্জশিংদা শান্নজনীংবনা খাঙঙম্লকখিদে। অদুক লেমজনীংঙাই ওইবা ফম অদুগীদমক সংসাবগী মীওইনা পূম্নমক থাদোক্কে খন্নবিবা অদুগুম্বা বাজমন্ত্রীগী ফম অদু মখোযদা তমথীনা অফা- অপুন্নি খল্লর্কখি। ৰূপতি গৌডদেশদা অমুক হল্লকখিদ্রে। মহাক্লা মবল- মথুম পূম্ন মক হিদা হাপকৎলগা মনাই তবা কুন লোযননা পোক্লফম লমদম ফতেহাবাদতা চৎখিবম্মী। মফমদুদা চৎলগা মশাগী মবল শৰুক তংখায অমা ব্রাহ্মণ অমসুং লাযবর্বশিংদা যেম্বোক্লম্মী। খবনা মবী- মতাগীদমক শাকখি অদুগা লুপা লীশীং তবাখক্লা গৌডদেশকী চেঙ হৱাই যোনবা দুকান অমদা থমজিল্লম্মি।

অমবোমদা মবাইবক ফববা সনাতনগী ফিভম ৰূপতগীসু হেন্না ঙক্লা থোর্কখি। মহাক কোনুংলোমদবুদি হল্লকখি হাযববু নিংথৌগী থবক তৌবদা সুকঙম ঙমদবগুম ওইবকখি। থবক পূম্নমক শূবসি পূক্লিংননি, পূক্লিংদি অমখক্তনি, মদুনা মপোকসিগী ওইবদা শূবনি নৎত্রগা অফবা লম্বেন তান্নবা হোৎনবগীনি। পূক্লিং অমনা থবক অনীদি কৈদৌঙৈদসু তৌবা

য়ারোই। সনাতননা খঙঙম্মী, বাদশাহনা ঐবু থরায়দগী হেন্না নুংশিবিবনি, মতমসিদা ঐনা নিংথৌগী থবক পূমথা থাদোক্লগে হায়না দ্রখাস্ত থারুবদা কৈদৌঙৈদসু য়ারক্লোই, অদুগা অমুকসু হৌজিক অসি মহাক্কা উড়ীষ্যা দেশগী মহারাজগা লান শোক্লুরি। মহাক্লা ঐগী ইথক্তা খ্বাইদগী হেন্না থাজবা থম্বিরি, অসিগুম্বা তাল্লক অসিদা মানা ঐবু কৈদৌঙৈদসু থাদোক্লোই। পূম্নমকসি খল্লগা মহাক্লা বাদশাহদা হঙ্গংহনখি- 'ঐহাক হকচাং ঙমদ্রে, থবক- ইংখাং শূবা সূকঙম ঙমদবা তারে। মতম খরদং ছুটি পামজৈ।

বাদশাহনা মাগী অনাবদুগীদমক থোইনা নুংঙাইখিদে। মহাক্লা দরবারগী মকোক থোংবা হকীমবু লায়েঙনবা থারম্মী। মাইবনা চৎলগা মাগী মিহুন থাহুন য়েংখি, অদুবু মিহুন্দু খঙলোইদবা মহাক্লা মাগী মিহুন অদু কমদৌনা খঙগনি ? মাগী লায়না অদুদি কনাগুম্বা মরম খঙবা মীখক্লা খঙবা ঙমগদবনি, সংসাবগী মাইবশিংগী লাইরিকশিংদা লায়না অসিগী লাইওং যাওদে অমসুং লায়েংসু। নিংথৌ মাইবনা মশা অপূম্বা য়েংলগা হায়রকখি-

'মহাশয় ঐহাক অদোমগী হকচাংসিদা লায়না অমফাও থেংনদে।'

ব্রা অসি তারগা সনাতননা মোমোন নোক্লম্মী, কাবসু খুল্লকখিদে।

দববাবী হকীমনা চনখ্রগা বাদশাহদা হংগৎলম্মী 'শ্রীমান ! ঐদি মাগী মশাদা লাযন। অমত্তা থেংনদে। মাদি নীংথিনা ফম্লদুনা পণ্ডিতকী মতৌগুম ভগবানগী ব্রাবী তাহৌই। ঐদি ঙসি ফাওবা অসিগুম্বা লাযনাস অমুক্তা থেংনদ্রি।'

বাদশাহ মদু তাবদা মৈ হৌনা শাউবম্মী। খুদক্তা হৌগৎতুনা মশানা সনাতনগী লৈফম তান্না চৎখি। অওইবমক সনাতন ফম্লগা ব্রাবী তাদুনা লৈবম্মী। ব্রাহ্মণ পণ্ডিত তরা কুন্না ইকোয কোযনা ফম্লম্মী। বাদশাহনা খঙহৌদনা মাগী নাক্তা লেঙঙকপদু উবগা সনাতন ফুক হৌগৎলম্মী অদুগা বাদশাহবু হরাউ হরাউ কৌরগা মানা লেঙশিনবা য়াবা ফিদা থারম্মী। পূম্নমক্লা ফমথনরবদা বাদশাহনা হাইফেৎ শাউবংনবগী মতৌদা হাযবম্মী- 'মল্লিক মহাশয়, নহাক নারবরা ?'

অদুক হাক্লা পূক্লিং চঙদবোই সনাতননা তপ্না তপ্না হায়খি- 'অহোয়

শ্রীমান ! হকচাংসি ইনুং নুংঙাইতে। থবক শূবদা শূনীংবা পোক্তে।'

বাদশাহনা হায়- 'ব্রা অমদি লৈবমগনিদা। ঐঙোন্দা শেংনা শেংনা হায়য়ু কবি লাযনানো, কবি কমদৌবা অনাবনো অদুগা থবক্তা পূক্লিং চঙদবগী মবম করিনো ?'

অদুম্মক থৌওইদবগী মওংদা সনাতননা হায়- 'লৈজদে, অতৈ ব্রা থোইনা লৈতে। হকচাং নুংঙাইতবনি'।

হৌজিক বাদশাহ্ মশাগী অফিংবদু খাম্বা য়াবক্তে। খরা কন্না হায়রকখি- 'নিংথৌগী থবক্তা নহাক থৌওইদ্রিবদু চুমদে। নহাক্না খঙলিবদুনি ঐনা নচীন ননাও অনীমকপু কয়াম থাজে। অদুবু খঙলে, নখোয় অনীমক মতাং চানা ঐঙোন্দা মীনম্বা পাম্লে। মসিবু থাজবা মাঙহনবনি হায়দ্রবদি করিনি হায়গনি ? নয়াম্বসু মফম অসিদগী হৌদুনা চেনখ্রগা ফতেহাবাদতা চৎখ্রে। নহাকসু ইনা নাদনা নাশন্নদুনা যূমদা ফমদুনা লৈথোক্লে। সিগুম্বা ওইদ পাদবসিগী মরক্তা কবম্বা ব্রাফম লোৎলিবনো ঐঙোন্দা শেংনা শেংনা হায়য়ু। নহাক্কী থৌওই ব্রা ওইদবসিনা ঐগী নিংথৌগী ওইবা থবক পূম্বা পূম্চাই চাইরে। নহাক থবকসি তৌখিগদবনি, হৌজিকমক চৎলগা নথৌ পাঙগদবনি।'

যাম্লমক নোল্লুক্লা, অদুবু অকিবা বাখল চেন্দনা সনাতননা হাযরকখি- 'শ্রীমান ! অদোম্না খনবিবা হৌনবা খনবিবনি। ঐহাক মতম খূদিংমক অদোমগী ফনবগীদমক খঞ্জবনি, হৌজিকসু অদোমগী ফননবা খঞ্জরি। অদুবু হৌজিক ঐহাক নিংথৌগী থবকসি পুবা ঙমজবোইদৌবে।'

মমিৎ কোরীমুক ঙাঙনা বাদশাহনা হায়রকখি- 'কবিগী ঙম্মোইদৌবিনো ?'

অদুম্মক নোল্লুক্লা সনাতননা খুল্লকখি- 'করিনা হায়ববু শ্রীমান ! হৌজিক ঐগী ইবুক্লিং অসি ইশাগী খুদুমদা লৈত্রে। বৃন্দাবনলোমদা চঙখ্রে।'

বাদশাহনা শাউগৎলক্লুনা- 'ঐ অদু অদাদু তানীংদে, নশাগী অরেপ্পা ব্রা অমা হায়য়ু। নিংথৌগী থবকসি তৌখিগেবা তৌবরোইরা ?'

অরেপ্পা ওইনা সনাতননা হায়রকখি- 'ঐনা শ্রীমানদা হান্ননা

হংগৎচপ্ত্রবদুনি, ঐ হৌজিক নিংথৌগী থবক তৌবা সুকঙম ঙমজররোই।'

নাতনগী অরেপ্পা মতৌদু উবদা বাদশাহ হুসেন শাহ পূংঙক ঙকখিরম্মী। মতম পুম্নমক্তা মখূৎ লোন্নদুনা ঐগী য়াথং ঙাইদুনা লৈরকপা ঐগী তলব চাদুনা থবক তৌরকপা মহাক অসিনা ঐগী মাঙদা অসুক অকিবা লৈতনা চীনখুম পাউখুমলক্লি। মহাক শাউদি শাউনীংলবনি, অদুবু মতম চাদনা শাউবা চুমদে খন্দুনা বাদশাহনা নুংশিবা মতৌ শাদুনা হায়রকখি- 'ফরে ওইরসনু। নঙ মফমসিগী থবকসি তৌরনু। ঐগা লোয়ননা লান শোক্লবা উড়িসা দেশদা চৎলসিদনা ?'

সনাতন অদুগী অদু ওইনা হায়রকখি- 'শ্রীমান ! ঐহাক করিগুম্বা থবক অমফাওদা পেন্দবা লৈজদে। ঐহাক সংসারগী থবক- থনা পুম্নমক থাদোক্লগে হায়দুনা থৈদোকচরবনি। ঐ করিগুম্বা অমফাও তৌবা ঙমজররোই। অদোম্না ঐবু করিগুম্বা থবক অমগী আশা তৌবিরুরগনু।'

মশাগী অশাউবা থৈবিক নমশিন্দুনা অদুগা শাউনীংবনদি মচীম্বান ফাজিন ফাজিন্দুনা বাদশাহনা হায়রকখি- 'শাকির মল্লিক ! নহাক ইচঙ থৌনা ব্রা ঙাঙলিব্রা নৎত্রগা নিশানরা ? নহাক খঙদব্রা কনাগা ব্রারী শারিবনো ? নশানা মুন্না অমুক্তং খঙ্গৌ, মুন্না খল্লগা খুল্লকউ।'

সনাতননা হায়খি- 'শ্রীমান ঐহাক নিশা অমফাও চাদে। হায়জরিবসি থোইনা ইচঙ থৌনা হায়জরিবনি। ঐনা খঙজৈ মদুদি গৌড়দেশগী অমত্তা ঙায়রবা লৈঙাকপা অমসুং বঙ্গালগী লৈঙাক মপুগা ব্রারী শাজরি, মাগী য়াথং মচা অমনা লৈবাক কয়া মাঙহনবা ঙম্বা অমসুং পূংমাঙ মাঙহনবা ঙম্বনি। মাগী য়াথং অরেম্বা তাফদে। শ্রীমান ! ঐহাক মুন্না খঞ্জরবনি, মুন্না খল্লগা হঙ্গৎচরবনি, ঐহাক হৌজিক নিংথৌগী থবক তৌজবা সুকঙম ঙমজরোইদৌরে।'

অশাউবা খোনফমদা বাদশাহনা হায়রকখি- 'নঙদি খঙলব্রা, নঙগী মরৈ মরা তৌবসিগী ফল করি ওইরক্কনি ?'

মক লূকথরগা সনাতননা হায়রকখি- 'ঐ মুন্না খঙজৈ, ইঙক কেনগনি অদুবু শ্রীমান ! ঐহাক মদুগী করিসু খঞ্জদ্রে।'

বাদশাহ মখা তাবা ঙমখিদে। খুদক্তা শাউদুনা হায়রকখি- 'কনা লৈ ?' মনাই অনী ফন চোংথোরকই, খুরুম্মি, চপ চপ লেপ্লম্মী। বাদশাহনা হায়- 'প্রধান কর্মচারী (থৌবুরেন) দা তাক্লগা মাবু হৌজিকমক জেলদা থাজিল্লু।' নিংথৌগী য়াথং মিকুপ্তা ঙাকখ্রে। সনাতন খুদক্তা নিংথৌগী বন্দী ওইদুনা কৈশুমশঙদা থাখ্রে। অমরোমদা বাদশাহ য়াথংসি পীরম্লগা উড়িষা লৈবাক্তা লান শোক্লবা লেঙখিরম্মী।

হৌজিক রূপ গোস্বামীগী ব্রারোল অমুক তারসি। মনাও নুপানা রাজবন্দী তাখ্রে হায়বগী পাউদু তাদ্রিঙৈদা মহাক প্রভুবু থিবা মনাই অনী পুরীদা থারম্মী। হল্লক্লগা মখোয়না পাউ পীরখি, প্রভুদি বনগী লম্বেন্দা শ্রীবৃন্দাবন- যাত্রা তৌখ্রে। প্রভুনা বৃন্দাবন- যাত্রা তৌখ্রে হায়বা পাউদু তাবগা রূপ মনাওনুপা অনূপগা লোয়ননা প্রভু থিবা বৃন্দাবনলোমদা চৎলম্মী। চৎলমদাইদা মহাক্না মনাওনুপা সনাতনগী মফমদা চিঠি অমা অসুম্না থারম্মী, 'ঐহাক শ্রীচৈতন্য থিবা বৃন্দাবন চৎলে। ঐগী পূক্লিং খোইমুনা চৈতন্য চরণ থম্বালগী লৈহী চূপচনীংবনা অঙাওবগুম ওইরে। হৌজিক ঐহাক মফমসিদা মিৎকৃপ অমফাও লৈবা ঙমদ্রে। শ্রীচৈতন্য চরণ লৈবা মফমদুদা চৎচরগা ঐহাক ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরুরগে। অদোম কবিমতা ব্রাবিরুগনু। মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যনা অদোমগী ফনবা তৌবিগনি। ইবুংঙো মহাক্না অদোম্বু থুনমক কৈশুমশঙদগী থাদোকহনবদা নত্তনা সংসাবগী অফা অপুন্দগীফাওসু লাম্ভোকপিরগনি। খঙনবা মোদীগী দুকান্দুদা অদোমগীদমক্তা লুপা লীশীং তরা থম্লম্বনি। করিগুম্বা কৈশুমশঙদগী থাদোক্লবা হোৎনবদা মদু খরা শীজিন্ননীংঙাই লৈরবসু শীজিন্নবিয়ু অদুগা থুনমক কৈশুমশঙদগী নাম্থোক্লগা ব্রজদা লাক্কুনা শ্রীচৈতন্য চবণ দর্শন তৌবিরো। চিঠি অসি ঐনা লোন্না অদোমগী নাক্তা থারিবনি। মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবাননা অদোমগী ফনবা তৌবিগনি।' অরোনবা মওংদা চিঠি অদু সনাতনগী নাক য়ৌখ্রে। চিঠিদু পারগা মাগী পূক্লিংসু শ্রীচৈতন্য চরণগীদমক খোয়রাঙখি। মহাক করিগুম্বা মওং অমা তৌদুনা জেলদগী নাম্থোক্লবা উপায় খল্লকখি। অসোমদা রূপনা মনাও অনূপগা লোয়ননা প্রভুবু থিবদা কাশী ফাওরগা প্রয়াগ য়ৌখ্রে। প্রয়াগতা

প্রতিষ্ঠানপুর (ঝূসী) গী হিদেন লাল্লগা মখোয় হৌজিক্কী দারাগঞ্জ মনাক্তা থুংখ্রে। মফমদুদা মখোয়না অয়াম্বা মীওইনা কোয়শিল্লবা মহাপ্রভু চৈতন্য দর্শন ওইখি। প্রভুদি প্রেমনা থনগত্তুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন শক জগোয় শাদুনা বিন্দুমাধব প্রভুগী দর্শন লৌরম্মী। মচীন মনাও অনীসু মীয়ামদুগা লোয়নখ্রে, মহাপ্রভুসু জগোয় শাবদু য়েংলদুনা মখোয়দুগা লোয়ননা চৎমিন্নরম্মী অসুম্না বিন্দুমাধব ভগবান দর্শন তৌরগা প্রভু হন্না লেঙঙকখি। খা ভারতকী ব্রাহ্মণ অমনা নুমিৎ অদু মহাপ্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎলম্মী। প্রভুনা মহাক্কী নাক্তা ভিক্ষা লৌবা লেঙঙি। মীয়াম কায়নখ্রবা তুংদা মচীন মনাও অনীনা প্রভুগী তুং ইন্দুনা ব্রাহ্মণদুগী য়ূমদা চঙলম্মী। ব্রাহ্মণনা মাগী মপান্দা পিক্লবা লৈকোন অমদা নূংগী চৌকি অমা প্রভুনা লেঙশিন্নবা থারম্মী। প্রভুনা মদুদা লেঙশিল্লগা মায়গৈ মরিদা লৈকোনগী ফজবদু মিৎয়েং তারিঙৈদা রূপ- অনূপ মচীন মনাও অনীনা প্রভুগী পাদ পদ্মদা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌজখি। রূপনা চরণদা ভক্তি কৎলবদু উরগা প্রভুনা আসনদগী ফুক লেঙখৎতুনা মনাইবু চেজেৎ কোনবিদুনা নৌরবা শ্রীহস্তনা শীৎশীৎ নানবিখি।

ইবুংঙোনা লেঙশিল্লবা তুংদা মচীন মনাও অনী প্রভুগী চরণ কোন্দুনা ফমখি। প্রভুনা অনূপগী পরিচয় হংবিখি অদুগা সনাতনগী পাউ তানীংলম্মী। শ্রীরূপনা ৱারোন পূম্নমক লীদুনা হংগৎখি- 'প্রভো ! ননাইদু শ্রীচরণ দর্শনগীদমক কৈশুমশঙগী অমম্বা কাদা তাদুনা খাঙঙমদনা লৈরমগনি।'

প্রভুনা মোমোন নোক্তুনা তাকপিরকখি- 'কদায়দগী ৱানো, হৌজিক মহাক মফমদুদগী নাম্থোক্লরিগনি। ভগবাননা চানবিরবদি নখোয় নচীন ননাও অনীগা উনরগনি। হৌজিক নখোয় মতম খরা ঐগী নাক্তা লৈরো' অসুম্না তাকপিরগা প্রভুনা মচীন মনাও অনীবু লৈননবা মফম পীবিখি। বলভদ্র ভট্টাচার্যনা মচীন মনাও অনীবু প্রসাদ ফংহনখি অদুগা প্রভুগী প্রসাদী অন্নসু মখোয়দা ফংহনখি। অসুম তৌনা মচীন মনাও অনীমক হরাউ হরাউ প্রভুগী নাক্তা লৈজখি। ❖

# রূপকা কায়নবা
# অমসুং
# প্রভুনা কাশীদা লেঙওকপা

য: প্রাগেব প্রিয়গুণগণৈর্গাঢ়বদ্ধোঽপি মুক্তো
গেহাধ্যাসাদ রস ইব পরো মূর্ত এবাপ্যমূর্তঃ।
প্রেমালাপৈর্দৃঢ়তরপরিষঙ্গরঙ্গঃ প্রয়াগে
তং শ্রীরূপং সমমনুপমেনানুজগ্রাহ দেবঃ।।

(চৈতন্যচন্দ্রো. না. ৯/৪২)

. (অহানবদা প্রভুগী গুণ খৈবিক্তুনা চেৎনা পুল্লগসু য়ূম-কৈ, শাগৈ-নাতৈগী লীপুনশিংদগী লাম্হোকচগ্রবা অদুগুম্বা রূপ অমসুং মনাওনুপা অনূপগী মথক্তা মশানা বসগী মতৌগুম মশক নাইদবা ওইবল্লবসু অদুগুম্বা শ্রীগৌবাঙ্গনা অথোইবা মূর্ত্তি লৌবিদুনা প্রযাগক্ষেত্রদা প্রেমগী রাবী অমসুং চেৎনা কোনবিবতনা থোইনা থৌজান পীবিখি।)

প্রয়াগতা মনাও অনূপগা লোযননা শ্রীরূপ নুমিৎ তবানি চূপ্পা প্রভুগী চবণ-থম্বাল নাক্তা লৈখি। মহাক পণ্ডিতনি, রাখল চেনবনি, খঙ-হৈবনি, ঈশ্বব লৈ হাযনা থাজবা মীনি অমসুং প্রেমগী অবতাব ওইবা চৈতন্যদেবগী থোইদোকপা কৃপা পাত্রনি। অদুমক্তা মানা মবাইবক ফবদা কবি অমুক চিংনগনি। মাদি হান্নদগী লাইবক ফবগী মশক ওইবকখিবনি, অমুক্তা মঙোল্দা গুরুগী চবণ কৃপা ফংজববদা মানা অমুক কান্নদ্রবা জগৎ অসিগী মিকুপমুক্কী অমসুং অবেপ্পা ওইদবা মচাক-মবনশিংদা কবি হবাওবিগদগে ? কাংও ওল্লবা মানা ক্বাক্কী মচীঞ্জাক পাম্মুগদ্রা ? গুরু কৃপানা কবিবু পাঙবা ঙল্লোইদগে ? অথোইবা গুরুগী কৃপাবু অমুক্তং ফংজববদা থোইদোকপা পাপীসু ওইজসনু মাগী সংসাব লীপুন খুদক্তা থবৎ থদৎকনি অদুগা নাম্হোকচবা ওইবগা গুরুগী থোইদোকপা কৃপাগী মপু ওইজগনি। অথোইবা

গুরুখক্লা ঈশ্বরনি, ব্রহ্মগী শক্লাইবা শক্তমদু গুরু কৌই। শরু- উনশাগী পোংখাংন. গুরু ওইবা য়াবা নত্তে। শক্তি খৈবিক চেনবা খুভম খজিক খঙবা জীবনা কমদৌনবু ফংগনি ? শ্রীরূপকী মিৎয়েংদা চৈতন্যদেব শরু- উনশাগী হকচাং লৌবা জীব ওইদে। ইবুংঙোদি মাগীদমক প্রেমগী শক্লাইবা শক্তম ওইখরে, অখন্নবা ব্রহ্ম ওইখ্রে। মহাক্লা মহাপ্রভুবু অবতারনি হায়না লৌননবা হোৎনখিবা লৈতে। মশাগী গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিমক্লি খঞ্জরগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কয়াবু তারবদি মানা মদু চুমথোক্লবা হোৎনখি মদুদি শ্রীচৈতন্য অবতাররা নৎত্রগা অবতারগী শকফল্লা। মী খ্বাইনা খন্নীংবা খঞ্জসনু, মাগী ওইনদি শ্রীচৈতন্য শ্রীকৃষ্ণমক্লি। ব্বাফম অসি অচুম্বমক্লি। খেন্নবা ব্বাখন চেন্নরিবা মফমদুদা ব্বাফম অসি চীন্দান্নৈ, ইবুংঙো মহাক নৎলি অমসুং নত্তে। শ্রীরূপকী মিৎয়েংদা খেন্নবা ব্বাখল লৈরক্লবা মতমদুদা মহাক্লা ভক্তি 'রসামৃত সিন্ধু' গী মঙ্গলচরণদা ইরি-

**হৃদি যস্য প্রেরণয়া প্রবর্ত্তিতোঽহং বরাকরূপোঽপি।**
**তস্য হরেঃ পদকমলং বন্দে চৈতন্যদেবস্য।।**
(ভ.র. সিন্ধু ১/২)

(চন্নবা করিসু লৈজদবা মনাই রূপগী থম্মোয়দা ভক্তিগ্রন্থ ইননবা থৌইনশিন পীনবিবা শ্রীহরিগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যগী চরণ থম্বালদা ননাই রূপনা ভক্তি কৎচৈ।)

নুমিৎ তরানি অদুদা প্রয়াগতা লৈরগা হৈ- শিংলবা শ্রীরূপনা প্রভুদগী ভক্তিগী অচেৎপা রহস্য খঙজখি অমসুং মদুবু মশানা মাগী অয়াম্বা লাইরিকশিংদা ইথোকখি।

মহাপ্রভুনা মনাইগী থম্মোয়গী অশেংবা পূক্লিংদুবু খঙবিখি, অদুনা মাবু বৈরাগ্যগী পাউতাক পীরদুনা তাকপিরকখি- 'রূপ ! য়েংউ, সংসারসি বিষয় চাবখক্তনা কয়ামুক ঙাওরবনো। ফম, মতিক- ময়াই, পৈশা, মচা- মশু, শাগৈ- নাতৈ অমদি পামজবা মচাক ফংনবা হোৎনবতদা চিন্তা

ওইদুনা মমল নাইদ্রবা পুক্সিসি মাঙহল্লি। নুপী নহা, সনা অমসুং মিংচৎ হায়বা থৌরী অহুমসিনা জীববু ক্রক লাকশিন্দুনা পুনখ্রবনিদো। মখোয়সিনা মরম ওইদুনা করিসু লেঙ- হাইবা ঙমদ্রবনি। ভগবান ফংননবগী লম্বেন্দি অহুমসিদগী তোপতোপ্পা মায়গৈদনি। মী অদুনা অহুম অসিবু মপৃক্লিংনা থাদোকচবা ঙমজরবা মতমদুদদি মহাক লম্বেল অদোমদা লাকপা ঙমজগদৌরিবনি। অহুমসিদা নুংঙাইবনি হায়না খল্লিবমখৈদি মখোয়দা কদায়দগী ভক্তিনো ? প্রভুবু কমদৌনা নুংশিগনি ? মখোয়দুদা প্রভুগী ৱারী শারুনীংঙাইদি হায়রুনু করিগুম্বা ৱাহৈ অমফাও হায়রুনীংঙাই ওইদে। পুন্দ- পুনখ্রবা মহাক অদুদি খঙদ্রিবা লম্বেল তাকপদা সৃপ্পগী নুংঙাইবখক্তনি। অমৃত মহাও তংদ্রিবনা কদাইদগী মহাও খঙগনি ? তংলবা ফাওবা মীওইবনা অচুম্বা হায়বা য়াদ্রবদা তাবখক্তনদি করি হায়গনি ?

রূপ ! নহাক অমুক্তং মুন্না খল্লু নুপী হায়বসিগী নাকন্দা সংসারনা ঙাওরিবসি থাঙ্গৈশেংবা করিনো ? মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক অমসুং অতিয়া মঙাসিনা শেম্বা লাইধিনি। ফজবদগী ফজরবী কনাগুম্বী নুপী অমবু চাব তুমদবগী লায়না পক্লিঙৈদা অচীকপদা থেংনরুবা মতমদা, অদুগা অমুক মাগী মনাক্তা সেবা তৌবিনবা কনা লৈরমদ্রবদা নঙনা মাগী মশা অপৃম্বা নমথীবা মনম চেন্না থেংনরুগনি। মশাদা ফি থোংনীংঙোই। মাগী মনাতোন্দা মনপ- মতিন চোরমগনি। মখোঙ তোয়না হাম্বনা গুলাবকুম্বা মায়থোংদু চপথদুনা তাইফেৎ তাইরমগনি। মমিৎ ইকূৎ কৃৎলমগনি। থীক- থা ময়েং তারমগনি। মমিত্তা মিৎশাং কারমগনি। মবুক অদু য়াঙদা নপ্পমগনি। হক্তী ঈশিং অমসুং অমাংবনা মফৈগন্দু ইতৈ তৈরমগনি, য়েংবদা থুক- থুক লাউরমগনি। খুজিন নাপু কারমগনি। মচীন নমথীরমগনি। অদুগা মখোঞ্জেন্দু য়াম্না ৱানা শোন্না তারমগনি। ঙসিদগী নুমিৎ মরিনিগী মমাঙদা মপুরোইবনা মাবু পুম্নমক্কি খঞ্জদুনা মাবু কোঞ্জবদা নুংঙাইবদা লোইরে খঞ্জরম্বদু অদুগুম্বা ফিভমদুদা মাবু কোল্লুবদি হায়রুনু মনাকফাও ফম্বা ঙম্লোই। মশক অদু অসৃক্কী মতিক ফিভম কায়বা য়াই, মাগী ফজবা মতৌদু মবুক্তা য়াওরিবা নমথীখ্রবা অমাংবদু থোরকপদগী মিকৃপ্তা মাঙখিবা য়াই, মদুদা নুংঙাইবা

তাল্লুবা অদুগা মদুবু পুক্সিগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবনি খল্লগা মাতবু ফংননবা ব্রাখন্দা ঙাওবদু কয়াদা থোইনা পঙখ্রবা মতৌনোদো ? ওস্থোকপনি, পঞ্চভূতনা শাবা অমসুং থোঙ মাপন ফাৎপা ফত্ত হৌদিনা থল্লবা হকচাংদা নুংঙাইবা কদাইদনো, ফজবা নুংঙাইবা কদায়নো ? মদুদি ব্রহ্মানন্দগী নুংঙাইবগী মমিখক ওইরম্বদুনি, মদুনা ফিভম কায়রকপদগী অথীবদা তাখিবদুনি। মমিদু থাদোক্লগা অশেংবা নুংঙাইবদু থিয়ু, নহাক শান্তি ফংগনি।

রূপ ! মসি সনাগী মতৌদসুনি। পৃথিবীগী মমিং অমা বসুন্ধরা কৌরে। বসু হায়বদি মণি- মুক্তাবুনি। পৃথ্বীসিদা মশীং লাকঙমদ্রবা মণি- মুক্তা থন্না লৈ। পৃথ্বীসিদা দ্বীপ তরেৎ লৈ, সমুদ্র তরেৎ লৈ। সমুদ্রশিংদুদা মণি- মুক্তা কয়া মশীং খঙদনা লৈ অদুবু দ্বীপ তরেৎ তিনবা পৃথ্বীগী নিংথৌ ওইবা ফংলবসু মীওইবনা শান্তি ফংদে, মহাক মরোল অহুমগী মপু ওইনীংই, মরোল অহুমগী মপু ওইরবসু মরোন তরামরিগী নিংথৌ ওইগে খল্লি। ব্রহ্মাণ্ড পুম্বগী মপু ওইবা ফংলবসু শান্তি ওইরোই। মদুদা খুঙ্গং তরা- কুন নৎত্রগা খুঙ্গং চামঙা লীশীংগী নিংথৌ নৎত্রগা মবুংঙো ওইজবা ফংদুনা মশা নুংঙাইজবা পাল্লিবদো কয়া য়াম্না পঙখ্রবনো ? নহাক মুন্না খল্লু সনাগা লৈপাক্কদা করি খেন্নে ? খুদম ওইনা পৃথ্বীদা অঙৌবা লৈপাক, নাপু মচুগী লৈপাক, অশংবা লৈপাক অমসুং অমুবা লৈপাক মফম মফম কয়াদা থোকই, মদুগুম্না সনা লুপাসু নাপু মানবা অমসুং অঙৌবা লৈপাক ঙাক্তেনি। নঙনা মদুতনা মহেল্লে খঞ্জবদো মদুতনা অথোইবা ওইবতনি। মহাক মশানা অথোইবনি খঞ্জরুবা, অদুগা মদুতবু ফংনবা ঙাওজরুবশক্রনি। মমি হাযবসি নঙোন্দগী তে ঃল্লি খেন্নে হায়বা য়াবোই। মি হায়বসি নহাক্কী হকচাংগীনি। অদুবু নঙনা খঙদদুনা মিদুবু ফাগে তান্নবদা কযারক হন্না তোৎনরবসু নখূত্তা সুকথেং থেংনবোই। ফনমক তুংহন্না তাবন্নববসু মিদু ফাবা ঙমগদ্রা ? নমিদু নঙনা তোঙাল্লি খন্দুনা, নশাদা পকপনি খল্লগা হন্দোক্লনা চল্লবদসু মানা নতুং ইন্নবক্কনি। নঙবু হন্দোক্লগা মহাক চৎখিবা য়ারোই। ঐনা হায়রিবসি খঙলব্রা ?

রূপনা তপ্না খুম্মকই- 'অহোয় প্রভো ! খরা- খরা খঙজবে হাযবদি মসিনি মদুদি সনাদা অথোইবা মতৌ য়াওদে অদুগা লৈপাক্তা হম্বুবা মতৌ

য়াওদে। হেল্লি- হেন্দে হায়বসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা লৈবনি। পীকই খল্লগা পীকপা চাউই খল্লগা চাউবা হায়বদুনি।'

প্রভুনা- 'অঁ, চুম্মে ! ফরে, অদুম্না খল্লু। খুদম ওইনা নহাক হৌজিকফাওদি লুপানা মহেল্লে খল্লম্বনি। মদুতবু ফংনবা নহাক হুসেনশাহ্‌গী দরবারদা লৈরম্বনি। হুসেনশাহ্‌ যবন জাতিনি, নঙনা বান্ধণনি। মহাক মপু য়েক্লবা তৌবিমন খঙদবনি, নঙনা ধর্মগা লোয়ননা পুন্সি লেনবনি। মহাক অপঙবনি, নহাক পণ্ডিতনি। মহাক জ্ঞান তাদবনি, নঙনা তাবনি। মহাক ধর্ম লৈতবনি, নহাক ধর্ম লৈবনি। হীরম খৃদিংমক্তা মহাক নঙোন্দগী তোম্বনি, নঙনা মঙোন্দগী হেনগৎপনি। অদুবু নহাক মাগা মান্ননা লন- থুম লৈবদি ওইখিদে। মতমদুদা নহাক লন- থুম খক্লা অথোইবনি নুংঙাইবনি হায়না খল্লম্বনি। মরম অদুনা নশাগী শাগৈদা ফবা মতৌ, হৈথোই- শিংথোইবা, ধর্ম লৈবা, জ্ঞান তাবা মতৌ অসিনচিংবা পূম্নমক করিসু ওইদবনি খন্দুনা অপঙবদুগী মমাঙদা মতম চুপ্পা নশা থক- থক নীকপমখৈ কিথী- কিরুম লেপ্লম্বনি। হৌজিক লন- থুমদা অশেংবা নুংঙাইবদু পক্তে হায়বা খঙলক্লবা মতমসিদদি লন- থুম্বু হুমাং তাবদা নত্তনা ঈ কংবমখৈ তাল্লুবদো ভক্তিগী লম্বেন চঙলক্লবসিদদি লৈপাকুম্না পীথোক্লম্লগা লাক্লবনি, নত্ত্রনে ?'

রূপনা তপ্পা খুমজরকই- 'অহোয়, প্রভো ! ননাইনা পোৎলূমগুম্না খঞ্জবম্বা শেন- থুম পূম্নমক অদু নোংমদা অদুম পীথোক্লম্লগা ইশা ব্রাই শংজরক্লবনি।'

প্রভুনা শ্রীরূপকী মখূত্তু পায়রগা মখা তানা তাকপিরকখি- 'ফরে, অদুদি হৌজিক খল্লো শেন- থুমদা অচাওরম কাবা লৈব্রা ? হুসেনশাহ্‌বু নঙনা কিখিদে। কিবগী ব্রাদি করিগুম্বদা ইশাগী শেন- থুম ফংবদা অপনবা থোক্তনবদনি। হৌজিক নহাক্না লন- থুম্বু করিসু কান্নদবনি খল্লক্লবা মতমসিদদি হুসেনশাহ মতোমতগী ব্রা নৎত্রে, হুসেনশাহ্‌ লাখ অমা লাক্লবসু নহাক মখোয়বু কিররোই। মরমদি কিরম্বদু কিরক্ত্রবননি। মতৌ অসুম্না হূ পাম্বীবু ফূক্তুৎশ্রবদা মঙোন্দা পাল্লম্বা অব্রাবা পীবা মহৈ:শিংদুনা মী শিগনি

হায়বগী অকিবা লৈররোই অদুগুম্না থম্মোয়দগী লন- থুমগী থোইদোকপা মতৌদু লৌথোকখ্রবদা কনাগী মাঙদা তোম্থবা নৎত্রগা নোম্থবা লৈররোই। ঐখোয়না গুণনা অথোইবনি খন্দনা লন চেনবনা অথোইবনি খল্লিমখে অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা ইনাক খুনববু লুনা তৌরিবমখে খঙজৌ লন খক্লা নুংঙাইবগী পান্থেনি খঞ্জবা হিংচাবগী মচৎতু ঐখোয়গী থম্মোয়দা চেল্লি। মীদুগী মিৎয়েংদা লনগী থোইদোকপা গুণ পক্রবা, মানা লনবু পৃথ্বীগী মশক- মওং অমনি খঞ্জরবদা কনাগী মাঙদা করিগী নোল্লুগদৌরিবনো ? মাগী মিৎয়েংদা ইনাকখুনবা লায়রবা অমহা ওইরোইদ্রা ? লনবু মিহৌবনা লায়র- ইনাকখুনবগী খেন্নবা ৱাখল পোকপনি। থম্মোয়দা কনাগুম্বদগী করিগুম্বা খরদং লৌনবগী ৱাখল চেন্দ্রবা মতমদা ইনাকখুনবদু লায়রবা মতৌ ওই।

**'মনসি চ পরিতুষ্টে কোঽর্থবান্, কো দরিদ্রঃ'**

(পূক্নিংনা পেম্থোক্লবদা কনানা ইনাকখুনবনো কনানা লায়রবনো)

মওং অসি মিংচৎকীসুনি। মিংচৎসু লনগী মতৌগুম্না অরেপ্পা ওইদবনি অমসুং করিসু কান্নদবনি। তশেংবদি মসি লনগী শরুক অমনি হায়না খনফম থোকই। লন অমসুং মিংচৎ হায়বসি তাল্লগা হেক্তা ফংবা নত্তে, মসিদি নহানমপোক্কী কর্মগী মতুং ইন্না ফংবনি। জড়ভরতকী মতৌগুম মশীং লাকঙমদ্রবা জ্ঞানী কয়া অঙাওবগী মতৌগুম্না পুন্সি চেল্লগা লাম্থোকখিবা য়াই, মখোযগী মমি কনানসু খঙলোই। জড়ভরতকী মরাহৈক খক্তদা অবধূত (সন্ন্যাসগী) মতৌ ওইবগী ফিদম চেনবা মিংচৎ ফংউ তম্মকখিবনি। ইনাক খুনবা অয়াম্বা ইপঙ পঙই, হৈর- হৈরবা পণ্ডিত লন- থুম ফংনবা লাক্রে, মখোয়দু অদুক হাক্লা ফংবসু নত্তে। অদুনা হায়নৈ-

**'ভাগ্যং ফলতি সর্বত্র ন বিদ্যা ন চ পৌরুষম্।'**

(লাইবক্লা মহৈঃ য়ানবনি পূম্নমক্তা, বিদ্যা অমসুং নুপা থোকপনা খক নত্তে)

লন অমসুং মিংচৎ হায়বসি লাইবক্কী মতুং ইন্না ফংগনি, মদুদা

মিংচৎকীদমক থৌরাংবা অপঙবা মতৌনি। মিংচৎ ফংগে খন্দুনা ঐখোয়না অপান্বা পোক্লা অনৌবা পাপ অমমুক শাগৎনরি। অদুনা মিচৎ ফংনবা হোৎনরিবশিংদো অপঙবনি। মহাক অদুনা মরোন তরামরিশুবা ব্রহ্মাণ্ড কয়াগী মপু ওইরম্বা, মশীং খঙদমখৈ ব্রহ্মা কয়া পোকখ্রবা অদুগা শিখ্রবা, মখোয়দুগী মমিং অমত্তসু খঙদবা, মদুদা পিকখ্রবা জীবনা মশাগী মিংচৎপু অমর ওইহন্নবগীদমক লৌ- ইংখোন অমসুং পৃথ্রি মন্দির শেমগৎ- শাগৎত্তুনা মশাগী মমিং ময়েং তাদনা থম্বা পাল্লিবদু কয়াদা পঙখ্রবা। ভাই ! মিংচৎ মাদি সতীনি, অসতী নত্তে। মাদি শ্রীহরি কৌবা নুপা অমত্তবু খঞ্জবনি, অদুনা নহাক মাগী আশাদু থাদোকউ, থাদোকউ, থাদোকউ। নহাক মিংচৎ ফংবা ঙম্লোই, ঙম্লোই, ঙম্লোই। মিংচৎকী মবুংঙোদি শ্রীহরি মাদনি। মরম অদুনা ইবুংঙো মাগী মিংচৎকী ব্বারী শাবনা মঙ্গলনি। করিগুম্বা নঙনা মিংচৎ হেনগৎহনবা তারবদি শ্রীহরিগী মিংচৎ হেনগৎহল্লু। ঐহাক মিংচৎকী মবুংঙো মাগী মিংখৈ শকপা মনাইনি হায়না নহাক মিংচত্তু লোযনজৌ। অচুম্বনি, হরিগী মিংখৈ শক শোনবদগী মিংচৎনা নঙবু লুনা তৌগনি, মরমদি মাগী মবুংঙোবু থাগৎপা তারগা পূম্নমক্লা হরাওবনি অদুগা থাগৎলিবদুগী মফমদা অদুমক নুংঙাইবা ফংগনি।

শ্রীরূপনা মখূৎ লোন্নদুনা ব্বাখন তৃকথনা হংগৎচখি- 'অহোয, প্রভো ! শ্রীচরণগী কৃপানা ননাই মসিদং খঙজবে মদুদি ভক্তিগী লম্বেন্দা চঙশিনবা সাধকনা নুপী, সনা অমসুং মিংচৎকী মশক ওইবা- ফম, লেমজবা, পৈশা, মচা- মশু, শাগৈ- নাতৈ অমসুং অদুক পাম্নিংঙাই ওইবা পোৎচাকশিং পূম্নমক থাদোক্লবা মতমদা লম্বেল অসোমদা চঙশিল্লক্কদবনি। হৌজিক ননাই ঐহাক সাধন তত্ত্ব খঙজনীংই।'

প্রভুনা হায়রকখি- 'রূপ ! জীবগী মশকসি শাস্ত্রশিংদা অসুম্না তাক্লম্মি মদুদি শম্না অমনা চাম থোক্লা খাইদোক্লগা অমখক্লা 'মুকসু চামবক থোক্লা খাইদোক্লগা মদুদগীসু হেন্না কৃপখ্রবা জীবগী মশক্নি। হায়বদি জীব হায়বসি য়াম্না কৃপ্পী, থোইদিং অমগী পান্দমফাও ব্রহ্মাণ্ডসিদা জীবনা লৈতবা লৈতে। জীবগী মখল অনীনি- জড অমসুং চেতন নৎত্রগা স্থাবর- জঙ্গম

(চত্তবা- চৎপা)। নুং, উপান্নচিংর্বাসি চত্ত- লেঙদবনি অদুগা লেঙ- হাইবা নৎত্রগা মথৌ তৌরিবশিংসি অচৎপা জীব কৌই। চত্তবদগী চৎপনা হেল্লি হায়না লৌনৈ। অচৎপশিংগী মনুংদা শামু, শগোন্নচিংবা খঙ- হৈবা শানা অথোইবনি, অদুদগীসু মীনা অথোইবনি। মীগী মরক্তা ব্রাহ্মণ অদুগা ব্রাহ্মণগী মরক্তসু পণ্ডিত, পণ্ডিতকী মনুংদসু অশেংবা লৌশিং চেনবনা অথোইবনি। অদুগা মদুদগীসু হেনবনা লমচৎ ফজবগী লুচিংবনি। লুচিংবশিংদুদগীসু হেনবনা ব্রহ্মজ্ঞান লৈবদুনি। ব্রহ্মজ্ঞান লৈবশিংগী মনুংদসু খ্বাইদগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তনি। মীদুগী থম্মোয়দা অশেংবা কৃষ্ণ ভক্তি চেল্লবা মহাক অদুদগী হেনবা কনাসু লৈররোই। মসিনা খ্বাইদগী অথোইবা পনখৈনি। খুদম ওইনা শ্রীমদ্ভাগবততা হায়খ্রে-

**'মুক্তানামপি সিদ্ধানাং নারায়ণপরায়ণ:।**
**সুদুর্লভ: প্রশান্তাত্মা কোটিষপি মহামুনে ॥'**

(৬/১৪/৫)

(মহারাজ পরীক্ষিতনা শুকদেব মুনিদা হংগৎচবনি-'হে মহামুনি! মুক্ত ওইরবা সিদ্ধশিংগী মরক্তসু নারায়ণ ভক্তনা অথোইবনি। অদুগা ভক্ত কোটি কয়াগী মরক্তসু থম্মোয় ঈং- তপ্পা ভক্তদুদি থোইদোক্লা অথোইবনি।)

সংসারদা হোৎনরগা পূম্নমক ফংবা য়াই, অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি ফংজবদি থোইদোক্লা অতাঙবনি। মসিনি ভক্তি ফংনবগী অমত্তা ঙায়ববা উপায়। মফম পূম্নমক্তা, ফিভম পূম্নমক্তা অমসুং মতম পূম্নমক্তা শ্রীহরিগী নাম শক- শোন্দুনা লৈজবনি। তাজবা, শকচবথক্লা প্রভুগী প্রেম ফংজনবগী মক ওইবা পাম্বৈনি অমসুং উপায় খৈবিক অমদি চঙজফম কয়া থাদোকচবগা শ্রীহরিদা চঙজগদবনি। ধর্ম পূম্নমক থাদোক্লগা সূপ্নগী ইবুংঙো মাবুত খঞ্জ নীংজদুনা লেনগদবনি। ঐনা নঙোন্দা ভগবত- কৃপা অমসুং অহৈতুকী- ভক্তি (কান্নবগীদমক খন্দনা নীংবা) গী পৌরপ্পা খঙননবা তাক্লবসিনি, মসিনা মরম ওইদুনা ভগবানগী ভক্তি কমদৌনা তৌগদগে

হায়বদু নশানা খঞ্জবা তাই। খুদম ওইনা হায়রবদা শ্রীমদ্ভাগবততা ভগবান কপিলদেবনা হায়খ্রে-

**মদ্‌গুণশ্রুতিমাত্রেণ ময়ি সর্বগুহাশয়ে।**
**মনোগতিরবিচ্ছিন্না যথা গঙ্গাম্ভসোঽম্বুধৌ ।।**
(৩/২৯/১১)

জীবগী থম্মোয়- গুহাদা লৈবা, পূন্নমক শীন- থুংবা ঐহাক্কী মনাইনা খুদুমচনবা হায়বা অসিনচিংবা গুণ খৈবিক তাজবখক্তনা অয়েৎ- অপন য়াওদনা গঙ্গাগী ঈচেন্না সমুদ্র তম্না চেনশিনবগী মতৌগুম মহাক অদুগী মবুক্তিং ঈচেন্না ভগবান ঐগী মায়গৈ তম্না চেনশিল্লক্লবদি মহাক ঐকান্তিকী নৎত্রগা অহৈতুকী ভক্তি ফংজরে খঞ্জরগদবনি। মসিবু ফংজরবদা অমুক শ্রীকৃষ্ণ লাপ্পা লৈত্রে। ইবুংঙো মানা লেঙবিরক্লগা মনাইবু কোনবিররে। মসিদি ইবুংঙো মাগী মনাইনা খুদুম চনবা মতৌনি।

অহানবদা সাধন- ভক্তিনা হৌরকই। সাধন- ভক্তিদগী রতি- ভক্তি ওইরকই। অদুগা রতি- ভক্তিদগী শ্রদ্ধা- ভক্তি নৎত্রগা প্রেমরূপা- ভক্তি ওইরকই। রতি- ভক্তিগী মখল মঙা থোক্লা শাস্ত্রদা হায়রম্মী। মখোয়দুগী মমিং (১) শান্ত-রতি, (২) দাস্য-রতি, (৩) সখ্য-রতি, (৪) বাৎসল্য- রতি অমসুং (৫) মধুর-বতি অসিনি। শান্তরসগী উপাসকশিংগী মনুংদা খুদম ওইনা শুকদেব অমসুং জনক নিংথৌগী মিং পনবা য়াই। দাস্যরসগী উপাসক · ভক্তদি য়ামখ্রে। ব্রজগী গোপ মচাশিং অমদি অর্জুন্নচিংবনা সখ্যরতিগী খুদম্নি। নন্দ, যশোদা, দেবকী অমসুং বসুদেবনচিংবনা বাৎসল্যরতিগী উপাসকনি খঙউ। মধুর রসগী উপাসনাদা ব্রজগী গোপীশিংখক খ্বাইদগী অথোইবা ওইনা খঙনৈ। অদুম্না রুক্মিণীনচিংবী লৈমলীশীং কয়া অমদি লক্ষ্মীনচিংবনা মসিগী খুদম ওই। শান্তরসদা মশামক তোল্লি হায়না খঞ্জে। দাস্যদা মশামক তোল্লি খঞ্জরগা মখল- মখা অয়াম্বা সেবা- নুংবা তৌজনবগী খঞ্জে। সখ্যরতিগী উপাসকনা মশাবু তোল্লিসু

খঞ্জে, সেবাসু তৌজে, অদুবু উপাস্য মবুংঙোগী মাঙদা চিংনদনা ৱারী শানৈ, লোয়নৈ। মহাক শান্ত অমসুং দাস্য উপাসক্কী মতৌগুম্না কিজবগুম তৌদে। বাৎসল্যভাবতা উপাসনা তৌজবশিংনা মাগী- মাগী পূক্লিংদা নুংশিজবা মহাকপু ইহেন হেন্না নীংজৈ। মপাম্বোংদা ফোংদোক্কে। মখোয় সেবাসু তৌজে অদুগা চিংনদনসু লৈজৈ, অদুবু মখোয় উপাসক অহুমসিগা য়েংনবদা সেবা তৌজরিবদুগী মফমদা স্বাভাবিক মমতা (মশাগী ওইবা হৌনশা)সু চেঞ্জে। মসিমক রস অসিদা থোইদোকপা মতৌ ওই। কান্তাভাবতা মঙামকসি য়াওই। সেবা তৌজরিবা অদুবু অথোইবনি খঞ্জে, সেবা তৌজনবগী অচেৎপা ৱাখনসু চেঞ্জে, মহাক অদুগী মাঙদা করিগুম্বা চিংনবসু লৈতে। অচেৎপা মমতাসু লৈজৈ অদুগা মশা অমদি মশাগী থবক- থৌরম পূম্নমক নুংশিজবা মাগীদমক মঙোন্দা কৎশিঞ্জে। মরম অসিনা কন্তাভাবখক্তা পূমহেন্নি। লাইনীং অসি নীংজবদি কোটি কয়াগী মনুংদা হায়রুনু মশীং লাকঙমদবশিংগী মনুংদা কনাগুম্বা অমখক্তং ফংবা য়াই। শান্ত,সখ্যনচিংবগী উপাসকসু অতাঙবনি লৌনরিঙৈসিদা কান্তাভাবকী উপাসকশিংগীদি করি হায়গনি ? ঐনা নঙোন্দা ভক্তিগী তত্ত্ব অসি য়াম্না শম্না হায়রবনি। নহাক লৌশিং শিংবনি, কবি- থম্মোয় চেনবনি, রস খঙবনি, ভগবত- কৃপা লৈরবনি অদুনা ভাবশিং অসি পাক- শন্না ভক্তশিংগী মাঙদা ময়েক শেংনা লীয়ু। হয়েং ঐ বরাণসী চৎকে খল্লিবনি।

প্রভুগী চরণদা প্রণাম ভক্তি তাজদুনা শ্রীরূপ হীক্না হীক্না হঙ্গংলে-
'প্রভো ! ননাই ঐ নীংজমন মহয় যাল্লে। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মপুমক্নসু ফংবা ঙম্মরোইদবদু ননাইনা ঙসি ফংজরে। হৌজিক ননাইগীদমক করি অমুক তাকপিনীংঙাই লৈরি ? শ্রীচরণগী নাক নক্না লৈজরগে হায়না চেৎনা খঞ্জরে, ইবুংঙোগী য়াথং মঙায়রে।'

প্রভুনা হায়- 'রূপ ! নহাক নতিক- নয়াই চেনবনি। নঙগা ঐগা লোয়নবগী থোইনা কান্ননীংঙাই ওইরোই। হৌজিক নঙ বৃন্দাবন তম্না চৎলো অদুগা মফম অদুগী তীর্থ পূম্নমক কোয়জরগা হেক ঙম্বমখৈ মাঙখ্রবা তীর্থশিং অদু পুথোক্নবা হোৎনরু। মরক্তা তাঞ্জা ফংবদা গৌড়রোমদা লাক্লগা ঐগা

পুরীদা উনসি।' অসুম্না তাকপিদুনা নোংঙাল্লগা প্রভু হি তোংলগা লেঙখ্রে। রূপ- অনূপ মাথুরিয়া ব্রহ্মণ অমসুং কৃষ্ণদাসগা প্রভুগা বিদায় তৌনরগা লেঙখ্রে।

মহাপ্রভুগী চরণ নীংজ- নীংজ মনাওগা লোয়ননা শ্রীরূপ মথুরা য়ৌখ্রে। মফমদুদা মহাক্না গৌড়দেশকী হান্নগী নিংথৌ সুবুদ্ধি রায়গা উনখি। রূপকী মরমদা হান্নসু পঞ্জপ্রবদুনি, মহাক শীং য়োল্লগা পৈশা অমগী চনানা লেল্লকখি, অরেম্বা পৈশাশিংদুনা বংগালী সাধুশিংগী সেবা তৌরকখি। বংগালদা ঈরুদ্রিঙৈদা থাও তৈবা চৎনৈ। থাও তৈদনা মফমদুদা ঈরুজনদে। সুবুদ্ধিরায়না পৈশাশিংদুনা থাও লৈরগা সাধুশিংদা পী অমদি শঙ্গোম অফম্বা চেঙপাকসু পীজে। খঙহৌদনা বিশ্রান্ত ঘাটতা শ্রীরূপ- অনূপ মচীন মনাও অনী উনখি। সুবুদ্ধিরায়না মচীন মনাও অনীবু অঙম্বা মতেং পাংদুনা হৃাও- তরাম্না ওকখি। লোয়ননা মখোয়গা ব্রজগী মপানগী বন- উপবন খোঙনা কোয়মিন্নখি। বিধিগী নোংদম য়েংবিয়ু, ঙরাংতা মহারাজ ওইরম্বনি, মন্ত্রী ওইরম্বনি। মখোয় অনী ঙসি ভিক্ষারীগী ফিজেত্তা ময়ূম- ময়ূমদগী অফং অফং নিরগা সাধুগী ফিজেত্তা কোয়না চৎলরি। মখোয়দা চঙজদুনা পণ্ডিত- বিদ্বান লীশীং কয়া পুন্সি লেঞ্জরম্বা মখোয় অনী ঙসি চাক চদুম অমগী অরীকপা য়ূম্বানবগী থোঙজিন্দা লেপ্ল- লেপ্ল ঙাইররে, থোরক্কুনা ভিক্ষা হাপ্লগদ্রা খন্না। হা বিধি ! চুম্মিদা লাইবক্কী কূমহে অসিনি হায়নীংঙাই লৈতে। বিধিনা তম্বা লৌনম্বু য়েংনীংদনা খল্লগা কনাগুম্বা কবিনা কয়াদা ফজবা নুংগী ব্রা হায়রম্মী-

**জাতঃ সূর্যকুলে পিতা দশরথঃ ক্ষোণীভুজামগ্রণীঃ**
**সীতা সত্যপরায়ণা প্রণয়িনী যস্যানুজো লক্ষ্মণঃ।**
**দোর্দণ্ডেন সমো ন চাস্তি ভুবনে প্রত্যক্ষবিষ্ণুঃ স্বয়ং**
**রামো যেন বিডম্বিতোঽপি বিধিনা চান্যেজনে কা কথা।।**

'থোইদোকপা নুমিৎকী শাগেদা পোকপা, নিংথৌ কয়ানসু পূজা তৌনীংঙাই ওইবা চক্রবর্তী দশরথ মপাবুং অচুম্বদা পামজবী মরোল অহুমদা

অনী শুদবী মশক- মতৌ চঙখোনবী মপুরোইবা নীংবী সীতাবু লুহোংবা, লানদা যর্ম ,ংথৌগা মান্ননা মথৌনা লৈবা অকনবা অমসুং থৌনা ফবা লক্ষ্মণবু মনাও ওইবা, ইবুংঙো মাগা মান্ননা মরোল অহুমদা লীরুং থোনবা অকনবা কনা অমফাও লৈতবা অদুগুম্বা রামচন্দ্র তশেংবা বিষ্ণুগী অবতাবনি। অদুগুম্বা শ্রীরামচন্দ্র ইবুংঙোমকসু বিধি মানা লৌনমখি। ইবুংঙো মাবুসু চহী তবামরি খুদোংথীবা কয়া খাঙদুনা তিংখং- তুম্বৌনা থল্লবা বনদা কোয়না লেঙখি, অতৈ অতোপ্পশিংগীদি করি অমুক হায়গনি ?' হে লাই ও ! নখোঙখাদা খুরুমজরি। অওইবমক ভগবান শ্রীরামচন্দ্র প্রভুগী মরীদা ৱারোল অসি কবিগী হৈশিংবনি।

মহাপ্রভু মনাই ভক্তশিংগা বিদায় তৌনবম্লগা গঙ্গাগী তোর্বান-তোর্বান ওইনা লেঙখিদুনা বরাণসীক্ষেত্রদা থুংখি। সহরগী মপান্দা ইবুংঙোগা চন্দ্রশেখরগা উনখি। প্রভুবু হেক উবগা মহাক্না লৈমায়থক্তা লূকথদুনা চরণদা ভক্তি কৎখি। মহাপ্রভুনা মহাকপু কোনখৎপিরদুনা প্রেম পোক্না হংলকখি- 'চন্দশেখব ! নহাক মফমসিদা কদায়দা ? নহাক ঐ লাক্কনি কমদৌনা খঙই ?'

চন্দ্রশেখরনা হাযখি- 'প্রভো ! ঙরাং অহিং ননাইনা মঙদা উজবনি, ইবুংঙোনা কাশীদা লেঙঙকপসি। অদুনা ননাইনা খোঙ্গুল লীজরকপনি। হেক থুংলবগা চরণ দর্শন ওইজররিবসিনি। হৌজিক ননাইগী খাংপোকশঙদা শ্রীচবণনা খোঙদাবিয়ু।'

বৈদ্য চন্দ্রশেখরনা হায়জবদগী প্রভুনা মাগী যূমদা লেঙশিনখি। পাউ হেক ফংবগা তপন মিশ্র, মচানুপা রঘুনাথ, মরহঠা ব্রাহ্মণদুনে অতৈ অয়াম্বা ভক্তশিং প্রভু দর্শনগীদমক লাক্লখি। তপন মিশ্রনা মখূৎ অনী লোন্নদুনা প্রভুদা হঙ্গৎচখি, প্রভুনা কাশীদা লেঙশিনবিরিমখৈ ননাইগী যূমদা ভিক্ষা তৌবিয়ু। প্রভুনা মিশ্রনা হায়জবদু য়াবিখি অদুগা ইবুংঙো মশাদি চন্দ্রশেখব বৈদ্যাগী যূমদা লেঙশিনবিখি। লৈবনা মাগীদা অদুগা ভিক্ষানা তপন মিশ্রগীদা লেঙঙ- লেঙঙগা। মতৌ অসুম্না মহাপ্রভু থা অনীরোম কাশীদা লৈবম্মী। মফমদুদা শ্রীরূপকী মনাও সনাতন লাক্লুনা প্রভুগা উনখি।

## শ্রীসনাতননা কৈশুমশঙদগী নাম্থোরকপা অমসুং কাশীদা প্রভু উনবা

**ছিদ্রান্বেষণতৎপব: প্রিয়সখি প্রায়েণ লোকোঽধুনা**
**রাত্রিশ্চাপি ঘনান্ধকারবহুলা গন্তুং ন তে যুজ্যতে।**
**মা মৈবং সখি ! বল্লভ: প্রিয়তমস্তস্যোৎসুকা দর্শনে**
**যুক্তাযুক্ত বিচারণা যদি ভবেৎ স্নেহায় দত্তং জলম্।।**

(সু.র.ভা. ৩৭৩/৩৩)

(মপুরোইবগী নাক্তা চৎচবী সখিদা অতোপ্পী সখিনা হায়রি- 'চান্নবী ইতা ! য়েংউনে, সংসারগী মীওইশিংসে কয়াদা অশোয়- অঙাম থিগ্নবনো, মখোয়না মতম চুপ্পা মীগী ফত্তবদা থিজিল্লি অদুগা অমুক অমরোমদা ঙসি ওস্থোক্লা মমখ্রবা অহিংগী মতমসিদা লম লাপ্পা লৈখ্রবা চান্নবা মাগী নাক্তা নহাক্লা চৎপা চুমদে।' ৱাহৈ অসি তাবদা স্বাই লাউনা থুনমক মাগী মচীন মেন্দুনা মতাদুনা হায়রকখি- 'সখি ! অদুগুম্বা ৱাদু কৈদৌঙৈদা নচীন্দগী হায়রকক্কনু। মহাক অদু ঐহাক্কী পুন্সি লননি, থম্মোযগী চান্নবনি, ঐ মাবু উজনীংবনা লাঙতক্লবি। মসিদা হৌনৈ- হৌনদেগী বিচার তৌবা তাববদি খঙউ, নুংশিবা হাযবসিদা পূমকৎ কখোক্লবনি, হায়বদি মসিদা হৌনৈ- হৌনদেগী বিচার লৈতে। নুংশিবদা হেক্তা কখোকপগী পান্দম লৈ।)

শ্রীরূপতি প্রভুগী যাথং কোকথক্তা থোন প্রয়াগতগী বৃন্দাবনদা চৎখ্রে। হৌজিক মনাওনুপা সনাতনগী পাউদি কমদৌরি। তশেংবদি সনাতন শ্রীরূপতগী হনবনি, অদুবু মঙোন্দগী হান্না শ্রীরূপনা প্রভুগী নাক্তা লৈজবগা ভক্তি মাগগী পাউতাক ফংজখি। ভক্তিগী লম্বেন্দা চহী মতাংনা হনবা ওইদনা গুরু- কৃপা হানবনা হল্লি হায়বগী বিচারনি। মহাপ্রভুগী কৃপা ফংবা শ্রীরূপনা হাল্লি, মরম অদুনা সনাতননা মহাকপু মঙোন্দগী হেল্লি অমসুং গুরুনি খল্লম্মী। বৈষ্ণব খৈবিক পূম্নমক্তসু অসুম্না লৌনৈ। অদুনা বৈষ্ণব সমাজদা

শ্রীসনাতন রূপ হায়নদনা শ্রীরূপ সনাতন হায়নরিবনি। চহী মতাংদা হুন্থরবসু হান্না গুরু কৃপা ফংবা মরম্না শ্রীরূপকী মিংনা হাল্লিবনি।

কৈশুমশঙগী মল্লবা কাদা তাদুনা শ্রীসনাতন শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী পূক্লিংশুম্বা মূর্ত্তিদুখক মতম চুপ্পা ধ্যান তৌদুনা লৈজে। মঙোন্দা চাক- ঈশিংগী অপাম্বা লৈরমদে। মমিত্তা তূম্বগী ৱা লৈতে। অহিং- নুংথিল চুপ্পা 'হা গৌরচান্দ- গৌরচান্দ' তত্তনা শোনবতনা মতম চুপ্পা লেঞ্জে। অহিং হৌখি, নোংঙাল্লকই। নুমিৎ তারকই নুমিদাংৱাই ওইরকই, মমশিনখি, অদুবু মঙোন্দা মসিগী করিসু খল্লুবা লৈতে। মহাক চৈতন্যগী চিন্তাদা পূম্নমক কাউখ্রে। মাগী পূক্লিং- খোইমুনা মতম লৈব খিবিক্তা কুচু তঙাং তঙাংবা শ্রীচৈতন্যগী চরণ- থম্বান্দা ঙংদুনতা লৈখ্রহোই, হকচাংনদি কৈশুমশঙদা তা, শোর ফূয়না হোল্লম্মী। অমুমুক জ্ঞান তারকপদা থম্মোয় তিং- তিং চোংলম্মী। করিগীনো হায়বদা পাপ চেল্লবা ইশাসি চৈতন্য- চরণ লাপনা কৈশুমশঙদা লৈরেদকো, মসি হেক খল্লুবদা ৱাষ্টে, শোর শাংন- শাংনা হোন্দোকই। তাল্লক অসিদা মানা ময়াম্বগী অরোনবা চিঠি অমা ফংলম্মী। চিঠিদু পারগা মাগী লাঙতক্লবা অমুক্কা হেনগৎখি। মহাক চৈতন্য- চরণখাদা লূকথজনীংবনা লাঙতক্লরম্মী। মোদীগী দুকান্দা লুপা লীশীং তরা থম্মি হায়বগী পাউ ফংবগা মানা খল্লম্মী- 'হায়রিবা শেন থুম অদুনা কৈশুমশঙদগী নাম্থোক্লবা অদুগা চৈতন্য- চরণ দর্শন ফংজরবদি ঐহাক পুন্সি মহয় য়াল্লনি।' প্রেমনা থূমহৎখিবনা মহাক মসিমদি পূমকাউ কাউথোকখ্রে মদুদি শেন পীজরগা লোন্ন- থূপ্না জেলদগী নাম্থোকপা হায়বসি পাপনি। মসি নিয়মগী ওন্নতৈনবদনি, অদুবু মদুদা নিয়মগী ৱাগকা লৈখিদ্রে, প্রেমদা কবি নিয়ম ? প্রেমদি নিয়মগী অফা অপুনগী ৱাংমদনি। মানা তাঞ্জাদুদা জেলরদা হায়রম্মী- 'ভাই ! নঙ ঐবু খঙব্রা ? ঐ কনানো ?'

জেলরনা হায়রকখি- 'শ্রীমান ! ঐ অদোম্বু নীংথিনা খঙজৈ, অদোম রাজ্য অসিগী প্রধান মন্ত্রীনি।'

সনাতননা হায়রকখি- 'ঐনা জেলদা লৈরিবসি করিগীনো নঙ খঙব্রা ?'

জেলরনা নোল্লুক্লা হঙ্গৎচৈ- 'শ্রীমান ! অদোম মরাল লৈতে হায়বসি খ্বাই পূন্নমক্লা খঙনে। চুন্নগী থবক থাদোকপা পান্মি হায়বদগী বাদশাহনা অদোম্বু জেলদা থম্বনি।'

সনাতননা নুংশিনা হায়রকখি- 'ঐনা থবক থাদোকপা পান্নিবদু করিগীনো খঙব্রা ?'

জেলরনা হায়খি- 'শ্রীমান ! ঐহাক পণ্ডিতশিং অমসুং অখঙ- অহৈশিংদগী তাজবদা অদোম লাইনীং- লাইশোন পামই হায়।'

'লাইনীং-লাইশোন তৌবসি ফব্রা-ফত্তব্রা, নহাক্কী বিচার করি লৈ ?' সনাতন্না হায়রম্মী।

মদুদা জেলরনা য়াম্না চম্না হায়রকখি- 'শ্রীমান ! মসিদা ঐনা করিবু হায়সিগে ? ননাই ঐখোয়দি য়ূম্বান- কৈবানগী অফা- অপূন্না পৈশাগী মীনাই ওইবনিনা পোকপিহৈবা মহাকপু পূংকাউ কাউথোকচরবনি। ননাই ঐহাক্লা মসিদা করি হংগৎচবা ঙমগনি ? অদোম লাইবক ফবনি, লোইনা পূমথা থাদোক্লগা ঈশ্বর- ভজন পান্নবনি, মদুদগী হেনবা অতৈ করি লৈগবনো।'

'ফরে অদুদি নহাক হায়উ, লাইনীং- লাইশোন পাম্বা মীদুগী মতেং পাংবসি পাপলা- পুণ্যরা ?' সনাতননা তপ্না ঈংনা হংলকখি।

জেলরনা হায়খি- 'অদুগুম্বা মীশক্তুগী হেক ঙম্বমখৈ মতেং পাংগদবনি, মদুদগী হেনবা অতৈ অমা লৈররোই।'

'অদু ওইরবদি নঙ ঐহাক্লা জেলখানাসিদগী নাম্থোক্লবা ইতেং পাংউ।' সনাতননা অকোয়বদা কোয়না য়েংলগা জেলরগী মনাকোংদা হায়রম্মী।

চিংনরপ তৌনা অকোয়বদা কোয়য়েং য়েংলগা তনিক তনিক তপ্না তপ্না জেলরনা হায়রকই- 'শ্রীমান ! মদুদি ননাইগী শক্তিগী ৱাংমদনি। বাদশাহনা মদু তাবগা ঐবু হিংনা ফুমহল্লগা ইঙক ককহনগনি।' সনাতননা তপ্না হায়- 'ভাই ! ঐনা মন্ত্রী ওইরিঙৈদা নঙগী ফনবা কয়া- কয়া তৌখিবদুদি ! নঙ মসিফাওবা তৌবা ঙম্লরোইদ্রা ? ঐগী লুপা লীশীং তরা মোদীগীদা থম্লি, ঙসিমক চিঠি ইরগা লৌথোকহল্লগা নঙোন্দা শিন্নগে। নহাক নচা- নশূ চেনবা

মীনি। মদুনা নঙগী থবক কান্নগনি।'

লুপা লীশীং তরা পল্লকপদু তাবদা পৈশানা লোইরে খঞ্জবা থাদা লুপা কুম্ভা খক্তং ফংজবা জেলর হায়ফম তৌফম খঙখিদে। লুপা লীশীং তরাগকা হায়বদু মানা মপুন্সিদা উজদ্রিবনি। ঙসি পাঙ্গন খজিক থোংদোক্লগা লুপা লীশীং তরা ফংগদবা, মদুতবু খল্লগা হরাউবদু হুন্দোক্লগা ব্রাশন্নদুনা হায়রকখি- 'শ্রীমান! লুপা- পৈশাগী ব্রা নচ্চদে, হান্নদগীসু ঐহাক্তি অদোমগী ননাই ওইজরকপনি, হৌজিকসুনি। অদুবু বাদশাহনা হংলক্লবদি ননাইনা করি হায়না খুমগনি ?'

সনাতননা খঙলে, ঐগী মন্ত্র পাল্লে। চেৎনা হায়রকখি- "ঐহাক হূরানবা ডাকুগুম্না বন্দী থম্বদি নত্তেদনা। নিংথৌনসু খঙলিবনি, ঐবু অদুক রাজবন্দি তৌবতনি। হেক্তা হায়উ- 'মহাক গঙ্গাস্নান চৎখিবদা গঙ্গাদা অদুম তাউথখ্রে। য়াম্না কন্না থিবদা ফংদ্রে।' ঐহাক ঙসিমক গৌড়দেশ থাদোক্লগা চৎখিগে। অমুক হল্লক্লরোই। মদুদা বাদশাহনা কমদৌনা থিবা খঙ্গনি।" পাউখুম পাউতাক অদু জেলরগী মবুক্লিংদা য়ানীংলম্মী। কমদৌনা য়ানীংলম্মী, লুপা লীশীং তরা পাম্বদগী পাখৎখিদুনা লৌশিংনা হরাউহনবদুনা মানা ককপা ঙম্লরোইদবা ওইদা ব্রা অমা ফংখ্রে। মহাক সনাতনগী ব্রা যারে,মোদীগী মফমদগী লুপাদু লৌথোকহল্লুরে। লোন্না চেনখিনবগী থৌবাং পূম্নমক লোইখ্রে।

শুক্লা মম্লবা থেঙলবা অহিংনি, মীপূম খূদিং তূম্নখ্রবনি। জেলগী সন্ত্রীনা করি- করিগুম্বদা হৌন- হৌনা মরক মবক্তা - 'ব্রাযখু- পৌবোন লালটেন করিসু তৌদে সা... হব' হাযর- হায়রদুনা হৈনীংবোই হৈনীংদবোই লাউবম্মী। অদুগা'মুক চেকপন্দা ঙারগা লূকথদুনা উইবম্মী। খূদীংমক নিদ্রাদেবীনা পূমশুম শুম্লম্মী। অদুবু নুপা অনীখক্তি তূম্লমদে। অমনা প্রভু দর্শন পামজবা শ্রীসনাতননি অদুগা অতোপ্পা অমনা লুপা লীশীং তবাগী মৈশানা কামখৎলবা গৌর- দেশগী জেল- দবোগানি। অমনা প্রভুগী চিন্তাদা, অমনা পৈশাগী হবাউবদনি: ব্রামন্দুনা অমসুং হবাউমন্দুনা তূম্বা যাদ্রবা। সনাতননা লৈবা কাগী থোঙদু তপ্না হাংদোক্লে। থাজবা সন্ত্রী অমগা লোযননা

জেলরনা মাগী কাদা চঙলকখি। খোঞ্জেন থোকহন্দনা হায়রবে- 'থৌরাং পূন্না লোইরে। শ্রীমান ! লেঙথোক্লসি থীল্লে। জেলরগী ৱাদু তারগা সনাতন তপ্না হায়রকই- 'ঐসু থৌরাং লোইরবনি', হায়দুনা মনাক্তা তূম্লিবা মাগা য়াম্না থাজনবা ঈশান কৌবা মনাই অমা তনহৌ হৌদোক্লম্মী। মমিৎ নোইর- নোইরদুনা ঈশান ফুক হৌগৎলক্লে। মানা ইংগিৎ তৌবদা পোম্ফ্রীদু ইল্লগা মতুংদা তবি- তবি ইন্নরকখি। থৌরী য়ানফমশঙগী থোঙগান মচারোমদা ফাওরগা মখোয় গঙ্গামপানলোমদা লাক্লম্মী। মফমদুদা হান্নদগী হি থৌরাং তৌদুনা লৈরম্মী। মদুদা মখোয় তূমিন- তূমিন তোংখৎখ্রে। হি থৌদোরক্লে, সনাতন অরোইবা ওইনা গৌড়গী কোনুংদু খুরুমজরম্মী। ঙাইহাক্কী মনুংদা গঙ্গা ৱাংমা লাম্থোকখ্রে। ৱাংমদা থুংলগা সনাতননা জেল- দরোগাগী মায়গৈদা তৌবিমল খঙবগী মিৎয়েংনা অমুক্তং য়েংলকখি। চিংন- চিংনা জেলরনা মহাকপু খুরুমজরম্মী। হি অমুক তোংলগা জেলরদু হনখ্রে। অদুগা সনাতন নিংথৌগী লম্বেন থাদোক্তুনা উরী- উপাম্তনা কোয়শিল্লবা ঝাড়খণ্ডগী লম্বেন্দা লাকখি। মহাক গৌরাঙ্গ- দর্শনগীদমক লাঙতক্লবদা মখোঙদা য়ূবা তিংখং- তুম্বৌ অমদি নুংজেঙ- চেগাইগী ৱাখল চঙখিদে। হা গৌর হা গৌর শোল্ল- শোল্লা কপ্না কপ্না অহিংগী শুক্লা মল্লবদা নোংচূপ পাংনা প্রপ- প্রপ লাক্লম্মী। অদুম তৌনা উমং- ৱামং, উরক- ৱারক লীৎ- লীত্তুনা ফাও- ফাওদুনা পাতড়া কৌবা চীংগী চীংখোঙ য়ৌখ্রে। মপুনীংজবা ঈশান কৌবা মনাইনা মাগী অসূক খুদোং থিরবা ফিভমসি ফাওদসু তত্তনা অদুম ইন্নরম্মী। পাতড়া চীংগী চীংখোঙদুদা ডাকুশিংগী লুচিংবা অমা লৈরম্মী। মাগী নাক্তা পাঞ্জি অমা লৈরম্মী। মানা পঞ্জিকা হোৎলগা মীশক অদুগী মফমদা পোৎ- চৈ কয়াম য়াওবগে হায়বা ঙম্মি। ডাকু অদু মাগী লোয়নবশিংগা লোয়ননা লম্বী চৎপশিংদগী মরন- মথুম মুল্লম্মী অদুগা হাত্তোক্লম্মী। মপুনীংবা ঈশানসু লম্বীগী চাদিং তৌনবা সনা মোহর নিপান ফিজিদা পুল্লগা পুরম্মী। পাঞ্জিদুনা ডাকুশিংগী লুচিংবদুদা তাক্লম্মী, নুপা অসিগী মনাইসিগী মফমদা সনা মোহর নিপান য়াওরি। মদু হেক তাবদা লুচিংবদুনা মখোয়নীবু ওম্থোক্লা লুনা তৌরম্মী অমসুং মখোয়গী চান-

থক্লবা নীংথিনা লাঙলম্মী। নুমিৎ নীনিগী তুংদা চাক চাবা ফংলদুনা সনাতন নুংঙাইনা হীপশ্রে। মহাক্না সরদারদুদা হায়রম্মী- 'চানবিদুনা ঐখোয়বু চীংসিগী অসোম ব্রাংমা তান্না থিনবিয়ু।' সরদারনা হরাউ- হরাউ হায়রকখি- 'হোয় হোয়, অদোম্না সুমতৌসি হায়বমখৈ শোয়দনা থৌরাং তৌগনি।' অশিংবা রাজমন্ত্রী সনাতননা খল্লম্মী- 'ডাকু ওইরগা মানা ঐখোয়বু অসুক লুন- চান্না তৌরিবসি করিগীনো, করিগী অসুক নোল্লুকপা শাবনো ? ব্রা অমা শোয়দনা লৈ সে।' খন্ন- খন্না ঈশানলোমদা য়েংলকখি, হংলকই- 'কদায় ! নহাক করিমতা য়াওরক- লাক্লক্তবরা, তশেং- তশেং হায়উ, অরোন- অথুপগকা করিমতা য়াওরক্তব্রা ?'

ভুরুভুরুং তৌনা মনাইনা হায়রকখি- 'শ্রীমান ! ননাইদা সনা মোহর তরেত্তং য়াওজরি।'

মাবু চৈহৎপিদুনা সনাতননা হায়রকখি- 'ধৎ- বদমাশ ! নঙগী অপাম্বদু হৌজিকফাও কোক্তবা শারি। হৌজিকমক চৎলগা ডাকুশিংগী সরদারদুদা লোইনা পীথোক্লুচো।'

মপুগী য়াথং মতুং ইন্না ঈশান সরদারগী মনাক তান্না চৎখ্রে। সনা মোহর তরেৎতু পীরগা হায়রম্মী- 'ঐগী স্বামীনা সনা মোহরশিং অসি অদোমদা পীনবা থারকপনি।'

নোক্লগা মানা খুম্লকখি- 'অমদি অদুম লোৎশিল্লি? ঐনা হান্না খঙলবদা। ফরে ওইরসনু, নঙগী স্বামীগী মবুক শেংবসিদা ঐহাক য়াম্না পেল্লে। মোহরশিংসি মঙোন্দা অমুক হন্না পীরু।' হায়নরিঙৈ চৈরক্তা সনাতনসু হেক থুংলখি। সরদারনা সনাশিংদু হল্লকপদু উরগা মানা তকশিন্দুনা হায়রম্মী- 'অদোম সনাশিংসি লৌশিনবিয়ু। ঐনা মসি কদায়দনো অমদা হুন্দোক্লম্লগদবনি। ঐহাক্তি নিংথৌগী মন্ত্রীফম থাদোক্লগা জেলদগী চেল্লক্লবনি। চানবিদুনা ঐবু অসোম ব্রাংমফাওদং থিনবিয়ু।'

সরদারনা নুপা মরি লোয়নহল্লগা মাবু চীং ব্রাংমা লাম্থোকহনখ্রে। চৎন- চৎনা সনাতননা ঈশান্দা হংলম্মী- 'ঈশান ! হৌজিক নঙোন্দা খরগা য়াওরমখিগদ্রা খল্লি ?'

ঈশান্না ইকায়রপ তৌনা হায়রকখি- 'শ্রীমান ! ননাই ঐঙোন্দা মোহর অমখক্তুংদি য়াওজরি।' মদুদা সনাতননা হায়খি- 'ইবুংঙো সনা ! ঐ নঙগা লোয়নররোই। ঐগা নঙগা কমদৌনা লোয়নগদৌরিবনো ? নহাক নয়ূমদা হলহৌরো।' কপ্লা কপ্লা ঈশান্না মাগী স্বামীগী মখোঙ পায়জখি, মদুদা স্বামীনা কন্না হায়বদগী মহাক হলহৌখি। সনাতন মতৌ অসুম্না নারক- মোংশোং তীন- কাঙ মরক্তু শমদুনা হাজীপুর য়ৌখি।

হাজীপুরদা মাগী মবাই শ্রীকান্ত নিংথৌগী থবক অমগীদমক পন্দুনা লৈরম্মী, খঙহৌদনা মাগা উনরম্মী। শ্রীকান্তনা মাবু দরবেশ (মুসলমান লম্বোইবা) গী ফিজেত্তা উনবদুদা ওম্থোক্লা ঙক্লম্মী। মতম খরা মাগী নাক্তা লৈননবা তক্লরম্মী, অদুবু পম্থৌ হায়বা য়াখিদে। য়াদ্রবদুদা শ্রীকান্তনা লম্বীগী অচাশেন পুখো হায়না কন্না হায়বদসু পুরোই হায়না য়াখিদে। য়াম্না কন্না হায়নরগা ভূটানী কম্বল অমা লৌরকখি।

মাগী ফিজোন্দু মুসলমান ফকীরগী মতৌগুম ওইরম্মী। ভিক্ষা নিরগা গৌরাঙ্গগী নাম তত্তনা শোন্দুনা মহাক কাশীধাম য়ৌখ্রে। মফমদু য়ৌরগা মহাপ্রভুনা চন্দ্রশেখরগীদা লেঙশিন্দুনা লৈ হায়বা খঙলম্মী। পাউ অদু হেক ফংবগা মহাক হরাউ হরাউনা চন্দ্রশেখরগী য়ুমদা য়ৌশিনখি। মপান্দা ফম্লগা প্রভু- দর্শন তৌনবা ঙাইজখি।

প্রেমগী লীচিং হায়বসিসু কয়াদা কনখ্রবা ! ইমুংদা লেঙশিল্লিবা মহাপ্রভুনা মনাই সনাতননা লাকপদু খঙবিখি। মনাক্তা ফম্লিবা চন্দ্রশেখরদা হায়রকই- 'চন্দ্রশেখর ! মপান্দা বৈষ্ণব সাধু অমা ফম্লিবসি কৌশিল্লকউ।'

মপান্দা থোরক্লগা য়েংলবদা বৈষ্ণব সাধু কনা অমত্তা লৈরমদে। ইমুংদা চঙলক্লগা প্রভুদা হঙ্গৎলৈ- 'প্রভো ! মপান্দা বৈষ্ণব সাধু কনাসু লৈতেনা।'

প্রভুনা নোক্লগা হায়রকখি- 'লৈদা ! অওইবনি, মুন্না য়েংউ।'

চন্দ্রশেখরনা অমুক থোরক্তুনা য়েংলবদা মুসলমান লম্বোইবা অমখক নত্তনা বৈষ্ণব সাধু কনামত্তা উখিদে।

মহাক অমুক চঙলক্লগা জ্ঞান তাদনা হঙ্গৎলৈ- 'প্রভো ! মুসলমান

লম্বোইবা অমখক্তি থোঙ্গান্দা ফমহৌই। মহাক নত্তনা অতৈ বৈষ্ণব সাধুদি ননাইনা উরক্তে।'

প্রভুনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই- 'নঙনা মাবু মুসলমান লম্বোইবনি খল্লিবদু থোইদোকপা ভাগবত বৈষ্ণবনিনে, মাবু ইনাক্তা কৌশিল্লকউ।

প্রভুগী আজ্ঞা মতুং ইন্না চন্দ্রশেখরনা শ্রীসনাতনবু পুশন্দুনা ইমুংদা চঙলকখি। সনাতননা লাপ্পিনৈদগী লৈমায়থক্তা লূকথদুনা প্রণাম ভক্তি কচ্চখি। প্রভুনা ফুক লেঙখৎলক্লগা প্রপ প্রপ চেম্হোরক্তুনা মাবু চেজেৎ কোনবিগে তৌবদা লিন উবদা পাখৎপগুম তুংদা শৎ হন্দোক্তুনা পূক্লিং তোম্বনা হঙ্গৎচখি- 'প্রভো ! ননাইবু শোকপিগনু। হে নাথ ! ননাইদি ইবুংঙোনা শোকপিবদা মতিক চাদবনি।'

মনাইনা খুদুম চনবা গৌরাঙ্গনা হন্না তাবিবা য়াওদনা মনাইবু চেজেৎ কোনবিদুনা তাকপিরকখি- 'ঐহাক ঙসি ইপাপ কোকচরে। সনাতনগী দেহগা শোক্লরে। সনাতনগা শোক্লবদি পাপী কয়া ফাওবসু শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ফংজনীংঙাই ওই।'

সনাতন প্রভুগী থৌজান পোৎলূম্না নম্বগুম ওইখি। প্রভুনা মাবু নাক নক্লা ফমহনখি। অদুগা লোয়ননা কৈশুমশঙগী ব্রারম খৈবিক হংখি। ব্রাবোন পূম্বা তারগা প্রভুনা হাযরকখি- 'নহাক্কী নচীন ননাও অনীমক প্রয়াগতা উনবম্মী। মখোয়নী বৃন্দাবন চৎখ্রে। নহাক মতম খবা ঐগী • ক্তা লৈবো।' প্রভুগী যাথং ফংলদুনা সনাতন তূমিন্না মক লূকথদুনা ফম্লম্মী। প্রভুনা মাগী ব্রাখল তৌনা লৈখি। ❖

## শ্রীসনাতনগী অঙকপা বৈরাগ্য

**শরীরং ব্রণবৎ বোধ্যমন্নং চব্রণলেপনম্।**
**ব্রণশোধনবৎ স্নানং বস্ত্রং চ ব্রণপট্টবৎ।।**

(লৌশিং শিংবা মীশিংনা হকচাং অসিবু অপোম- অতঙগুম খল্লি। অপোম- অতঙদা হীদাক- থোম্মী, অদুগুম্বা খরখজিক চারগা পুন্সি লেল্লি। অপোম্বদু হেনগৎলক্তনবা নুমিৎ খূদিং চাম্বগুম মখোয়না ঈরুজৈ। ফিনা পূনশিনবগুম মখোয় ফি শেৎলি। হায়বদি মখোয়না চাবা, ঈরুজবা অমসুং ফি শেৎ- ইনবা অদু হকচাংদা লৈতেংনবা, নোয়ননবা নৎত্রগা নুংঙাইনা লৈননবা ওইদে। মখোয়না মশাবু ঙাক- শেন্ন থম্নবগীদমক থৌরমশিংসি তৌবনি।)

মহাপ্রভুগী পুন্সি পুমথা থাদোকপগী মতৌনি। থাদোকপসি ইবুংঙো মাগী খ্বাইদগী পামজবনি। সংসারগী ভোগ অসি হেক্তা থাদোকপা, ঙম্বমখৈ থাদোকপনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ। অদুবু বৈরাগ্য নত্তনদি য়ৌদে, মরম অদুনা ইবুংঙোদি মরকট বৈরাগ্যগী ওন্ন- তৈনবদনি। ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরকপা ভক্তশিংবু ইঁবুংঙোনা নীংথিনা থৌ- থৌদুনা চাংয়েংই, মহাক অদুগী পুন্সিদা বৈরাগ্য ওইবব্রা- ওইদ্রিব্রা। বৈরাগ্য ওইরবা মতমদতা মঙোন্দা থোইদোকপা বৈবাগ্যগী পাউতাক পীবি, অদুগা মহাক অদুনা বৈরাগ্য ওইবা ব্রাৎলিমখৈদি মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবা য়ূমদা অদুম লৈরগা অপাম্বা ব্রাখল চেন্দনা সংসারগী কর্ম তৌজদুনা লৈজনবগী পাউতাকখক পী। ইবুংঙোনা খঙবি, জ্ঞান লৈবা মীসু মশাগী প্রকৃতিগী মতুংইন্না লৈজৈ লেঞ্জে। মরম অসিনা ঙম্ন খুদিংমকপু বিষয়দগী পূমথৈ থৈদোক্লবা তকশিন্দে অদুগা থাদোক্ত্রিববুসু ফত্তে খক হায়দে। করিনো হায়বদা বিষয় পূম্বা থাদোকপা হায়বসি খূদিংমক্লা ঙম্ন দে। থাদোক্লবা মীশক্তি কনাগুম্বা অমত্তং তাঙনা ফংবনি।

শ্রীরূপ অমসুং সনাতনগী মচৎ মওংদগী প্রভুনা খঙবিরম্মী মদুদি মখোযনীগী পুন্সি থোইদোক্লা বৈরাগ্য ওই। তশেংবদি মচীন মনাও অনীসি

অহানবদা খোইদোক হেন্দোক্লা বিষয চাপা ওইদব্বা, মদুদা মমুব হেন্দোক থোইদোক্লা মমৈথঙদা থাদোকপসু ওইখ্রে। শ্রীসনাতনগা ওইনা তাবা লৈ মদুদি ময়ূম- মকৈ শাদুনা লৈবগী ৱাদি হাযকনু মহাক উপায অমগী মখাদা নোংমদগী হেন্না লৈবমদে। থা তবানিথোই উমংদা নোংমা উপাল অমগী মখাদা, নোংমনা অতোপ্পা উ অমগী মখোঙদা হোং- হোংদুনা লেনবনা মাগী নুমিৎ খূদিংগী মচৎ ওইবম্মী। ব্রজবাসীশিংগী য়ুমথোঙ কযাদগী তন মচেৎ- মকায নিকবে, মদু যমুনাগী ঈশিংগা লোযননা খব- খজিক খৌবিদা য়োৎলগা অবেম্বা খবা অদু লৈনুংদা ফুমজিল্লি, অদুগামুক হয়েং নোং ঙাল্লগা অরেম্বা খবদু'মুক ঈশিংদা তীংথোক্লগা চায়। ইন্নবগীদমক লম্বীদা তাবা ফিজেৎ- ফিগায়না শেন্বা পোম্ফ্রি অমখক্তং লৈজে। কোল- লীক পাত্রদি লৈপাক্কী কোঞ্জিন পানবা ঝাড়ী খুজাই অমনা লোইবে। খূত্ত খুজাই ঙক্ত পোম্ফ্রি মদুনা মাগী ফিজোল। মহাক মতৌ অসুম তৌনা চহী কুনমকম শ্রীধাম বৃন্দাবনগী শেংলবা লমদমদা লেঞ্জবম্মী। প্রেমগী অবতাব ওইবা গৌবাঙ্গনা মাগী অদুগুম্বা বৈবাগ্যদুবু থোইনা পেনবিবম্মী অমসুং বৃন্দাবনদগী লাকপা মী খূদিংমক্তা মাগী মপাউ হংবিবম্মী। সনাতনদা অথোইবা বৈবাগ্যগী শিক্ষাসি প্রভুনা কাশীধামদা পীবিখিবনি। মহাপ্রভুনা শেংনা হাযখিবা নত্তে। শেংনা হাযবসিদি অপঙবা জ্ঞান যাওদবশিংদা হাযনবনি। অশিংবদি ইংগিত্তা। শ্রীসনাতন অশিংবা মীনি, মাগী থৌববা লৌশিংনা লৈবাক অমা ঙাক্লম্লিবনি। মদুদসু অমুক্কা প্রভুগী কৃপা মপূং ফানা লৈজবনি, মদুদবু মানা মং ভগী ইংগিৎ কবিগী খঙেঙাইদগে। মাগী ৱাফম মথং- মথং তাবিবগা লৌথিবগা খঙবিগনি।

বৈদ্য চন্দ্রশেখবনা মহাপ্রভুগা শ্রীসনাতনগা লোযনবদু উবদা ঙক্লম্মী। মহাপ্রভুনা মুসলমান সাধুসিগা অসুক লুন- চান্নবা মচীন মনাও পোকমিন্নবদৌনা কুইনা ৱাবী শানদুনা লৌমন্নবদু মাইবা শাবা মানদি যৌন খঙবা নত্তেদো। মবক মবক্তা মানা মহাপ্রভু উহন্দনা সনাতনদা যেংলম্মী, অমুক মক লূকথবগা ৱাখল অমুক তৌবম্মী। বৈদ্যনা খল্লিবদু প্রভুনা খঙলম্মী। অদুনা সনাতনগী মশক- মওং তাক্কুনা হায়বম্মী- 'চন্দ্রশেখব ! নঙ মাবু

খঙদ্রিমাল্লে। মহাক অসি গৌড়দেশগী প্রধান মন্ত্রীনি। মহাক পণ্ডিতনি। ভগবানগী মনাই অতাঙবনি। মশাগী ফম, লমজবা, মবল- মথুম, ইমুং- মনুং, শাগৈ- নাতৈ পুম্নমক কাওথোক্লম্লগা লাই নীংবা থোবক্লিবনি। মচীন মনাও অনীসু মাদৌনা মযূম- মকৈ থাদোক্কুনা বৃন্দাবনদা লৈকনবা চৎখ্রবনি, ঐগা প্রযাগতা উনবম্মী। ঙসি মাগী পদধূলিনা নহাক্কী নযূম অসি তীর্থমক ওল্লবনি।' সনাতন প্রভুগী মুখদগী মাবু থাংগৎপিবদু তাবগা ইকাইমনখিদুনা লৈক্রক অহোবদা চঙনীংলম্মী। মচীন্দগী ব্রা অমত্তা কাঙথোকপা ঙম্লমদে। মরু থোক লূকথবগা খোঙবীনা লৈমাযদা তক্কুনা কোযযেং যেং, খনবগুম- লৈখুল অবাওবা অমত্তং লৈববদি সীতা দেবীগুম চঙখ্রসিবা।

সনাতনগী পবিচয খঙলবদা চন্দ্রশেখব লৈমাযদা লূকথদুনা মকোক লৈবাক তানা খুকমখি। সনাতন হীক্লা হীক্লা কপ মাগী চবণ কোঞ্জখি। অমনা অমগী খোঙ থাংগৎনবগা মকোকথক্তা হাপ্লখি। অমনা অমবু আলিঙ্গন তৌনদুনা প্রেমগী ঈথক নেমথন্নবা লাক্লখি, অদুবু নেমথবদি হাযকনু, হেন্না হেন্না ঈনোৎশ্হাপখি। মখোযনীগী প্রেম অদু মহাপ্রভুনা উবগা থোইনা হেন্না পেনবিখি। ঙাইহাক লৈববা তুংদা প্রভুনা তাকপিবকখি- 'চন্দ্রশেখব ! নহাক সনাতন পুবগা গঙ্গাদা চৎলু। মাগী মশম- মকোই কোকথোকহল্লু। কোকথোকহল্লগা অশেংবা বৈষ্ণবকী মশক মালহল্লকউ।' চন্দ্রশেখবনা প্রভুগী যাথংদু ঙাকচখি। গঙ্গা তান্না পুবগা সনাতন মরু কোকহনখি।

সনাতনগী মফমদা ভূটিযা কম্বন্দু নত্তুনা অতৈ ফি লৈবমদে। চন্দ্রশেখবনা অহনবা ফি- বোন পীবদা মদু মানা শেৎ- ইল্লু যাবমদে। যাম্না কন্না তক্লবফাওবদসু মানা সূকযা যাদবদু প্রভুনা থোইনা পেনবিখি। চৈবক অদুদা তপন মিশ্র প্রভুবু ভিক্ষা লৌহন্নবা লাক্লম্মী। প্রভুনা নোক্লা হাযবম্মী- 'মিশ্রজী ! ঙসিদি ঐ ইমুং মীশীং হেনগৎলে। ঐখোয অনী শুবেনে। অনীমক ভিক্ষা তৌবা তাবে।'

খজিক ইকাই হঙ্গোইনা মরু লৈদা লূক্কুনা তনান মিশ্রনা ইঙ্গৎচৈ 'প্রভো ! পৃথ্বীপূম্না ইবুংঙোগী ইমুং- মনুং ওইবিবিবনি। ঐদি ইবুংঙোগী শূজমন

চাবা ॰॰াইনি। নিংথৌগী মপোৎ মনাইনা পুবক্লগা মপুগী মাঙদা কচ্চববখ ঌনি। ইবুংঙোগী নপোৎ ঙাক্তনি. তাকপিবগী মতুং ইন্না পুজবক্কদৌবদনি। দান হাযবা মশক্কুদি মনীংতৌনা লৈজবা, মশাগী ওইনা লৈজবা মীশক অদুখক্তগীনি। মপুগী মপোৎ মবনবু মনাই ওইবনা কবি তৌনগনি।' ৱাঙাঙ অদু তাবদা প্রভুনা থোইনা পেনবিখি, সনাতনগী পবিচয মঙোন্দা তাকখি। মশক মুন্না খঙলবদা তপন মিশ্রনা মাবু চেৎনা কোর্নবিখি। সনাতনসু মিশ্রগী চবণদা ভক্তি কৎখি। অসূম্না প্রভুগী তুং ইল্লদুনা সনাতন তপন মিশ্রগী মযুম তান্না চৎখি। প্রভুনা আসন্দা লেঙশিল্লগা হাযবকখি- 'সনাতন কৌশিল্লকউ, মাসু প্রসাদী ফংহল্লু।' থৌজালহৈবা তপন মিশ্রনদি লাইবক ফবা সনাতনদা প্রভুগী চীম্বান শোক্লবা প্রভুনা লেম্বা প্রসাদ অদু ফংহনবা পাম্লম্মী, হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাই সনাতন কবিগুম্বা খবা হোৎনবি। কোন্না ভিক্ষা লৌহল্লগে। মহাক ঐগা লোযননা ফংবা পাম্মি।' প্রভুনা মখা তাবকখিদে। ভিক্ষা লূক লৌখৎপিখ্রে।

প্রভুনা ভিক্ষা লৌববা তুংদা তপন মিশ্রনা প্রভুগী অবেম্বা মহাপ্রসাদ অদু সনাতনদা ফংহল্লম্মী। মহাপ্রসাদদু ফংজবদা সনাতননা খঞ্জবম্মী, ইশাদা পল্লম্বা পাপ পূম্বা অসুম- অসুম কোকচববনি। প্রসাদ ফংলবা তুংদা সনাতন অঙকপা ফংনা পেঞ্জখি। অদুক পেনবা মতৌদু মাঙদা কৈদৌঙৈদসু ওইখিদ্রি।

সনাতননা প্রসাদ লৌববা তুংদা তপন মিশ্রনা মযুমদগী অহনবা ফি পুথোকবক্কুনা সনাতনগী মনমদা কুপ্লম্মী। সনাতননা মখোঙ পাযদুনা নোল্লুক্না হঙ্গৎচখি 'মিশ্রজী ! যাবিদবা তৌবিগনু, ঐহাক ফি বোন শেৎ- ইঞ্জবোই। অদোম্না যাবিদবা তাববদি অদোম্না শেৎ ইল্লবা অমনবা ফি অমত্তং পীবিযু।' মিশ্র তৌফম খঙখিদে, কোন্নথংদা ইমুংদগী ফৈজোম অমনবা অমা লৌথোক্লুবে। সনাতননা মদু শেগাযবগা মতূপ অনী থোকহল্লম্মী। মতূপ অমনা থুংবা কৌপিন ওইনা শেৎলগা মতূপ অমনা ইনশিনখ্রে। বৈষ্ণব পুবা ওনখ্রে।

মাহাবাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণ অদুসু থুংলবে। সনাতনগী পবিচয খঙলবদা মঙোন্দসু বার্ত্তন কৎলম্মী। মদুদা সনাতননা হাযবকখি- 'ঐহাক কনা গুম্বা

অমখক্কী মফমদা চাব- থকপা তৌজবোই। ব্রাহ্মণগী যূমথোঙশিংদগী মধুকবী ভিক্ষা লৌজগে, অদোমগী যূমদগীসু লৌজগে, অদোম্মা ঐবু অখন্ননা তাকপিবসি তৌবিগনু। মদুদগী কনানসু সনাতনবু থোইনা কন্না হায়খিদে। মধুকবী চচ্চরগা নোংমগী প্রসাদী লৌজখি। মহাপ্রভুনা মাগী বৈরাগ্য উবগা পূক্নিংদা থোইনা পেনবিখি। সনাতন প্রভুগী চরণ নাক্তা লৈজরকখি।

সনাতনগী মফমদা মবাইনা পীরকপা অঙৌবা কম্বল অদু হৌজিক ফাওবা লৈরম্মী। ফত্ত্রবা মমল য়ামখ্রবা কম্বলনি। মদুগী শামতুদু মচু পানখ্রবা, রেশমদগীসু হেনবনি। মদুগী মমল (মতমদুগী) লুপা অহুমনি। মতমদুদা লুপা অহুমগকা পীবা কম্বলদি অচৌ- অশাংতনা ইন্নরম্মী। হৌজিক্তদি মদু মমল য়াম্না পীরনি। মহাপ্রভুনা হন্ন- হন্না কম্বলদুগী মায়কৈদা য়েংলম্মী।

অশিংবা সনাতননা খঙলম্মী, মহাপ্রভুনা ঐগী কম্বলসি পামদেসে। মহাক খুদক্তা গঙ্গা মপান্দা চৎলম্মী। তোর্বান্দা সাধু অমনা মাগী শেগায়ববা পোম্ফ্রি অদু গঙ্গাদা শূদোক্লগা ফৌদোক্তুনা কংহল্লম্মী। সনাতননা চঙশিল্লগা হায়রম্মী- 'মরূপ ! নঙনা ঐগী উপায় অমত্তা তৌবিয়ুবা। ঐগী কম্বল অসি লৌরো অদুগা নঙগী পোম্ফ্রিসি ঐঙোন্দা পীনবো।'

সাধুনা ইঙক ঙক্লা কম্বলদুদা য়েংলগা হায়রকখি 'মহাশয় ! অদোম্মা ঐবু লায়রৈ হাযদুনা কবিগী লঙনরিবনো ? ঐগী পোম্ফ্রিসি শেগায়রে অতোপ্পা অমা লাঙজগনি।'

সনাতননা মঙোন্দা লুনা- চান্না হায়বকখি- 'মরূপ ! লঙনবনি খনগনু। ঐনা শেংনা হায়বনি। নঙনা কম্বলসিগী মহুত্তা নঙগী পোম্ফ্রি অসি পীবিববদি ঐবু নঙনা উপায় তৌবিবে খঞ্জগনি।'

সাধুনা হায়- 'নহাক্না মমল যামখ্রবা কম্বলসিবু শেগায়বা পোম্ফ্রি অসিগা ওন্নবা কবিগী পাম্বনো ?'

সনাতননা হায় - 'ব্রা অমা লৈবননি। পীদা পীয়ু নহাক্না। ঐহাক অসিগুম্বা পোম্ফ্রি অমা পাম্বননি।' সাধুনা হরাউ- হবাউ পোম্ফ্রিদু পীরকখি। মদু হরাউনা ইল্লগা সনাতন চন্দ্রশেখরগী যূম তান্না লাকখি। সনাতননা কম্বল অদু ইনবা উদবদুদা প্রভুনা খঙবিখি, মহাক কম্বল লংশেল্লগা কদায়দগীনো

শেগায়বা পোম্ফ্রি অমা ইল্লক্লে। অদুবু খঙশিন্নদনা হংবিরকখি- ‘সনাতন ! নঙগী কম্বল অদু উদে, কদায়দা থমখ্রে ?

সনাতননা ইকাইরপ তৌনা হায়রকখি- ‘প্রভো ! অদোমগী কৃপা ফংজদুনা নাক নক্লা লৈজববসিদা বিষয়গী মশক ওইবা কম্বল অদু থম্মুদুনা করি কান্ননি ? মদু ইবুংঙোগী কৃপানা থৈদোকপিদুনা তৌজরকপা ইপাপ কোকথোকচখ্রে।

মহাপ্রভুনা থোইদোক্লা পেনবিখি, তপ্না তপ্না হায়রকই - ‘সনাতনদি অফবা মাইবা ওইরে। মহাক্লা অনাবা ফনবদসু নুমিৎ খরনি হীদাক থাই। ইশাদা লায়না লৈবদি অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্কনি। মদুবু অশিংবা মাইবনদি লায়না অদু লৈহন্দে। নহাক পূন্নমক থাদোক্লবনি। মদুমক্তদসু অফবা কম্বল অমদা খজিক অপাম্বা লৈরকখি। ভিক্ষা নিদুনা চারবদা অমুক্লা মমল য়াম্বা ভুটিয়া কম্বল ইনবা মদু ফজবা ওইদে।

মহাপ্রভুগী মপান নাইদবা থৌজাল অদু নীংশিংজদুনা সনাতন থম্মোয় হীক- হীক লাউরকখি। খৌরী চরম ফুল্লকখি। প্রভুগী চরণ কোল্লগা ও- খোংনা কপচখি। প্রভুনা হৌগৎপিরগা মনাইবু চেজেৎ কোনবিখি। তিল্লিবা ভক্ত ময়াম্না শ্রীসনাতনগী অঙকপা বৈবাগ্য অদুবু অমসুং মহাপ্রভুগী মপান নাইদবা মনাইনা খুদুম চনবা মতৌবু মপূং ফানা থাগৎনখি। ❖

# শ্রীসনাতনদা শাস্ত্রগী শিক্ষা

**অথ স্বস্থায় দেবায় নিত্যায় হতপাপ্মনে।**
**ত্যক্তক্রমবিভাগায় চৈতন্যজ্যোতিষে নমঃ।।**
**(সু.র.ভা. ১/১)**

(মতম লৈবা খিবিক্তো লেঙদনা লৈবিরবা, অরেপ্পা মশক ওইবিবা, পাপপু কোকপিরবা, ইবুংঙো মঙোন্দা হৌনৈ- হৌনদে খায়দবা মঙানগী মশক ওইবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যবু ননাইনা খুরুমজে।)

মহাপ্রভুগী মপান নাইদবা কৃপা ফংলবদা শ্রীসনাতননা মহাপ্রভুদগী শাস্ত্রগী ওইবা ব্রাহং খরা হংজবা পামজরম্মী। মখূৎ অনী লোন্নরগা প্রভুগী চরণদা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাইদি সাধন য়াওদবনি, অথোইবা লম্বেন খঙজদ্রিবনি, অদুগা সংসার বিষয়গী মীওইগা লোয়নরকপা অফ- লম্বেন করিনো হংজবফাও হৈজদ্রিবনি। অদুনা মরম ওইবগা ইবুংঙোনা কৃপা তৌবিদুনা বিষয় পাম্লা লৈরক্লবা শায়ামশিংগী মকোন্দা তূম্লিবা শাশিং হৌদোকপিবগুম, তোল্লবা ননাই ঐহাকপু শাগী মতৌ ওইরিবসি অমুক্তং কোকহনবিদুনা মীগী মতৌ ওইহনবিয়ু। ননাইদা মতিক চাগনি খনবিবা শিক্ষা অদু পীবিয়ু। ননাই ঐহাক কনানো ? ননাইগী তৌগদবা করিনো ? ভগবানগা ননাইগা করি মরী লৈনবনো ? ভগবানগী স্বরূপ কবিনো অসিনচিংবা ব্রাফম কয়াদু ননাইদা শম্না তাকপিয়ু।'

প্রভুনা হায়রকই- 'সনাতন ! নঙোন্দা ভগবত কৃপা লৈরবনি। নহাক করিগী চিংনরিবনো ? নশানা খঙলবসু লোককী মঙ্গলগীদমক ময়াম অসি হংলিবনি। ফরে, ওইসনু সাধু ওইবা মীশক্লা মচৎ অদু চৎপনি। মানা তৌবা পূম্নমক জগৎকী ফনবা ঙাক্তনি। হায়উ, করি হংবা পাম্বনো ?'

'প্রভো ! ননাইনা খঙজনীংই মদুদি জীবশিংগী মনুংদা খেন্নবমতৌ লৈরিবসি কমদৌনা ওইরিবনো ?'

প্রভুনা তাক্লকখি- 'সনাতন ! শাস্ত্রদা মুক্ত, নিত্য, মুমুক্ষু অমসুং

বদ্ধ- অসুম্না জীব মখল মরিনি হায়রি। সনক - সনন্দনচিংবা মখোয় অদু মুক্ত (মায়াদগী লাম্থোক্লবা) জীবনি, মখোয়দু সংসারদা লৈরবসু সংসারগী অফা- অপুন্না কৈদৌঙৈদসু লামশিল্লকপা ঙমদ্রবনি। অহিং- নুংথিন্দা কৃষ্ণনাম শক- শোনবতদা মবুক্লিং লূপচবনি। মনু, প্রজাপতি, ইন্দ্র অমসুং সপ্তর্ষিনচিংবা মখোয় খৈবিক্তুনা নিত্য (অরেপ্পা নাইবা) জীবনি। জগৎ শেম্ন বগীদমক মখোয় মতম চূপ্পা হোৎনদুনা লৈবনি। অনিত্য (অরেপ্পা নাইদবা) সংসারগী কান্নদ্রবা অমসুং মিকৃক্তা কায়বা ভোগশিং থাদোক্লগা প্রভুপাদপদ্মদা চঙজবা পামজবনি। মখোয় অদু মুমুক্ষু (আরান খুভম তানবা) জীবনি। মখোয়দুগী মরক্তা চাউরাক্লা অথোইবা লম্বেন চৎচবা কয়াগী মশীং খূৎ থেক্তুনা পাবা য়াই। মখোয়সি নত্তবা স্বভাবকী মতুং ইন্না পোকচবা - শিজবা, তৌহৈ- তৌহৈদে খঙদবশিং মখোয়দুনি বদ্ধ (মায়ানা পুনবা) জীব। বিষয়গী লাংদা থুদুনা জ্ঞান য়াওদ্রবা মীওইশিং, শা- উচেক্লচিংবা জীব খৈবিক কাঙলূপ অসিগী মনুং চল্লি। মখোয়সি সাধন অমদি লাইনীং লাইশোন তৌজদে । মখোয়দুগীদমক হায়নবা লৈ-

**পুনরপি জননং পুনরপি মরণং পুনরপি জননী জঠরে শয়নম্।**

(হন্না পোকপা হন্না শিবা হন্ন মমাগী গর্ভদা তুমখুন তাঞ্জবতনি)

শাস্ত্রশিংদা জীবশিংগী পোকফম লাখ মরিফুমরিনি হায়রি। ভগবত পাদপদ্মদগী থৈদোক্লগা জীবনা পোকফম কয়া অসিদা কোয়না পোকচদুনা লৈবনি। মতম কয়া কুইনদগী ভগবান কায়নবা মরম্না মহাক অদুগী মচৎ বহির্মুখ (মমায় ওন্থোক্লবা মীশক) ওইরবনি, মহাক মায়াগী মপুদুবু নীংজদবদগী মায়াগী লীপুন্না পুনখ্রবনি অদুগা ভগবানগী থোইন- হেন্না লুরবা গুণগী মশক ওইবা লাইনা শেম্বা মায়ানা অবু মখল মখা কয়াগী মপোক্তা কোয়না পোকহল্লগা লৈবনি।'

সনাতননা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! মায়া অসিদগী কমদৌনা নাম্থোকচবা য়াগনি ? জীবনা মায়াগী মখা পোন্না কোয়না লৈরিঙৈ মতমদা মদুদগী

নাম্বোকচনবা উপায়দি লৈরোই।'

প্রভুনা হায়- 'লৈ, উপায় লৈ। উপায় অমখক লৈ। মায়াদুবু থাদোক্লগা মানা মায়াগী মপুদুগী চঙজফমদা চঙজবদা মাগী মায়াদু চচ্চখিগনি।'

সনাতন- 'প্রভো ! ননাইনা মসিদং হংজনীংই, মায়াপতিগী শরণদা কমদৌনা চঙজগনি ?'

প্রভুনা হায়- 'ভাই ! মসিদদি কৃপানা মরুনি হায়বা তাই। শাস্ত্রকৃপা, গুরুকৃপা অমসুং পরমাত্মকৃপা- অহুম অসি মরুওইবা কৃপাঙাক্লি। অহুমসিগী মনুংদগী কৃপা অমত্তং ফংবদা মীওইবনা সংসারগী লীপুন কোমথোকচবা য়াই অদুগা প্রভুগী মায়কৈদা খোঙ থাংজিঞ্জবা ঙমগনি।'

সনাতন- 'প্রভো ! ননাইনা খঙজনীংই, জীব হায়বসিনা প্রভুদগী মমায় লৈথোকখ্রগা করিগীদমক অয়াম্বা মপোক্তা কোয়না পোক্লিবনো ? পৃথ্বী অসিদি অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তনি। স্বর্গনচিংবা লোকশিংদা নুংঙাইবদু লৈরমগনি, অদুবু মদুদসু জীবনা শান্তি ওইদে, মাগী অরোইবা শান্তি কদায়দা চংলগা ওইগনি ?'

প্রভুনা হায়রকখি- 'সনাতন ! ককচেংদগী হৌরগা ব্রহ্মাফাওগী জীবসি মায়াগী গুণনা পুনবনি। স্বর্গদি হায়রুনু, ব্রহ্মলোক ফাওবা শান্তি ওইদে। অথোইবা শান্তিদি প্রভুগী পাদ পদ্ম য়ৌজরবতদা ফংবা ঙমগনি।

সনাতন- 'প্রভো ! ব্রহ্মাদি শান্তি ওইরিগনি। মহাক্তি অচৎ- চত্ত জগৎসিগী ঈশ্বরনি। মঙোন্দা করি ৱারমগনি। মাদি জগৎসিবু পোকপনি।'

প্রভুনা নোক্তুনা হায়রম্মী- 'ঈশ্বরদি শ্রীকৃষ্ণ মহাক মথন্তনি। মশীং নাইদবা ব্রহ্মানা জগৎ অসিদা মিকুপ খৃদিং পোকই অমসুং শিব নাইরি, কনানা খঙগনি।'

প্রভুনা নুংশিনা হায়বিরকখি- 'ফরে, নহাক অসুম্না খল্লো। কাশীধাম অসিদা নহাক ফম্লিবনি, অসিগুম্বা পুণ্য চেনবা অমসুং পাপ কোকপিবা পুরী তরেৎ ভারতবর্ষসিদা লৈরিবনি। অদুগা সহর লাখ কয়াসুনি। খণ্ড মাপন থোক্লা খায়রিবশিংগী মনুংদা মসি জম্বুদ্বীপনি। খণ্ড মাপন্দুগী মমিং- ১।

ভাবতবর্ষ, ২। কিন্নরবর্ষ, ৩। হরিবর্ষ, ৪। কুরুবর্ষ, ৫। হিবন্ময়বর্ষ ৬। রম্যকবর্ষ, ৭। ইলাবৃতবর্ষ, ৮। ভদ্রাশ্ববর্ষ অমসুং ৯। কেতুমালবর্ষ মখোয়সিনি। খণ্ড নাইবশিংসিগী দ্বীপপু জম্বুদ্বীপ কৌই। জম্বুদ্বীপতগী শরুক অনী চাউবা প্লক্ষদ্বীপনি। প্লক্ষদ্বীপ্তগী শরুক অনী চাউবা শাল্মলীদ্বীপনি অমসুং মদুদগী শরুক অনী চাউবনা কুশদ্বীপনি। কুশদ্বীপ্তগী শরুক অনী চাউবা ক্রৌঞ্চদ্বীপ, ক্রৌঞ্চদ্বীপ্তগী শরুক অনী চাউবনা শাকদ্বীপ অদুগা শাকদ্বীপ্তগী শরুক অনী চাউবনা পুষ্করদ্বীপনি। অসুম্না পৃথ্বীদা দ্বীপ তরেৎ অমসুং সমুদ্র তরেৎ লৈরিবনি। কলিযুগতা পোকপা মীওইনা জম্বুদ্বীপ ফাওবা মপূংফানা খঙবা ঙম্নরমদবা য়াই। মখোয়দুনা ক্ষীরসাগর ফাওবা লানবা ফংদ্রিঙৈদা দধি, ঘৃত, মধুসাগরবু করম্না খঙগনি। দ্বীপ অমমমগী মতুংদা সমুদ্র অমমম লৈরিবনি। জম্বুদ্বীপ্না খ্বাইদগী পীকপা দ্বীপনি। পৃথ্বীদা দ্বীপ তরেৎমকসি লৈবা মবম্না মসিবু সপ্তদ্বীপা (দ্বীপ তরেৎ লৈবী) হায়না কৌনৈ। মসিবু ভূলোক হায়নসু কৌনৈ। অসুম্না ভূদগী ভুব:, স্ব:, মহ:, জন:, তপ: অমসুং সত্যম্ কৌবা লোক তরুকসি থক্তা লৈরিবনি অদুগা তল, অতল, বিতল, সুতল, তলাতল, পাতাল অমসুং রসাতল হায়বা লোক তবেৎ অসি মখাদা লৈরিবনি। লোক খুদিংমকসিগী মনুংদা অপীক অপীকপা লোক কযামুক লৈরি। স্বর্গমক্তা যেংউ, লোক কয়া মশীং থীঙমদনা লৈ। অহিংদা থৱানমিচাক মশীং থীঙমদনা লংলিবা মযাম অদু স্বগগী তোঙান তোঙানবা লোক ঙাক্তনি। মখোযদুদসু পৃথীবিগী মতৌগুম জীব কযা মশীং ঋ দনা লৈবিবনি। চন্দ্রলোক, ভৌমলোক, ধ্রুবলোক, সূর্যলোক্তুম লোক কয়া মশীং খঙদনা স্বর্গদা লৈবিবনি। মখোয় অদু নুমিৎকী মঙানগা চাংদম্নবা যাদে। পূম্ন মক অদু মাগী মাগী মঙাম্তনা ঙান্থোকচবনি। লাখ কযা, কবোড কযা নত্তে, মশীং লাকঙমদবা মঙানবু তন্দনগুম্না উবিবনি। লোক পূম্নমক অদুবু স্বর্গলোক হায়না কৌনৈ। স্বর্গলোক্কী মথক্তা মহর্লোক লৈ, মদুদসু জীব মশীং খঙদনা লৈ। অসুম্না জন, তপ অমসুং সত্যলোকতা অপীক অপীকপা মনীং তম্না লোক কযা মশীং খঙদনা লৈবিবনি। মখাগী লোক তবেৎমক্তসু স্বর্গগা মান্নলা নুংঙাইনা লৈবিবনি। নবক্কী লোকসু মফমদুদনি অদুগা নবক্কী মখলসু লাখ

কয়ামরুমনি। হায়রিবা লোক তরামরিমকসিগী মপু ব্রহ্মানি। ব্রহ্মলোকনা খ্বাইদগী চাউই। মদু লোক তরামরিনা পুনবা ব্রহ্মাগী অণ্ড (লূম) অমনি, অদুনা ব্রহ্মাণ্ড কৌনরিবনি। ব্রহ্মাণ্ডসিগী মপু ব্রহ্মা অমখক্তনা ওইদে। চহী চামগী মতুংদা মখোয়দু শিল্লি। চহী চামা হায়রিবসিসু ঐখোয় মীগী কুম্বারোন্দা নত্তে। ব্রহ্মাগী চহী কুম্বারোন্দা চামা হায়বনি।

সনাতন- 'প্রভো ! ননাই ঐহাক ব্রহ্মাগী চহী কুম্বারোন্দু খঙজনীংই। ব্রহ্মাগী চহী অমদা ঐখোয় মীওইবগী নুমিৎ কয়ানি ওইবনো ?

প্রভুনা হায়- 'ফরে নঙ হীসাব তৌরো। মিৎনা উবা ফংদবা অদুগা মচেৎ অমুক খাইদোকপা য়াদ্রবা অদুবু 'পরম অণু' কৌই। পরমাণু অনীনা অণু অমনি। অণু অহুম্না 'ত্রসরেণু' নি। 'ত্রসরেণু' অসিদি উবা ফংঙে। থোঙনাও অহোবদা নুমিৎকী মঙান্দা উফুন মরীক মরীক পাইবা উরিবদু 'ত্রসরেণু' নি। মদু অসুক্কী মতিক য়াংই, লৈমায়দা তারকপা ঙমদে, মালংদা কোইপায় পাইদুনা অদুম লৈবদু থোঙনাওদা নুংশা মঙান্দা উরিবা অদুনি। ত্রসরেণু অহুম্বু নুমিৎনা লানবদা চঙবা মতম্বু 'ক্রটি' কৌই। অদুক ওইবা ক্রটি অহুম্না 'বোধ' অমা শাই। বোধ অহুম্না 'লব' অমা অমসুং লব অহুম্না 'নিমেষ' অমনি লৌনৈ। নিমেষ অহুম্না ক্ষণ অমা অমসুং ক্ষণ মঙাগী মতম্না 'কাষ্ঠা' অমা কৌই। কাষ্ঠা তরামঙানা 'লঘু' অমা অমসুং লঘু তরামঙানা 'ঘড়ী' অমনি। ঘড়ী অনীনা 'মুহুর্ত্ত' অমা অমসুং ঘড়ী তরুক নৎত্রগা তরেৎ (অৱাৎ- অথোই নাইবা) মীওইবগী 'প্রহর' অমা শাই। প্রহর মরিনা নুংথিল অমসুং মরি অমনা অহিং অমা শাই। মরম অদুনা প্রবর (য়ুথক) নিপান্না নোংমা শাই। নুমিৎ তরেৎনিনা চয়োল অমা অমসুং নুমিৎ তরামঙানিনা থাখায় অমা ওই। পানখৎলকপা শিথরকপা নাইবা থাখায় অনী থোকই। থাখায় অনীনা থা অমনি। থা অনীনা ঋতু অমা অমসুং ঋতু অহুম্না 'অয়ন' অমনি। উত্তরায়ন অমসুং দক্ষিণায়ন হায়বা অয়ন মখল অনীনি। অয়ন অনীনা মীওইবগী চহী অমনি। উত্তরায়নবু লাইগী নুংথিন অদুগা দক্ষিণায়নবুনা লাইগী অহিং শাই হায়না খঙনগনি। ঐখোয়না চহী অমা হায়নরিবসি লাইগীদি নোংমনি। লাইগী নুমিৎ চহুম হুম্ফুনা লাইগী

চহী অমা শাই, মদুবু 'দিব্যবর্ষ' কৌই। লাইগী চহী লাশীং মাবনা সত্যযুগ, চহী লীশী, অহুম্না ত্রেতা, চহী লীশীং অনীনা দ্বাপুর অমসুং চহী লীশাং অমনা কলিযুগ শাই। যুগ অমা হৌখ্রবা তুংদা অতোপ্পা যগ অমা পাক চঙশিল্লক্তে, অদুনা মদুগী মাঙ ভুংগী মতম্ভ সন্ধি অমসুং সন্ধ্যাংশ কৌই। লাইগী কুম্বাবোন্দা সত্যযুগকী চহী চানিপান, ত্রেতাগী চহী চাক্রুক, দ্বাপুরগী চহী চামবি অমসুং কলিযুগকী চহী চনিনা সন্ধি- সন্ধ্যাংশগী মতমনি হায়না লৌই। যুগ মরিনা পূর্নশিল্লগা 'চৌকড়ী' হায়না কৌই। লাইগী চহী লীশাং তবানিথোই (হায়বদি মীওইবগী চহী লাখ কুল্লাহুমদোই লীশাং কুন) না 'চৌকড়ী' অমা ওই। অদুগুম্বা যুগ হুম্ফুতবামাথোইগী মতম হৌখ্রবা তুংদা 'মন্বন্তর' অমা ওই। মন্বন্তর অমা লোইবগা হান্নগী ইন্দ্র, মনু, সপ্তর্ষিনচিংবা হোংই, অনৌবা অমুক শিল্লি। অদুগুম্বা মন্বন্তর তরামরিগী মতম্না ব্রহ্মাগী নুংথিল অমনি। অদুক্কী মতিক শাংবনা মাগী অহং। মাগী নুংথিল অমদা ইন্দ্র তরামরি অমসুং মনু তরামনি হোংই। ব্রহ্মাগী নুংথিল অমবু 'কল্প' কৌই। নুংথিলগী মতমদদা সৃষ্টিগী থবক তৌদুনা লৈ অদগা অহংগী মতমদা খৎশেম খৈবিক অদু মাঙহল্লগা মদু মশাদা উংবংননা তুমই। নুংথিলগী মতম অমুক ওইবকপগা থবক তৌবা হৌই। মতৌ অসুম্না দুকান্দাবনা নুংথিলদা মখল মখাগী পোৎচৈ মপান্দা শান্দোক্লগা যম্না অদগা নুমিদাংদনা চুম্মক খামজিল্লগা দুকান্দা চৈ শাবা, নোংঙানবগা হান্দৌগুম শান্দোকপা অদুগুম্না ব্রহ্মানা নুমিৎ খুদংগা মতৌ তৌবিবান। ব্রহ্মাগী চহী চেম ফ্রুনা 'ব্রহ্মবর্ষ' ওই। অদুগুম্না ব্রহ্মাগী পুন্সি চহী চমান। কল্প শমদদি লোক অহুম্মক প্রলয় ওই। ব্রহ্মাগা পুন্সি লোইববা তুংদা মহোন তরামরিগী ব্রহ্মাণ্ড প্রলয় ওই, মদুবু 'মহাপ্রলয়' কৌই। মতমদুদা ব্রহ্মানা ব্রহ্মলোককী মক্ত পুরুষশিংগা লোয়ননা ভগবানগী দেহদা চঙই, অদুগা অনৌবা ব্রহ্মা ওইবকই।

প্রভুগী মুখদগী ব্রহ্মাগী পুন্সি তাবদা পূমঙক ঙক্লদুনা সনাতননা হংজখি 'প্রভো! মাসিদি অঙকপা ব্রাফম্নি। মসি তাবদা হেন্না বৈরাগ্য ওই। মাসগী হিসাবসিদা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সিদি করিসু ওইদে। মসিদা ঐখোয়

মীনা চঈী চামা কুইনা পুন্সিগকা খন্নরিবসি ব্রহ্মাগী ক্ষণ (মিকুপ) অমদি হায়রুনু 'লব' অমনা চাম থোকপগী শরুক অমফাওবগা মান্নরোই। মসিদা পঙখ্রবা জীব ঐখোয়না নাপন কযাসু তৌবা শাই।

প্রভুনা হরাউ- হরাউ মবুক্লিং থৌগৎপিদুনা তাকপিখি। মদুদা সনাতন তাকপিরকপা খূদিং অদুনা অসুম অসুম মাযথোঙ মকা লাম্লকখি। পেঞ্জরবা মঙান কয়া মমিত্তগী অসুম অসুম থোরক্লগা থম্মোয়নুংদা চঙশিনখি। প্রভুনা মখা তাথরকখি- 'সনাতন ! খঙদ্রিঙৈ মতমদা জীবনা মায়াগী লাংদা থুদুনা পীক্লবা লাংগোয় অদুখকপু পূম্লোই লোইরে খঞ্জবনি। গুহাগী হঙোইনবু সমুদ্রগী মওং মতৌ খঙবা হৌনব্রা ? মঙোন্দদি গুহাদুদগী হেনবা সমুদ্র অমা লৈররোইদবনি। নহাক শংশং উরেদনা। নঙনা নঙগী নোংমা হায়বদুদা জীব লাখ কয়া কয়ারক হন্না শিখ্রবনি অদুগা কয়ারক নৌনা পোক্লিবনি। নোংমদা পোকপা নহাকসে মপোক কযারক হৌখ্রবনি। লাই অমসুং ব্রহ্মাগী মাঙদা ঐখোয়গী পুন্সিসিদি তূমিৎকা পাংখক্লি। হীরম অসি পুরাণ খৈবিক্তা নীংথিনা পাক শন্না লেংথোকখ্রবা ৱাফম্লি। পুরাণশিংদা মসিবু খঙহন্নবা হায়দুনা থোইনা পূক্লিং হূরবা ৱারী অমা নীংশিংলকই।

সত্যযুগতা রৈবত কৌবা য়াম্না মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। ব্রহ্মাগী বরদগী মহাক লোক খূদিং থুংনা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা ঙম্লম্মী। সত্যযুগকী মীওইদি হৌজিক্কা য়েংনবদা শরুক মবি ৱাংলম্মিবনি। নিংথৌদুগী রেবতী কৌবী মচানুপী অমা লৈবম্মী, মহাক মমান্নবীশিংদগী খরা হেন্না ৱাংলম্মী। কোয়না থিরুববা ফাওদসু নিথৌনা মচানুপীগা লাম্না চানবা বর অমফাও ফংলমদে। মদুদা মানা খল্লম্মী- ফরে, ব্রহ্মাগী মফমদা হংলুরগে, ইচাসি কনাদা থাজসিগে। অফবা নিংথৌমচা অনী- মরি লৈরিবা মখোয়সিগী মনুংদগী কনানা খিৎ হেন্না ফবগে হায়বদু ব্রহ্মাবু লেপহল্লুরগে। অসুম্না খল্লদুনা মহাক মচানুপীদু পুরগা ব্রহ্মলোকতা য়ৌখিরম্মী। মতমদুদা ব্রহ্মাদি লাইয়াম, ঋষি অমসুং লোক অতৈগী দেবতা ময়াম্না কোয়শিল্লগা 'হাহা হুহু' গী ঈশৈ তারম্মী। মহারাজ রেবতসু ভক্তি কৎলগা মচি অমদা ফম্লম্মী। পূংখায়মুক্কী মতুংদা ঈশৈদু লোইশিল্লম্মী। অদুগী তুংদা ইবুধৌ

ব্রহ্মানা মো'মোন নোক্লদুনা নিংথৌ বৈবতদা হংলকখি 'হাযউ মহাবাজ, কবি থবক্কী লেংঙকপনো ?'

মখূৎ লোন্নবদুনা পূক্লিং নোন্না নিংথৌনা হংগচ্চখি 'ভগবন্ ! ইবুংঙোগী চবণ দর্শনগীদমক লাকচবিবনি। ইচানুপী অসিগী মপুবোইবগীদমক তান্নজগে খঞ্জদুনা। তাকপিবা যাথং মতুং ইন্না ইচাসি থাজগে।'

মোমোন নোক্লা ব্রহ্মানা হাযবকই- 'হাযউদনা নহাক, কবম্বা নিংথৌমচানো নহাক্লা পামজবা ?'

ৱাখন খজিক খল্লগা মহাবাজনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো ! ননাইদি নিংথৌমচা অমদুবু মপামজৈ। অদুবু অদোমগী যাথং মতুং ইন্না থাজগে তৌবনি। যাথংদু ফংজগে লাকচবনি।'

ৱাদু তাবদা ভগবান ব্রহ্মানা অঙৌবা কোইদু নাল্লদুনা ওন্থোক্লা হৌনা নোক্লকখি। মখা তাবদা তাকপিবকই 'মহাবাজ ! হাযবিবা নিংথৌমচা অদুদি নহান্না শাগৈ মূৎখ্রবনি। নহাক্লা খঙদবননি, পূংখাইসিগী মতমদা পৃথ্বীদা সত্য- ত্রেতা দ্বাপুব কুল্লক হৌখ্রবনি। শাগৈ মযামদু হৌজিক মাম ফাওবা লৈত্রবনি। নঙগী নবৈবাক ওইবম্বদু হৌজিক নিংথৌ কযামকন্না মশাগী কোনুং শেমখ্রবনি। হৌজিক মফম অদু কলিযুগ লাক্রবনি। মতম অসি যৌববনিনা নহাক হল্লো, ব্রজভূমিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মযাম্বা ইবুংঙো অনন্তনা শাযোনবা বলবাম অবতাব ওইববনি, মাগী নাক্তা চৎলগা নচানুপীসি শিন্নক, শোযদনা ফনবা তৌবিগনি।' ভগবান ব্রহ্মাগী যাথং মকোকথক্তা পুজবগা, চবণদা ভক্তি কৎলন্নগা মহাবাজ পৃথ্বীদা হল্লকখি। মচানুপী বেবতীবু ভগবান শ্রীবলবামগী মফমদ শিন্নবল্লগা চীংথক্তা কাদুনা তপস্যা তৌখ্রে। নাকল অসোমদা বলবামনা মাগী লোযনবী বেবতীবু মবেপ ৱাংবদু উবগা মঙক্তা লাঙ্গল যানবিদুনা নমথবগা ইবুংঙোগা বাংবা মান্নহনখি।

সনাতননা হঙ্গৎচৈ- 'অঙকপা ৱানি প্রভো ! ব্রহ্মাফাওবা অবেপ্পা ওইদে। জগৎসিগী অমত্তা ঙাযববা মপুমকসু অবোইবদা খোঙথাং অসি

ওইবোইদো।'

প্রভুনা তাকপিবকখি 'পোক্লবদি শিবা নাই, ঙসি ওইবো, হযেং ওইবো। ফবে, ঐনা ৱাবী অসি মঙোন্দা লীববনি। মবোন তবামবিনা পুনবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগুম্না ব্রহ্মাণ্ড মশীং খঙদমখৈ জগৎসিদা লৈবি অদুগা মখোযদুগী মপু ওইনা মশীং খঙদমখৈ ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর লৈবিরনি। খুদম ওইনা হৈবোং পাম্বীদা হৈবোং মহৈ মশীংখঙদনা পাল্লিদনা, মদুগুম্না জগৎসিদা লোইবা নাইদবা হৈবোংগুম ব্রহ্মাণ্ড কযা পাল্লিবনি। ব্রহ্মাণ্ডগী জীব পূম্নমক অদু হৈবোং মনুংগী তূমিংকা অমহানি। মহাবিষ্ণুগী খোযদৌ থম্বান্দগী ব্রহ্মা পোকপনি অদুগা জগৎ অসি শেম্মকপনি। ব্রহ্মা মশীং খঙদমখৈ গঙ্গাগী ঈচেলগী মতৌগুম কাবক-কাবক্তুনা অতৎ অকাং নাইদনা সৃষ্টি তৌবা লাক্লবিবনি। মানা স্বর হোন্থবকপদা ব্রহ্মাণ্ডসি পোকলিবনি, অসিগুম্বা থৌওংসিবু সংসার চক্র (তাইবং খোঙৈল) কৌইদো। কৃশাবগী কাঙলৈগুম সংসার চক্রসি উঙলিবনি। মদুতনা সংসারবসি শেল্লিবনি।'

সনাতননা থোইদোকপা বৈরাগ্যগী বা ওইনা হঙ্গৎচৈ- 'প্রভো! চক্রসিদগী নাম্থোকচনবা উপাযদু তাকপিযুবা ?'

প্রভুনা তাকপিবকখি 'শ্রীকৃষ্ণদ চক্রসিদগী ইতোপ হেংপ্লা তাওল্লি। ইবুংঙো মঙোন্দা সংসারগী সৃষ্টি (শেমগৎপা) স্থিতি (লেঙদনা লৈহনবা) অমসুং প্রলযগা খৃৎশম্নদে। মদু ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসং মহেশনচিংবনা তৌদুনা অদুম লৈবনি। ইবুংঙো মাদি নুমৎ খুদিং গোপীশিংগা লোযননা নুংঙাইনা রাস লীলা শান্নদুনা লৈবিবনি। ইবুংঙোদি বৃন্দাবনবু থাদোক্লগা খোঙফম অমযাও লেঙথোক্তে। মরম আসনা থৱায খৈবিক্কী থবায ওইবা অমসুং নীংজবা খৈবিক পূন্না ইবুংঙো মাগী চঙজফমদা চঙজবতনা চক্র অসিদগী নাম্থোকচবা ঙম্মী।'

সনাতন- 'প্রভো! ননাইনা উপায অদু খঙজনীংই ?'

প্রভুনা হাযবকখি 'সনাতন! ঐনা হাযখ্রবদুনি। তপনা, জপনা, যোগ যজ্ঞনা অমদি পাঠ পূজানা ইবুংঙো মহাক পেনবিদে,

ইবুংঙোনা পেনবিনবা অমত্তা ঙাযবা উপাযদি পূক্লিং অনী লোঙদনা মঙোন্দা ভক্তি কচ্চবনি। প্রেমভক্তি নত্তনা কনানা মাবু ফংবা ঙমদে। ঐগী ইবুংঙোনি খঞ্জদুনা মাগী গোপী নৎত্রগা সখী ওইবীবগা ইবুংঙো মাগী লীলাদা শরুক যাজবা মাতনা যাওজবনি। সখী ওইদনদি লীলাদু যাওজনবগী অতৈ উপায খল্লুনীংঙাই লৈতে। সখীসু হেক্তা ওইবা যাদে। কনানা নুপা থোক্লা মাগী লীলা যাওজনবগী নাপন তৌজবনা কৈদৌঙৈদসু যৌবা যাবোই। পূক্লিং অনী লোঙদনা, তোম্বনা, চঙজফম লৈতবা শানা, নুপা থোক্লা খৈবিক পূম্নমক থাদোকচবগা সুপ্নতগী ইবুংঙো মাঙোন্দা চঙজববা মতমদুদা কবিগুম্বদা কৃপাখক্লা মাযগৈ অদোমদা খোঙ থাংজিঞ্জবা ঙম্বগী কৃপাদু ফংজবা যাই।'

সনাতন- 'প্রভো ! পূক্লিং অনী লোঙদবা মতৌদু কমদৌনা ফংবা ঙমগনি, ভক্তিগী মযোন থম্মোযদা কমদৌনা চোংলক্কনি ?'

প্রভুনা তাকপি- 'সনাতন ! অনন্যভক্তি ফংজনবগী খ্বাইদগী অথোইবা উপায অমখক্তং হায়ববদা, খুদম ওইনা পবমহংস শিবোমণি জডভবতনা নিংথৌ বহূগণদা হাযখিবা লৈ-

**রহূগণৈতত্তপসা ন যাতি**
**ন চেজ্যয়া নির্বপণাদ্ গৃহাদ্বা।**
**নচ্ছন্দসা নৈব জলাগ্নিসূর্যৈ**
**র্বিনা মহৎপাদরজোঽভিষেকম্।।**

(শ্রীমদ্ভা. ৫/১২/১২)

ভগবান জডভবতনা হায- 'মহাবাজ বহূগণ ! মহান্ত বৈষ্ণর্বাশংগী চবণ ধূলীদা ওঞ্জবা নত্তনা ভগবতকৃপা ফংবা তপস্যানা, যজ্ঞনা, দাননা, যূম- থোঙ্গান থাদোকপনা, বেদ কযা তম্বনা, ঈশিং, মৈ নৎত্রগা নুমিৎ পূজা তৌজবনা ওইথোক্লোই। কৃপা অদু ফংজনবগী অমত্তা ঙাযববা সাধর্নাদ থাজবগা লোযননা মতিক মঙান চেনবা ভগবদ্ভক্ত সাধুশিংগী চবণধূলিদা

ওঞ্জবনি। মদু কোকথক্তা হাপচবনি, মদুতনা অমত্তা ঙায়বা পাম্বেনি। সাধু- সেবা তৌদনা ভগবতকৃপা ফংজবা পাম্বা মহাক অদু হি নৎত্রগা জহাজ তোংদনা মপান নাইদবা সমুদ্রবু খুৎখক্তনা ঈরোইরগা লাঞ্জবা পাম্বগুম্বনি। ব্রাফম অসিদা পান্দম্লগা ভক্তরাজ প্রহলাদনা মপাবুং হিকর্ণ্যকশিপুদা হায়খিবা লৈ-

**নৈষাং মতিস্তাবদুরুক্রমাঙ্ঘ্রিং**
**স্পৃশত্যনর্থাপগমো যদর্থঃ।**
**মহীয়সাং পাদরজোঽভিষেকং**
**নিষ্কিঞ্চনানাং ন বৃণীত যাবৎ।।**
(শ্রীমদ্ভা. ৭/৫/৩২)

হে ইপা ইবুংঙো! মখোয়দুগী থম্মোয়দা বিষয়শিংগী মওং- মতৌ পুংকোক কোচরবা, পূজা তৌবদা মতিক চারবা ভগবদ্ভক্তশিংগী চরণধূলিনা মীওইবনা নীংথিনা কোক্তগী খোঙ ফাওবা স্নান তৌজদ্রিমখৈ, লাইমক্তা পীনরবা মবুদ্ধিসু ওইরসনু প্রভুগী পাদ পদ্মগী নাক যৌজবা সুকঙম ঙমহৈরোই। হায়বদি ভগবদ্ভক্তশিংগী চরণধূলি কোকথক্তা হাপচদ্রিমখৈ কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বাল শোকচগে চঙজবা ঙম্লোই। তথৃপ্লা- খঙ- উরবা জ্ঞানীশিংগী শ্রদ্ধা- ভক্তি- প্রেমগা লোয়ননা সেবা অদুক তৌজদ্রিমখৈ, মখোয়দুগী হৌনবী প্রেম- সেবা ওইদ্রিমখৈ মহাক অদু ভগবত- কথা শ্রবণ তৌজবগীফাও মতিক চাবা ওইদ্রি। ভগবাননা মনাই অর্জুনদা পাউতাক পীরদুনা গীতাদাময়েক শেংনা ইবম্মী-

**তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া।**
**উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনস্তত্ত্বদর্শিনঃ।।**

'হে অর্জুন! নঙনা দণ্ডবৎ- প্রণাম- সেবা তৌজদুনা অমসুং

লৌনম লৌথুপ য়াওদনা হংজ থিজদুনা জ্ঞান অদু খণ্ডজিল্লু। (নরু লূক্লা হংজবদা) নুংগী ব্রা উব-খণ্ডবা পণ্ডিতশিংনা নঙোন্দা জ্ঞান অদু তাকপিরক্কনি।'

মহাক অদু পাউতাক পীবা ঙম্বা মীনি, মহাক্কী থম্মোযদা দেবতা, দ্বিজ, গুরুজন অমসুং ভগবৎ-ভক্তশিংগী মফমদা থাজ-ৱাখন চেল্লবনি। শ্রদ্ধা-ভক্তি চেন্দ্রিবা মীদি অথোইবা লম্বেনগী মায়গৈদা চঙশিল্লকপা ঙম্লোই। মদুনা প্রভুকৃপা ফংজববা মীশক কমদৌনা ওইগনি ? সনাতন ! ব্রা য়াম্না হায়দুনা কান্নদে, ঐনা নঙোন্দা মচি ওইবদগী হেন্না ওইববা ৱাফম তাক্লবসিনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈএ। নশাগী নুপা থোকপা গুণশিংদা চঙশিল্লুবদু থাদোক্কুনা পূক্লিং অনী লোঙদনা ব্রজ গোপীশিংগী মতৌগুম সংসারগী মরী-মতা খৈবিক্তগী মায ওস্থোকচবগা পতিভাবতা ইবুংঙো মাগী আরাধনা তৌজবা অদুতনা উপাসনাগী থোইদোক হেন্দোকপা প্রণালীনি। অদুগা পাবা যাবা শাস্ত্রশিংগী মনুংদা শ্রীমদ্ভাগবত খক্তনা পূম্ন মক্তগী মথক থোংবা শাস্ত্রনি। কবিগীনো হায়ববু লাইবিক অসিদা ভগবান ব্যাস দেবনা পুবাণ খৈবিক্কী মমৈদা মতৌ অসুম্না শঙ্গোম অফম্ববু নৈবগা মদুদগী মচি ওইবা মাখন চিংথোকপগী মতৌগুম শাস্ত্র পূম্ববু নৈবগা মযামদগী মচিদু চিংথোক্লবনি। লোইবে, মসিদগী হেন্দোক্কুনা অতৈ অমবোমদা পূক্লিং চঙখ্রবদি নশানা লান্না থোকখ্রে খঞ্জৌ।* ঐনা হাযবিবা জ্ঞান অসি থম্মোযদা থমজিল্লু। সাধু-বৈষ্ণব, সন্ন্যাসী মদি ভগবদ্ভক্তশিংগী চবণ [illegible] চেংপা অনুবাগ থমজৌ। মখোযবু কবিগুম্নদা নিন্দা খক তৌগনু। পূম্নমকপু [illegible]নি খন্না নোল্লুক্লা খুরুমজৌ। নঙগী মঙ্গল ওইগনি। ঐনা ন[illegible]ন্দা থম্মোয শে[illegible]না বব পীবর্বনি। ঐগী অসি গুম্লবা মক্তুবা শেংলবা শাস্ত্রগী মতকা চনববা জ্ঞান অসি নঙনা পাক শন্না

---

*আ[illegible]:॥ ভগবান ব্রজেশ তনযস্তদ্ধাম বৃন্দাবনং
রম্যা কাচিদুপাসনা ব্রজবধুবর্গেণ যা কল্পিতা।
শ্রীমদ্ভাগবতং প্রমাণ মমলং প্রেমা পুমর্থো মহান
শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভোর্মতমিদং তত্রাগ্রহো নাপবঃ।

ভক্তি- গ্রন্থশিংদা লেংথোকচৌ। মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবাননা নঙগী মঙ্গল পীবিসনু।' মসি হাযবগা মহাপ্রভু মখা তাখিদে। তূমিন্না লৈবিখ্রে।

মহাপ্রভুনা তূমিন্না লৈবিখ্রবা তুংদা সনাতননা ভক্তিভাবকা লোযননা মহাপ্রভুগী চবণদা দণ্ডবত- প্রণাম কচ্চখি। মহাপ্রভুনা মনমদা শীৎ শীৎ নানবিদুনা মঙোন্দা বব পীবিখি। মতৌ অসুম থা অনী চুপ্পা মহাপ্রভুগী নাক্তা কাশীদা লৈজবগা সনাতন মখল- মখা অযাম্বা শাস্ত্রগী মবম হংজখি। প্রভুনা মঙোন্দা প্রেমগা লোযননা অবোনবা নুংগী ৱা পূম্ন মক তাকপিবকখি। থা অনীদুগী মনুংদা সনাতননা প্রভুদগী অযাম্বা ভক্তি মাগগী লুব- লুববা ৱা কযা খঙজখি, মদু পাকথোক শন্দোক্না মাগী অযাম্বা গ্রন্থশিংদা লেংথোকখি। ❖



- শ্রীমথুরাবাসীময়ুম নন্দকিশোর শর্মা (১৯৪১)
- য়াইরিপোক বিষ্ণুনহা, থৌবাল জিলা, মণিপুর।
- অপোকপা থানিল শর্মা অমসুং অপোকপী মোহিনী দেবী।
- ওজা ওইরম্মী, পোখারে।
- কোঙলবা লাইরিকশিং :

(১) খম্বালনু শৈরেং- (১৯৬৬)
(২) একাদশী মাহাত্ম্য- (১৯৮৪)
(৩) নুংশি লম্বী চংপা (অনুবাদ)- (১৯৯৫)
(৪) শীরাং পরেং (শৈরেং) - (১৯৯৮)
(৫) শ্রীগীতা মহিমা- (২০০৩)
(৬) কল্কি পুরাণ- (২০০৬)
(৭) খম্বালনু- (২০০৮)
(৮) বৈরাগ্য ভক্ত- (২০০৮)

- ফংলবা এৱার্ডশিং :
  - 'সাহিত্য সেবক, ইবোতোম্বা এৱার্ড' মণিপুরী সাহিত্য পচারক সভা ৱাংজিং।
  - ডাঃ অম্বেদকর ফেলোশিপ এৱার্ড, নয়া দিল্লী।
- সাহিত্যগী সেৱাথা :
  - 'য়াইরিপোক খম্বালনু সাহিত্য মণ্ডল' গী ফাউণ্ডর প্রেসিডেন্ট ওইরম্মী।
  - 'শীরেবস মণিপুর' গী প্রেসিডেন্ট ওইরম্মী।
  - 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল' গী লাইফ মেম্বর ওইরি।
  - 'মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল' গী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইরম্মী। হৌজিক্তা এডিটর ওইরি।
  - 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা, ৱাংজিং'গী ট্রেজরর ওইরম্মী।
  - প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিএসন, মণিপুরগী মেম্বরনি।